# জাতিগী পুন্সি-অমৃত



এম এস গোলৱালকর

হন্দোকচবা

মোইরাংথেম নাৱালসিংহ

# জাতিগী পুন্সি-তাগত



## ‘বঞ্চ অফ থোঠকী অনিশুবা

## হেদিং অমদগী লৌথোকচবা

এম এস গোলৱালকর



হন্দোকচবা

মোইরাংথেম নাৱাল সিংহ

 -:(ii):-

অহানবা ফোংবা : ২০০৭ ইং

কোপী মশিং : ৫০০

ফংফম থোকপা : অইবা



অইবা : মোইরাংথেম নাবাল সিংহ

অফোংবী : মোইরাংথেম ওংবী সনাহনবী দেবী

বাবুপাড়া, ইম্ফাল -৭৯৫০০১

মমল : লুপা ৯৫.০০

ফংফম : অফোংবীগী য়ুম

নম্ফম : সি.টি. ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস, বাবুপড়া, ইম্ফাল-১, মণিপুর

# ৱাহৌদোক

রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘ ইং ১৯২৫ বিজযাদশমী নুমিত্তা লিংখৎখি। সঙ্ঘ অসিবু লিংখৎপিরম্বা ডাঃ কেশব বলিরাম হেডগেৱার, ইং ১৯৪০ দা লৈখিদে। মহাক্না লৈখিদবসি সঙ্ঘ লিংখৎপা মতুং চহি ১৫ দা ঙাইরিবা ওইবনা চাউখ্রবা থবক্কী থৌদাংদু শ্রীমাধব সদাশিব গোলৱালকরগী মথক্তা থাঙ্গৎপিরমই অমসুং গুরুজী গোলৱালকরনা সংগঠন অসিগী লূচিংবা ওইনা গুরুজীনা লৈখিদবা ইং ১৯৭৩, মতম অদু ফাওবা সর-সঙ্ঘ চালক ওইনা থবক পুবিরমই।

হৌজিক লাইরিক মচা অসিনা মরম ওইরগা শ্রীগুরুজীগী হিংলিঙৈ, সঙ্ঘগী থৌ পুরিঙৈ চহি ৩৩ অদুগী মনুংদা ফোংদোক্লম্বা ৱাখল, জাতিগী সমস্যাগা মরী লৈনবা স্পিচ লিশিং কয়া, ঙাংব-শকপা, খন্ন-নৈনবা, ৱারী শানবা পুম্নমক অদুদগী লৌশিলহৌবা পাকচাউখ্রবা ৱাখল্লোন কয়াগী পীকখ্রবা শরুক অমত্তনি। মিৎয়েংসি থমদুনা মহাক্কী ৱাখলশিংদু তোঙান তোঙানবা বিষয়দা পুনশিন্নবা হোৎনৈ, অদুম ওইনমক বিষয় অমত্তদসু মসিমদি মপূঙ ফানা শুগাইনা ফোংদোকপা ঙমলে হায়বদুদি ওমদ্রে।

মদুগীসু মথক্তা মহাক্কী স্পিচশিং অদু অশেংবা হিন্দী লোন্দনা অয়াম্বা ওইরমই। লোল অদুগী শক্তি, ৱাঙাং-ৱাতা অমসুং লোল অদুনা পীরিবা পুক্লিং থৌগৎনিঙাই ওইবা মুর্ত্তি অদু অতোপ্পা লোলশিংদা মরু ওইনা মীরৈপাক্কী লোলশিংদা হন্দোকপা মতমদা অৱাবা অমা ওই, মরম অদুনা লাইরিক অসিদা থম্লিবা ৱাখল খরসিদি গুরুজীগীনি অদুগা ৱাহৈ ৱাতা, ফোংদোকপা মফোংদোক্কী অৱাৎপা অদুদি অইবগীনি। হৌজিক্কী মতমদা জাতিগী ৱাখন্দা মেন তাদবা ফিভম মায়োক্নরকপা মতমদা গুরুজীনা পীরম্বা ৱাখলশিংনা সমুদ্রগী মৈঙান শঙগী মঙাল ওইদুনা ঐখোয়বু লমজিংবিবি।

হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাক্তা থোক্লিবা খুদোংথীবা থৌদোকশিং অসি বুদ্ধি অমসুং ব্রাখলগী ওইবনা হেল্লি, হকচাংগী অশোন অনাদগী থোরকপা ওইনা উরবসু ঐখোয়গী বোডি-পোলিটিকতা নারিবা অদু মরুদদি - লুচিংবশিংগী বুদ্ধি ব্রাংপা, ব্রাখল শোনবদগী থোকখিবনা অয়াম্বনি। জাতিগী থৌরমশিংদা শোয়খিবশিংদু অব্রাংবা ফিদম্লফমগী শকফম লৌদুনা মখোয়গী অশোয়বাশিংদু কুপশিন্নবা হোংনৈ। গুরুজীগী ব্রাখলশিংসি মতম পুম্নমক্তা নুংশি হৈবা, মঙালগী মশক ওইবা,অমম্বা কোকহনবা, জাতিগী অচুম্বা তৌবা লিংজেলগী খমথেংবা ব্রাখল চেনবা লুচিংবনি।

গুরুজী গোলব্রালকরগী সঙ্ঘগী জাতি শেমগৎপগী মরু ওইবা ব্রাগী মরু, পথাপ নাইবা থৌওং লৌবদা, মরৈপাক নীঙবা, থবক ওইবা আইডিওলোজিসু অসুম মঙাকপা, মপূঙ ফাবা ব্রাখল চেল্লমই। মহাক্কী মপূঙ ওইবা ব্রাখল্লোনশিং খোমজিন্দুনা ফোংবা অহানবা লাইরিক "বঞ্চ অফ থোঠ" (Bunch of Thoughts) ইং ১৯৬৬ কী ফেব্রুয়ারী থাদা অহানবা ওইনা ফোংখি, তুংদা লাইরিক অসি ভারতকী মরু ওইবা লোল খুদিংমক্তা হন্দোক্লুনা ফোংনম্রে। লাইরিক অসিগী অচৌবা গুণ হায়বদু জাতিগী ময়ুং-মফেল ওইরিবা লংলাশিংগী লেঙদবা ভেল্যুশিং চেংনা পুনশিন্দুনা অপাবশিংগী থম্মোয়দা ময়েক লানা পুক্লিংদা পালহনখিবা অসিনি। শম্মা হায়রবদা "বঞ্চ অফ থোঠ" থবক্কী অমসুং ব্রাখলগী দর্শননি মসিনা জাতি অসি নৌহৌনা শেমগৎপদা অচৌবা মতেং ওইরগনি।

লাইরিক অসি অহানবা পাজরুবদগী ঙমজবা মওং অমদা মৈতৈলোন্দা (মণিপুরী) হন্দোক্লুনা পুথোকচগে খল্লুবদগী লাইরিক মচা অসি ইজরুবনি। লাইরিক অসিগী অনিশুবা শরুক ওইনা পুথোকচরিবা ভোলিউমদা "জাতিগী পুন্সি-অমৃত" হায়না মিংথোঙ্ররিবা অসি পুথোকচরিবা ভোলিউম অসিগী মতাং অমদা য়াওবা The Elixir of National Life হায়বা হেদিং অমদগী লৌথোকচপবনি।

অইবা -

# শ্রীগুরুজী-পুন্সিগী শক্তম অমা

মাধব সদাশিব গোলৱালকর অপোকপা অপোকপীগী মচা মাপল পোকপগী মনুংদা অমখক্তং হিংহৌবা মচা নুপা অমা ওইনা পিক্লিঙৈদা মধু হায়না নুংশিনা মিঙ্গৌজখি। মহাক ইং কুমজা ১৯০৬কী ফেব্রুৱারী তাং ১৯দা মহারাষ্ট্রগী নাগপুরগী মনাক্তা লৈবা রামটেক হায়না কৌবা মফমদা পোকখি। নোংদম্বনা তুংদা রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘগী অনিশুবা সর-সঙ্ঘ চালক ওইরনবা মাবুতা কনবিখিবা হায়বদু ওইগ্রে অমসুং জাতিগী ৱাইদগী পুক্লিং চিংশিন্নফম মীশক অমা হায়বদু ওইনা থোকপ্রে।

মহাক ওক্লিঙাই ওইবা মীশক অমনি, নাগপুরগী "হিসলোপ" কলেজদগী গ্র্যাডিউয়েট ওইরবা মতুংদা বরানসিগী হিন্দু বিশ্যবিদ্যালয়দগী সাইন্সতা মাষ্টর ডিগ্রী লৌখি, মতমদুদা বিশ্যবিদ্যালয় অদুগী ফাউন্দর ওইরম্বা, হিন্দু লুচিংবা পণ্ডিত মদন মহন মালব্যনা গোলৱালকরবু হিন্দুশিংগী মরমগীদমক্তা থবক তৌনবা অতম্বনা খন্দোক্লমই। মতুংদা চহি অনিরোম বিশ্যবিদ্যালয় অদুমক্তদা প্রোফেসার ওইনা থবক তৌরমই। মতম অদুদগী হৌরদুনা মাগী ছাত্রশিংনা "গুরুজী" হায়না কৌনবদগী মতুংদা পুম্নমক্না গোলৱালকরবু নুংশিনা কৌনবা মিঙ্গৌ অমা ওইগ্রে। মহাক্না প্রোফেসার ওইরিঙৈ মতমদা মহাক্কী ছাত্র ওইরম্বা শ্রীপ্রভাকর বালৱান্ট ডানিদগী সঙ্ঘদা লাইমিং লৌখি, মহাকসু মতুংদা সঙ্ঘগী কার্য্যবাহ (জেনেরেল সেক্রেটরী) ওইরকখি।

গুরুজী খৃ: ১৯৩৩ দা নাগপুরদা মমা মপাগা লৈমিন্নবা হল্লক্লমই, মফম অদুদা মহাক ডা: কেশব বলিরাম হেডগেৱার, সঙ্ঘ হৌদোকপিরম্বা লুচিংবা অদুগী য়োংচাবিগী মতৌগুম্না চিংশিনবগী শক্তিগী মনুংদা তাখিরমই। থৌদোক অদু রামকৃষ্ণ অমসুং নরেন্দ্র অনিগী মরক্তা তৌবগুম্না থোকখ্রে অমসুং গুরুজীসি মপূঙ ফানা হান্নগা পুমখেন খেন্নবা মীওই অমা ওইনা ওহ্লোকখ্রে। পুন্সি চুপ্পা য়ুম পাল্লরোই হায়না লেপখ্রে, লো তমলুরে, চহি অনিরোম লো প্রাকটিশ তৌরল্লগা মহাক্কী মতম অমসুং থবক তৌবা ওম্বগী শক্তি অদু সঙ্ঘগীদমক্তা পুম্নমক কখোকখিরমই।

তৌইগুম্বসুং মহাক্কী নুংদগী তকশিল্লক্লিবা আধ্যাত্মিক্কী খৌরাংবা অদু অসুম কনশিল্লক্লমই অমসুং নাগপুরদা লৈবা হান্নসু মরী লৈনরম্বা রামকৃষ্ণ আশ্রমগা লৈনবা মরী নৌহৌনা হিংগৎলক্লমই। কন্না থম্মোয়দা ইনশিলকপা অদুনা থুম্নাৎখিদুনা, পুম্নমক্লা ওক্লবা মওংদা মমা মপা, মরী মতা পুম্নমক থাদোক্লমদুনা রামকৃষ্ণ মঠকী “সরাগাচি” আশ্রমদা চৎখিদুনা সন্যাস ধর্ম্ম লৌখি। মহাক মফমদুদা থা খরা লৈরমই, মদুদগী স্বামি বিবেকানন্দগী গুরু ভাই স্বামি অখণ্ডনন্দনা মন্ত্র দিক্ষা তৌদুনা লাইমিং লৌখি। তৌইগুম্বসুং গুরুজীদি আশ্রমগী ফকলাং মরিনা কোইশনবা য়ুমদা ফাজিন্দুনা লৈবা অদু হৈনরমদে। মহাক্কী গুরুজীসু মতৌ অদুগুম্না তৌখিরমই, আশ্রমগী মপান্দা মীওইবগী সমাজবু সেবা তৌরুনবা গোলৱালকরদা পীরমই।

গুরুজী গোলৱালকর সরাগচিদগী খৃ: ১৯৩৭ তা নাগপুরদা হল্লক্লমই অমসুং চহিদুদগী গুরুজী থৱাই হকচাং য়াওনা সঙ্ঘগী থবক্তা লুপশিনখিরমই। ডা: হেডগেৱাবনা মঙোন্দা থবক্কী কোকথোং অদু থাঙ্গৎপিরমই সঙ্ঘগী সর-সঙ্ঘ চালক ওইনা মহাক্লা লৈখিদবা জুন ১৯৭৩ ইং ফাওবা শিঙ্খা অদু পাঙথোক্লমই।

গুরুজী খৃ: '১৯৪০ দগী ১৯৭৩ ফাওবা চহি ৩৩ চুপ্পা সঙ্ঘগী লমজিংবা অমদি দার্শনিক ওইরমই। মহাক্লা চোকথবা নাইদনা ভারতকী মফম খুদিং শিনথুংনা কোয়রমই, চহি খুদিংগী য়ামদ্রবদা অনিরক প্রোবিন্স খুদিং

য়ৌরমই, মতৌ অসুম্না ভারতকী মফম খুদিংমক্তা য়ামদ্রবদা হুম্ফুরক কোয়খি হায়। মসিগুম্বা রেকোর্ড অসি মী অমগী পুন্সিদা অতাংবনি।

গুরুজীনা আসাম অমসুং কেরালানচিংবা মফম য়াওনা সঙ্ঘগী থবক থানা অসি অঙকপা মওংদা থুনা চাউখৎহল্লকখি। মহাক্কী খঙহৈবনা মরম ওইদুনা হিন্দু রাষ্ট্রগী কনসেপ্ট অসি ইতিহাসকী, সমাজগী ওইবা হৌরকফম অমসুং লম লমগী ওইবা মওংদা মী-শিংনা য়ানগদবা মওংদা শন্দোক্লমই। মহাক্লা ঈহৌ অসিগী হিনাও শাবা ওইনা হিন্দুশিং নৌহৌনা হৌগৎলক্লবা অচৌবা দায়ী লৌখি। আর: এস: এস: না য়ুম্ফম ওইদুনা হৌরক্লিবা হিন্দুগী ঈহৌ অসি উহৌ-তাহৌবা জ্ঞানদা য়ুম্ফম ওইবা ৱাখলনি, মতৌ অসুম্না মহাক্লা সঙ্ঘগী আইডিলোজিকেল ব্যাস পাকথোক চাউথোকহনখি অমসুং মপাঙ্গল কলহনখি, খুঙ্গংগী ইচম চম্বা মী-শিং সহরগী ৱাখল চেনবা মী-শিংদা চপ মান্ননা ভাব তাবা ঙমহনখি। মহাক্লা সঙ্ঘগী শাখাশিং লিংখত্তুনা পুঙ অমগী সঙ্ঘগী টেকনিক য়েৎনদনা চৎনহনখি। থবক্তা অমদি ৱাহৈদা মহাক্লা সঙ্ঘগী পথাপ নাইবা মথং মনাও ওইবা মওং অদু মপুঙ ফাহনখি, থবক মচা মচা কয়াদা চপ চাবা অফবা সংস্কারগী ৱাখল হাপ্তুনা সঙ্ঘবু "ম্যোন মেকিং" মী শেম্বগী ফিদম্নফম ওইবা খুৎলাই অমা ওইহনখি।

শাখাগী নটৱার্ক কয়াগী মথক্তা মহাক্কী পুক্লিং থৌগৎনিঙাই ওইবা লুচিংবগী মখাদা সঙ্ঘনা লৌশিনবা তোঙান তোঙানবা সংগঠন কয়া অমসু লিংখৎখি, মখোয়শিং অদুগী মনুংদা বিদ্যার্থি পরিষদ, ভারতীয় মজদুর সঙ্ঘ, বিশ্ব হিন্দু পরিষদ, ভারতীয বনবাসী কল্যান আশ্রমনচিংবা অসি মরুওইনা পনবা য়াই। সংগঠন ময়াম অদুগী থবক তৌমিন্নবশিং অদু সঙ্ঘগী আইডিওলোজি অমসুং ওর্গ্যানিজেশনগী হৈশিংবশিংদু মপুক্লিংদা হাঞ্জিনখিরমই অমসুং মদু মখোয়না পাম্বা লম্বী কয়ামরুমদা শিজিন্নরমই। পুম্নমকসিদা গুরুজী হৌরকফম শকওং অমসুং লমজিং লমতাকপা ওইখি।

ভারত পুম্নমকী সাধারণ মীয়াম অমসুং সমাজগী মরু ওইবা মী-শিং মহাক্কা মতম লৈবা খিবিক্তা শম্নদুনা লাকপনা জাতিগী মিহুল চপ চানা

খঙলমই, থৌদোক কয়ামুক্তা হান্না উদুনা সমাজ অমসুং শাসন পায়রিবশিংদা মাঙজৌননা চেকশিন্নবা হায়রমই। শতাব্দীগী অনিশুবা চহি য়াম্খৈগী অহৌবা শরুক্তা লোলনা য়ুম্ফম ওইরগা ষ্টেটশিং অমুক নৌহৌনা শেমদোক্নবা "ষ্টেটস রিওর্গ্যানিজেশন কমিশন," মী অহুম্না শাবা কমিশন অমা শেম্বা মতমদা গুরুজীনা মথন্তগী ওইবা খোঞ্জেলদা ইউনিটরি ফোর্ম অফ গর্বনমেন্ট শেম্নবা ৱাফম হৌদোকখি। মহাক্না মদুতনা লোকপদা ভাইরিবা রিপব্লিক অসি মপাঙ্গল কলহনবা অমসুং মরা চেৎপা ওইগনি হায়না ৱাখন্দা ফাওরমই। চহি কয়াগী মতুংদা চাংয়েং অদু খুদোং থীবা অমা ওইরকখি হায়বা খঙনরকখি। অৱাং-নোংপোক থংবা রাজ্যশিংদা ফিভমদু তশেংনা উরকখি। মতম অদুদা হায়রিবা রাজ্যশিং অদুদা খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা তৌরকপা মপুক ফত্তবা থৌওংশিং অদু খঙননবা মরী লৈনবা শক্তিশিংদগী চেকশিন্নবা পাউতাক পীরমই। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পাউতাক অদু কনা অমত্তনা থৌশানা তাখিদে, মদুগী ফল ওইনা দেশ অসিদা হায়রিবা লমদম অসিদা থেংনরিবা খুদোং থীবশিং অসিনি। শতাব্দীগী অরোইবা চহি য়াম্খৈগী ময়াই চল্লকপা অদুৱাইদা ঐখোয়গী রাজনীতি হৈবশিংনা "হিন্দী চিনি ভাই ভাই" হায়না লাউদুনা, শাগোন-লেঙ্গোন্নখিবা, ফজবা ৱাহৈ ৱাতা কয়া ঙাংনখিবা মতমদা গুরুজীনা মীয়াম খঙনা "ৱাহৈ খোন্দা নিংথিবনা অপঙবা শেম্বা য়াগনু নশাগী ঙমখৈ নিংথিজনা ঙাক্লবা তৌ" হায়না পাউতাক পীখি। মহাক্না তুংদা থোরক্কদবা থৌওং মাঙজৌননা উখিবগুম তৌই অমসুং চেকশিন্নবা হায়খিবনি। চিনানা ভারতকী ঙমখৈদা লোন্না লানশিল্লকপা ফত্তবা অনীঙবা অপাম্বা অদু মহাক্না তশেংনা উখি, অদুনা থাঙ্গৈশেংনমক মতম অদুগী চিনাগী ফত্ত-থৌরাং অদু থেংনবা ঙম্নবা চেকশিন-ৱাহৈদু পীরম্বনি। ঙমখৈ ৱাংমদগী লান্দাশিল্লকপা অদুনা গুরুজীনা মাঙজৌননা চেকশিন-ৱাহৈ পীখিবা অদুগী অচুম্বা প্রমান ওইখি। অমুক হন্না খৃ: ১৯৬০ গী সাধারণ মীকোক থীবদা, অহানবা ওইনা গুরুমুখিদা ইবা পঞ্জাবী লোলনা পঞ্জাবকী অমত্তা ওইবা মমারোল ওইহন্নবা পাউতাক পীখি, অদুগা শিখশিংনা মখোয় মশামক

ন্যাশন্যাল রেজিষ্টার অদুদা "হিন্দু" হায়না মিং চনগদবনি হায়নসু খঙহনখি। গুরুজীগী অদুগুম্বা পাউতাক অদু ইল্লম্লবদি তুংদা পঞ্জাব মৈথক্কী খাঙজাও ওইহল্লমলোইদবনি।

মতৌ অসুম্না দেশকী য়াইফনবগীদমক অরেপ্পা ওইনা লৌগ্রবা ফিরেপশিংদুগী ফলনা মহাক্লা তাকপা লম্বীদা চাউগ্রবা মীয়ামগী সংগঠন [illegible] লিংখৎপা ঙমখিবনি। সর-সঙ্ঘ চালক অমা ওইনা মহাক্লা চহি ৩৩ মমা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই, মমৈদা মহাক্লা লুচিংবগী থবক অদু শ্রীবালা সাহেব ডেওরাজ (মধুকর ডাত্তাত্রেয় ডেওরাজ) দা শিন্নরমই। মহাক খৃ: ১৯৭৩ গী জুনগী তাং ৫ দা অবোইবা স্বর হোন্দুনা সংসার থাদোকখি।



# বিষয় মথং মনাও

# ইতিহাসকী ওইবা তৌদবা

## য়াদবশিং অদু মায়ওক্লবা

সমাজদা তোল্লিবা লমন খ্বাইদগী ফবা সেবা- হৌখিবা মতমগা চাওথোকচনঙাই ওইবা মিংশেল-যেক্লবশিংনা মাঙহন-তাকহল্লম্লা মতম অমদা নিঙতম্বা শক্তি লৈবা লৈবাক ওইনম্বা জয়চাদগুম্বা মীওইশিংনা মুসলিম অমসুং বৃটিশপু মায় পাকহনখিবা "নাবা অদু হৌজিকসু অদুম লৈরি, পাকিস্তান শেমখিবা বায়ববা মুম ইতিহাস অমুক হল্লকপা, ড্রাগিদনাদনাচিংবা-ফেডেরেল স্ত্রকচর, হুচেনবা মক-মকগা মরী লৈনবা অনাবা ফহনবা।

ঐখোয়গী সংগঠনবু অহানবা ওইনা লিংখৎপিনম্বা লুচিংবা অদুনা সংঘগী পান্দম অসি যাম্না তেনবা মচং ঙাক্তা ঙাইবা ব্রাহৈ পবেং অমদা ফোংদোকপিরমই। "ঐখোয়না 'হিন্দু সমাজ অসি যাম্না শক্তি লৈবা, পৃথিবীগী শক্তি অমত্তুনা থৌনাফনা মাসদা ফত্তবা মিৎয়েংনা য়েংবা ঙমদনবা শেমগৎকদবনি"। মাসবু মতৌ যালহনবা হায়বসি ঐখোয়গী মকু ওইবা ইথৌনি, অচৌবা সমাজ অসিগী মচাশিং খুদিংমক্কী ব্রাখন্দা মসি চেলহনগদবনি।

ঐখোয় তৌবিমল খংবা উৎনবগী লমন তোল্লি, ঐখোয়গী সমাজ অসি নৌনৈনা শেমগৎনবগী মিশন অসিদা তৌফম থোকপা ইথৌনি হায়বসি কমদৌনা হায়বিবনো? অহানবদা ঐখোয় পুম্নমক পোক্লকই সমাজসিদা অসুম চাউবকই। ঐখোয়গী নুংঙাই-যাইফবা, লনাইগী অমসুং ইমুং মনুংগী অশোয় অঙাম যাওদবা পুন্সি অসি ঐখোয়না সমাজসিদা পোক্লবদগী ওইথোকফম থোক্লিবনি।

অতোপ্পা মক ওইবা ব্রাখল অমসু লৈবি। এখোযগী সমাজ অসি কুইববা অবোই অখম লৈতনা চৎথবক্কিবা অমনি, পুন্সি কয়াগী অচৌবা মীওইশিংনা অব্রাংবা থাক্কী দর্শন অমসুং খ্বাইদগী ব্রাংবা সমাজগী ফিদম ওইববা চৎনবী কয়া লিংখক্কুনা থনম্লবনি। মোহর নম্লম্লবা মতিক মঙান চাউবশিং অদু হৌজিক মতম ফাওবা উবা ফংলি, খবনা লৈবাক অসিগী লৈমাযদা পোকখিবা চাথাং শুথাংশিং, বাম, কৃষ্ণ অমসং সংকবাচার্য্য; মিংচৎ উবোং খিল্লম্লবা, শিংথানববা মাংলমচৎকি জ্ঞান অমসুং থবক্কী লম্বীদা পৃথিবীগী মপু ওইবম্বশিং অদুগী ঈগী ঈচেস লৌবকলিবনি।

পূম্নমক অসিনা ঐখোযদা কবি তার্কলি? হিন্দু সমাজদা পোকলুনগী অধিকাব অদুনা ঐখোয অমত্তা ওইবা লেমজনিঙাই ওইবা পদবী পীবম্লবনি অমসুং অচৌবা আত্মাশিং অদু কযা ব্রাংলম্বগে হাযবদু পাদম লাক্লনবগী লম্বী থম্বীবম্লবনি।

অদুনা, লম্বী কযাদা, কযা যাম্না ঐখোয ঐখোযগী সমাজ অসিদা লমন তোল্লিবগে? তৌবিবম্বা পূম্নমক্কুগী মতৈ অমসুং অফবশিং অদু ফংদুনা ঐখোযগী তৌগদবা ইথৌদি তৌদনা লৈথোকপসি মতিক চাব্রা" ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংদা তাকলিবা মতুং ইন্নদি মী অমনা সমাজদা কথোকখ্রব' অদুগী লেমহৌবা খবদুতনা হিংদুনা পুন্সি লেল্লু হাযবনি। অদুনা ঐখোযগী অহানবা তৌফম থোকপা ইথৌদি তৌবিমলগী লমন তোল্লবা অদু কোকথোকপনি, মদুতনা ঐখোযগী পুন্সি মতৈ যালহনগনি।

ঐখোযগী শাস্ত্রনা লাউথোক্কি, মী অমনা পোকপা মতমদা লমন অহুম তোন্দুনা পোকই-দেব ঋনা,ক পিত্র ঋনা অমসুং ঋষি ঋনা নি। পুন্সি অসি ঈশ্ববগী থৌজান্দগী ফংজবনি, অদুনা মতুংসিদদি দেবঋনাগী লমন অসি ঈশ্ববগী মফমদা শিংফম থোকপনি। ঐখোয ইপা ইপুশিংগী থাংথবকপা মচা মশু ওইনা পোকপনি, মখোযদা ঐখোযনা তৌবিমল খঙবা উৎপা তাবনি, মদুনি পিত্র ঋনা হাযবিবসি। অদুগা ঐখোযনা থাইনগী মহৈ-মশিং অমসুং সংস্কৃতি অসি ফংহৌবনা মবম ওইদুনা ঐখোয়দা শিন্নবকপা তৌফম থোকপা

থৌদাং ওইনা ঋষি ঋনাগী পাওথোকফম থোকপা থৌদাংদি ঐখোয় পাওথোকপা তাবনি।

## করম্না সেবা তৌগনি?

অদুদি, ঐখোয়গী লন্দোল অসিদি করম্না মওংদা শিংগনি। ভক্ত অমনা ঈশ্বরদা প্রর্থনা তৌবা মতমদা, হে ঈশ্বর, ঐহাক্না নহাকপু মতৌ করম্না ইড়াৎ-পূজা তৌগদগে? লৈ-শু উ-চন্দন অমসুং ঈশিংনচিংবা অসি ইবুংঙো নহাক্কী ওাক্তনি, আরটিগী লংনা ওাল্লিবা মঙাল অসিসু নঙোন্দগীনি, পূম্নমক নহাক্কীনি, ঐঙোন্দদি করিদি লৈহৌরি, ঐঙোন্দা পিবিরিবা পূম্নমক অসি নহাক্কী নখোঙ থম্বালদা কংচবা নত্তনা অতৈ করি লৈরি। নিংশিংবা ওমদ্রবা মতমদগী হৌদুনা ঐখোয়গী সমাজ অসি ঈশ্বরগী হিংলিবা মওংনি হায়না শিংথারমই। ঐখোয়না পামজবা লাই অমা হেক্তা লৌজবা য়াই, পূল্পি চুপ্পা মহাকপু সেবা তৌজবা য়াই, মসি ঐখোয়গী লমনশিংদোকপগী নিংশিং খুদমনি।

অদুদি কবম্না মখলগী সেবা ঐখোয়না তৌবা তাবগে? সেবাগী ওইবা ওইথোকপা য়াবা লম্বী য়াম্না লৈ। চাক লাম্নবশিংদা চাক পীজনবা হোৎনবা, বুদ্ধি-লৌশিং ব্রাৎলিবশিংদা জ্ঞান অমসুং অনাবশিংদা হিদাক লাংতাক পীদুনা সেবা তৌবা য়াই, খুদিংমক অসি সেবাগী মখলশিং ওইবা য়াই। অশেংবা সেবাদি সেবা ফংগদৌরি মীওই অদুগী অব্রাৎপা অদু কোকহনবনি। ঐখোযগী সমাজ অসি হৌনখণ্ডবা, শোক্ল-পন্ন য়াদবা, লাইরবা, অপঙবনা মরম ওইদুনা অব্রাবগী শকফম অমা ওইবি। অসিগুম্বা অশোয়বা অব্রাৎপশিংসি কোকহন্নবা ব্রাখল লৈববা মীথোই মীহেনবা কয়ানা হোৎনখি। মখোয়শিং অদুগী মফমদা ঐখোযনা থৌজল হৈবা মিংযেংনা য়েংবা অসি মশানা তাবনি। ব্রাহং অমদি ঐখোযনা সিগুম্না সেবাগীদমক্তা লাংলিবা হোৎনরিবশিং অসি অশেংবা মখলগী সেবা, সমাজ অসিনা থাঙ্গৈশেংনমক দরকাব ওইবা সেবা মখল অদুরা? মদুনা সমাজ অসিদা অরোইবা ওইবা কান্নবা মওংদা লমজিংবা শোয়দ্রববা? অপোম্বা য়াইরোং থুংলবদা মপাম্বোংদা বেন্দেজ পুনশিনবনা করি কান্নগনি,

মনুংগী ঈ অদুদি হান্নবা শোক্লবনি। মপান-ম'গ অদুগী অনাবা অদু কোকহল্লবতদা অনাবদু থাঙ্গৈশেংনা ফহনবা ওইগদৌবিবনি। মক ওইবিবা মনম অদুদি কবিনো?

## হৌখ্রবা অমসুং হৌজিক ওইরিবা মতমগী ছবি

হৌখ্রবা মতমগী ঐখোযগী লৈবাক্কী ছবি অদু ঐখোযনা হৌজিক উবিবা লাইববা অমসুং অৱা-অনাগী সমাজগী ফিভম অসিগা চপ মান্নবমক্ট হাযবসি মচুন্নবা'' ইতিহাসনা ফিবম অসিগা যান্না খেন্নবা রাবী কযা ঐখোযদা পীবি। মীবৈপাক্কী লম-কোয়বকপ মীওই কযানা হৌখিবা মতমদা লৈবাকসিদা ওইবম্বা মিৎন-উবা পাউদম কযা ঐখোযগী ইমাঙদা থম্লি। মখোয়শিংদুনা ইবর্ম্বাশিং অদুনা হায, ''মফমসিগী মী-শিংদু নুংঙাই অমসুং পেন্থোক্লা পাল্লি, মখোযগী মবক্তা মওং চাদবা, চাকনিবনচিংবা লৈবমদে, মী-শিং অদুনা মযুম শো লোন্দনা চঠি কয়া মযুম থাদোক্তুনা তির্থনচিংবা চৎপদা কবিসু চিংনবমদে। হুবানবা অমসুং ধন্মা কাযবা থবক ইতা তাবমদে, মখোর্শিং অদু পুন্যচেনবা. গিনক্টেবা অমসুং থাজনবা য়াবা ঙাক্তা ওইবমক্ট। মখোয নুপা থোকপা লংজেল লৈবা, শক্তি চেনবা, ইনাকখুনবা জাতি অমা ওইবমক্ট। মীবৈপাক মচা লম কোযবাশিং অদুন' পীবা মঙাল নাইবা, শুগশ্ট ন লাবিবা চিত্র অদু রেকোর্ড তৌবম্বদা অশেপ্পা রাখল লৈবমফম থোক্তে। হৌজিক মতমদা চিন অমসুং কশিয়ানশিংবা লৈবাকতা 'আইবন কার্টিন' লৌবিবা অসুমনা ভাবত্তা মতমদুর্দদি লৈবম্বা নত্তে। মখোয ভাবতকী কাচিল কোযা থুংনা চত্তুনা চহি বযা চুপনা লৈবমই। মখোযনা ইবম্বা একাউন্টশিং অসি থাজবা যাবনি, চিংনবা লৈতন। অচুম্বনি হায়না লৌফম থোকই।

ঐখোযগী মী-শিং অসি আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদদি যান্না চাউখৎলগা অতৈ মতম মতমগী ওইবা গবক্কী লম্বীদদি কবিসু খৌশাবমদে-হায়না লান্না থাজবা যান্না যাওই। অশেংবা থাইনগী রেকোর্ডশিংদা তশেংনা উৎলি, মদুদি ঐখোয

বিজ্ঞান অমসুং কলাগী লম্বীদা চহি কুমজা কয়া মতে লৈবাকশিংদগী মাংজিন থারমই হায়বসি থাইনগী-রেকোর্ডশিং অসিনা উৎলি। কোলহিং শুক্কা কাদবা চহি চনিগী মথক ওইরবা "আশোকা ষ্টম্ভ" অসিনা ঙসি ফাওবা লেপলিবসি 'মেট্যালজি' হায়বদি ধাতু শুংবগী বিদ্যা অসি পৃথিবীগী লৈবাক অমত্তনা লৈবাকসিবু শিংনবা ঙম্লমদে হায়বা প্রমান ওইরি।

ঐখোযগী কুইরবা লাইরিক অমদা ইরম্বা য়ারী মচা অমা লৈ। রোমান নিংথৌ অমা অঙকপা লাইনা-লাইওং অমা ওইনা নাবমই, মদু মাগী লৈবাক্কী কনাগুম্বা মাইব অমত্তনা ফহনবা ঙমলমদে। মতম অদুদা ভাবত অসি হিদাক্কী বিজ্ঞানদা পৃথিবীদা খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং চৎলমই। ঐখোয়গী নিংথৌগী মাইব অমা মফম অদুদা চৎলমই অমসুং অনাবা নিংথৌদুগী থোপতা ওপরেশন তৌরমই। নিংথৌদু লাইনা অদুদগী মপৃঙ ফানা ফখি। ঐখোযগী মাইব অদু রোমগী লৈবাক অদুদা চহি অহুম শাংথনা মী-শিংদুদা হিদাক্কী বিজ্ঞানশিং তম্বিদুনা লৈখি অমসুং য়াম্না ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা মরৈবাকতা হল্লকখি। মসিদা ঐখোয়না খন্থবা য়াবদি হৌজিক মতমগী থাং থাবদা অসুক যাম্না চাউখৎলবা মতম অসিদা ব্রেন ওপরেশন তৌবা অসিদি যাম্না লুনা লৌনরি।

হৌজিক মতমগী 'প্লাষ্টিক সর্জরি' অসিসু মপান লৈবাকশিংদা 'আয়ুর্বেদ' মাষ্টরশিংনা খুদোল তমখিবনি। 'জিরো (০)গী য়াখল্লোন অসি ঐখোয়গী দর্শনদা যুম্ফম ওইদুনা মপানগী সংসাবদা তম্বিখিবনি। ঐখোয়না খুৎশেমগী জগৎ অসি 'জিরো' নি হায়না লৌরগা 'ঈশ্বর'বুনা 'অমা' হায়বা অসি ওইনা লৌখি। মহৌশাগী খুৎশেমবু 'জিরো' ওইনা লৌবগা 'অমা' হায়বসিনা হায়বদি শেম্বিবা মপুনা 'অমা' ওইরগা ভেল্যু পুথোকপা ঙমখি। 'দশমিক সিষ্টেম' অসিসু হিন্দুগী য়াখন্দগী থোকখিবনি। অসিগুম্বা মমল নাইদ্রবা অঙ্কগী বিজ্ঞানদা তমখিবা খুদোল অসিনা যুম্ফম ওইরগা ঐখোয়না হৌজিক উবিবা জ্ঞান-ইন্দ্রিনা ফংবা ঙম্বা অচৌবা বিজ্ঞানগী শরুক অসি লেপলিবনি।

ঐখোয় জাতি অসি য়ুমদা নৈশিন্দুনা লৈবা হৈনবা জাতি অমা ওইবমদে 'কৃনভন্টো বিশ্বম আঁরয়ম' (মীওইবা জাতিবু য়াংনা থাঙ্গৎলু) হায়না লাউবা খোঞ্জেনগা লোয়নননা ঐখোয়গী সাধু-সন্যাসশিংনা পৃথিবীগী কাচিন কোয়া থুংনা চৎখি। ঐখোয়গী নুংশিহৈবা মিৎয়েংনা, ইথিননা পাকচাউগ্রবা পৃথিবীগী লমদমশিংদা শন্দোকল্লমই অমসুং ঐখোয়গী ফিবালনা পৃথিবীগী অয়াম্বা লৈবাক্তা পাইরমই। অথাল্লা অনকপা লৈবাকশিংদগী লাকপা মহৈরোইশিংনা লোইবা নাইদ্রবা জ্ঞানগী ইফুৎতা থৌরাংবা কোক্লরমই। অথাল্লা লৈবাকশিংদগী তির্থ চৎপশিংনা লৈবাকসিগী মতিক মগুানশিং য়েংবা লাক্লরমই। মশিং লাকপা ঙমদবা খোঞ্জেল থোকপা সাক্ষিশিংনা লাইশঙ, মুর্ত্তি, চিত্র, চীঙ, নুঙ হক্তুনা শাবা মুক্তি কয়া, লোন, চৎনবী মহাকাব্য সাহিত্য অমসুং কলা হাযরিবা লৈবাকশিং অদুদা উবা ফংই। মসি মতম অদুদা ঐখোয়গী জাতিনা মফম খুদিং শন্দোক্লম্বা সংস্কৃতিগী মচাকনি হায়বগী প্রমাননি। মুসলিমশিংগী ক্রেসেন্ট এণ্ড ষ্টার অসি ঐখোযগী ওঁকারদগী লৌথোরকপা শরুকনি। মসি টর্কশিংনা অহানবা ওইনা মখোযগী ফিরান্দা হাপচিল্লকপনি। ঐখোয়গী ইশা ইপুশিংদু বুদ্ধদেব অবতার তৌবক্লবা মতুংদা লৈবাকসিদগী মপান থোরকপনি হায়না থাজবা অসি অচুম্বা নত্তে। ঐখোযগী মিসন্যারিশিং মদুগী মমাঙদা অমেরিকাগী তোর্ব্বান ফাওবা য়ৌরমলে। যুমদা অমসুং মপান্দা য়াইফহন্নিংবা অমসুং লোয়নননা নুপা থোকপা থবক্তা পুম্নমক্তগী হেল্লমই।

অদুদি, ঐখোয়গী জাতি অসি অসুপ য়াম্না মীনা উশীৎনঙাই ওইদবা মওং ওইবক্লন্নিবা অসি করিদগীনো? কবম্না, লম্চুম মবাং কায়বা অমসুং সংস্কৃতিদা চাউখৎলবা লৈবাক অসি ভুতনা তৌবগুম্না শাথীনা লাইযবা লৈবাক অমা ওইরকখিবনো? মতম অমদা ভাবত্ত লাঞ্জেল্লকপা জাতি কয়াগী শাইদাংনফম ওইরম্বা, পৃথিবীদা মমা অমা ওইনা তেংবাং কযা পীবম্বা লৈবাক অসি মালেমগী লম্বী লমজাওদা অচম্বা চাকনিবা অমা কয়ম্না ওইরকখিবনো। ঙসিদি, ঐখোয় মীরৈবাক মচাশিংগী থোংজিন্দা ভিক্ষা নিবা কোয়না চৎলি, চিঞ্জাক অমসুং শেন্থুমগীতা নত্তনা পুন্সিগী ফিদম্নফম ওইবা অমসুং ভেল্যুসু

থিরুরি। ঐখোয় পৃথিবীগী মমাঙদা ঐখোয়গী বুদ্ধি-জ্ঞান অমসুং অনৌবা পুথোকপগী শক্তিদা থাঙ্গেশেংনা মীগী লমন তোল্লবরা? তোল্লবদি করিগী অসুক তোল্লবা, করি অমত্তা লৈজদ্রবদৌনা হল্লখিবসি কৈদগীনো?

## মসিবু মীরৈবাক মচাশিংনা তৌহনবনি হায়সিরা

ঐখোযগী রাখল লৈবশিংনা হৌখিবা চহি কুমজা কয়া, হৌখিবা অকোনবা চহি লিশিং অমবোমদা মীবৈবাকমচাশিংগী মীনাই ওইরুবদগী অসিগুম্বা হল্লবা ফিভম অসি ওইবকখিবনি হায়না লেপনৈ। মখোযনা ইতিহাসতা মুসলিম লান্দারকপশিংনা লৈবাক সাসন তৌদুনা পথাপ নাইনা ঐখোয়গী জাতিগী থাজবা অমসুং ইজৎ পুম্নমক মাঙহন্নবা শিনখি হায়না পান্নরি। মখোয়না ঐখোয়গী নুপী-ওইবিশিংবু মাঙথোকখি, লাইশঙ কয়া থুগায়খি, তির্থ মফম কয়া থাংগী থাংদোন্দা মপাম্লোংগী কান্নবা অমসুং নুংঙাইবগী য়েংদুনা মাংহনখি। নৌনা মুসলিম ওনখিবশিংদুসু মখোয়গী জাতিগী ওইবা খোংফম মাঙখিদুনা ধর্ম্মদা হকচিনবা শাসন মওং অদু ইনখি।

মথংদা লাকপা ইংলিশ মচাশিং অদুনা অমুক হেন্না হৈ-শিংবা অমসুং হৌন-খঙবর্দি ওইবমই। মখোয়না ফোংনা মাংথোকপা অমসুং থুগাই-খোৎকাইবর্দি তৌদে, মখোযগী জাতি অসি অমত্তা ওইবা, চহি কুমজা কয়াগী থাজনরকপা পুম্নমক মাংতাকহন্নবা হোৎনখি। মখোযনা য়াম্না নত্তবা শাজৎকী ওইবা মহৈ-মশিং তম্বগী পথাপ অমা হৌদোকখি মদুনা ঐখোয়গী জাতি, সংস্কৃতি, অমত্তা ওইবা মবা চেৎনা পুম্নমক মাঙহন্দুনা মখোয়গী সমাজ অমা শাগৎনবদা মরা চেৎনবা হোৎনরকখি। মখোয়গী লাং অদুদা ঐখোয়গী মহৈ-মশিং হৈরবনি হায়না খন্নবম্বা পুম্নমক লায়না শারাক ওইখি। অদুগুম্বা মহৈ মশিং হৈবনি হায়বশিংদুনা ঐখোযগী ওইবা পুম্নমক থাদোক্লগা অঙৌবা মীশিংদুগী চাকচা হৈজা, চৎনবী অমসুং রাখন্নচিংবা অদু মতৌ তমখি। ইমা লৈবাক্কী লৈহাওদগী ওইবকপা মপা-মপূদগী ফংলকপা সম্পতি পুম্নমক মক ফুকনা মাঙহল্লকখি। ঐখোযগী জাতি কেমথবা হৌরকখি, সুপ্নগী ফত্তবা মমৈ-নপ্পাশিংদুগী ওক্ত-শাজৎশিংদুতা থনমই।

মতৌ অসুম্না হৌখিবা মীরৈবাক মচাশিংনা দমন তৌবা অকোনবা চহি লিশিং অমগী শিথরবা ছবি অসিদগী ঐখোয়গী ৱাখল লৈবশিংনা হৌজিক মতমগী লৈবাকসিদা উরিবা ফত্ত-হৌদি পূন্নমক অসি মীরৈপাকনা সাসন তৌবদগী থোরকপনা মরুনি হায়না লৌনৈ। মদুনা মবম ওইদুনা মীবৈপাক্কী সাসন হুন্দোকখিনবা হোৎনবা হৌখি। মসি মশানা তাবা তৌফম থোকপা অর্মনি।

তৌইগুম্বসুং ফিবম অসিনা থবক্কী অরোইবা নত্তে। ৱাহংদি, মতৌ কবম্না, মীবৈবাক মচাশিং লাকখি অমসুং কবন্না লৈতানা লৈখি হায়বা অসিনি। মীবৈপাক মচা লান্দাবকপশিংদু পাকচাউখ্রবা লৈবাক অসি নমদুনা শাসন তৌখিবদু মখোযগী পাঙ্গলগী শক্তিদা মথক থোংবগী মতা অদুননি? নত্তে, ঐখোয়গী ইতিহাসকী তাংকক কযাদা ঐখোযগী মীশিংনা লান্দাবকপাশিংদুদগী চাংদম্নবা যাদনা মীশীংদা, খুনাইগী শক্তিদা, নতিক মঙাল লৈবা রাজনীতিদা থৌনা ফবদা, লম্চুমদা, জ্ঞানদা যাম্না মথক থোংবা ওইনমই।

## হিরম খুদিংদা চাউবা হেল্লমই

ঐখোযগী লৈবাক্তা জাতিগী পুন্সি অসি নিংতম্না চ'ওখৎলমই। ঐখোযগী তোপ তোপ্পা সমাজগী ফিবম যাম্না অরাংবা থাক্কী রাজনীতিগী লিংদুনা থম্লবা রুহি লৈবমই। ঐখোযগী রাজনীতি খঙবা মতম অদুগী লৈবাক লৈঙাকলোনগী নীতিদা নিংথিজনা খঙলবশিং ওইবমই। কৌটিল্যাগী 'অর্থশাস্ত্র' পৃথিবী পুম্নমক্কী রাজনীতিগী সাহিত্যদা মপা লৈরমদবনি। অপীকপা লাইবিক অসি থাঙ্গৈশেংনমক ৱাখলগী পুক্কৈনি, অসিঙম্বা মতম পুম্নমক্কী ওইবা, লেংদবা, শাগোন্নবক্কবা অওইবা অসিনা মতম, মফম, দেশ কযাগী ঙমখৈ লাম্হোকখ্রবনি। মসি মহি মনাই চেন্দবা ইচম চম্বা জ্ঞানগী লাইবিক নত্তে; মতমদুদা লাইরিক অসি অহিংবা, অশেংবা লৈঙাকলোন্দা থবক্কী লমজিং

ওইরমই। ঐখোয়গী লাম্নীগী, শা-লানগী চৈফু অদু মপানগী লান্দাবকপশিংদা অকি-তুজুংনরমই। যাম্না চাউখত্তবা, অসভ্য ওইবা 'হুন' অমসুং শাকশিংগী লাম্নী কাংবুশিং মায়থিবা পীদুনা তাম্হোকখিবা অদু মতমদুগী লাম্নীগী শক্তিননি। তাম্হোকপদা য়াওখিদবা 'হুন' অমসুং শাকশিং অদু ভারত্তা লৈহৌই মখোয়দু পূম্নমক কোনশিনবা ঐখোযগী সংস্কৃতিনা মবম ওইদুনা ঐখোযগী সমাজদা চুপশিনখি।

পৃথিবী জয় তৌবক্নর্বানি হায়বা গ্রীসকি আলেকজেন্দরসু অসিগুম্বা মবাইবক নংখি। নোংচুপলোমগী কাংবুনা ইবা ঐখোয়দা তম্বীরকপা ইতিহাসকী লাইবিক্তা "আলেকজেন্দর ডি 'গ্রেট" না ভারতকি জয় তৌবম্বা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অদু "পার্সিয়া জয় তৌবা মতমদা মাযপাকপনা ময়াই কাখিদুনা মীহাৎ মীনৈ য়াম্না তৌখিবা আলেকজেন্দর অদুমক্নিনি। ভাবতকী লৈমায় যৌবকপদা মহাক্না অসুক থুনা 'পীনহৈবা' মী অমা করম্না ওইবক্লিবনো? অসিগুম্বা ইতিহাস অসি ঐখোয়না কবম্না থাজগদৌবিবনো পৃথিবীনা হৌজিকসু নোংচুপলোমগী লৈবাক জয় তৌবশিংনা পীনহৈবা ওইবকই হায়বসি যেংখিবা তারি। চহি লিশিং অনিবোমগী মমাঙদা য়াম্না লেমজনা তৌবা খৃষ্টান ট্রেনিং, 'পীনহৈবা'নচিংবা মখোযগী নোংচুপলোমগী খৃষ্টান মচিন মনাওশিংদা উৎখিবা 'পীনহৈবা' থৌওংশিং অদু পারুবদা শম চপ চপ যুংবা ব্বারীশিংনি। ইতিহাসনা উৎলিবা অচুম্বশিং অদুদি, ঐখোয় অপিকপা নিংথৌ মচা অমগী মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইবা ঙম্বা চৈফু অদু আলেকজেন্দবনা খাঙবা ঙমখিদে অদুনা মথম্নাই হিংননবা চেনবা তাখি, মদুনসু মহাক মশামকপু কঞ্জবা ঙমখিদে, ঐখোযগী থৌনা ফবা অমগী তেনগী অকনবা চৈনাদগী নাম্হোকপা ঙমদনা শিখি। শিবা যানা শোক্তুনা মহাক্না লাকপা লম্বীদা হনবা ঙমদবদগী অতোপ্পা লম্বী অমদা হনখি, অমসুং মরৈপাক য়ৌবা ঙমখিদে সুপ্নগী ইরান ফাওবতমক যৌবা ঙমখি। মতুংদা অতোপ্পা গ্রীকশিংনা লান্দারকপা অমদা লুচিংলকপা গ্রীককী জেনেরেল অদু মগধগী নিংথৌরেল চন্দ্রগুপ্তনা মপূঙ ফানা মাঙহনবা ঙমখি।

## তৌইগুম্বসুং, কায়রবা য়ুম অমা

অসুম্না, মতমদুদা মবাচেৎপা ফিবমদদি শাথিনা শোকপা মতম অমা ওইবমই, 'মহাভারত' লাঞ্জাওগী মতুংদা মতম শাংনা শান্তি ওইনা লৈরমলবসু জাতি অসিগী ঙাকশেলগী ইন্দ্রি অদু ইপং-পংথবদৌনা তৌরমই। থোক্লগদবা পূম্নমক্কী খুদোংথিবা অদু য়েংদুনা অমত্তা ওইনা পূনশিন্নবগী থবক্তু চহি কুমজা কয়া লেপখিবমই, তপ্না তপ্না জাতি অমত্তা ওইবগী ব্রাখন্দু কাওথোক্লবক্কুনা মনিং তম্বা নিংথৌমচাশিংগী লৈবাক মচা মচা লিংখৎনরমই। নিংথৌ পানবগী চৎনবী অদু প্রজাগী রাজভক্ত ওইবগী থাজনবা ওইবমই অমসুং জাতিগী ওইবা অপূনবা ব্রাখল অদু কাওথোক্লবকখি। নিংথৌ মচাশিংগী মরক্তা অমগা অমগা কল্লক য়েংথিনবা অমসুং মুক্লবনা মখোয় মশেলগী মবী য়াম্না ফৎলমদে। অমসুং জাতি অসি কায়ববা য়ুম অমগী মতৌ ওইবমই। নিংথৌশিং অদু মখোয় মখোযগী লনাই মায় পাকপনা ময়াই কানরমই, মরুপনা কনানো য়েক্লবনা কনানো হায়বগী খেন্নবদু খঙনরমদে। মখোযনা লৈবাক্কী মফম অমদা য়েক্লবশিংনা লুটপাট তৌববদা জাতিবু ঙাক শেনগনি হায়বা অহানবা পাবা অদু ফাওবা কাউথোকলম্লে। মীবম মচানা লান্দবক্লবদি জাতিগী নিংতম্বা হাযবসি খাইদোকপা যাদবনি হাযবা নির্ংশিংলমদে। ফল অদু পূম্নমক্তা মাঙ-তাক্লিঙাই ওইবক্কনি, ঐখোয়গী নুংশিনা থমজবিবা অশেংবা পোৎশিং, লম্বুম অমসুং চাউখৎপা পূম্নমক উফুল তানা তকখাযবগনি হায়বা কাউথোক্লমই। ঐখোয়গী লৈবাক্কী শক্তি উবদা অকি তুজুংনরম্বা য়েক্লবশিং অদু "ইকাইখুম্নরবা অতিথি ওইনা লৈবাকসিদা লাকপ্লে অমসুং লৈবাক জয তৌবা শাসন কর্ত্তা ওইবকখ্রে। মুসলিম লান্দাবকপশিং অদুগী মমাঙদা দেশনা মায়থীখিবগী ব্রারী অদু কয়াদা নুংঙাইতবা ব্রারীনো? মখোয়গী প্রোফেট অদুনা শিখিবা কুমজা অদুগী মনুংদা মুসলিমশিংনা ইউবোপকী খা থংবা লৈবাকশিং স্পেন, পোর্টুগাল অমসুং 'এশিয়াগী শককশিংদা যৈথায় থিঙায় লৈতনা প্রশান্ত মহাসাগর য়ৌনা চঙশিল্লক্লমই। আটলন্টিক মহাসাগবদগী প্রশান্ত মহাসাগব ফাওবা পাক চাউনা শন্দোকখ্রবা সম্রাজ্য অমা ফংলবা

ফাওবদা মখোয়গী অপাম মিঠৌবগী মিৎযেং অদু ঐখোযগী লৈবাকলোমদা ওনশিল্লক্লমই। মখোযনা মাযকৈ অনিদা চঙশিল্লক্লমই, অমনা সীঙ্কবোমদা অদুগা হিমালয চিংশাং লাম্বোক্লগা আফগানিস্থান ফাওদুনা পঞ্জাবতা চঙশিল্লক্লমই। পাক-চাউববা সম্রাজ্য অমগা অচৌবা লাশ্মী তোঙ্গোলশিং কযা মখোযগী হুকুম মখাদা লৈবফাওবদা, ঈথক্কী মতৌগুম্বা অমগী মথংদা অমনা লান্দাবকপদু চহি কুমজা অনিদা অপিকপা হিন্দু নিংথৌপানবা লৈবাকশিংনা ঐখোযগা অরাং-নোংচুপ থংবা ঙমখৈশিং নিংথিজনা ঙাকপা ওল্লমই, অসুম্বা হিন্দুগী লানগী থৌনাফবা অমসুং হৈ-শিংবনা মুসলিম মপৈ মপৈগী তর্কশিনবগী শক্তি অদুদগী চাংদমনঙাই লৈতনা হেল্লি হায়বসি প্রমান ওইবমই। হিন্দুশিংনা মমৈদা পুমতু তুথখিবা অদু মখোয মশেল কাযনবা, লৌনম তৌদুনা থাজবা মাঙহন্নবকপা অমসুং মখোযগী লাশ্মাশিং শোন্থহনবা আসনা মবর্মানি। দেশকী মফম অযাম্বদগী মমা লৈবাক কন্নবগীদমক থেংনবা লানফর্মশিং চথনবা মতম মতমগী ওইবা মতেং পীনবসু তৌনখিদ্রে।

মুসলিমশিংনা মতুংদা অথুকপা পোকখিবা ঐখোযগী লৈবাক অসিন হৌগতুনা অমত্তা ওইনা লেপ্পসু তৌখিদ্রে। অমগা অমগা কায়নবা, থাজবা মাঙহন্নবগা, মশা মতোমতা শিজনবগী রাবী ওইখ্রে। গজনীগী মহম্মদনা শেংলবা সোমনাথ মন্দিব মাংথোক্লবা অমসুং লুট তৌনবা চঙশিল্লকপদা ঐখোয ইশামক্কী সন্দাবশিংনা লমজিংলকখি অমসুং মতেং পীখি। অদুগা জয়চান্দনা মহম্মদ ঘোবিবু ভাবত্তা লান্দবক্লবা 'বার্তন তৌখি। মতৌ অসুম্বা ইন্দ্রপ্রস্তগী কোনুংদা ইহান হানবা ওইনা মীবৈপাক মচা মুসলিমশিং শাসন তৌদুনা পান্নবা হিন্দু নিংথৌশিংনা যেক্লবশিংদা মতেং পাংখি। জয়চান্দ গুম্বা মী জাৎকি মশিং অসুম হেঙ্গৎলকখি। অকববগী পাকচাউববা সম্রাজ্যগী যাম্না মক ওইবা মীশক অমা ওইখিবা, মতম অদুদা দেশকী নীঙ-তম্বগী মৈবাদু রাংনা চাকহন্দুনা থমখিবা বানা প্রতাপপু যাম্না লাক্লখিবা হিন্দু লুচিংবদু মহাক্লি। মিবজা বাজা জয়সিংহ, জশোবন্ত সিংহ অমসুং অতৈ হিন্দু জেনেবেলশিংনা ঙাংন-শানবা যাদনা, হিন্দুবু যাম্না তাথিবা ঔবঙ্গজেবকী

শক্তি লৈববা খুৎ ওইবমই। ঔবঙ্গজেবকীদমক্তা হিন্দু লুচিংবা শিবাজীবু মক ফুক্তোক্তুনা মাঙহনগে হোৎনখিবদু মখোযদুনি।

ঐখোয়গী মচেৎ মচেৎ তাখিবা অদু অসুপ যাম্না শাথিবমগ্রে মদুদি বাখটিয়াব খিলজীনা দিল্লিদগী নোংপোক পাংনা মহাক্কী মখাদা মী তবানিপালখক্তুগা লোযনবগা মহাক্কী থাংশাংগী শক্তিতনা বেঙ্গল য়ৌবা ফাওবা চঙশিল্লক্লমই, মখোযগী মমাঙদা লৈবম্না মী মখৈ তকখযদুনা হাৎপা, পুন্নমক ধর্ম্ম ওলহনবা, নুপী ফাবা, লাইশঙ থুগাযবা, নিংথৌ পানবা লৈবাক মখৈ থুগাযদুনা মাঙহনবা অসিনা মখোযনা চৎখিবা লম্বীদা থন্নম্ব' দৃশ্য ওইবমই। মতম অদুগী পৃথিবী ফাওববা নলন্দা বিশ্যাবিদ্যালয়গী ছাত্র অমসুং ওজা লিশিং কযা, যাম্না নুংশিহৈতবা মওংদা শা ঙা হাৎপগুম্না হাৎখিবমই। সহব অদুদা লৈবম্না মীশিং অদুসু মহাক্কী থাংগী মযাদা চৎখিবমই। চহি লিশিং কয়া তুংশিন্দুনা থম্নম্না জ্ঞানগী লনগৈনি হাযনা লৌনবম্না লাইব্রেবী অদু তুমনা মৈ থাদোক্লমই। মমৈদা মহাক্না বেঙ্গলদা মহাক্কী শাসন লিংখৎলমই।

মানুক্সি (MANUCCI) কৌবা ঔবঙ্গজেবকী লাশ্মীদা থবক তৌবা ইটালিযান অফিসাব অমনা লৈবাক থুংনা কোযনা চক্তুনা যেংলুববা মতুংদা মহাক্কী ডাযাাবিদ' অসুম্না ইবমই, "লান্দাবকপা অমনা ঙসি লাশ্মী লিশিং কুস্থাখকতং লোযনবক্লগা থায়বব পাস লাম্থোক্তুনা লৈবাকসিদা খোঙদাববদি মহাক লাযনা মায পাক্কনি অমসুং হিন্দুস্থান পুন্নমক শাসন তৌবা ঙমগনি"। অসিগুম্না বেকোর্ড অমসুং থৌদোকাশং ঐখোযগী ইতিহাসকী লামায খুদিংদা হক্তুনা থনম্লবনি, মতম অদুদা, মশেল লান তৌনবা নমথাক তৌনবা, যেক্লবগ' খুৎশম্নদুনা লৈবাকসিবু মীনাই ওইনবা শীনবগী থৌদোক মবাং কাযনা উবা ফংই।

মথম্তা শিজনবা ওইবা নমথাক তৌনবগী ম্বাবীশিং বৃটিশ লাক্লবা মতুং ফাওবা চথবমই। মুসলিমশিংনা ভাবতা লান্দাবকপগী পাবাশিং অদু ঐখোযনা তম্বদি লাইবদুনা মিৎ উইশিন্দুনা লৈ। হিন্দু কেপ্টেনশিং সিফাইশিংনা বৃটিশ সম্রাজ্য তেক্ত-কাইদনবা, মন্না-চেৎননবা মশা মশাদগী

ঈ শিন্থখি। ঐখোয়গী ইনাকখুনবা ললোন-ইতিক তৌবশিংনা শেন্থুম য়াম্না বৃটিশতা মতেং পাংখি। ঐখোয়গী পোখোক চাথোক, মী, শেন্থুম অমসুং রাখল লৌশিং পূম্নমক বৃটিশ মচাশিংগী খুয়াদা লার্নশিল্লমই। মখোয়না ঐখোয ইশামক্কী খোংদা থাংননবা য়োংইং-কোহলৌ লাকশিল্লি। ইংলিশ ইতিহাসকাব অমনা অসুম্না ইবমই, ইংলণ্ডদা লৈবা থবক ওল্লিবা মী পূম্নমক অসি খুৎলাই পায়হন্দুনা লাম্মী তেঙ্গোল অমা শেমগৎলবসু মখোযনা ভাবত জয তৌবা নত্রগা শান্তি ওইনা লৈবাকসিবু শাসন তৌবা ঙমলোই। অশেংবানি লমদমসিগী মীশিংনা মখোয মশেল অমগা অমগা লাল তৌনদুনা ঐখোয বৃটিশাশংগী নিংথৌ পানবা লৈবাক শেম্বীবি। হৌজিক ফাওবসিদা মখোযশিংসিনা ইংলেণ্ডগী হায়বা ইনবা মীনাই ওইনা লৈবদা মখোযগী অপেনবা লৈ"।

## ইতিহাসনা চেকশিন্নবা হায়বীবা

ইতিহাসনা পীবিবা বায অসি শোযফদে হাযবসি তশেংলে। মসি জাতিগী ওইবা রাখল লৈতবা, অপূনবা জাতিগী অমত্তা ওইবা হকচাং কযাৎ অদুবু মশেল য়েংথীনবা, য়ানদবা, কল্লকনবা, মশেল কবিসু লৈতবা মশাগী ওইজবা খবগীদমক খৎনবা, মদুনা ন্যাশনগী হিংদুনা লৈননবা শক্তি পূম্নমক মাঙহল্লি, মসি হৌখিবা চহি লিশিং অমবোমসি অসুম্না তৌদুনা লাক্লবনি।

মুসলিম অমসুং ইংলিসশিং অসি ঐখোযগী যেক্লবা নত্তে তৌইগুম্বসুং ঐখোয ইশামক অসি ঐখোযগী যেক্লবনি। গীতানা অসুম্না হায:

আত্মৈব হ্যাত্মনে বধুশাত্মন:।

(ঐখোয, ঐখোযগী মকুপনি, ঐখোয ঐখোয়মক্কী যেক্লবনি) ওস্লোকপনি, ঐখোযদদি অকোনবগী অসিনা হেন্না চুমলে হায়বা প্রমান ওইবে।

মবম অদুনা মীবম মচাশিংনা লান তাশিল্লকপা অদুনা ঐখোযবু লৈখা ওাইনবা অমসুং মাঙতাকহন্নবগী দাযী ওই হাযদুনা মখোয়দা শাপ তৌকবগী

কান্নবা লৈতে। লুট পাং তৌবা জাতি অমনা, অতোপ্পগী লৈবাক্তা লান্দাবা অশোনবা লৈবাকশিংদা শবা শনবা, মাঙহন তাকহনবা হায়বসি মশানা তাবনি। লিন অমনা মী অমদা চীকলবদি মীদুগীদি মবাল লৈতে, লিন অদুগী মহৌশাগী ওইবা মচৎনি। মবাল লৈবিবদি লিননা চীক্লবা মী অদুগী মবালনি। লিননা চীক্লবা মী অদুনা মশানা মশাবু চেকশিঞ্জবা, মশা ঙাকশেন্নবা তৌজবা তাবনি। লাইবক থীবদি হৌখিবা চহি লিশিং অমগী, ইতিহাস অসিগী মনুংদা ইকাইনঙাই ওইবা অমসুং খুদোং থীবা কযা থোকখিবগী থৌদোক কয়া হন্না হন্না থোকখ্রবদা ঐখোয় যাম্না য়ুম্ফম ওইবা পাবা অমদি ইতম তমহৌদ্রে, পাবা অদুদি ঐখোয় ইশামক অসিনা ঐখোযনা লৈখা তাখিবগী দাযী পুগদবান হায়বসিনি, অদুগা ঐখোযনা শিবা যাবা অশোনবা অসি কোকহন্নবা হোৎনদ্রবা, অদু ওইববদি জাতি আস হিংননবা আশা তৌনিঙাই লৈতে।

ঐখোয় হৌজিক হায়বিবা পাবা আস তন্লব্রা? ঐখোয় হৌজিক নীংতম্বা ফংলে, ঐখোয় হৌজিক হিবম খুদংমক্তা চাউখৎলে অদুনা মমাঙদা ঐখোযনা শোযখিবশিং অদুগীদমক্তা ব্রাকনঙাই থোইনা লৈতে; অসুম্না হায়নবি। অদুগা ঐখোযনা নীংতম্বা ফংলবসি ঐখোযগী থৌনা ফবগী শক্তি অমসুং কথোকপতনা ফংখিবনি, হায়বসি অচুম্ববা? মদুনা অচুম্বা ওইবদি, মতৌ কবম্না বৃটিশনা নীংতম্বগী লানফম অমত্তা থেংনখিদবা বর্মা অমসুং সিলোন নীংতম্বা ফংখিবগে, কথোকপগী থবক অমত্তা যাওখিদবা মুসলিমশিংনা পাকিস্তান কৌবা নীংতম্বা ষ্টেট অমা কবম্না ফংখিবগে। অদুগা ঐখোযগী লুচিংবাশিংনা মচেৎ তাদবা ভাবতর্কা নীঙতম্বা ফংননবা হন্না হন্না লাউথোকখ্রবসু তুমিন্না যাথোকখ্রিবা অদুনা কবিগীনো। মদুগী অচুম্বদি অসিনি, অকোনবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অদুগী মতুংদা বৃটিশকী অথাপ্পদা লৈবা পাক-চাউববা সম্রাজ্য অদু ঙাকশেন্দুনা চলাইনবা শক্তি অমত্তা লৈবমদ্রে। অমবোমদা ইণ্ডিযান আর্মিনা মখোযদা থাজবা লৈবমগনি হায়বা চপ চাবা শোয়দবা অদু খঙলমদে। মীতা লুববা বৃটিশনা লৈবাক পূম্নমক থাদোক্লম্লবসু পাকিস্থান অসি মখোযগী তুং-কোইনা থাজবা থম্নবা লেঙদবা য়ুম্ফম অমা

থম্লনবা শিল্লমই। সাব জোন ষ্ট্রাচে Sir John Strachy না ইবা কুইববা লাইবিক অমদা, অইবা অদুনা শতাব্দী তংখায় অমগী মমাঙদা বৃটিশনা ভারত থাদোক্লগনি, তৌবতবু মখোয়না ভাবত অসি হিন্দু ইণ্ডিয়া অমসুং মুসলিম ইণ্ডিয়া হায়না খায়দোক্কুনা থাদোক্লমগনি। হৌজিকতা খেন্নবিবা হায়ববু ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা বৃটিশকা য়ানদুনা থৌশিল অদু পাঙথোকখি, তৌইগুম্বসুং মখা তাবদা ভাবত 'মুসলিম ইণ্ডিয়া' অমসুং নন-মুসলিম ইণ্ডিয়া হাযদুনা অনি থোক্লা খায়দোকখি।

## 'কোজ এণ্ড ইফকেষ্ট' কী লো

পাকিস্থান লৈবাক অমা শেমখিবসিনা প্রমান ওইবে মদুদি ঐখোয হৌজিক ফাওবা ইতিহাসতকী পাবা অমত্তা তমখিদে অদুগা ঐখোয়গী শিবা যাবা অশোনবা কযা অমা কোক্লনবা হোৎনখিদে হাযবসিনি। বৃটিশনা ভাবত থাদোকখিবা মতমদা হিন্দুশিং অসি যাম্না শাথিবা মওংদা পূনশিনবা ঙমদবা অদুগা জাতিগী লুচিংবশিং অদুসু বৃটিশকী লৌতুনবা শাজৎ অমসুং মুসলিমশিংগী তোযনা থোকপা শাথিবা লান্দাশিনবগী মওংদু মাযোক্লবা ঙম্বগী শক্তি উৎসাহ লৈবমদে, লৈবাক অনি থোক্লা খাযদোকপনা মদুগী ফল ওইবমই। 'হিষ্টোবি বিপীটেড ইটসেলফ' হাযনৈ। ওস্থোকপনি, ঐখোযনা ইতিহাসতগী কবি পাবা তম্লবগে হাযববু ঐখোয়না ইতিহাসতকী কবি অমত্তা তমদনা হাযবদু ওইবে। ঐখোযগী ইমা লৈবাক্কী চাউখ্রবা শরুক অমা, পঞ্জাব তংখায অমা, বেঙ্গল তংখায অমা সিণ্ড, ফ্রোন্টিযাব প্রোবিন্স অমুক হন্না যেক্লবগী মখুৎ চনখি।

হাযবিবা লৈবাক্কী শরুকশিংসি মতম অমদা হিন্দু জাতিগী চাউথোকচনঙাই ওইবা মফমশিং ওইবমই। পঞ্জাব অসি 'বেদ'গী পোক্লফম ওইবা, ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংদগী ফংলকপা খ্বাইদগী অশেংবা ওইববা সম্পতিনি। ঐখোযগী অচৌবা ঋষিশিংনা সিন্ধু তুবেনগী

তোর্ববান্দা ধ্যান তৌরমই। বেঙ্গল অসি মুণি ঋষিশিং, কবিশিং অমসুং রাষ্ট্রবিপ্লব কয়াগী পোক্লফম লমদমনি। নোর্থ রেষ্ট ফ্রোন্টিয়ার প্রোবিন্স চহি লিশিং অমগী মমাঙগী মতমদগী ঐখোয়গী 'লৈঙাকপগী লাইভ-লাইন' ওইদুনা লাকপনি। মসি ঐখোয়গী নীঙতম্বা অমসুং শক্তি লৈরবা হিন্দু রাজ্য অমগী তৌগদবা নত্রগা তৌরোইদৌবা থবক পূম্নমক লম্বী অসিদা তারিবনি। তৌইগুম্বসুং চহি চা কয়ামরুমগী মমাঙদা হায়রিবা দেশকী শরুক অসি মুসলিম লান্দাবকপশিংগী মখুত্তা তাখিবনি। মতুংদা মুর্সালমগী নাই-ওইবা তোক্লুনা অতোপ্পা য়েক্লবা বৃটিশকী শাসন মখাদা তাকবনি। হৌজিক মখোয অমুক হন্না মুসলিমগী মরুম থুপখিবনি।

হিন্দু নুপা নুপী লক্ষা কয়া হায়রিবা প্রোবিন্সশিং অসিদা কোল্ড ব্লড'তা হাৎখি, হায়রিবশিং অসি লমদম অদু ১৯৪৭ তা মুসলিমগী নাই-ওইখিবদগীনি। ঐখোয়গী নুপী ওইবীশিংগী সন্মান ইকাইখুম্নবা পৃম্বা খোঙনেৎনখি, থাঙগী থাঙদোন্দা পাকশন্না নমদুনা ধর্ম্ম ওলহনবগী থবক চখিখি। চহি লিশিং অমরোমগী মমাঙদা মুসলিম য়ুমলিংদবা লাম্মী মপৈ মপৈনা মীওইবগী শাজৎ নন্তবা মওংদা মীহাৎ-মীপুন তৌখিবা মতৌ অদু অমুক নৌহৌনা চখরকখি। অকিবা মতৌ অদু অমুক নৌহৌনা চথরকখি। অকিবা মতৌ অদু হৌজিক মতম ফাওবা য়াম্না চাউখত্তবা মওংদা চথদুনা লৈরি, মদুগী ফল ওইনা, য়ুমতাক্লবা মী লিশিং কয়া নোংমগী মতুংদা নোংমা নোংচুপ বেঙ্গলনচিংবা মফমদা চেন্নরকপা লেপত্রি,

জাতি ওইনা অব্রাবগী মশক ওইবা থৌদোকশিং অদুগী হৌরকফম মরম থিগৎনবা, মতমদুদগী চহি লিশিং অমগী মমাঙ, হৌজিক্লা চহি লিশিং অমগী মতুংদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসি হম্বুনা য়েংলুবদা চপ ইমান মাস্নে-হিন্দুশিংগী মনুংদা অপূনবা লিচিং অমা শেমগৎপা রাৎপদগীনি। ডি কোজ এণ্ড ইফফেক্ট' কী লো অসি মতমগী অমসুং মফমগী ঙমখে খঙদে। হৌম্নবা চহি লিশিং অমগী ইতিহাসকী লমায় খুদিংদা তমথীরবা অচুম্বা লেপ্তুনা চথরিবা অসিগী লোম্থোক্তবা সাক্ষী ওইরি।

হৌজিক ঐখোয় বৃটিশশিংনা লৈবাক অসিবু থাদোক্লম্লবা মতুংদা ঐখোয়গী খুত্তা তাহৌরবা লমদমশিং অদুগী ফিবম কমদৌরম্বগে হায়বদুদা অমুক মায় ওনশিল্লসি।

## জয়চান্দগুম্বা মী জাৎ কয়া অমা

অহানবা 'পার্টিশন'গী মতুংদা অমুক কাশ্মীর পার্টিশন ৱাফম লাকখি। যৌদোক অমদা ঐখোয়গী লৈখিদ্রবা প্রধান মন্ত্রী পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুনা কাশ্মীর সমস্যা অসি শান্তাইননবা পাকিস্থান্না লৌশিনখিবা কাশ্মীরগী শরুক অমা পাকিস্থান্দা পীথোকখিসি হায়বগী অপাম্বা ফোংদোকলমই। মতমদুগী ঐখোয়গী লুচিংবশিংদুনা কাশ্মীব মনুংদা 'প্লেব্রিসিট' তৌনবা ৱাফম পুথোকখি। মসিনা কবি তাক্লিবগে? হাকচাংগী কাযাৎ অমা অশোক অপন থোক্লবা মতমদা শোক্লিবা শকক অদুগী মরাইবক লেপ্পনবা শোক্লিবা শকক্তুগী মবাইবক লেপফম থোক্লা? মতৌ অসুম্না প্লেবিসিট তৌবা তারবসু ঐখোয়গী লৈবাক খোৎ খোৎপনা তৌগদবনি। কাশ্মীবখক্তদা প্লেবিসিট তৌবা তারবদি ঐখোয়গী ইমা লৈবাক্কী অপূনবগী ৱাখল্লোন অদু ঐখোয়গী ৱাখন্দা পুন্মাঙ মাঙখিবা য়াই। মদুগীসু মথক্তা, অসিগুম্বা কায়ফম মরি অসি লোলগী, ধর্ম্মগী, কাংলুপকী অমসুং পার্টিগী ওইবা ৱাফমদা ঐখোয়গী মরক্তা হেন্না হেন্না লাউথোক্কনি। খুদিংমক্কা লেপখত্তুনা মহাক্কী লোলদু লোনবা তোঙানবা ষ্টেট অমা দাবী তৌরদুনা, মহাক্কা ইউনিয়ন অসিদা লৈবা তাববসু য়াম্না কোম্বা ফেডরেশন, শক্তি য়াম্না লৈবা ষ্টেট অমগী দাবী তৌরক্কনি, অসুম্না তৌববদি সেন্ট্রেল ওথোরিটি অদু মমিংতা ঙাইবা অমা ওইরক্কনি।

অসিগুম্বা মশেল কল্লক য়েংথিনবগী শাপ অসিনা ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সি অসি হৌখিবা চহি লিশিং অমা অসি শারেনশং ওইহনখি। হৌজিক কান্দসু প্রোবিন্স, পার্টি, লোল কাংলুপনচিংবগী নুংশিবগী অনৌবা ফিজোন্দা শয়তানশিংনা জগোই শাবি। মতম অমদা অন্ধ্রগী থোইদোকপা লুচিংবা অমনা তোঙানবা অন্ধ্র ষ্টেট অমা শেমদ্রবদি মহাক্লা পান্দম অদু ফংননবগীদমক রুশিয়াগী

মতেং লৌগনি হায়না ফোংনা মীয়ামদা লাউথোক্লমই। অসুম্না শকথংনরবা শিখ লুচিংবা অমনা পঞ্জাবী সুবা অমা শেমদ্রবদি শিখ পুম্নমক কম্যুনিষ্ট ওল্লগনি হায়না কিহল্লমই। চাইনিজ লাম্মীশিংনা ঐখোয়গী ওমখৈদা লেপ্পরবা মতমদা অসিগুম্বা ঝাঙাং-শাঙাং অসিনা করি অর্থ লৌনবা য়াবগে; লান্দারকপশিং অদুবু মনুংদগী মতেং পাংগে হায়না বার্তন তৌবোইনা থোকলোইদ্রা, নীঙতম্বা ষ্টেট অমা শেম্বদা মীরম মচাশিংনা মখোয়দা মতেং পাংবিবক্লবা পুক্লিং থৌগৎপা ওইনা লৌরোইদ্রা? চহি খরগী মমাঙদা লুচিংবা অদুমক্লা পাকিস্থানগী মতেং ফংননবা লৈবাক অদুগা য়াম্না চান্নশিনবা মতৌ উংখি। অদুনা, ঐখোয়না ঐখোয়গী লৈবাকসিদা জয়চান্দ অমসুং মানসিংহ গুম্বা মী জাৎ অসি মপৃঙ ফানা উখিদ্রে হায়বা য়াবিদ্রা?

## ইতিহাস অমুক হন্নকপা

অসিগুম্বা জাতিগী ঝাখল চেন্দবা মাঙনবগী মশক ওইবা লায়না অসিনা মরুপ্না কনানো, য়েক্লবা কনানো হায়বা খেন্নবা খঙদোক্লবগী শক্তি হৌজিকসু লৈত্রি। মতম অমদা, নোংমা মখোয মশানা 'নন-ব্রাহ্মিন' হায়না কৌজবা মী খরনা নাগপুরদা সভা অমা পাঙথোক্লমই। সভা অদুদা মুসলিম খৃষ্টান্নচিংবসু ঝা ঙাংবদা য়াওরমই। অঙকপা পোক্লদুনা কনফরেন্স অদুগী শিল্লি-লাংলিবশিং অদুদা মুসলিম খৃষ্টানশিংসু সভা অদুদা য়াওহল্লিবা করিগীনো হায়না হংবদা শিল্লি-লাংলিবশিং অদুনা মখোয় 'নন-ব্রাহ্মিনশিংনি অদুনা সভা অসিদা যাওবা য়াহল্লিবনি হায়না খুম্নবকখি। হিন্দুশিং অসিগী মনুংদা জাতি কাংলুপ কয়া লৈরবসু মখোয় অপূনবা সমাজ অমা ওইবিবনি হায়বা ইচম চম্বা অচুম্বা অসি শিল্লি-লাংলিবশিংদুনা য়াবমদে। মুসলিম অমসুং খৃষ্টানশিং অসি মীতোপনি মখোয়বু ব্রাহ্মন নত্তবা হিন্দুশিংগী মবক্তা তিলহনবদি চুমলোই।

মসি খন্নবা য়াদবনি অদুবু অচুম্বনি, মদুদি ১৯৫৯গী ইলেক্সনদা মুসলিম অমথক পঞ্জাবকী অম্বলা কনষ্টিট্যুয়েন্সি মীরেপ অমা ওইনা কারকখি, মফম অদুদা মুসলিম ভোট ওইবসি মহাক মশা মথক্তনি অতৈ অতোপ্পা ভোটবশিং

অদুদি হিন্দু ওাক্তনি, মখোয়শিং অদু চহি তরারোমগী মমাঙদা মুসলিমশিংগী মখুত্তা হায়ফম খঙদবা মখৈ তমথীবা মওংদা মীওং মীনৈ নংত্নবা ওাক্তনি।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী মফম অমত্তদা মশেল ওনশিন্নদুনা খংনদবা লৈতে। মফম খুদিংমক্তা ঐখোয়গী মীশিংনা য়েক্লবশিংনা খুদোংচাবা লৌখিনবা মখোয়গী ফিবম চেংশিন্নবা মফম শেম্নীখিবা ওাক্তনি। অসামগী জুলাই ১৯৬০গী এপ্রিল বেঙ্গলি রাইওং থোকখিবদা বেঙ্গলি হিন্দুশিং মফম অদু থাদোক্লুনা চেন্নখি, মদুনা মরম ওইদুনা ষ্টেট অদুদা হিন্দুশিং মীশিং য়াম্না হন্থখি মদুনা মুসলিমশিংদা য়াম্না কন্নখি। অসামিশিংগা বেঙ্গলিশিংগা য়েংথীনবা অমসুং মশেল য়ানদবদগী মুসলিমশিংদা য়াম্না মতেং ওইখি, মদুনা সাধারণ ওইনা প্রোবিন্স অদুদা হিন্দুশিংগী মথক্তা ওং-নৈবা হেঙ্গংহনখি।

অচুম্বনি, শ্রীহং (শিলেট) জিলা পাকিস্থান্না লৌখিবা অদু অসামি বেঙ্গলি য়ানদবদগীনি। ইং ১৯৪৭ তা শ্রীহাং জিলা অসি ভারত্তা লৈহৌগদ্রা নত্রগা পাকিস্থানদা চংকদ্রা হায়বা লেপ্পনবা প্লেবিসিট অমা পাংথোকখি। হিন্দুশিং, অসামি বেঙ্গলি খংনবা অমসুং মশেল কল্লক য়েংথীনবদগী ভোট থাদবদা কনাসু থৌশানখিদ্রে। তৌইগুম্বসুং মুসলিমনা রাজনীতিদা হৈশিংনা অমসুং চেকশিন্না চংপদগী মখোয়গী মীশিংদু অবাপ্পা অমসুং অনকপদগী থাংদোক থাংজিন তৌদুনা পাকিস্থানদা তিন্নবা অমত্তা ওইনা ভোট পীখি। হিন্দু মেজোরিটি ওইবা লমদম অসি পাকিস্থানদা তিনখিবা থম্মোই শোকপা ব্রাবীনি।

## মীরৈবাক মচাশিংগী লাং

ঐখোয়গী লৈবাক্কী মী-শিংনা ঐখোয় দেশ অমগী মচানি, অপূনবা সংস্কৃতি অমগী মরী লৈনরিবনি হায়বা ভাব তানবা ব্রাংপদগী থৌশিল থৌরাং হৈবা মীরৈবাক মচাশিংনা মশেল কায়ননবা মক হুনবদা য়াম্না লৈহাও ফবা লমদম ওইহল্লি। লাইরিক লাইগু হৈদুনা জ্ঞান তারবশিং ফাওবা মখোয়গী থাজবা মাংহন্নবা প্রোপেগণ্ডা অদুনা লায়না হুমদুনা পুখিবা ওম্নই। খুদম ওইনা

হায়রবদা, তোঙানবা দ্রাবিদনাদ ষ্টেট অমা শেমননবা হোৎনখিবা অদু মীরৈপাক মচাশিংগী থৌশিল হৈবা কোক্তগীনি। মদু অহানবদা মীরৈপাক খৃষ্টান মিসন্যারিশিংনা টামিলনাদুগী খুঙ্গং অমসুং সহর কয়া থুংনা কোয়না চৎলমই অমসুং মতম শাংনা থৌরাং পৃন্না শিন্দোক্লবা মতুংদা অতৎ অথম নাইদনা, লমহেনবা শাজৎকা লোইনবা প্রোপাগন্ডা অমা শন্দোক্লমই, মদুনা হায়রমই টামিল সংস্কৃতি টামিল লোল অমসুং টামিলগী পূম্নমক ভারতীয় সংস্কৃতি অমসুং লোলগা পৃমখেল খৈন্নে অদুনা টামিলিয়ানশিংনা মখোয়গী তোঙোনবা মনীঙ তম্বা লৈবাক অমা শেমজবা য়াই, মখোয়না 'টিরুক্কুরাল' ফাওবা মওং কায়না অর্থ হন্দোক্তুনা সাধারণ প্রজান লৌশিনবা ঙম্নবা হু চেল্লবা ঠিওরি অদু শন্দোক্লমই। তৌইগুম্বসুং অঙকপদি লাইরিক লাইশু নিংথিবনা হৈরবা মীশিং ফাওবনা মখোয়না থাকলিবা লাং অদু উবা ঙম্লমদে। থাঙ্গশেংনা হায়রবদা মখোয় অয়াম্বদি য়েক্লবশিংনা শাম্নরিবা অদুদা চাউথোকচবা মতৌ ফাওবা উৎলমই। মখোয়দা ব্রাখল পীরিবশিং অদুগী যুক্তি অদু মীরৈবাক মিসন্যবিশিং অদুনা হায়বা ঙাংবা অদু তেনবাদৌনা মতৌ তম্বনি।

দ্রাবিদানাদ মুভমেন্ট শৌগতুনা পীনখিবা যুক্তি মথাগী অসুম্ননি, হৌখিবা মতমদসু ভারত সংস্কৃতিগী ওইনা অমত্তা ওইরমই, ষ্টেট কয়ামরুম অমসু লৈরমই। অদুনা হৌজিকসু ঐখোয়গী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক ঐখোয়গী অপাম্বগী মতুং ইন্না তোঙানবা ষ্টেট অমা শেম্বদা কবি কায়, অদুগা লোযননা ভারত সংস্কৃতিগী অমসুং আধ্যাত্রিক্কী লম্বীদা অমত্তা ওইনা ভারত শীনবা থুংনা তীর্থ যাত্রা চৎলু, মদুদা করি অমাঙবা লৈ। থাইন মমাংঙৈদা অপিকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক মচা কয়ামরুম লৈরমই, মতম শাংনা ঐখোয় সংস্কৃতিগী ওইনা অমত্তা ওইরমই। তৌইগুম্বসুং, মসিমসু চুমই, মদুদি লৈবাক্কী অথোই অহেনবা নিংথৌশিংনা লৈবাক পূম্নমক অসি অপুনবা শাসন অমগী মখাদা থম্নবা খিংঙমদবা ইছন অমা লৈরমই হায়বসিসু অচুম্বনি। 'রাজসুয়' অমসুং 'অশ্বমেধ' যজ্ঞ পাংথোক্তুনা চক্রবর্ত্তি অমগী

মথাদা থোইদোক হেন্দোকপা রাজনীতিগী শক্তি তান্নরমই। যজ্ঞশিং অসি পাংথোক্লিবা নিংথৌশিং অদু অতোপ্পা নিংথৌপানবা লৈবাকশিং অদুবু নমথদুনা নত্রগা শুমদুনা চাগে হায়বনচিংবা মশাগী ওইজবতা ম্রাখল অমত্তা লৈরমদে। রাজচক্রবত্তি অমনা অপীকপা নিংথৌ মচাশিংনা পানবা লৈবাকশিংদা শুপ্নগী শক্তি লৈবা কেন্দ্রগী লৈঙাক শাসন অমদা রাজভক্তি উৎপা অদুদা পান্নখ্রনি, মসি নত্তবা অতৈদি নিংথৌরেল অদুনা নিংথৌমচাশিংদু হান্নগুম্না অদুম ঈংনা পাঙবা য়ারমই।

মদুগীসু মথক্তা, ইতিহাসতা লৈবাক অসিদা তোঙান তোঙানবা রাজ্য কয়া লৈরম্বগী রেকোর্ড ফংই, য়াম্না নুংঙাইতবা অচুম্বদি ওইবা রেকোর্ডশিংদি অপিকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক মচাশিং লৈরম্বা অদু অমগা অমগা তিন্নবা য়াদে অমসুং য়েংথিনবমই। মদুনা লান্দারকপা য়েক্লবশিংনা লৈবাক অসিবু হৌখিবা চহি লিশিং অমরোম হেনবসি মীথা পোলহন্নবা মরম ওইহনখি। ইতিহাসনা মতিক চানা প্রমান তৌখ্রবনি, মদুদি দেশকী শরুক অমগী মরাইবক অসিগা লেমহৌরিবা দেশকী শরুকশিংগী মরাইবক্তা য়াম্না মখী লৈনে। ড্রাবিদনাদ ষ্টেট অমা শেম্বদা য়াম্না পুক্লিং থৌগৎলিবা অসি শেম্বুমগী কান্নবনা মরম ওইবনি, মীরৈপাক্কী শক্তিশিংনা খোইচাক থাদুনা মখোয়গী ছত্রং পো ওইনবা শিল্লিবনি। মসিনা মরম ওইদুনা ড্রাবিদনাদ হায়না কৌরিবা ষ্টেট অসিদা নত্তনা লেমহৌরিবা ভারত পূম্নমক মমাঙদা তৌখিবগুম্না মাঙননবা লম্বী ওইবক্কনি।

## হু চেনবা মরু

ঐখোয়গী হৌজিক্কী কনষ্টিট্যুসন অসি শেমলম্বশিং অদুনসু অমত্তা ওইবা জাতি, অমত্তগী ওইবা ন্যাসনহুড অমগী চপচাবা অচেৎপা মরা তাধা কনষ্টিট্যুসন অমা শেম্লনবা কম্না থাজদুনা ঐখোয়গী ফেডেরেল কনষ্টিট্যুসন শেন্নম্বগী প্রমান ফংদে। ঐখোয়গী লৈবাক অসি হৌজিক অয়াম্বনা "ইউনিয়ন অফ ষ্টেটর্স হায়না ফোংদোকনৈ। হান্নগী লৈঙাকলোন্দা প্রোবিন্স কৌরম্বশিংদু

হৌজিক 'ষ্টেটস' কী পদবী পীখিবনি, তৌবদদি মখোয়দা মসিনা লোইরে হায়বা শক্তি খক্কী মনুংদনি। তশেংবদি 'মসি হৌখিবা মতমগী' ঐখোয়গী অমত্তা ওইবা জাতিগী পুন্সি অসি এক্সক্লুসিভ ওইবা পোলিটিকেল ইউনিট কয়া খায়দোকপনি, মসিনা মায়থীবা অমসুং জাতিগী মরা চেত্তবা থোরক্লবগী মরু হুনখিবনি, হৌজিক্কী 'ফেডেরেল ষ্ট্রকচর' অসিদা কায়ননবগী মরু খর য়াওরি, মদুনা মরম ওইদুনা ষ্টেটশিং ঙমখৈগী ব্রাথোক, তুরেলগী ঈশিংগী য়েন্নবগী খৎনবা অসিনচিংবা কয়া থোকহন্নবা মরম ওইহল্লি। খৎনবা অসি লোইবা নাইদে, অসুম অসুম চাউথোরকই, মসিবু ঐখোয়না হৌজিক মতমদা রিভর ব্রাটর ডিসপিউট' অমসুং বাউণ্ডরি ডিসপিউট' হায়না অফিসিয়েল ওইনা খঙনবে। খৎনরিবা অসি মনিংতম্বা সোবরেন কন্ট্রীশিংগী মনুংদা খৎনবদৌনা তৌই। মহারাষ্ট্রগী লুচিংবা অমনা নোংমা হায়খি মদুদি মহাক্লা মহাবাষ্ট্রগা কার্নাটাকাগী ঙমখৈ অসি মহাক্লা পান্বা মওংদা শেংদোক্লদ্রিবমখৈ চীনানা লান্দারকপগী ব্রাফম খন্নবগী মৎ- লৈতে, খন্নবগী অপাম্বসু লৈতে।

য়াম্না শাথিনা চিঙ্গাক ব্রাৎপগী অব্রাবা তানখিবা মতম অমদা চরা হেনবগী অব্রাবদগী কনবগী মহুত্তা প্রোবিনশ্যালিজমগী হু চেল্লবা খায়াত্তা মীওই মিলিয়ন কয়াবু অব্রাবা তাহনখি, বোডিপোলিটিকতা হেন্না য়াম্বা চাংদা হু কাপশিনখি। ১৯৬৩-৬৪ দা মধ্য প্রদেশ অমসুং পঞ্জাবতা গেহুগী অহেনবা ষ্টোক লৈরমই। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা ষ্টেটশিং অদুনা মখোয়গী য়ুমল্লোন্নবা বাজ্যশিংদা চিঙ্গাক পীনবা থৌবাং লৈরমদে। খবরগী পাউদা য়ুম্ফম ওইরগা পঞ্জাবনা অহেনবা গেহু অদু পত্তুনা মাঙহনবা নত্রগা শা-ষনগী মচিঙ্গাক ওইনা শিজিন্নবা য়াহল্লমই। তৌইগুম্বসুং পাঞ্জাব সরকারনা, য়ুমলোন্নবা, রাজ্য ইউপিদা চিঙ্গাক্কী মরু অমা ফাওবা পীয়ু হায়বা য়াখিদে। মমৈদা কেন্দ্র সরকারনা কন্না তকশিল্লবা ফাওবদা "ইউপিনা দরকার ওইরিবা অদুগী শরুক মঙা থোকপগী অমথক পীগে হায়না য়ারকখি, মদুসু অব্রাবা তারবা থংনবা রাজ্য অদুগী মতেং পাংগে হায়বা নত্তে, সুপ্লগী চিনি অমসুং য়ুগা ওন্নসি হায়বনি, মদুসু ইউ পিনা পঞ্জাবতা পীবা ঙমখিদে। ঐখোয়গী সমুদ্র

তোর্ববান্দগী মাইল লিশিং তরা থাপ্লা অমেরিকাদগী গেহ্ ঐখোয়গী থোঙান্দা থারবা ঙমই, তৌইগুম্বসুং পোৎ অদু অহেনবা য়াম্না লৈবা রাজ্যদগী য়ুম লোন্নবা রাজ্যশিং য়ৌবা ঙমখিদে। কয়াদ ইকাইনঙাইনো!

ইলেক্সন কমিসন্না রাজনীতি দলশিংবু শকখঙবগী অনৌবা ফোর্মুলা অমা পুথোক্লবা হোৎনবা মতম অমা লৈখি। পার্টিশিং জাতিগী য়ুম্ফমদা য়েংলগা শকখঙবগী সিষ্টেম অদু থাদোকখিবমই, শকখঙবা অদু ষ্টেটকী য়ুম্ফমদা ওইনা তৌখি। মসিনা তাক্লিবদি মীশিং অদুগী পুক্নিংগী ফিবেপ অদু 'ষ্টেট' ইউনিটশিংগী তোঙান তানিংবা ৱাখল্লা অপূনবা জাতি অমগী খাইদোকপা য়াদবা রাষ্ট্র অমা লিংবগী পাঙ্গল ৱাংহল্লি। নাকল অমরোমদনা মখোয়না 'ন্যাশন্যাল ইন্টেগ্রেশন'গী ৱারেপ লৌদুনা পাশ তৌই অদুগা অমবোমদনা জাতিগী থবক থানা পূম্নমক নিংথিজনা পাংথোকপা, পোলিসি শেম্বদ জাতিগী অমত্তা ওইবগী ৱাখল্লোন্দা তত্তনা খুৎ থাই। পূম্নমক অসি 'ষ্ট্রোজ ইন দ ৱিন' হায়বা অদুনি হৌজিক অচৌবা খুদোংথীবা কয়া মাযোক্লগদবা লৈরি, লিঙ্গুইষ্টিক ষ্টেট শেম্বগী থিওরি অদুগী মখা তারকপা ওইনা 'বাইট অফ সেলফ-ডিটবমিনেশন' অমসুং 'রাইট অপ সিসেশন' দাবী তৌবকপদা য়াম্না লুবা ৱাফম থোরক্কদৌবি। ঐখোয়গী হৌজিক্কী কনষ্টিট্যুশন অসিদা রাইট অফ সিসেশন'গী দাবী অসি পীবা য়াদে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না কাউথোক্লোইদবদি সাশন পায়রিবা কংগ্রেস পার্টিনা মমাঙদা নীতি অসি য়াথোক্তুনা ইমা লৈবাক অসি অনি থোকনা খায়দোকপগী মরু হুনখি। অদুগা মসিসু অচুম্বনি মদুদি কংগ্রেস পার্টিনা মমাঙগী রিজোলুশন অদু য়াদে হায়না হায়খিবা লৈত্রি। কংগ্রেস লুচিংবশিংনা প্রোবিন্সকী, লোলগী কল্লক্লবা য়েংথিনবগী চাং হেক্সংহন্দুনা নোংমদি কনষ্টিট্যুশন শেমদোক্তুনা 'রাইট অফ সিসেশন' হাপচিল্লকপা কনানা তম্বা ঙমই। মমাঙদা 'বেরুবাড়ী'গী ৱাথোক লাকপদা ঐখোয়না কনষ্টিট্যুশন শেমদোক্তুনা ৱেষ্ট বেঙ্গলগী লম মচেৎ অমা পার্লিয়ামেন্টতা শক্তি পীথোক্তুনা মীবৈবাক্তা পীথোকখি। থৌদোক অদু ইং ১৯৫৯ দনি।

অসুম্না তত্তনা শেমদোক শেমজিন তৌবসি কনষ্টিট্যুশন অসিমক্কী থম্মোইদা অকনবা চৈফু অমনি। ঐখোয়গী মী-শিংদা কনষ্টিট্যুশনবু শেংনা থম্নবা অমসুং লৈবাকসিগী অমত্তা ওইবা শকতম ঙাক্লনবা তত্তনা তাকপি তন্বী অমসুং ব্রাশকহল্লি। ব্রাশক অদু লৌহল্লিবশিংদু কনানো? কনষ্টিট্যুশনদা তৌগে হায়বা অমগা লোয়ননা তত্তনা অকায়বা পীবা, লৈবাক খায়দোকপদা য়াম্না হৈশিংবা লৈবাকসিগী লুচিংবশিংনা কয়া কুইনা ফাগী তাহনগদৌরি।

লৈবাক মচেৎ মচেৎ তাহল্লিবা মহিকশিং অসিনা জাতিগী হিংনবগী শক্তি ওইরিবা পূম্নমক চাথোক্কনা মাঙহল্লি। অসিগুম্বা অরিবা লাঙ্গৈনা অসিনা হৌখ্রবা মতমদা ঐখোয়বু শাথিনা লাইরহনবা অমসুং মিংচৎ থীনা মীগী মীনাই ওইহনখিবা, লাইনা অদুমক্লা হৌজিকসু হান্নগুম্না হেন্না হেন্না অকিবা ফংবা শকফম লৌরক্লিবসিনা মতমগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী হৌজিক্কী নীঙতম্বা অসি মাঙলকপা য়াই হায়না লৌবা কবি লানগনি।

## অনাবা ফহন্নবা মরু ওইবশিং

ফিবম অসিদা খ্বাইদগী অফবা মখলগী সেবা, সমাজ অসিদা ঐখোয়না করম্না তৌগদগে? তশেংবদি জাতিগী পুন্সিদা ভাব তামিন্নবা অমত্তা ওইবা অকনবা নিংথিজনা শেমশারবা, মশানা ভাব তানরবা অমাঙ অতাগী দায়ী পুনবা জাতিগী পুন্সি অমা লিংননবা মরু ওইবা লাইনাশিং ঙাকথোকপা চঙই মদুতনা ঐখোয়গী নীংতম্বা অসি লেঙদনা মরা চেৎনা লৈহনগনি। পাম্বী অমগী মরু অদুবুদি থৌশাদনা থমলগা মদুদগী অফবা মহৈ চাগনি হায়না আশা তৌবা অরেম্বনি। মতম খরদি চিংনবা লৈতনা উদুনা লায়না চেল্লবসু মহৈ পীরম্বা য়াই, তৌইগুম্বসুং উহৈশিং অসি মশাশেংদবা, অকংবা অমসুং মহাও লৈতবা ওইরকপা য়াই, নীংতম্বগী মহৈসু মদুগুম্বনি, মদুদি ঐখোয়না ঙসি নীংতম্বা ফংলিবা অসি মখল মখা কয়াগী অনাবা কয়া উরক্লি। মরমদি জাতিগী মরু অদু মীশিংগী থম্মোই অমসুং ব্রাখন্দা মরা তাদ্রি। ঐখোয়না মরু অসি অসুম থৌশাদদুনা লৈরবদি মতম খন্নগী মতুংদা মহৈশিং অসি মাঙখ্রগনি

অদুনা পাম্বী অদুনা মরু কোক্কুনা কংদুনা লেপ্লক্কগনি। ঐখোয়না মরু অদু নিংথিনা চেকশিল্লবদি উহৈশিং অদুনা মশানা মশাবু চেকশিঙ্গখিগনি। মপান্দগী উহৈ পূরক্লবগী অমসুং উপাম্বী অদুদা নপশিল্লবগী কান্নবা লৈতে। অদুনা ঐখোয়না ঐখোয় জাতিগী মরু অসি হেল্লা লুথহনগদবনি, অসুম্লা তৌরবদি ঐখোয় নীংতম্লা মালেমগী নোংমৈ নুংশিং অসিদা চুমথ্রিং চুম্লা লেপ্লা ঙমগনি।

অদুদি মসি কবম হায়না তৌগনি? খুৎশা হৈবগী কল কারখানা লিংখৎপা নত্রগা ইকনোমি প্লান্নিং তৌবনা ওইবা য়াগদ্রা? নত্তে, অনাবা অদুগী নুংগী অনাবা অদু ফহন্নবা হিদাক চঙগনি, অহাউবা এল্লাং অমসুং অফবা য়ু পীথক্কগা ফগদবা নত্তে। শোক্লববা ফিবম অদুনা হুই অমা ফাওবা মনাক্তগী তাম্থোকপা ঙম্লোই, অনাবা অদুগী চাননবা লাওবা পূম্নমক চাথোক্কুনা চৎখিগনি। ঐখোয়গী 'বোডি-পোলিটিক অসিগী মবাইবক অসিসু মসিগা খেন্নদে। ঐখোয়গী সমাজদা নারিবা তিন্নবা য়ানদবা নুংগী অনাবা, মশানা মশাবু কাউথোকচবশিং অদু ফহনবা ঙমদ্রবা অমদি জাতিগী ওইনা চেকশনবা অমসুং শেমগৎপা ঙমদ্রবদি পৃথিবী অসিদা চাউখৎপগী নুংঙাইবা ফংবা ঙমলোই। অসিগুম্বা হান্নমা তৌফদ্রবশিং অসি যাওদনা, পোৎচংগী মায়পাকপগী মিংচৎ তান্নবা হোৎনবা কান্নরোই, মদু শাপতা ওইদুনা তোক্কনি, মপাল নাইদ্রবা লল থুম মবাং কায়বদগী চাউখত্তবা য়ুমলিংদবা লাম্মী মপৈনা লৈবাকসিদা লান্দাবকখি অমসু লুট পাট তৌবা লাকখি। ঐখোয মখোযশিং অদুদগী ইশা কঞ্জনবা শক্তি লৈ ঙখিদে, লৈনবসু শেমগৎপা ঙমখিদে। মদুনা মরম ওইদুনা হৌজিক ঐখোয- ওইবিবা তোম্থবা, লাইরবদা অমসুং অরা-অনা পূম্নমক্কী মবম ওইহন্দুনা নৈহৎপা পাম্বসিশিং অদুগী মখুত্তা ঐখোয়গী পূম্নমক মাঙখিবনি।

অদুনা, ঐখোয়না মরু ওইনা জাতিগী অনাবা অসি কোকহন্দুনা ঐখোয়গী 'মাদর-সোসাইটি' অসি অমুক হন্না অপূনবা, মিংনাশিংবা, জাতিগী মরমদা ভাব তাবা লিংজেলগা মোয়ননা নৌনা হৌগৎলকপা মায়েপ

অমা চঙই। পান্দম অদু ফংননবা লৈবাক অসিগী মচাশিংনা হৌনদুনা অপূনবা 'ন্যাশন' অমসুং নিংথিজনা শেমগৎলবা শক্তি, মশেল নুংশিনবা, থকশি-খাশি নাইবা লিপুল অমনা পূম্নমক চেংনা পুনশিনবা অমা চঙই। অসিগুম্বা মিৎ-না শিংবা, নিংথিজনা শেমগৎলবা, মীনা লাকচবা য়াবরোইদবা জাতিগী পুন্সি অমগী আশা তৌবা য়াই, মদুতনা শা-লান্না মচেৎ মচেৎ তাহল্লবা পৃথিবী অসিদা ঐখোয়না কোক হাইগত্তুনা লেপ্পা ঙমগনি।

## 'ইউনিট্যারি ষ্টেট' অমা ওইবা পাম্নম্বনি

য়াবেং অসি শ্রীএম এস গোলরাকাবনা ইং ১৯৫৬ তা ষ্টেটস রেওর্গেনাইজেশন কমিশননা পীখৎখিবা রিপোর্ট অদু ফোংদোক্লবা মতুংদা ইখিবনি।

এস. আর. সিগী রিপোর্ট অদু থোংখিবা থা মথায় অমরোম ফারে। রাজনীতিগী লমদা অথোই অঙেনবা মীওই কয়ানা কমিশনগী রিকমেণ্ডশন অদুগী মায়োক্তা অখিংবা যাওদনা রিপোর্ট অদু অর্ফিসেযেল ওইনা ফোংদ্রিংগী মমাঙদগী হৌনা মাগী মাগী মত ফোংদোক্লম্রে। কনা অমত্তা পেন্নবমদে। রিপোর্ট অদুগী মায়োক্তা যেংশিন্দুনা মবাল শীনবমই। পর্ক্লংদা ফাওনবিদা বাখল অদু চাং যাম্না য়াংনবমই। লেজিসলেটিভ গ্রুপ পূম্নমক্তা অমগা অমগা মখোযগী খেন্নবা বাখলশিং অপনবা লৈত্তনা ফোংদোক্লবমই। গ্রুপ অমত্তনা মতেং পীনদুনা এডমিনিষ্ট্রেটিভ ইউনিট অমগী মখাদা লৈমিন্নবা পামদবদৌনা উবমই। যেংনবা অদু যাম্না কনাশিন্নবক্লমই। অমসুং যাম্না মবা তানা যেংথিনবা অদু হেনগৎলক্লমই।

## বৃটিশকী প্রোপ্যাগ্যাণ্ডা

বৃটিশ অচৌ-অশাং ফম্নাইবশিংনা লৈবাক আসিগী মী-শিং অমসুং মখোয়গী মরমদা ঙাংখি-শকখিবা বৃটিশকী প্রোপ্যাগ্যাণ্ডা অদু কনা অমত্তনা

কাওথোকপা ঙমলোই। মখোয়না পৃথিবী পুম্নমক্তা য়াম্না কনশিন্না ভাবত হায়বা লৈবাক অসি লৈবাক অমা নত্তে; হৌজিক কালগী 'ইউবোপ কুম্বা কন্টিনেন্ট অমনি হায়না কন্না শদোক্লমই, পাক-চাউব্রবা লমদম অসি লৈবাক কয়া মকমনা পুনশিন্দুনা শেম্বনি, মথল মথা অয়াম্বা জাতি ন্যাশনালিটি কয়া লৈ, পুম্নমক অদু জাতিদা, সংস্কৃতিদা, লোন্দা পুমখেন খেন্নবা ঙাক্তনি। মখোয়না লৈবাক অসি ইংলণ্ড, ফ্রন্স জর্মনগুম্না মনিংতম্না অমত্তা ওইবগী মওংদা লিংবা নত্তে. মথল মথায় অয়াম্বা জাতিশিং অমগা অমগা ইমান মান্নদবা, মান্নবদগী খেন্নবনা য়াম্না তেনবা মীওইবা জাতিগী মবমদা য়েংলগসু মখোয খেন্নবা জাতি ঙাক্তনি, ঈতিহাসকী ওইনা য়েংলগসু মখোযশিং অসি মখোযগী তোঙান তোঙ্গানবা হৌবকফমদগী খুলহোংদুনা লাকখিবা ঙাক্তনি অমসুং লৈবাকসিদা খুন্দাবকাখিবনি। মখোযশিং অসি মথং মথং লান্দাবকপাশং ওইনা লাক্লগা মঈমদা লৈহাও চেন্নবা লমদম অসিদা খুন্দাগি মদুগী ফল ওইনা মখোয মশে. হান্না লানাশংনদ্রবসু মনুংদদ যেংখনবা লৈ. অমগা অমগা লোল খাইদোকনৈ অমসুং মতম পুম্নমক্তা হাংনগদবগী থৌবাং তৌদুনা লৈনৈ। বৃটিশশিংনা খোন্দা কন্না ঙাংলিবা অমসুং য়াম্না কাইহৌবিবদি হিন্দুগা মুসালমগা দ্রবিদশিংগা আর্যানশিংগনি, অতৈ তোঙানবা কাংলুপশিং জৈন অমসুং শিখশিং অসি হিন্দুদগী খাইদোক্লবা তোংনবা বর্ণগী কাংলুপ পুম্নমক মক ওইনা ব্রাহ্মণ অমসুং ব্রাহ্মন নত্তবাশিংগী মবক্তা তিন্নবা য়াদনবা শিনবা অসিনা ওইবমই। মখোযনা পৃথিবী পুম্নমক্তা অমসুং মক ওইনা ঐশ্খাযগী মীশিংদা চংকখিবা লৈতনা শন্দোকল্লদি লাইনা তম্বদগী মখোযনা লৈবাকসিদা 'পোবোবিন' লৈবকপদগী মচেৎ তানবাশ, খিংদুনা অকিবগী মশক ওইববা হিংসা, ইষ্যা নওম্, তংতনা লান তৌনবা, লৈতাদবা পুন্সি, ইকাইখুম্নবা অমসুং সম্পত্তি ঙাক্লনা, মবা চেংনা সবকাব লিংদুনা, অচুম্বা অমসুং চাইখংপা পম্নমক ওইবাক্লবদি মখোযগী মবম্লনি, অপুনবা লৈবাক অমগী য়াখল, মবৈবাক নাওবা অমসুং অপুনবা ন্যাশনালিটি মখোয়না তম্বাবক্লনা মেন মান তাবমদ্রবা, মচোই মচোই তানবা তৌফম খণ্ডলমদ্রব ভাত অাস ছাচাদা খেদুনা মওং তাওনখিবনি।

## লুচিংবা চাংয়েং তৌবা

মতম অমদদি ইমা লৈবাক্কী অপূনবা নুংশিবনা পুম্নমক্কী থম্মোইদা তুংদুনা লৈবদৌনা উনরমই নত্রগা নুংশিবা অদুনা যুম্ফম ওইরগা ভারত শিনবা থুংনা মী-শিংগী মরক্তা নৌহৌনা মমা লৈবাক নুংশিবগী ঈথিল হেনগৎহল্লমই। জাতি অমা ন্যাশনালিটি অমা ওইবগী মওং তাহল্লমই। লুচিংবা পুম্নমক্না অমত্তা ওইবা জাতি অমগী মাঙাং ঙাংনরমই মদুদা তশেংনা থাজবা লৈবদু উনরমই। বৃটিশকী লোইলম শাসনগী মথাদগী নীংখা তম্বা ফংননবা লাম্ছেংনবদা পুম্নমকপু মথুম মরাং হৌহনবা খোম্লোক অদুনা মীয়ামগী পুক্লিং থৌগৎখি।

বৃটিশকী মী-শিংগী মপুক্লিংদা খেন্নবগী মাখল চেনহন্নবা হোৎনবদা চোকথবা লৈরমদে। মখোয়না বৃটিশনা লৈবাক অসি থাদোক্কন্নবদি লৈবাক মনুং অসি থকশি-খাশি অমত্তা লৈনবক্লোই অমসুং মখোয় লাল তৌনরক্কনি হায়না মাঙজৌনবা মা লাউথোক্লমই, পুংচাই চাইবা মফম মবাং থঙদবা ওইরক্কনি হায়নসু হায়রমই। অসুম্না বৃটিশশিংনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা সম্রাজবাদ কুইনা হিংহন্নবা মখোয়গী মাফম চুমই হায়বা যাননবা কন্না হোৎনরমই। ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মখোয়গী মাদু অচুম্বা নত্তে, চুম্নগী প্রোপাগ্যাণ্ডানি হায়না খন্নরমই। অদুম ওইনমক ইরৈবাক মচাশিংনা নীংতম্বগী ঈহৌ অদু হেন্না কনশিল্লমই অমসুং অমত্তা ওইবা ‘ন্যাশন’গী ফিদম্নফম ওইবদু ফংলে হায়না খন্নরমই। মতুংদা বৃটিশশিংনা লাল মতুংদা পৃথিবীগী ওইনা মখোয়গী ফিবম য়াম্না শোকথরকপদগী ভারত মখা তানা মখোয়না শাসন তৌদনবা ভারতকী তত্তনা সেল্ফ গবনমেন্টকী দাবী তৌদুনা লাকলিবা লুচিংবশিংদা শাসন শিন্নবগী মাফম লাকখি। লুচিংবশিংনা পামজনা তানখিবা অপূনবা ন্যাশন্যান লাইফ অদু ফংদুনা মখোয়বু চাংয়েং তৌনবা মতমদু লাকখি।

## থবক পাংথোকপা ওমখিদবা

চাংয়েং অদুগী ফল করি ওইখি? যাম্না শেংনা হায়ববদা ঐখোয় মায় পাক্লা চাংয়েংদু পাস তৌখি হায়বদি য়াখিদ্রে। 'বান কন্ট্রি 'বান' ন্যাশন' গী অনিংবা থাজবা অদু ভারত-মাতাবু মচেং তানা খায়দোকপা য়াখিবা অদুনা অহানবা অমসুং তমথিবা চৈফু ওইখি। মখোয় লৈবাক অসিদা লান্দারকপা ওইনা লাকখিবা, লৈবাকসি জয় তৌদনা লৈতানা লৈখিবা মুসলিমশিংবু তোপ তোল্লা অয়েংপা ন্যাশন্যান কম্যুনিটি অমা ওইনা লৈবাক অসিবু অনি থোক্লা খায়দোক্নুনা মখোয়গী তোখাইবা ষ্টেট অমা শংহন্ত্রে। জাতিগী লুচিংবশিংনা প্রতিবাদ কয়া তৌরবসু, 'টু ন্যাশন থিওরী' অদু কম্না য়াদ্রবসু কয়া শিংদবা লুচিংবশিংনা দেশপু অনি খোক্লা খায়দোকপদু য়াখিবতা নত্তনা মদু অচুম্বা অমনি হায়না লাউথোকখি অমসুং অপূনবা ভারতকী মনুংদগী তোঙানবা মুসলিম লৈবাক অমা শেম্বা য়াখি। অসুম্না ভারত অনি থোক্লা খায়েদোকপা যাখিবা অসিনা মচিন্না অমদি মক ওইবা থাজবগা লোয়ননা 'বান কন্ট্রি' 'বান ন্যাশন" হায়না লাউরম্বশিং অদু মীনম্বা তাহনখি। অপুনবা ইমা লৈবাক অমগী ওমখৈগী মনুংদা তোঙানবা মুসলিম ষ্টেট অমা লৈহনবদু অচুম্বনি হায়না য়ানখি।

অসুম্না 'রাইট অফ সেল্ফ-ডিটরমিনেশন"গী স্লোগান অদু লান্না শিজিন্নখিবদুনা কাশ্মীর অমসুং গোরাদসু শন্দোরকখি। মখোয়না হায়, কাশ্মীরশিংগী তুংগী ফিবম মশানা লেপচগদবনি অমসুং লৈবাক অসি অমত্তনি অমসুং ভারতকী মী-শিংগা জাতি অমত্তনি হায়বা মখোয়না য়াদে। অদুদগী ঐখোয়গী কনষ্টিট্যুশনগী রাকম লাক্লে। 'ষ্টেট' হায়না কৌদুনা খেন্নবা উইনিট কয়ামরুম্না পুন্দুনা 'ফেডেরেটেড' নত্রগা 'ইউনিয়ন' হায়দুনা শাসনতন্ত্র অমা শেম্লে। কনাগুম্বা অমনা কনষ্টিট্যুশন শেম্বা মতম অদুদা লৈরম্লবদি ঙাহক্তং হম্বদুনা খনবদা লায়না খঙগনি মদুদি মতমদুগী ওইরম্বা ফিবম অদুনা ফেদেরেটেড ষ্টেট অমগী মহুত্তা ইউনিটরি ষ্টেট অমা শেম্বনা য়াম্লা হেম্না পাম্লবা ওইরমগদ্রা হায়না খল্লি। লৈবাক অমা, লেজিসলেচর অমা

একজিকুয়্যাটিভ অমনা লৈবাক অসি শাসন তৌবা-হৌমিন্নবা, পুন্নপ ওইবা ভাবত অমা ওইনা ফোংদোকপা পাম্নবমই। তৌইগুম্বসুং লুচিংবশিংগী ব্রাখল মত্তা, মবম চাবা পূম্নমক ফেদেবেসন অফ ষ্টেটসকী ফিবম তাহন্নবা ব্রাখন্দা লুপখ্রবনিনা 'ইউনিটবি ষ্টেট' অমগী মফম লৈখিদ্রে-মদুদা লোলগী কাংলুপ খুদিং পাকচাউনা 'ওটোনোমি' ফংগনি, মশাগী তোঙানবা লোল অমসুং সংস্কৃতিগা লোযননা জাতি কাংলুপ অমা ওইনা লেপচবা য়াবগনি।

## ফেদেরেশনগী-হৌরকফম মরু

ইং ১৯২৩গী মতুংদা ইণ্ডিযান ন্যাশন্যাল কংগ্রেসনা ভাবতকী অমত্তা ঙাইবা পোলিটিকেল বোর্ডি অমা ওইবমই, মখোযনা ভাবতকী মীযাম পূম্নমকী প্রতিনিধি ওইদুনা ঐখোযগী লৈবাক্তা ফেদেবেলগা মওংদা শাসন তন্ত্র লিংনবা খন্নবমই ফেদেযেল অদু লোলগী যুক্ষমদা শেম্বা ষ্টেট কযামুক্তী' অপূনবনা শেম্বা হাযনসু য়ানলমই তৌইগুম্বসুং, মাসগা মবী লৈনন' বৃটিশ পালিযামেন্টকী কন্সার্ভ্যাটিভ মেম্বব অমনা পীবা ষ্টেটমেন্ট অমগী বিপোর্টতা ষ্টেট খুদিংমক্কী প্রোবিন্সিয়েল লেজিসলেচব অমমম লিংবগী ব্রাফম হৌদোকাখ। অসিগুম্বা খোংথাং অসি বৃটিশনা ভাবত থাদোক্লম্লবা মতুংদা আসমতনা লোইবে হাযনা খনবা, যানদবা তোঙান তোঙানবা লোলগী ষ্টেটাশং লৈবক্লগনি হাযবগী ওইথোকপনা বিপোর্ট অদুগী লংলা লংজান ওইখি অদুগা 'লিঙ্গুইষ্টিক ষ্টেট' লিংখৎপগী পুক্লিং থৌগৎপা ওইখি।

মতৌ অসুন্না 'লিঙ্গুইষ্টিক ষ্টেট' ময়ান্না পুনবা ফেদেবেসন অমা লিংখৎপদা লেপখ্রবনিনা 'মতুংদা কনষ্টিট্যাশন শেম্বা মতমদা ফেডেবেল ষ্ট্রকচব যানদুনা মতমদুগী লৈরম্বা প্রোবিন্সিয়েল বাউণ্ডবিনা মতম খবগী ওইববসু অটোনোমস ষ্টেটস শিংগী মফম লৌবকখি। ষ্টেটশিংগী বাউণ্ডবিশিং অদু অমুক নৌনা শেম্নবগী ব্রাখল লাকপদা অমসুং লিঙ্গুইষ্টিক ষ্টেটসশিং লিংখৎনবগী দাবী থুংহন্নবা ব্রাকমদি মতুংদা কোয়া লাক্কনি, অমসুং কৌর্জিক্কিদি ষ্টেট বিওর্গেনাইজেসন কমিশনগী বিকোমেণ্ডশননা উৎখিবা অদুনা মী কাংলুপ

খুদিংনা পেন্দবা উৎনখি। মতমদুগী হৱা নুংশিং অদু অমগা অমগা থাজনদবা, য়াইফা ৱাখল ৱাৎনবা, লম হেন্না পাম্বদগী মিহৌনদুনা লাউন খোংনবা মতৌ অদু কৈশাল ময়ায়া শাগী অশিবা মশা অমা ফংবদা মশেল ঙংনবগী শক্তম মানবদু য়ায়া নিংঙমদবা অমা ওইখি। মতমদুগী ওইথিবা দৃশ্য অদু য়ায়া নুংঙাইতনিঙাই ওইবা মতৌনি। লুচিংবশিং অদুনা মুক্কবিবা অদু বৃটিশ সম্রাজবাদীনা মখোয়না অকনবা চৈবাক পীদুনা লৈবাক্কী ফিবম অদু লাকশিল্লমম্রবদি দেশ অসি মচেৎ মচেৎ থোক্লা শেগাইনবমগনি হায়বা চাউথোক্লা ঙাংখিবদু চুমই হায়বা উৎননবা তান্নবা ওইনা উবমই।

## ঐখোয়গী তুংগী পোল্থা

পুম্নমক অসি কবয়া থোকখিবনো" কবি কবয়া ঐখোয়গী লৈবাক্কী অমসুং জাতিগী অমত্তা ওইবদু কবয়া শোকখিবগে" ঐখোযনা থাজনবম্বা অদু অচুম্বা ঙাক্তবা' তৌজিল্কী ওইবক্লিবা ফিবম অসিদি অবোইবদা ঐখোয় বৃটিশ সম্রজ্যবাদীশিংগী মখুত্তগী নীংতম্বা ফংবা, লৈবাক অমা, জাতি অমা, ন্যাশন অমা ফংগনি হায়না তাল্লম্বা অদুদি ফংখিদ্রে। লৈবাক শন্না মতম খব অপূনবগী মতৌ ফোংদোকলম্বা অদুদি চহি কুমজা কযাদগী জাতিগী অচেৎপা অমঙা ওইবা যুস্ফমদা ওইবমদে, সুপ্নগী যেক্লবা বৃটিশ সম্রাজবাদকী মযোক্লা পেংননবা মতম খবঙগী ওইবা শেমজিন শাজিনবা অপূনবনি। অতেনবা মতম খবগী ওইবা যানবা অমগী মখাদা পুল্লুবা কাংবুশিং অদু মীবৈবাক মচাশিংগী গাসন অদুগী খুদোংথীবা অদু মাযোক্লনবা হৌবকপা নেগেটিভ ফিলিং অদুদগী ওইহল্লকপনি। অমবোমদা মীযামগী অপূনবা মতৌ অদু বৃটিশকী দমননীতি অদু থাঙবা ঙল্লক্তবদগী ওইবকপা ফলনি। মবম অদুনা ঐখোযনা লাম্বা ফংবা রাখল্দা ঐখোয়গী যেক্লবা বৃটিশনা লৈবাক অসি থাদোক্তুনা চৎখিবদা, মতম খবগী ওইবা শেমজিন শাজিনবা মঙংগী 'ইউনিটি' মশানা মচেৎ মচেৎ তাদুনা মাঙখিবা তাবনি, মীয়ামগী অপূনবা যেক্লবা অদুনা ওইহল্লকপা অদু লৈফম থোক্রে।

ঐখোয়গী হৌজিক মতমগী ফিবমসিংগী ছবি অসি গ।ম্ল। অৱাবগী মশকনি। ঐখোয়না হন্না য়েংবদা হেন্না ফবা তুংগী ফিবমসি য়াম্না অমম্বগী মশকনি। ঐখোয়গী দেশকী তুংগী ফিবম লেপ্পনবা ঐখোয়বু লমজিংবিরিবা লুচিংবশিংনা অশেংবা ইমা লৈবাক অসি অমত্তা ওইবনি হায়বগী ৱাখল ৱাংলি। অমর ওইরবা লৈবাকসিগী 'লিভিং ইউনিটি' অসি মখল মথা য়াম্লবসু মতম পূম্নমক্কী ওইবা জাতিগী ওইবা অপূনবা ৱাখল্লোন অমা মতম লৈবা খিবিক্তা ফোংদোকই, অমসুং মদুগী ফল ওইনা কাযনবা মচোই তানবদা ৱাখল থৌগৎপা অসি শিংদবগী মতৌনি, মসিনা তুংগী য়াইফবগী আশা ওইবা যারোই। ঐখোয ইচম চম্না নিংতম্না ইজৎ লৈনা হিংজবা ফাওবদা খুদোং থীনিঙাই ওইহল্লি। লাল পাম্বা মীশিং, শক্তিতবু থিদুনা লৈবা মীশিংনা খুন্দারিবা পৃথিবী অসিদা অসিগুম্বা মী-শিংগী থৌজান্দা হিংবসি য়াম্না তম্বা ঙমদবা অমনি। কায়রবা য়ুমদি মথন্ত লৈখা তাজবা হায়বসি মশানা তাবনি।

## ল্যায়নাসি কোক্লবা হিদাক অমদি লৈ

মসি অৱাবগী মশক ওইববা ৱাখলশিংনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না মসি হায় হায়দুনা নীঙবা কাযনিঙাই লৈতে, মবর্মদি লায়নাসি কোক্লনবা হিদাক অমদি শোয়দনা লৈফম থোকই, অনাবসি কোক্লবা উপায়দি তোঙান তানিংবগী ইহন, খাইদোক্লীংবা, ইমা লৈবাক্কী অমত্তা ওইবা শকফমদা শীঙনরকপা পূম্নমক মরু ফুক্তোকপা, জাতিগী পুন্সিদা অমত্তা ওইবা পুরক্লবগী ওন্ন তৈনবা ৱাখল, ৱাহৈৱাতা অমসুং থবক পূম্নমক চংহন্দবা তাবনি।

পান্দম অসি ফংননবগীদমক খ্বাইদগী মরু ওইবা শোযদবা খোংথাংদি মতম পূম্নমক্কী ওইনা ঐখোয়গী ভারতকী কনষ্টিট্যুশনগী ফেডেরেল ষ্ট্রকচর অসিগী মরমদা ঙাংন-শানবা পূম্বা লুনা ফুমজিনখিগদবনি, ওটোনোসি অমসুং সেমি-ওটোনোমি, অমত্তা ওইবা ভারত ষ্টেটকী মনুংদা ষ্টেট ময়াম অমা লৈবা অসি মুৎথৎকদবনি, ভারত লৈবাক অমা, ষ্টেট অমা, লেজিসলেচর অমা, এক্সিকিউটিভ অমা লৈবা লৈবাক অমা ওইনা লাউথোক্কদবনি, মচেং তাবা

লমদমগী ওইবা, কাংলুপ নাইবা লোললগী নত্রগা অতোপ্পা চাউথোকচনিঙাই ওইবা অমদা লৈবাক কাইননবা মমি তমহল্লোইদবনি, ঐখোয়গী মরা চেংপা অপূনবা, ব্রাখল তিন্নদবা মাঙতাকপা য়াবা অমত্তগী মক হুনহল্লোইদবনি। ভারতকী কনষ্টিট্যুশন অসি হন্না য়েংশিন্দুনা নৌহৌনা ড্রাফ তৌবা চঙই, মদুনা ইউনিট্যাবি ফোর্ম অফ গভর্নমেন্ট লিংখৎপা, বৃটিশনা মাঙতাক্লবগী মওংদা কন্না শন্দোক্লিবা অদুগা হৌজিক্কী ভাবতকী লুচিংবশিংনা খম্বুদনা লৌশিল্লিবা প্রোপ্যাগণ্ডা অসি মপৃঙ ফানা য়াহল্লোইদর্বনি। ঐখোয় খেন্নবা কাংলুপ মচাশিং ন্যাশন্যলিটিশিং ভুগোলগী ফিবমনা মবম ওইনা পুন্না লৈমিন্নবি অদুগা মওং মতৌ মান্নবা মীবৈবাক মচানা খুদুম চনবা সাসন অমা ঐখোযনা লৈরক্লি।

ঐখোয়গী হৌজিক্কী কনষ্টিট্যুশন অসিবু শেম্বিবম্বশিংবু তৌবিমল খঙবা উৎচবি, মতৌ অসুম্না মতিক চাববা ষ্টেট বিওর্গনাইজেসন কমিশনগী মেম্ববশিংবুসু মখোযনা তৌবিবম্বা থবক, থৌদাং কয়াবুসু শিংথানজবি তৌইগুম্বসুং ঐখোযনা ঐখোযগী লৈবাকপু মথন্তা অকায়বা য়ুম অমা ওইহল্লমদুনা মচেং মচেং তাদুনা মাঙহল্লম্বা অদুবুদি ঐখোযনা যাবা ঙমদে। ঐখোযগী হৌজিক্কী ষ্টেটকী থৌবম শিল্লিবা লুচিংবশিংনা থৌনা লৈগদবনি, পোৎকী অচুম্বা ব্রাখল্লোন লৌগদবনি; মখোযনা লৈবাকসি কাযবগী খুদোংথীবা অদু খম্বগদবনি মী-শিং অসিগা মাযোক্লবা থেংনগদবনি, হৌজিক্কী লান্না খনবদগী থোবক্লিবা ফেডেবেল ষ্ট্রকচব অসিগী মহুত্তা অমত্তা ঙাইবা অচুম্বা ইউনিট্যাবি ফোর্ম অফ গবর্নমেন্ট লিংখৎনবা হোৎনফম থোকই।

## শঙ্কারাচার্য্য অমসুং লিঙ্কোলনগুম্বনা ঐখোয়গী হৌজিক্কালগী লুচিংবশিং অসিবু পুক্লিং থৌগৎহনবিসনু

লৈবাক অসি মচেং মচেং তানা থুগাইনবা ঙাংবা শকপা পূম্নমক থিংগদবনি, লিংজেল মান্নদবা, থাজনদবা অমসুং যেংথিনবা পূম্বা অকনবা খুৎনা নমথবা তাবনি, অদুগা অমত্তা ওইবা সুব চানবা ঈহৌ হৌমিন্নবা, জাতি অমা ন্যাশন অমা, লিংখৎনবা ফিডম তাহনগদবনি। ব্রা ব্রা লাউগনবা

মীওইশিং নত্তনা প্রজা মীয়ামদি থৌরাং অসি পাংথোক্কবা অমত্তা ওইনা লেপকদবনি, অমসুং ঐখোয়গী হৌজিক কালগী লুচিংবশিংনা ভারত জাতিগী অপূনবা শাগৎপদা মায় পাক্কবা তুং কোইবা বাখল থমগদবনি, অসুম তৌরবদি তুংগী মীয়োম্মা ঈরাৎ পুজা তৌনরক্কনি অমসুং অব্রাহম লিঙ্কোনগা মান্ননা হৌজিক কালগী শঙ্করাচার্য্যনি হায়না তশেংনা উৎলক্কনি।

মরৈবাক নীংবা, মতম পুম্নমক্কী ওইবা ভারত জাতি অমগী থাজবা থম্বা ঐখোয়গী মীরোল অসিগী লুচিংবা ওইরিবশিং পরিক্ষা তৌগদবনি, মখোয়না লৌখৎলকপা থবক, মখোয়গী থৌনা ফবা মতৌ অসিনচিংবা অসি থৌনা লৈবা, খোঙফম চেৎপা, ঐখোয়গী থাইনগী লিরবা জাতি অসিবু থাঙ্গৎশেংনা নুংশিবা পোক্কবা অদুগুম্বা মী-শিং অদু ইতিহাসকী ওইবা পুঙফম অসিদা মখোয়গী দরকার ওইরক্কনি। ঐখোয় মতিক মগুণ চাউববা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌসি; মখোয়শিং অদুগী লৌশিং জ্ঞাননা মতম পুম্নমক্তা লমজিংদুনা অচুম্বা লম্বীদা অচুম্বা ধর্ম্মগী মতুং ইন্না হিন্দু রাষ্ট্র অসি লমজিংবীসনু; অপুনবা মরা চেৎপা নুংশিবগী লিপুম্না ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা অমম্বা মতম অসিদা চুম্না ভাব তানবা, অনৌবা থৌনা হাপ্তুনা ঐখোযগী চাউথ্রবা জাতি অসি মায়পাকপগী লম্বীদা নৌনা হিঙ্গৎহনবা ওইরসনু।



# মতম পুম্বগী ওইবা য়ুম্ফম

অওইবা য়ুম্ফম অমগী দবকাব ওইবা-অয়েৎপা লম্বীদা চঙশিনবগী ফল-লেঙদবা শেমগৎলবা পুক্নিংগীদমক্তা সঙ্ঘ-মতম খবতগী ওইবা আন্দোলন- কংগ্রেস-জাতি অসি ইতাও তাওনা চৎলি অনাবা কোক্লবা পাম্বৈ-বেড শিগ্রেল।

রাষ্ট্রীয স্বযম সেবক সঙ্ঘগী থবক অসি যাম্না পীক্না হৌগৎলকই। তপ্না তপ্না অসুম মসিগী থবকশিং অসি অসুম শাকথোক-চাউথোবকই, অমসুং ঙসিদি ঐখোযগী লৈবাক্কী প্রোবিন্স পুম্নমক্তা নিংথিজনা থবক তৌদুনা সঙ্ঘগী মশা মবেং কয়া ঐখোযনা উবা উংলে। অসুম্না লেপ্তুনা চাউখৎলকপা তপ্না তপ্না পাকথোক চাউথোবকপা অসিনা, মপানগী ফিবমদগী মফম মবাং খঙদনা চবাংনবা কযা থোকখিবদগী সঙ্ঘগী অবেপ্পা শকফম ওইবকখি।

## চাউখৎনবা কন্না হোৎনরকপা

সঙ্ঘনা লিংখৎপগী চাহ তবামঙাগী মনুংদা খঙহৌদনা খাজদনা মসিগী মাটপুন ওইরিবনা ডা: হেডগেৱার লৈখিদে। হাযকদুনা কান্নদে ডক্রেব ওর্গেনাইজেসন অসিগী পুক্নি ওইবিবম্বনি। মহাক্না সঙ্ঘগী পিকখ্রবা পাম্বী মাদু মহাক্কী হুমাং অমসুং ঊঙনা ঊশিং চাইবিবম্বনি। মহাক্না মহাক্কী পুক্নিদু অচাকপা থাউমৈ ওইহল্লমই, অমসুং মদু থাউগী অবোইবা মরিক অদু ফাওবা চাকখি। অসিগুম্না হন্দোকনিঙাই ওইদ্রবা, চাংদম্নঙাই লৈতবা লুচিংবা অদু খঙহৌদনা লৈশিদে। সঙ্গঠন অদু যাম্না নৌবা তাক্কক্তা লৈরমই। সঙ্ঘগী য়াইফ রাখল

লৈবা মীয়াম পূম্নমক্না সঙ্গঠন অসিগী তুংগী ফিবম করি ওইরক্কদবা হায়দুনা চিংনবা পোক্লরমই। তৌইগুম্বসুং পূম্নমক্কী অঙকপা পোকহন্দুনা সম্ব হান্নদগী খোংজেল থুনা, লিংজেলগা লোয়ননা হৌগৎলক্লমই। বৃটিশনা ভারত থাদোকখ্রবা মতুংদা মাগী হান্নগী লেপ্তুনা মাঙলোমদা চঙশিল্লকপা অদু হম্থখিবা লৈখিদে। মী খরদদি মদু য়াম্না ঙকপা মতৌ অমা ওইনা উখি। ঙক্লদুনা মখোয়না ঐখোয়দা হংলমই, হৌজিক বৃটিশনা ভারত থাদোকখ্রে, ঐখোয় নীঙ তম্লে, সম্বগুম্বা তোঙানবা সংগঠন অমা লৈবগী করি কান্নবা লৈরি? মসিনা, ঐখোয় নীংতম্বা ফংলবদা করম্বা রোল অমা শান্নরবা য়ারিবগে"।

ঐখোয়গী পাউখুমদি, মপাম্বোংগী ফিবমদা রাজনীতিগী নীংতম্বগুম্বা খক্তনা নিংথিজনা শেমগৎলবা সমাজ অমা ওইথোকহল্লোই। তশেংবা, শুপ্পগী নিংথিজনা শেমগৎলবা শক্তি লৈরবা সমাজ অমনা নীংতম্বা, শান্তি ওইবা অমসুং চাউখৎপা পুন্সি অমগী মহৈ ফংহনগনি। নিংথিজনা শেমগৎলবা পুন্সিখক্তনা নীংতম্বা জাতি অমগী য়াম্না কান্ননঙাই ওইবা খুৎলাই ওইগদবনি, মদুতনা মীনাই ওইরবা জাতি অমসুং মীনাই ওইবগী য়োল্লিং কোলহৌদগী নাম্থোকহনবা অমসুং ফংলকপা নীংতম্ববু মতম পূম্নমক্কী ওইনা ঙাক্লুনা থম্মনবা পাম্বে অমনি। য়াম্না মিৎ-না শিংনা চঙখোম্না শেমগৎলবা ন্যাশন ওইবতনা মনুংগী চাথৎলবা অমসুং মাঙহনতাকহন্নবা তৌরিবা, মপান্দগী লান্দারকপদগী ঙাকথোকপা অমসুং লৈবাকসিগী নীংতম্বা অমসুং মরা চেৎপা ঙাক্লুনা থম্বা ঙমগনি।

## য়ুম্ফম ওইবা লম্বী

ডাক্তরজীনা অসিগুম্বা য়ুম্ফম ওইবা রাখল্লোন অসি সম্ব হেক হৌগৎলকপদগী অন্না-অনা কয়া খাঙদুনা হোৎনদুনা লাকই। মদু, তশেংবদি সমাজগী ওইবা সমস্যা পুম্বা খুদিংমক্তা চংশন্নবা লম্বী ওইবদগীনি। মতম অমদা মহাক্না বোম্বেদা লৈরিঙৈদা মমা মপা লৈজন্ত্রবা অঙাংশিংগী থম্ফম

অমদা য়েংবিনবা বার্তন তৌরক্লুনা চৎলুই। ডাক্তরজীনা কোইনা চত্তুনা য়েংলবা মতুংদা ইনষ্টিটিউশন অদুগী শিল্লি-লাংলিবশিং অদুনা প্রতিষ্টান অদু পাকথোক চাউথোক্লবগী মরমদা মহাক্কী থৌরাং করি লৈবগে হায়বা মত পীবিনবা হায়জরমই। ডাক্তরজীনা খুমলল্লমই, ফয়ে, অসিগুম্বা মমা মপা লৈজদ্রবশিংগী অনাথাশ্রম লিংখত্তুনা পাকথোক চাউথোকহনবগী মহুত্তা ঐখোয়গী সমাজ অসিদা মমা মপা লৈজদবা অঙাং অমত্তা লৈহন্দনবা য়েংবনা হেন্না ফরোইদ্রা? সমাজগী পুক্নি অসি অসুম্না পাশ্নে লৈত্রব', হন্দোকপিরবনি হায়না খনবা কনাগুম্বা অমত্তা লৈহনদ্রবদি কমদৌবা। কনাগুম্বা মী অমা লাইবকথিবদা তারে হায়না খল্লবদি মাগী য়ুমলোন কৈরোইনবশিংনা মশানা তাবা ওইনা মাবু মতেং পাংদুনা কনবা তাবনি। মসি ফংগে হায়র্বাদ সমাজ অদুগী মীশিংদুনা অমত্তা ওইনা তিন্নবা অমসুং মত চানবা ওইগদবনি, অমগা অমগা মবী ফনবা অন্না-নুংঙাই শরুক য়ামিন্নবগী মিহুন হুনগদবনি। মসি তৌদ্রবদি সমাজগী ফত্তবা পূন্নমক অরেপ অথম নাইদনা তত্তনা থোকতুনা লৈগনি। ঈগী ঈচেল অসি মহিকনা চাববদি হকচাংগী মফম খুদিংমক্তা পোম্বা তঙবা য়াম্না তৌরক্কনি। মফম অমদা অপোম্বা অদু লায়েংলবা অমসুং বেন্দেজনচিংবা পুল্লবসু অতোপ্পা হকচাংগী মফম অমদা অতোপ্পা অমা হেক্তা উবক্কনি। মক ওইবা সমাজগী অনাবা অসি কোক্লনবগীদমক ঈগী ঈচেল অসিমক তক তক লৈননবা শেংদোক্কদবনি। মসিমক সমাজ অসিগী 'বোডি-পোলিটিক'তসু মসি মঙাই।

## ফিদম্নফম ওইবা সমাজ অমা হায়বসি ঈশ্বরমকনি

ঐখোয়না সমাজ অসিবু সর্বশক্তিমান ওইবা ঈশ্বরমক্কী তশেংনা উৎলবা থব্রাই পানবা অমনি হায়না লৌই। ঐখোয়না সর্বশক্তিমান ওইবা সমাজগী মঙালনা মাগী থৌজাল অমসুং চেকশিনবগী মখাদা লৈবা অহিংবা জীবশিংবু পিজ-পিথকপগী মতিক মঙাল লৈ। মরম অসিদগী মাবু বিশ্বম্ভরা হায়না কৌনৈ। পৌরানিক্কী ওইবা ৱারী অমা লৈ মদু 'কীরতানকার' অমদগী

তাবনি। মতম অমদা নারদ মুনিনা ভগবান বিষ্ণু মশামক্তা পরিক্ষা লৌথিবগী ৱারীনি মহাক্না ককচেং খবা ফাজিল্লমই অমসুং মখোয়শিং অদু অপীকপা উপু অমদা লোনশিন্দুনা থন্নমই অদুগা মদু তেক-কায়বা থোক্লোইদবা মফম অমদা চেংনা থন্নমই। অদুদগী নারদ মুনিনা মহাক্কী মহৌশাগী ওইবা মওং কোয়না চত্তুনা ভগবান বিষ্ণুবু থাগত্তুনা ঈশৈ শক্লমই। মতম খবগী তুংদা মহাক ভগবান বিষ্ণুগী মনাক্তা লাক্লমই অমসুং মতাং চাবা অমদা বিষ্ণু লুক হাবত্রা হায়না হংলমই। বিষ্ণুনা খুম্লক্লমই মদুদি মহাক্তি জীব পুম্নমক অসি পিজ পিথক্লবা মতুংদা মহাক্তি কোন্না চাই হাযবক্লমই। নারদনা মাগী উপু অদু পুথোক্তুনা হাযবক্লমই। অদুদি ভগবানগী থৌজাল ফংহৌদ্রবা তোল্লবা জীবশিং অসিদি শোয়দনা চিথবল্লগনি। বিষ্ণুনা হন্দোক্লদুনা নারদদা উপু অদু হাংদোকপিযু হায়বদুনা ঙাকপিনবা হাযজবমই। ওন্থোকপনি উপু অদু হাংদোকপা মতমদা ককচেংশিং অদু মচিন্দা চিনি মকুপ অমমম চিক্লদুনা থোবক্লমই।

ৱাবী অসি ভাবনা শাব ওইববসু মসিনা সমাজদা চঙজফম লৌদুনা লৈবিবা অহিংবা জিবশিংদা মতিক চানা চেকশিনবিবগী দবকাব লৈ হাযবা ফিদম্লফম ওইবা ষ্টেট অমগী সমাজগী ফজববা শকফম অমা যেক্লুনা তাকলি। থাঙ্গেশেংবদি, মসি ঐখোযগী থাইনগী সমাজদা তৌবম্বা অদুগা যাম্না যৌশিন্ন নক্লবা অদু ৱাবী ওইনা লীবনি। কনাগুম্বা মী অমা ফন হম্ববা অতোনশা ওইববসু, যুমলৈতবা, খৌবাংবা অমসং চাক্তাংলগী অবান নাওতম্না মখল্ল থাদোক্তে। অযাম্বনা মখোযনা চাক চাক্লৈগা [illegible] খরা [illegible] চাননবা [illegible] চংনবমই।

## লেংদবা য়ুম্ফম অমগীদমক্তা

মসি পুম্নমক্না খঙনববনি মদুদি অসিগুম্বা লেংঙবোইদবা, চেকশিনবা অওইবা সমাজদগী, ফিবম অমা শেমগৎপা গাযবসি অতোপ্লগা অকনবা যেংনবা অমদা যুম্ফম ওইবগা শাগৎপা যারোই। মসিগী মবম অদুদি ইচম

চম্বনি। অন্দোলন অমা মদু মপানগী ফেক্টরশিংনা থোকহল্লকপা থবক্কী খুমুক হনবা ওইনা হৌগৎলকপা ওইরবদি মখোয়না য়েক্লরিবা পোৎ অদু লৌথোকখিবা মতমদা তুং কোইদনা হেক্তা কায়দুনা তোকখি। অতোপ্পা খন্নফম থোকপা মরু ওইবা রাফম অমনা, অকনবা য়েৎনবগী স্পিরিট অমা ঐখোয়গী রাখল্দা লৈরবদি ঐখোয়না য়েৎনরিবা মখোয়শিং অদুগী ময়মদা তত্তনা খনবদগী মরু ওইনা মখোয়গী ফত্তবা থবকশিং; ফত্তবা মচৎশিং অদু হন্না হন্না খন্দুনা লৈ। ঐখোয়গী শাস্ত্রশিংনা তাক্লি মী অমা মহাক্না খনবা রাখল মতুং ইন্না মহাক্কী মীওইসু ওইরকই। লেপ্তুনা রাখল লিশাং থাবদগী মদুদগী রাখলগী অরু অথেন খত্তবা রাৎলকই, অসুম্না মীদুগী মীওই ফাওবা হোংলকই। ঐখোয়গী সমাজ অসি নৌহৌনা শেমদোক্লবা য়ুম্ফম অসি বৃটিশ নত্রগা মুসলিমশিংবু য়েংথীবনা য়ুম্ফম ওইবা তারবদি সমাজ লৈখা তারক্কনি অমসুং হেন্না খুদোং থীবক্কনি। মরমদি মদুনা মখোয়গী তুকৎচনগাই ওইবা মবাল অদু অরেপ্পা লৈতনা নিংশিংবদগী ঐখোয়গী রাখল মোংহল্লক্কনি। ঐখোয়গী অওইবা, পুন্সিবু অর্থ থোকহনবা অরাংবা পুন্নমক্তা ফিদম্লফম ওইবা পুন্সিবু ফজহন্নবা লাইনিঙ লৈররোইদ্রা। ঐখোয়না ফত্রবা খৎনবতা হৌদুনা লান্দাগনবা মী-শিং অসিবু ঐখোয়গী থম্মোইদা ঈরাংকদ্রা?

সত্তগী কর্মিশিংসু মুসলিমশিং অমসু বৃটিশশিংগা মরী লৈনবা থৌদোক্তা চেন্নদবনি নত্তে। তৌগুম্বসুং মদুদি ইতিহাসতগী ঐখোয়না তমগদবা পাবাশিং অদুদা রাখল চিংশিন্নবগীদমক্তনি; ঐখোয়না লৈখা তাবক্লিবা অসি ঐখোয় ইশামক দায়ীনি হায়বা উৎননবনি। মসি অচুম্বনি, অঙকপা থৌদোক্লি, ইংলণ্ড গুম্বা পিকপ্রবা ন্যাশন অমনা চাউপ্রবা লৈবাক অমা সাশন তৌবমই, অদুসু মাইন লিশিং তকক লাপ্পা মফমদগী লাক্লগনি। ঐখোয়গী সত্তগু থৌদোকপিববা ইকাই খুম্নববা ফাউগুবনা চহি নিপালতা ঙাইরিঙৈদা অঙাং অমা ওইনা হিবম অসিগী মতাংদা খনবা হৌবমই। য়াম্না মপুঙ ফানা লুনা খম্বদুনা ঐখোয়না মীনাই ওইবকখিবগী মকওইবা মবম করিনো; অচুম্বা অমসুং ওইথোক্কদবা লম্বী অমা পুথোক্লবা ডাক্তবজীনা ধর্ম্ম লিংখৎপীবমই।

## ওম্ব তৈনবা লম্বী চৎপগী ফংলকপা ফজ

অসুম তৌনা ঐখোয়গী লুচিংবা পূম্নমক অসি বৃটিশ নত্রগা মুসলিমশিংদা কন্না যেৎপদগী মখোয় পূম্নমক বিরোধীশিং অদুনা শাবাক তমম্রে 'ইস্লামাইজ' তৌথিবা অমা ওইখ্রে। মদুনা মবক ওইদুনা মখোয়শিং অদু আংগ্লিসাইজ তৌথিবা নত্রগা ইস্লামাইজ তৌথিবা অমা ওইখ্রে খুদম ওইনা হায়রবদা, য়াম্না হৃকচিনবা সংগঠনশিং ঐখোযগী লৈবাকসিদা 'লিংখৎলকই মখোয়না মুসলিমশিংগী হিংসাগী অমসুং ওৎ-নৈবগী থবকশিং অদুগী মায়োক্তা থবক চখনবতা খন্দুনা লৈ, অমসুং বাজনীতিগী লম্বীদা মখোযবু থিংনবা হোৎনদুনা লৈ। মখোযনা মুসলিমশিংনা ঈখেং তাখিবা মীহাৎ মীপূনগী অরাবা ৱাবী কয়া হয়া হন্না হাযদুনতা লৈ। নমদুনা ধর্ম্ম ওলহনবা, নুপী নহাশিংবু নমদুনা ইজ্জৎ মাঙহনবা, হিন্দুগী লাইশঙশিং মাংথোকপা অসিনচিংবা অসি মুসলিমশিংনা লৈবাকসিদা হেক খোংদাবকপদগী তৌনা চখদুনা লাকই।

ষণ হাৎপা থিংননবা চথবকপা খোঙজং অমদা থোকখিবা থৌদোক অমগী ৱাবী অমা লৈ। যান্না ব্যাবহাব তৌনববা লাইবিক লাইশু হৈববা হিন্দু লুচিংবা অমা থেংনৈ। অসুম ৱাবী শানবিগুঁদা হিন্দু লুচিংবা অদুনা ৱাবী শাবিগুঁ মবক্তা হংলক্লরই 'হিন্দুনা ষণ চাবদ্রু কবি অমাগুবা লৈবগে, ব্যাবহাব যম্না তৌনববা মীওই অদুদগী অসিগুম্ব বাঙাং অমা তাবকপসি যান্না ৬কনা থোক্লমই। 'অসিগুম্ব' রাহং অমা হংলকপগী মবমনা কবি ওইবমগলা। যান্না লৈখা তাববা হিন্দু অমনা ফাওবা মসি তাবদা তুজুংগনি। মসি ওইবকপগী মবমদি মুসলিমশিংগী মবমদা লেপ্তুনা খন্দুনতা লৈবা মবমনা মখোযগী ফত্তবা শাজৎ অদু মখোযগী থম্মোইদা মমি তাখ্রে, অসুম্না মখোয় বাজনীতিদা হিন্দু ওইরে অদুগা সংস্কৃতিগী মিৎয়েংলোমদদি মুসলিমগী প্রভাব তাবে।

মসি রিয়েক্সন্যারি ওইবা ৱাখল মতাদগী থোরকপা অকোইবগী ফিবমগী ঈথিলনি। ঐখোয়না মফম অমদা সম্মগী থবক অমা হৌগৎনবা চৎপা

মতমদা টাউন অদুদা লৈরম্লা ভদ্রলোকশিংনা য়াম্না য়েংপা মতমদা ৱাহংশিং হংলকই। "করে ঐখোয়গী টাউন অসিদা সম্ভগী করি দরকারনো? ঐখোয়গী সিদদি মুসলিম অমত্তা লৈতেনা" গুরুজীনা খুমল্লকই "ঐখোয়না মফমসিদা লাকলিবসি হিন্দুশিংবু ওর্গেনাইজ তৌবা লাকপনি, মুসলিমশিংবু নত্তে। ঐখোয় হিন্দু ওাক্তনি, ঐখোয়না মফম অসিদা মুসলিমশিং লৈ লৈতেগী ৱাফম খোইনা, খল্লরুবা লৈতে।

## অহিংবা সমাজ অমগী খুদম

অসিগুম্বা রিয়েক্সনারি ওইবা ৱাখন্দগী মীশিংনা ঐখোয় হৌজিক হান্নগীদু নত্রে, ফিবম হোংলে, বৃটিশনা ভারত থাদোক্নুনা চৎখ্রে অদুনা অসিগুম্বা মখলগী সংগঠন দবকার ওইদ্রে। অদুগা ঐখোয়নদি অমরোমদা সমস্যা অসি অতোপ্পা মিৎয়েং অমরোমদা য়েংলি। ঐখোয়না হায়রি হিন্দুশিং মফম অসিদা লৈবমই অদুগা হৌজিকসু মখোয় অদুম লেঙদনা লৈরি। মখোয়শিং অমত্তা তিন্নবা য়াবমদে, হৌজিকসু মখোয়গী মরক্তা অমত্তা ওইনা তিন্নবা লৈতে। ঐখোয় মচোই মচোই তাববা হিন্দু সামজনি। মখোয়শিংসে করি অমত্তা হায়জবা ওমদবমখে নেৎথৎপিসনু। মখোয়না ৱা ওাংলক্লবদি মদু খোঞ্জেল কয়ামুক্তা থোবক্তনি, মদু মবোল লৌবা যাদবা খোঞ্জেল ওইনা থোরক্তনি। অসুম্না ফিবম অসি ইহোং হোংদবসি ঐখোয়না ওই। অসুম হায়না খনসি, লাইনা লাইচং লাকপা মতমদা মী অমা টাইফোইডনা নাবে মাবু লায়েংলিবা ডাক্তর অদুনা টাইফোইডকী লাইচং অদু লৈরে হায়না সহরগী হকশেলগী ওথোরিটি অদুনা লাউথোবকপা মতমদা নুপাদু লায়েংবদু তোক্লগদ্রা? অসুম্না অমগা অমগা তিন্নবা য়াদবগী অনাবা অসি ঐখোয়না উফম থোক্ত্রা, থাইনদগী লৈবকলবা সমাজগী হকচাং অসি লাইনা শাউদুনা থারকপা দণ্ডি ফংলিব্রা? মতৌ করম্না ঐখোয়না লাইনা অসিগী চপ চাবা হিদাক থাবা ওমগদৌরীব্রা?

ঐখোয়গী ইথৌদি সমাজ অসি নিংখিজনা শেমগত্নুনা অপূনবা, অমত্তা ওইবা হান্নদগীসু হেন্না শক্তি লৈবা সমাজ অমা শেমগৎপনি। মসি ঐখোয়গী ধর্ম্মনি, ঐখোয়গী সমাজ, ঐখোয়গী অচৌবা ইমা লৈবাক অসি শক্তি লৈবা, অচৌবা অমসুং নুংঙাইবা লৈবাক ওইনা উনিংবনি। মসি ঐখোয়গী মীশিংনা পোকপদগী য়াওবক্নবা নুংশিবগা লোয়ননা মাবু ইবাংচবনি, জাতিগী ওইনা অশেংবা থাজবা অসিনা ঐখোয়বু থবক খুদিংদা তত্তুনা ইনশিল্লকই। মখল অসিগী থাঙ্গেশেংবা নুংশিবা অসি মপাঙ্খোংগী ওইবা ফিবম অমত্তদা মখা পোন্দে, অদুগা মখোয অদুদগী পোক্লকপসু নত্তে। মদু ঐখোয়গী থম্মোইদা যাম্মা লুথনা মবা তাদুনা লৈখ্রবনি, ঐখোযগী পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা জাতিগীদমক্তা ঐখোয়না তৌগদবা ইথৌ অদু নিংশিংহল্লি। মদুনা অচৌবা, অশেংবা ইমা লৈবাক অসি ঐখোয়গীনি হায়বা পোকহল্লি, মদুনা মঙোন্দা লমন তোনবগী তৌবিমল খঙহল্লি, ঐখোয়না তৌবা থবক খুদিংমক মাগী মফমদা কখোকচবা ঙমহল্লি।

হিন্দুইজমনা ঐখোয়গী থৌবী নোঙ্গোব ওইদুনা সিগুম্না অশেংবা অমসুং পুন্নমকপু কোনশিনবা নুংশিবা, ঐখোয়দা য়েৎনবা অমত্তা লৈতবা থম্মোইগী ঈহল যোকখৎলি। সম্মদা লৈবিবশিং, পোকপদগী অমসুং য়োকখৎলকপদগী অসুম্না হৈনদুনা লাক্লবা ঐখোযদি থবক তৌগনি তৌইগুম্বসুং অয়েৎপা অমত্তা তৌবোই। কৈসু লৈতবা পোৎকীদমক্তা কন্না মৈশা লাংবা বিযেক্সন খোকপা হায়বসি মশানা তার্বনি। তৌইগুম্বসুং হকচাং ফনা হিংবা মীওইবশিংনা মফম মবাং খওদবা থৌদৌ কয়ানা মখোয়বু লাকশিনবা ঙমলোই। মখোযনা মশামক অইং অশাগী চাং ঙাক্নুনা থম্বা ঙমই, যাম্মা চাংহেনবা অইং অশানা মখোয়বু লাংতক্নহনবা ঙমদে। মহৌশাগী ওইবা অইং অশাগী ঙাকপা ঙন্নক্নবা মতমদা মখোয় থন্নাই যাওদবা হকচাং হাযবদু ওইখিগনি। অদুনা মখোয়গী ব্রাখলগী মিৎতা মতম পুন্নদা লেঙদনা থমগদবদি নিংখিজনা নিয়ম নাইনা শেমগৎলবা সমাজ অমগী মিৎযেং থম্বনি, মদু মপানগী ফিবমদগী লেপত্রবা থবক্কী লম্বী নাথেদুনা খক চৎলোইদবনি।

## ব্রাখন্দা লৈবদু থবক্তা ওয়োকপা

মবম অসিদগী সঙ্ঘ অসি কবিগুরুনা বিয়েক্লন অমত্তা যাওদনা মখোঙ চেৎনা লিংখৎখিবনি, মতম পূম্নমক্কী ওইবা জাতিগী পুন্সিদা লেঙদবা থাজবা থমদুনা শেমখিবনি। ঈংনা, লেপ্তুনা অসুম অসুম চাউখৎলকখি। মপাম্হোংগী ফিবমদা খঙহৌদনা অহোংবা কয়া লাকপদা মসিবু লেঙহনবা ঙমখিদ্রবনি। তুং-কোইবা, শক্তি লৈবা অমসুং মিংচৎ লৈবা নিংথিজনা শেমলবা সোসিয়েল লাইফ অমা, মদুনা স্বয়ং সেবক অমনা সঙ্ঘগী থবক তৌবদা পুন্সিগী মথৌনি হায়বা খন্দুনা মশাগী ওইজবা অমত্তা থিদনা থবক তৌবা ঙমহল্লিবনি। থাঙ্গৎশেংবনি স্বয়ং সেবক অমনা মহাক্কী নোংমগী মথৌ তৌবদা পুক্লিং থৌগৎপা অমদি নুংঙাইবা কয়া ফংখ্রবনি মহাক্না উখিবা মঙলানগী বাফম অদু তশেংনা অপিকপা পাদমদা উবা ফংখ্রবনি। মহাক্না খোঙজেল য়াংনা পুন্সিগী পান্দম অদু ফংননবা কন্না থৌজিনখ্রবনি।

মসি সঙ্ঘগী থবক্কী অমত্তা ঙাইবা মতৌনি, মসিদা পাম্বৈগা পম্বুংগা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লকপা। পম্বুং অসি শেমগৎলবা সমাজ অমগী ফিদমনি, মসিমক পাম্বৈশিং শিজিন্নদুনা অসুম অসুম ফংলকই; নোংমা নোংমগী চথবকপা থবক্কী পবিংনা মীশিংদু সমাজগী পুন্সিদা মওং তাহন্নবা শেমই। মসি ভক্ত অমদা ঐখোযগী দর্শন শাস্ত্রনা তম্বীবা মওং অদুগা চুননা শেম্বনি। ভক্ত অমদদি লাইনীঙবা হায়বসি পাম্বৈসু পম্বুংসু অনিমকনি, 'স্বযম ফলকপতা" নি মতৌ অসুম্না সমাজবু লাইনীঙ ওইদুনা পোক্লকপা ওর্গেনাইজেশন অসি মথন্তা থৌগৎচবা মথন্তা যোকখৎচবসু ওই। মসিনা মতম পূম্নমক্কী ওইনা শক্তি লৈগদবা নীতি অমদা চেৎনা থাজদুনা শেল্লকপা অখন্নবা লম্বীদা মপুঙফানা পুক্লিং লুপই অদুনা ওর্গেনাইজেশন অসি মীনা জয় তৌবা ঙমদবা মতম পূম্নমক্তা মথন্তা অসুম অসুম পাকথোক চাউথোকপা অমসু ওইহল্লি।

## ওন্ন তৈনবা খুদম অমা

ওন্ন তৈনবা মখলগী খুদম অমা ঐখোয়না পোইন্ট অসি হেন্না নিংথিজনা খঙবা ঙম্লনবা লৌখত্লুনা য়েংলি। মসিনা মতম খরতগী ওইবা পান্দম অমা মমাঙদা থন্নগা লিংখিবা ওর্গেনাইজেশন অমনি। ইণ্ডিয়ান ন্যাশন্যাল কংগ্রেস, খ্বাইদগী লিরবা পোলিটিকেল বোডি অসিনা বৃটিশপু ভারত্তগী তান্থোকখিনবা পান্দম থমদুনা শেমখিবা পোলিটিকেল পার্টিনি। হৌজিক বৃটিশশিং লৈবাক অসিদগী চৎখ্রে, কংগ্রেসকী রাজনীতিগী পান্দম মপুঙ ফানা থুংখ্রে। মসিগী তশেংবা মরম অসিদগী চহি কুনমঙারোম চুপনা লুচিংবগী থৌদাং লৌরম্বা, মদুগী থবক মতৌ লাকতৌ য়াম্না মুম্না উরম্বা গন্ধীজীনা বৃটিশনা ভারত থাদোকত্নবা তুংদা ওর্গানিজেশন অসি মুংখৎলো হায়না পাউতাক পীরম্নবনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না খঙলিবসিনি মীওইবনা মিং অমসুং শাওং-শাদাদা নপশিন্নবা য়াম্না পামই অদুনা মখোয়গী তুংইনবা অয়াম্বনা কংগ্রেস মুংথংপা পামখিদে। ওইবা য়াই বাজনীতিগী শক্তি পায়বগী মহাও অদুনা মমিং অমসুং শাওং-শাদা অদুদা নপশিনখিবা ওইরম্বা য়াই। অদুনা মখোযগী মাষ্টবনা পামজনা ফোংদোক্লম্বা অপান্নদু ইনখিদে।

মদুগী ফল ওইনা কংগ্রেসনা কবিগুম্বা অওইবা অমত্তা পাংথোকপা ঙমখিদে; বৃটিশকী মায়োক্তা নীংতম্বগী লানফম থেংনবা মতমদা ইন্নম্বা ফিদম্নফম ওইবা পূম্নমক মাঙথবকখি। অচুম্বা, অহিংশা, ফজবা লমচৎ শাজৎ, মরৈবাক নীঙবা হায়বনচিংবা পূম্নমক তুমখিদুনা নুংশিত্তা তিনখিরমই। 'মোটো' হায়বদি ফিদম্নঙাই ওইবা অশম্বা বাবোলশিংদি লৈহৌরি অদুগা মদুদা য়াওরিবা মনুংগী পোৎশিং অদুদি পূম্নমক মাঙখ্রে।

অরানবনা ফন্দুনা মশক লোত্তুনা অচুম্বা শাদুনা চৎলি। ১৯৫৪ দগী ঐখোয়গী অব্রাংগী ঙমখৈদা চাইনিজশিংনা লান্দারক্লে হায়বা খঙই, মশানসু য়াই, তৌইগুম্বসুং মখোয়না অচুম্বা অদু নমশিন্দুনা থমই, মদু হায়রুবশিং

অদু মখোয়না করেম কথাইনে, অদুগা হিন্দী চিনি ডায় ডায়গী ফজববা ছুবি অদু লৈবাক অসিগী মমাঙদা ফজনা মচু শঙই। অয়ানবা অদু কয়া কুইনা চথবা য়াখি?

থাঙ্গেশেংনমক, 'অহিংসা' গী মতাংদদি ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা শান্তি অমসুং অহিংসা অসি পৃথিবী পুম্নমক্তা শন্দোক্লমই, তৌইগুম্বসুং অতৈ লৈবাক্তগী হেন্না ঐখোয়গী লৈবাক্তা হিংশা তৌখি। ঐখোয়গী লৈবাকমক্তদা ঐখোয়গী ঈরৈবাক মচাশিংদা ফা-পূনবা, লাঠি চার্জ তৌবা, মখোয়গী রাজনীতিগী য়েক্লবশিংদা নোংমৈনা কাপ্পনচিংবা তৌবসি বৃটিশনা পাল্লিগুঁদা তৌবদগী হেল্লি হায়বা য়াই। হিংসা য়াওবা খাঙাং শাঙাংদি ঙমখৈ লৈতে। পণ্ডিত জাবাহরলাল নেহরুনা ফোংনা লৈবাকসিদা লৈবা রাজনীতিগী লুচিংবশিংদা সরকারদা সমালোচনা তৌবদা অথিংবা থমগদবনি হায়খি। অদুগা মহাকমক্তা রাজনীতিগী খাখল তিন্নদবশিংদা 'গান্দার' হায়বদি বিশ্বাসঘাতক তৌবা মীনি হায়না মরাল শীখি।

লমচং শাজং মাঙথরকপা হায়বসিদি মতমসিগী ওইনা তৌগ্রে। শেঙ্গা থুমজা তৌবা, থবক থানা হাপ্পদা মরী মতা য়েংলগা হাপ্পা অসিদা অথিংবা লৈত্রে। ডিপার্টমেন্ট কয়াদা করপসন থিংনবা তোঙানবা ডিপার্টমেন্ট কয়া শেমলে। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা এন্টি করপসন ডিপার্টমেন্ট অদুমক্তা করপসন চেক তৌনবা অতোপ্পা ডিপার্টমেন্ট অমুক লিংখৎপা দরকার ওইরক্লে। অসুম্না, মসি ঙমখৈ নাইদবা অমা ওইনা চথরক্লে। গুরুজীগা খঙনবা মরু ওইবা কংগ্রেস ৱার্কর অমনা নোংমা গুরুজীগা উন্নবা লাক্লমই। মহাক্না ব্লেক মার্কেটিং, স্মগল্লিং করপসননচিংবা থিংননবা লিংখৎলিবা ডিপার্টমেন্টশিং অসি চলাইহন্নবা হোৎনবদা পব্লিক একসচেকরদা শাথিনা মাঙবা থোকহল্লিবা অদুদা মহাক অঙকপা পোক্লমই। মহাক্না সন্ধনা থবক অসি লৌখৎপিদুনা অসিগুম্বা মাঙ-তাক্লবা তৌরিবা মীওইশিংসি শেংদোকপগী থবক তৌবিনবা সজেসন অমত্তা তৌবিয়ু হায়রমই। গুরুজীনা হংলক্লমই, "কনা করম্বা মীওইদগী থবকসি হৌগদগে হায়বদু ঐবু ভাব অমুক্তা তাহনবিয়ু" কংগ্রেস ৱার্কর অদু

গুরুজীনা হায়রিবদু ভাব তারমই, মরমদি খ্বাইদগী মকোক থোংবা মী-শিংগী লু-তোংদা চাথৎলিবা অদু মহাক্না নিংথিজনা খণ্ডলমই।

## নৌনা পেং চোইরকপা

হৌজিক মতমগী অৱাংবা ফিদম্লফম হায়বদি মরৈবাক নীঙবা, থাদোকপা অসিনচিংবনা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা বৃটিশ তাম্থোক্লবা হৌবা ঈহৌদা থবকতা কন্না ইনশিল্লমই। ঐখোয়না হৌজিক্তি উবে মতমদুগী থবক্কী লমজিং অদু হৌজিক্তি পুমহোং হোংলে। ইমা লৈবাক্কী অমত্তা ওইবা ৱাথল্লোন অদু হৌজিক মখোয়দা লৈরক্তে। লৈবাক অসি মচেৎ মচেৎ থুগাইনবা মখোয়না পুক্লিং থৌগৎপা অমসুং অয়াবা উৎলকলে। শ্রী সি রাজাগোপালচাবিনা অসুম্না হায়খি মদুদি হিন্দী লোলবু নমদুনা চৎনহনগনি হায়রবদি ঐখোয়গী লৈবাক অসি থায়দোকপদা অকায়বা লৈতে। অশেংবা মচং ওইবদুগী মহুত্তা মপাম্থোংদা কখোকপা শাবা উৎতুনা পেং চোইবা ৱাঙাং শাঙাং কয়া ঙাংবা হৌরক্লে।

থাদোকপগী অচুম্বা থৌনাদি চেন্দনা থাদোকপা শাদুনা সো তৌবদগী ঐখোযগী অচৌবা প্লান কযা ফাগি তাহল্লে। মিংচৎ পাম্বদগী তৌবা থবক সমাজগী অমসুং লৈবাক্কী সেবা তৌবদৌনা লৌনরক্লে। যাম্না নোকনিংবা থৌদোক অমদা, চহি খবগী মমাঙদা গঙ্গা তুবেল ঈশিং চাউদুনা কাশীগী লমদমশিং ঈশিংনা থুমজিল্লমই। মফমদুদা লৈবা মন্ত্রী অমনা মতা থোকউদুনা ঈশিং ঈচাউনা শোক্লবা মফমশিংদু চত্তুনা য়েংনিংলমই। মহাক্না ঈশিং ঈচাউগী ঈশিং ঈচিন অদু তান্না কার তোংদুনা লাক্লমই। মফম অদুদা মহাক লেপ্লমই অমসুং মাগী প্রাইভেৎ সেক্রেটরিদা কেমেৰামেন কদায়দা লৈবগে হংলমই। কার অদু প্রোফেশনেল কেমেরামেন অমা লৌরুনবা থাখিরমই। মিনিষ্টর অদুনা খুকউ য়ৌনা থুম্বা ঈশিংদা 'ফ্লড রিলিফ ৱাক্কী থবক তৌবগী মওংদা ফোটোগ্রাফ অমা অনি লৌরবা মতুংদা মখোয়শিং অদু যাম্না নুংঙাইনা ঈচাউগী অৱাবা নংলবশিংদা য়াম্না অচৌবা মতেং অমা পীরবগুম্না কাংবু অদু নুংঙাইনা হন্নখি।

## রাজভক্তি হোংলকপা

মতম অমদা ন্যাশনগীদমক্তা কথোকপগী ব্রা ঙাংলম্বশিংদু হৌজিক্তি মখোয় মশা মশাবু থাগৎচবা হৌরক্লে। মশাগী নাপললনা আত্মা সমর্পন তৌবগী মহুৎ শিল্লকলে। মখোয়গী ব্রাখল, ব্রাহে অমসুং থবক পুন্নমক মশা মথক্তগী ওইনা তৌই। চহি খরগী মমাঙদা পণ্ডিত নেহরু নাগা হিলসতা চৎলুই, লমদুগী মী খরনা মঙোন্দা মেমোরেণ্ডম পীশিন্দুনা তোঙানবা নীংতম্বা নাগা বাজ্য অমগী দাবী তৌবা পাল্লমই। তৌইগুম্বসুং লোকেল ওথোবিটিনা মদু য়াবমদে। মদুগী প্রতিবাদ ওইনা চাউরাক্লা নাগা লিশিং অহুম লোম মহাক্লা মিটিং অদুদা ব্রা ঙাংলমদাইদা পুল্লপনা অমত্তা ওইনা হৌগৎলক্কুনা মিটিং থাদোক্কুনা চৎখি। পণ্ডিত নেহরুনা মঙোন্দা ফোংনা ঈকাইবা পীবনি হায়না লৌবমই অমসুং ফোবেল খৃষ্টান মিসন্যারিশিং অসিনা লৈবাকসিদা যাম্না ফত্তবা এন্টি ন্যাশনাল ওইবা অমোৎপা গেম অমা শান্নবি হায়খি। অদুগা মতম খবগী মত্তুংদদি মহাক্লা মখোয়গী "হিউম্যানিটোরয়্যান এক্টিভিটি' গী মবমদা থাগৎপা হৌবকই অমসুং মসি ঐখোযগী লৈবাক্তা তৌবা যাম্না চাউবা সম্মান অর্মনি হাযনা লাউথোকখি।

পূন্নমক্ত-গী অথোইবা, খুদম চল্লিবা জাতিগীদমক্ত- ওইজবা থাদোকপগী মিংচৎ অদুগী মহত্তা অপিকপা হুম্ববা পোৎনা ঐখোয়গী থম্মোইসি খুদুম চনখ্রে। মত তিন্নদবা মযাম পুনশিন্নদুনা, পার্ট অমা, লোল অমা, প্রোবিন্স অমা, কাষ্ট অমা নত্রগা ধর্ম্ম কাংলুপ শেমনদুনা ন্যাশনাল লাইফ অসি মচেৎ মচেৎ থোক্লা শেগাইবি। অসিগুম্বা অব্রাবগী মশক ওইবা ফিবম অসি ঐখোযগী মকোক থোংবা লুচিংবশিংনা মখোয় মশাগী য়েংদুনা কায়ননবা খুজিল তৌবদা লমজিংলি। অনিশুবা চহি মঙাগী প্লান শেম্নবা এক্সপার্ট কমিটিনা প্লান অদু শেম্বগী অশেংবা ব্রাখল অদু পুথোবক্কুনা হায়খি মদুদি মখোযবু লম্বী অমরোমদা প্লান অদু ড্রাফ তৌবা মতমদা পোলিটিকেল প্রেসব পীদুনা লুচিংবশিং অদুনা মখোয়গী অপাম্বদু নমদুনা তৌহন্নবা ইনশিল্লকখি।

## লেপ্তুনা 'সুম তাওথরি

মসিনি, মতৌ করম্মা ঐখোয়গী মীশিংনা চাউখৎপগী ব্রা ভাক্তা ভাংদুনা চত্থরিবসি। ঐখোয় কদোমদা চৎলিবনো হায়বা খঙদে। ঐখোয়গী ন্যাশনাল লাইফকী মচং ওইবশিংদু করিনো হায়বা অমত্তা পুখোকপা ঙমদে। ঐখোয়গী পুন্সি মওং, 'লাইরিক মতম্বী, ঐখোয়গী লমচৎ-শাজৎ, ঐখোয়গী ফিজেৎ চাকচা, যুমশাকৈশা টাউন অমসুং সিটিশিং, অতৈ ঐখোয়গী জাতিগী ওইবা পুকচেল অমসুং খোন্দা লাক্তাগী মরু ওইবা পোৎশিং কিনিঙাই ওইবা মওংদা অহোংবা কয়া লাকখ্রে মদুদি ঐখোয়না মিকুপ অমত্তং লেপ্তুনা অসিগুম্বা য়াম্না তোম্বা মওংদা অতোপ্পগী মিতৌ তম্বা অসি জাতিগী চাউখোকচনিঙাই ওইবদা ইকাইবা পীবনি হায়না খল্লুবা ঙমদ্রা। মসি জাতিগী শকফম তাকপদা অমাঙবা খুদম ওইবক্তনি অমসুং বুদ্ধি শক্তিদা মীনাই ওইবা তারক্তনি।

খুদম ওইনা হায়ববদা, ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী অনৌবা ফিরাল অমা লৈহল্লে। মখোয়না মসি করিগী তৌবিবনো? মসিমক মীগী মীতৌ তম্বগী মতৌ চত্থরকপনি। ফিরাল অসি মতৌ করম্মা ওইবকখি। ফ্রান্স বিবোল্যুশনগী মনুংদা ফ্রেঞ্চশিংনা মচু অহুমগী অশাংবা শাংলাং অমা হৌদোকখি, মদুনা ইকোলিটি 'ফ্রাটারনিটি' অমসুং লিবর্টি হায়বা অহুম ফাংবা ব্রাখল অমা ফোংদোক্লুবা ফ্রেঞ্চশিংনা হোৎনখি। অমেবিকান বিবোলুশননা মান্নবা নীতি খরা লৌখৎলগা খরসু শেমদোক শেমজিন তৌখি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়গী ফ্রিদম ফাইটবশিংনসু মচু অহুম শাংলাং ফিরাল অসিদা শুক্ষৎপা পোক্তুনা কংগ্রেসনা মসিবু লৌখৎখি। অদুদগী তোঙানবা কম্যুনিটিশিংগী অমত্তা ওইবা ব্রাখল থমদুনা পেরুব্রা মচুনা হিন্দু, অশংবা মচুনা মুসলিম অমসুং অঙৌবনা অতৈ অতোপ্পা কম্যুনিটিশিংগী মহৎশিন্না খঙনবা ফিরাল ওইখি। হিন্দু নত্তবা কম্যুনিটিশিংগী মনুংদা মুসলিমশিংবু অতম্বনা পন্নুবগী মরমদি ঐখোয়গী মরু ওইবা লুচিংবশিংগী ব্রাখলদা মসিনা খুদুম চল্লমই, মখোয়না মমিংদি পন্দনা মখোয় য়াওদনা ঐখোয়গী ন্যাশন্যালিটি অসি মপুঙ ফাবা অমা ওইরোই হায়না খল্লমই। অদুদগী মী খরনা খোঞ্জেন

হৌবা হেন্না কম্যুন্যাল ওইবা অনৌবা ব্যাখ্যা অমা পুথোরক্লমই, মদুনা অমুক হায়, গেরুন্বা মচুনা 'ভ্যাগ', হায়বদি থাদোকপা, অঙৌবনা অশেংবা, অশংবনা শান্তি অসিনচিংবা। অসিগুম্বা ৱাহঙ্খোকশিং অসি কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটিনা মতম অদুদা কুপনা খল্লরমই। মসি অশেংবা, অফবা জাতিগী ওইবা মীৎয়েংনি হায়বা কনানা হায়বা ঙম্বগে? মসি রাজনীতিৱালাশিংগী শেমজিন শাজিনবা ঙাক্তনি রাজনীটিগী তৌদবা য়াদবা ওইনা তৌবনি। মসি জাতিগী মিৎয়েং অমসুং অচুম্বদা য়ুম্ফম ওইবা জাতিগী ইতিহাস অমসুং জাতিগী ওইনা ফংলকপা স্বত্ত্বদগী লৌরকপনি হায়না কনানা হায়বা ঙম্বগে। অদুগুম্বা ফিরাল অদু ঐখোয়না ঙসি ঐখোয়গী জাতিগী ফিরালনি হায়দুনা খর শেমদোক শেমজিন তৌরগা শিজিন্নরি। ঐখোয়গী লৈবাক অসি য়াম্না লিরবা অচৌবা লৈবাক অমনি, মসি হৌম্লবা মতমগী মিংচৎ অমসুং চাউথোকচনিঙাই ওইবা অমনি। অদুগা, ঐখোয়গী লৈবাকসিগী ফিরাল অমত্তা লৈরমদব্রা? চহি লিশিং কয়াগী সভ্যতা লৈবা লৈবাক অসি ন্যাশনশ্যাল এমব্লেম অমত্তা লৈরমদ্রা? চিংনবা লৈতনা খম্থসি ঐখোয়গী লৈরমই। অদুদি কদায়দা মাঙশ্রে ঐখোয়গী পুক্লিংদা অৱাৎপা অহাঙবা অমা লৈরিবসি করম্লনো?

ঐখোয়গী কনষ্টিট্যুশন অসিসু মচল খেন্নবা মচেৎ মকাই ময়াম তাইশিন্নদুনা শেম্বা পোৎলুম ওইরবা অমনি, নোংচুপ লৈবাকশিংগী কনষ্টিট্যুশন কয়াগী তোঙান তোঙানবা আর্টিকল কয়া পুনশিল্লগা শেম্বনি। মসিমক্তি ঐখোয়গী কৌবা য়াবা অমত্তদি য়াওদে। মসিদা, মসিগী গাইদিং প্রিন্সিপলশিংদা ঐখোয়গী ন্যাশন্যাল মিশনগী মরী ওইবা ৱাহৈ অমফাওবা য়াওদে, ঐখোয়গী পুন্সিগী 'কিনোট' অমত্তসু পন্দে। 'ইউনাইটেদ ন্যাশনস চার্টর'দগী চানদবা নীতি খর নত্রগা হান্ন চৎনখিদ্রবা লিগ অফ ন্যাশন্সকী চার্টরদগী খর অমেবিকা অমসুং বৃটিশকী কনষ্টিট্যুশনশিংদগী লৌথোক্লগা পুনশিন্দুনা শেম্বা ইচম চম্বা খেচরিগুম্বনি। থিওদোর শায় Theodore Shay না য়াগী দি লেগ্যাসি অফ ডি লোকমার্ন তিলক হায়বা লাইরিক্তুদা

ভাবতকী কনষ্টিটুাশনগী 'প্রীয়্যাম্বল' দা স্ববাজ, ধর্ম্মবাজ্য অমসুং ষ্টেট অমা লিংবদা ষ্টেটকা পুন্সিগা অমত্তা ওইনা পূনবগী ওইহন্নিংবা বাখলগী মমি অমফাওবা তাবমদবসি অণ্ডকপনি হায়বমই। অমবোমদা হায়বগা ভারতকী কনষ্টিটুাশনদা থবক্কী নত্রগা লমচংকী পথাপ উংগা বাজনীতিগী দর্শন অমত্তা যাওদে।

ঐখোয়না ইলেক্সন পাংথোকপা খুদিংগী স্লোগান কয়ামকম শেমই; চহি খুদিংগী মপাল লৈবাক্কগী থিওবী কয়াদগী লৌবকপা খোল্লাও কয়া লাউই। মখোযনা ঐখোয হৌজিক সোসিয়েলিষ্ট ডোকট্রিন অমগীদমক্তা লডাই তৌবি হায। ব্রাহৈশিং অসি ইউবোপতগী হৌবকপা ঙাক্তনি, ইউবোপিয়ান আইদিযাশিংদা তোম্বুনা, নোননা চৎপগী খুদমনি। শিকপ্রবা কংগ্রেসকী ব্রার্কব অমনা ফাওবা 'সোসিয়েলিজম' সোসিযেলিষ্টক পেটর্ন অফ সোসাইটি' হাযবনচিংবা ব্রাহৈশিং খোম্বাং হাপুনা লাউই। 'ডিমোক্রেটিক 'সোসিযেলিজম' নচিংবা অমসুং অতৈ কয়া অমা ইং ১৮৮৫ দগী কংগ্রেসকী অবেপ্পা পোলিসি ওইবমই।

মতম অমদা ঐখোয অমেবিকা বোমদা ওনশিল্লি অদুগা অমুক্লা কশিযা বোমদা। পূম্নমক অসিন' ঐখোয়ব মোবাাল অমসুং, ইনটিলেকটিউয়্যালদা মাঙ তাকহনবা নত্তনা কবি ওইবকপা যাবগে। ঐখোয়না তাউথবিবসিগী মবম কবিনো। মবমদি ঐখোয়না ঐখোযগী ইখোঙদা লেপচবা ঙমদে। কনাগুম্বশিং মখোয়গী দবকাব ওইবা লেপননবা মখোঙ লৈত্রবশিং তাউর্থখিবা তাবনি। উ পাম্বী অমা মদুগী মক অদু ফুক্তোকপ্রবদি ঈচাওগী ঈশিংগী ঈচেল খুদিংমক্লা মায়কৈ খঙদনা চেম্বখিবা তাবনি। ঐখোযগী ন্যাশন্যাল লাইফ পূম্নমক মক ফুক্তোকপ্রে, মবম অদুনা তাউথবা নত্তনা অতৈ লম্বী লৈত্রবনি। তাউথবা হায়বসি মহৌশানা অব্রাংবা লেবেলদগী অনেম্ববোমদা ওইবা তাবনি, মমৈদা লুববা পাতাল যৌনা লুপখিবা তাবনি। অসিগুম্বা লাইবকথীবা ফিবম অসি ঐখোয়না ঙসি ফংলিবা অসিনি।

## ইতিহাসকী পারা

অসুম অসুম তাউথবিবা অসিগী কোকনবা পান্নে অমদি লৈ। মদুদি ঐখোয় ইশানা ভাব তাবা, ঐখোয়গী অওইবা অশেংবা যুম্ফম মশক খঙবা, ইশামক্কী লৈবাকসিগী লৈমায়দা লুনা মবা তাপ্রবা ঐখোয়গী ইতিহাস অমসুং ইপা ইপুশিংনা থম্বীবম্বা জাতিগী ফিদম্নফম খমথেংনা অপাম্বা লৈবা তাবনি। মসিমক্তি যাম্না অশেংবা শক্তি লৈনা শাগৎপা সম্মঙম্বা সংগঠন অমনা, পুম্নমকপু কোনশিনবা নুংশিনা মতম পুম্নমক্কী ওইনা ইচিল ইনাও ওইবগী মওংদা ভাব তাহনবা ঙমদুনা জাতিগী ওইবা পম্বুং অমদা পুবকপা ঙম্বা তাবনি। অদুনা হৌজিক্কী মতমগী মশাগীতা যেংবা, মত তিন্নদবা অমসুং হৌনখঙদনা মীগী মীতৌ তম্বদগী চেম্থখিবা পুম্নমক অসি মাযপাকনা লাকশিনবা ঙমগনি। মবম অদুনা ঐখোযনা থাঙ্গেশেংনা হাযবা ঙমই, মদুদি সম্ম লৈবগী কান্নবা অসি, মসি হৌগৎলকপা মতমদগী হৌজিক্কা হেন্না দবকাব ওইবে হাযবসি ফাওনবে। হৌজিক মতমগী ফিবম অসি নুংঙাইবা যাবগী মওং অমত্তা লৈতে। লৈবাক মনুংদসু অমসুং মপান্দসু মবম পুম্নমক্তা পোকখায়বগী ফিবমতদা লৈ। ঐখোযনা তায মদুদি মতম পুম্নমক্কী ওইনা মীকুপ নাহুর্মশিংনা লৈদুনা য়েংশিনবা হাযবা অসি নীংঙম্বগী মমলনি। ঐখোয়না যামদ্রবদা ঐখোযগী ইতিহাসতগী পাবা খবদি তম্বা ফৈ। পৃথিবাজ, যুমলিংদবা মহম্মদ ঘোবিগী লাম্মী কাংবু অদুবু মমাঙদা থৌদোক কয়াদা মাযথীবা পীবা ঙমখি, অদুবু মহাক্না নৌনা লুহোংলুবা সংযোগিতাগা নুংঙাইদুনা পুম্নমক হন্দোক্লুনা লৈবিঙেদা য়েক্লবশিংনা দিল্লিগী গেততা তান-চানা ফুবদগী 'মহাক মাযথীবা ফংখিবনি।

## খুদোং থীবগী ইঙ্গিৎ

ঐখোয়, ঐখোয়গী লৈবাক অসি নীঙতম্বা অমসুং চাউখৎনা হিংননবা খুদোংথীবা পুম্নমক থেংনবা ঙম্নবা অচেৎপা নিংথিজনা লিংলবা খুম্নাই অমা ওইবে হায়বসি খাজবগা লোযননা পুকচেল শেংনা হাযবা ঙন্নব্রা? ঐখোয়গী

নহারোলশিংদা নুপা থোকপগী লিংজেল অমসুং ফিদমকম ওইবা শককম মখোয়গী মমায়দা উরব্রা? ওন্ন তৈনবদা ঐখোয়গী নহাশিংনা মীরৈপাক্কী ফেশনগী মমিদা লুপ্তুনা লৈরিবা অমসুং ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা লৈওন্দুনা লৈরিবসি ঐখোয় উফম থোক্ত্রা? গুরুজীনা থৌদোক অমদা কংগ্রেসনা চলাইবা ফিজিকেল ট্রেনিং কেম্প অমা য়েংবা চংলুই। নুপামচা নুপীমচা পুন্না কেম্প অদুদা শরুক য়ারমই। মহাক্না কেম্প অদুগী ওর্গনাইজরদা কেম্প অদুদা নুপীমচাশিং অদু য়াওহন্দবা য়াদ্রা হায়না হংলমই। মহাক্না পুকচেল শেংনা মরাল য়াজরমই অমসুং হায়রমই, মদুদি নুপীমচাশিং অসি য়াওদ্রবদি নুপা মচাশিং অসি ইরাক লাক্লম্মোই। লক্নৌদা য়ুঠ কনফরেন্স অমা শিল্লমই, কনফরেন্স অদুগী অহানবা রিপোর্ট অদু তারবা মতুংদা গুরুজী মদু ইডুকেটিভ ভেল্যু লৈবা কনফরেন্স অমা ওইরমদে, সুপ্নগী অমাংবা অকিবগী মশক ওইবা লমচং নাইদবশিংগী কেন্দ্র অমা ওইরমই, হায়রমই।

জাতি অমত্তনা মাগী নহা ওইরিবা মীশিংদুনা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা লুপ্তুনা লৈরবা, নুপীদা হৈনরবা, অদু ওইরবদি জাতিদু হিংবগী আশা তৌবা ঙমদে। মসি জাতি অদুগী কেমননবগী মশক ওইবা লেঙদ্রবা খুদমনি। মসি ফন চাউখৎপা ফন মপাঙ্গল কনবা লৈবাক ওইরবসু জাতি অদু মতম শরতগী ওইগনি। নোংমা অমেরিকান কোরেসপোণ্ডেন্ট অমা গুরুজী উন্নবা লাক্লমই অমসুং মতমদুগী অমেরিকা অমসুং রুশিয়াগী মরক্তা থৌরী চিংনবী তৌরিবা অসিদা সঙ্খনা করম্না মওংদা অমেরিকাবু মীনুংশি উৎলিবগে হায়না হংলমই। গুরুজীনা হায়রমই, ঐখোয়দি ঐখোয়গী ইখোংদা লেপচরি কনানসু ঐখোয়বু মখোয়গী লম্বীদা চিংবা ঙম্লোই। অমেরিকান অদুনা গুরুজী হৌজিক্কী মতমগী অমেরিকা অসি গুরুজীগী করি মত লৈবগে হায়না মখা তারক্লমই। গুরুজীনা খুম্লক্লমই, অমেরিকা অসি মশা-মশাত্ত মাঙজনবা লম্বীদা য়াম্না থুনা চংশিল্লক্লি হায়না হায়রমই। য়েংউ নহাক্কী নফি নরোন্দু মহাক্না শেংলিবা অকোম্না ফেশনগী ফিরোল অমসুং ফুরিংখাউদা শমজেৎ হাপলিবা অদুনা হৌজিক মতমগী সাধারন অমেরিকা মচাশিং অসি নুপী মানবা, ইন্দ্রিগী মখা পোনবা,

অশোনবা মতৌ ওইনা উই। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও অ্যালায়েড ফোর্সকী জেনেরয়্যালিসিমো ওইখিবা অদু মার্সেল ফোচ কৌবা ফ্রেনচমেন অমনি। মতম অদুদা জাতি অদুনা থৌনা ফনা লাম্বেংনখি, মখোয়না জর্মনশিংগা শাথিনা অরেপ্পা পুক্রিংগা লোয়ননা লাম্বেংনখি অমসুং মথৈদা মখোয়না মায়-পাকপা ফংখি। মখোয়না জর্মনগী লমগী শরুক খরসু লৌশিল্লমই। তৌইগুম্নসুং মায়পাকলবা ফ্রেনচমেনশিং ইন্দ্রিগী ওইবা নুংঙাইবদা লেনখি। মখোয়না ময়াইকাবা পোৎ চাবা থকপা ঈশৈ নোংমাই অমসুং জগোইদা লুপশিল্লকখি, মদুগী ফল ওইনা মখোয়গী অচৌবা মিলিটরি মেছিন অমসুং অকিবগী মশক ওইবা মাগিনোট লাইন Maginot line লৈন লৈন অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জালদা জর্মনগী শাথিবা লানফমদা ফ্রান্স নুমিৎ তরা মঙানিগী মনুংদা পুমতু তুথখি। ফ্রান্সনা খংহৌদনা পুমতুম তুম্না কিস্থখিবসি নুপী নহাদা য়াম্না হৈনরকপদগী ফ্রেন্সকী থৌনা ফবা নুপা থোকপা মতৌদু মাঙখি অমসুং থবক ঙম্বগী শক্তি ওইবা মহী ময়াই চন্নকখি। লাল অদুগী মতুংদা মার্সেল কের্টেইন Marshal Petain কৌবা অহল ওইরবা ফ্রেন্স জেনেরেল অদুনা ফোংদোকখি, মদুদি ফ্রান্সনা লান্দুদা মায়থীখিবা অদু লানফমদা নত্তে, পারিসকী বোল রুমশিংদনি। ঐনা পুকচেল শেংনা আশা তৌই অমেরিকানশিং অসি মতমগী মতুং ইন্না মিকপ থোক্লকনি অদুগা মখোয়গী নহারোলশিংগী মনুংদা চাথৎলক্লিবা অসি লেপহনবা ঙমলক্কনি।

ঐখোয়গী লৈবাক্তসু ফিবম অসি খেন্নবা লৈতে। হৌজিক কালগী নহা ওইবিবশিংগী ফেশন অসি অসুম নুপী মান্ন উশিল্লক্নে। ফিজেত্তা শাজত্তা, সাহিত্যদা, হৌজিক মতমগী পুন্সিদা 'মোডর্নিজম' হায়বসিনা খঙনরিবদি 'ইফফেমিন্যাসি' Effeminacy নি। হৌজিক্কী কালগী সাহিত্যনি হায়দুনা তৌরিবা অসিসু 'সেক্স' হায়বদি নুপা নুপী ওইবগী হিরম অমসুং বিষয়না খুদুম চনবা ওই। পৃথিবীগী লৈবাকশিংগী সাহিত্যশিংনা জাতি অমা অমসুং সভ্যতা অমা মাঙননবগী শোয়দ্রবা দুত ওইবসি সেক্স ডোমিনেটেড লিটর্যাচর'না ওই হায়বসি কয়াবক হন্না উৎস্রে।

মসিনি, অশম্বদা 'ফ্রিদম'গী মখাদা ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিনা ওইরিবা মনুংগী ছবিসি। মসি ঐখোয়না অম্নাবা তারবা মতমদা থৌশাদ্দবা য়াদবা 'বেড শিগ্নেল' অমনি। অসিগুম্বা ফিবম অসিদা সম্মগুম্বা 'সংগঠন শক্তনা ঐখোয়গী মীশিংবু অরুবা, অশেংবা, য়াইফহন্নিংবা নিংথিজনা শেমগৎলবা পুন্সি, থৌনাফবা থাদোকপগী লিংজেল লৈবা, লেঙ্গন্দবা, অওইবা য়ুম্ফমদা লেপ্পা, থাইনগী মিংচৎ লৈবা জাতি অমা, জাতি অসি কন্নবা নৌহৌনা পাঙ্গল হাপ্পা থাজবা য়াবা জাতি অমা ওইহন্নবা হোৎনবিবনি। মসি অমরোমদা পাংথোকপা মপূঙ ফাদ্রিবা মিশন অমগীদমক্তা লাউরিবা খোল্লাউনি, অরেপ্পা লৈতনা হৌগৎলক্লিবা অসুম পাকথোরক্লিবা সক্তগী থবকশিং পাঙথোক্লনবা মোটিভ ফোর্স অমনি।



# মরুশিংদু য়োকখৎলু

নুংগী ওইবা মীওই তশেংনা উৎপা ওন্নবা মহৈ-মশিং তম্নীবা ওজা হায়র্বসি লমচৎ শেমগৎনবা মীওই অমা ওইগদবনি তম্বগী হৈনবীদা শেঙ্গাউ কৎপগী ঙাওনবা হিন্দু স্পিরিটতা থাজবা থম্মু ঐখোয়গী ইতিহাসপু অপঙবা তাহনবা ন্যাশন্যালিজমগী অৱাংবা ৱাখল ৱাংনা থাঙ্গৎলু।

মহৈ মশিং তম্বগী লমদা ওজাশিং অসি মক ওইবা ফিগবনি হায়নৈ। ৱাফম অসিগী মরী লৈনবা য়ুম্ফম ওইবশিং লৌখত্নুনা নৈনবা মতিক চায়।

## ঐখোয়গী মরুগা মরী লৈনবা ৱাখল

অহানবদা 'ইডিউকেশন' হায়বা ৱাহৈ অসি হৌজিক কালগী ৱাখল্দা কবি অর্থ ফোংদোকপগে? মসি মীওইবদা লৈবিবা অথুপ্পা পুক্নিংগী পাঙ্গল অদু চিংথোকপনি। চুম্লগী ইনফোর্মেশন মচেৎ মকায় কয়া কোক্তা হানজিল্লগা ইডিউকেশন ওইবা যাবা নত্তে। মীগী কোক্তা পোৎথী-পোৎকুমগী কা ওইহল্লবা শেম্বা অসি মসিগী পান্দম নত্তে। মীদা লৈবা মখল মখা কয়াগী হৈথোই শিংথোইবা অমসুং থোইদোক হেন্দোকপা লৌশিং, প্রতিভা লৈবা মশক খঙবা অমসুং পুথোকপনা ইডিউকেশন মক ওইবা শককনি হায়না মফম অযাম্বদা লৌনৈ। মসিনা মচং ওইবা শককনি হায়না মফম অয়াম্বদা লৌনৈ। মসিনা মচং ওইবা ফল অদুসু ফংই। ঐখোয়না তোঙান তোঙানবা লমদ লৈবাক কয়াদা সাইন্স অমসুং আর্টসতা অচৌবা মাযপাকপা ফংখিবা

মীওই কয়া ঐখোয়না উবা ফংই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয় হিন্দুশিংদি মসিদগী মখা তানা চথম্লে। ঐখোয়দদি, মীগী নুংগী ওইবা মীওই পুখোকপা অমসুং ফোংদোকপসি ইডিউকেশনগী মচং ওইবনি। পুন্সি অসি পুক্লিংগী ঈহৌলশিং খর পুনশিনবা অদু নত্তে। ঐখোয়না হায় ঐখোয়গী নুংদা অরোইবা অচুম্বা অমা লৈ। খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপা অচুম্বা অদু খঙবা অমসুং ফোংদোকপা অসিনা ইডিউকেশনগী মরু ওইবা পান্দমনি। ঐখোয়গী মতিক মগুণ লৈরবা মুনি ঋষিশিং অমসুং তপষিশিংনা মসি তৌননবগী নিয়ম নীতি অদু মতিকচানা তাকপীরমই। অমসুং মসিদা ওজাশিংনা মসি পাংথোক্লবা মরু ওইবা রোল কয়া লৌরক্লি।

## ঈরীফম অদুদা হায়া পায়খৎলু

অহানবদা ওজানা 'য়ম' অমসুং নিযমগী নীতি তবা অসি ছাত্রশিংগী থম্মোয়দা য়েক্কুনা মমি তাহনবা তাবনি। অহিংসা (non-injury), সত্য (truthfulness), অসটৈয় (non- coviting), ব্রহ্মচার্যা (Continence), অমসুং অপরিগ্রহ (non-acquisition), 'য়ম' মঙানি 'সৌচ (Purity), সন্তোস (contentment), 'তপ' (penance), স্বধ্যয় (Spintual Study), অমসুং ঈশ্বর প্রাণিধন (offering of one's action to God), নিয়ম মঙানি। অচুম্বদি বাইবলদা য়াওরিবা টেন কম্মানমেন্টস ইন ডি বাইবল অদু হায়রিবা 'য়ম' মঙা অমসুং নিযম মঙা অসিগা চপ মান্নবনি। ছাত্রশিংগী মরক্তগী খবতনা 'যম' অমসুং নিযম অসি ব্রাখলদা লৌশিল্লক্রবদি মখোয়না অফবা অকোয়বগী নুংশিৎ নুংশা ফবা অমা ওইবক্কনি, অসুম তৌদুনা অতৈ অতোপ্পশিং অদু মতমগী তুংইন্ননা মখোয়গী মতুং ইল্লক্কনি।

নীতিশিং অসি নহাওইরিবা ব্রাখলশিং অদুদা য়াম্না নুংঙাইবা মওংদা তাকপীবা চঙই। গুরুজী মিদল স্কুলদা তম্লিনৈদা মহাক্কী ওজা অমা লৈবমই। মহাক্না স্কুলগী পারাশিং তম্বীবগী মথক্তা ঐখোযগী থাইনগী পুরাণগী নুংঙাইববা ব্রাবীশিং তম্বীবগী মওংদা লীবিরমই। গুরুজীদি অঙাং ওইবিনৈদা

মহাক্কী অশোকশীদগী অসিগুম্বা কয়া তম্বা ওমখি। গুরুজীগী অশোকপী অদু লাইরিক হৈবী অমদি ওইরমদে। মহাক্কা রামায়ন মহাভারত অমসুং ধর্মগী সাহিত্যশিং পাদুনা মমাবু তাহল্লমই। গুরুজীনা হায়রমই, অসুম্না তৌবসিনা মহাক মশামক্তা য়াম্না কান্নবা ফংখি।

অসিগুম্বা ৱারী ৱাতাইশিং অসিনা কুমজা কয়াদগী জাতি অমা ওইনা ঐখোয়গী ট্রাডিশন অমসুং লমচৎ শাজৎ শেমগৎলকপনি। মসিদগী ঐখোয়না তম্বা য়াবা কয়া অমা লৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা 'জবালিগী ৱাবী' অমা লৈ। মহাক ফিবম মতম পুম্নমক্তা অচুম্বা অদুখক্তা হায়বা ওাওবা নুপামচা অমনি। মহাক্কা ওজা অমগী মফমদা ছাত্র অমা ওইনা মহৈ তম্বা য়াহনবিয়ু হায়না হায়জরমই, মদুদা ওজা অদুনা মহাক করি গোত্রনো হায়না হংলক্লমই। নুপামচা অদুনা খিন্দনাময়ুমদা চংখিদুনা মমাদা ওজানা হায়রকপা অদুমক হংলমই। মমানা হায়বমই "ফরে অদুদি, ঐনা য়ুম্নু অমগী ময়ুমদা মীনাই নুপী অমা ওইনা থবক তৌরিঙৈদা নহাক মীয়োনখিবনি, ঐহাক নংগী নপা কনানো হায়বা নিংশিংবা থোক্তে, নংগী ওজাদা মসিমক তম্মু"। নুপামচা অদু চংগ্রে অদুগা ওজাদা মমানা হায়রকপা ৱাহৈশিং অদুমক তম্নুরে। ওজানা মঙোন্দা হায়রকই "নহাক মহৈমশিং তম্বদা য়াম্না চুনবা নহা অমা ওই, নহাক অচুম্বা হায়বগী থৌনা অমসুং পুকচেল শেংবা শাজৎ লমচৎ লৈ মতুংদা নুপা মচা অদু 'সত্যকামা জাবালা' হায়না পুম্নমক্না খঙনখি।

## আত্মা শক্তি চাউখৎহন্দুনা শেরাম্নবা লম্বীশিং থিংসি

তৌইগুম্বসুং হৌজিক কান্দদি ঐখোয়গী মমল য়াম্নবা ৱারীশিং কাওথোক্লরে, পনবা ফাওবা পম্নরক্তে ঐখোয়গী নহারোল অয়াম্বদি পুজিগী লম্বী খুদিংমক্তা ইনাক খুনবা অচৌবা গুণ চেনবা থাইনগী ইতিহাস লৈরমই হায়বা কাওবা খঙনরক্তে। অসুম্না ইডিউকেশনদা অওইবা অফবা মচাক ৱাৎপদগী ঐখোয়গী ছাত্রশিংনা অকাম্বা হৌনখঙদবা ম্যাগ্যাজিন কয়া পানরক্রে। মখোয়না বিষয় অমা তম্বা অমসুং নৈনবগী থৌওং অদুসু মুম্না

খঙগে হায়বগী চপ য়ুংবা অমসুং থৱাই য়াওবা ৱাংলি। টেক্সবুক অমসুং রিফরেন্স বুক, শক্নাইবা অইবশিংনা ইবা ওয়্যা থাদোক্লরে। 'সোর্ট' নোটস অমসুং কেসচনস এণ্ড অন্সার নচিংবা অসিনা মতম অসিগী ফেশন ওইরক্লে। প্রাইভেট ট্যুশননা ছাত্রশিংগী লায়না পাস তৌবা অতোপ্পা পাম্বৈ অমা ওইনা উনরক্লে। ওজানসু, মহাক্কী ছাত্রনা অতোপ্পদা ট্যুশন তৌগ্রবদি মাগী মখোয়দা থৱাই য়াওবা অমসুং তাকপী তম্বীবা হৈবগী লৌশিংদা ইকাইবা পীবনি হায়না লৌফম থোকপনি। অসিগুম্বা লম্বী অশম্বশিং অসিগী ফল ওইনা ছাত্রশিংগী ৱাখল্দা মাগী হোৎনকনবগী, অনিংবগী, খঙবা ঙম্বগী শক্তি পূম্নমক মাঙশিল্লক্লে। ওজাশিংদুনা অদুগুম্বা থবকশিং অদু তৌবদা পুক্নিং থৌগৎশিবসু থেংনৈ। ওজা খরদি মখোয়গী ছাত্রশিংদু মখোয়দা প্রাইভেদ ট্যুশন তৌননবা থৌজিল্লি। মসিনা ছাত্রশিংগী ম্যোরাল শোকহল্লি। মখোয়গী ৱাখল্দা কনাগুম্বা অমনা পুকচেলশেংনা মশাগী থবক তৌবগী কান্নবা লৈতে, শেন্থুম তান্ননবগীদমক চুমদবা অরানবা লম্বী শিজিন্নবগী মমি তাহল্লি। অসুম্না 'ম্যোবাল ইন্টিগ্রিটিদা' মমি তাহল্লি। অসুম্না 'ম্যোরাল ইন্টিগ্রিটি মাঙলকপা অসিনা 'ইম্ম্যোরাল মিন্স' শিজিন্নদুনা পরিক্ষদা অতৈ লম্বী অশম্বগী পাম্বৈ পূম্নমক মায়পাক্লবদা পবিক্ষা পাস তৌনবা লম্বী ওইরকই।

## থম্মোইদা হিন্দুগী ৱাখল চেল্লু

অসিগুম্বা ফত্তবা থবকশিং অসি যাম্না নৌবিঙৈদা মাঙহলহৌগদবনি অদুগা থম্মোই অমসুং ৱাখলগী গুণশিং ইলেমেন্টরি স্কুলগী থাক্তগী হৌদুনা অঙাংগী ৱাখল্দা শেমদোকহৌগদবনি। মসি ঐখোয়না ঙমখৈ নাইদ্রবা ঐখোয়গী থাইনগী অমসুং হৌজিক্কালগী সাহিত্যগী পুক্কে অসি চিংথোকপা ঙম্নবা কান্দদা ওইথোক্কনি, হায়রিবা ষ্টোরহাউসশিং অসিদা অৱাংবা জাতিগী হৌনশা, পুকচেল অমদি খোল্দা লাক্তা, শক্তি লৈরবা থৌনাফবশিং অমসুং থৌদোকশিং ময়েক শেংনা উৎতুনা লৈরি। মরু ওইনা ঐখোয়গী নহারোলশিংনা সিগুম্বা চাউরবা মুণি খাবিশিংগী মীরোলদা হিংলকপনি

হায়বসি খম্মোইদা ফাওদুনা চাউখোকচবা পোকহনগদবনি। ঐখোয়না মখোয়না পীরম্বা 'লেগ্যাসি অদুগী মতুং ইন্না হিংলবদি ঐখোয় হিন্দু অমা ওইনা হিংবা তাবনি, হিন্দু অমা ওইনা উবা তাবনি অমসুং পৃথিবী পুম্নমক্না ঐখোয়বু হিন্দুনি হায়না তাকহনগদবনি। মতম অদুদা ঐখোয়না ইশানা ইশাবু ব্যবহার ফংগনি, ঐখোয়গী জাতিগী ওইবা চৎনবী, লমচৎ শাজৎ অদুনা মপানগী সংসারদগী ব্যবহার ফংগনি। তশেংবদি, পৃথিবী অসিনা ঐখোয় ইশাগী অচুম্বা শকফম অদু উবা পামই, x,y,x খরগী চুম্নগী কার্বোন কোপি ওইহনবা পামদে।

## নশাগী ওইবদা লেঙদবা থম্মু

নোংমা ফ্রেঞ্চমেন অমা গুরুজী উন্নবা লাকখি। মহাক চাক চামিন্ননবা বার্ত্তন তৌকবনি। মহাক্না য়াম্না হরাও হরাওনা লৈমায়দা ফম্লমই অমসুং ময়ামগা মান্ননা চামস, ফোর্ক টেবল য়াওদনা চাক চারমই অমসুং অতৈ হায়নিংব হায়রমই, "ঐখোয়না সিদা লাক্লবনিনা নখোয়গী নতৌ অমসুং তোপতোপ্পশিং, ব্যবহার অমসুং চৎনবী রুহীশিং অমসুং মদুগী খণ্ড-উবা ফংলবনি। মদু নত্রবদবু ঐখোয়না নখোয়গী লৈবাকসিদা কবি নুংঙাইবা ওইগদৌরিনো?

নোংমনা, অখিল ভারতীয় বিদ্যার্থী পরিষদ হায়বা ছাত্রগী সংগঠন অদুনা 'নেফা'দগী ছাত্রশিং খরা পুরক্তুনা প্রোজেক্ট অমা লৌখৎনবা হোৎনরমই, মখোয়দা ইডুকেশন পীননবা পুনা অমসুং অতোপ্পা মহারাষ্ট্রগী মফম খরদা পুরক্লমই। থৌরাং অদুগী মখাদা ছাত্রশিং অদুনা ঐখোয়গী ইমা লৈবাক অমসুং মীশিং অসিগা ৱাখল্দা অমত্তা ওইনা নপশিন্ননবা মখোয়শিং অদু য়ুম, য়ুমদা লৈহন্নবা থৌরাং থৌরমই। প্রোজেক্ট অদু শিল্লিবশিং অদুনা গুরুজীগী পাউতাক লৌবা লাকলমই। গুরুজীনা মখোয়দা ছাত্রশিং অদু নোংচুপলোমগী য়ুমশা কৈশা ওইবা য়ুমদা লৈহনগনু গুরুজীনা পাউতাক পীরমই, মখোয়শিং অদু অয়ুক নুমিদাংৱাই খুদিংগী লাইমাঙদা ধুপ থাউমৈ

থানবা মফমদা লৈহল্লু, য়ুম অদুদা ঐখোয়গী ক্লহী ফজনা ঙাকপা অমসুং উসব মেলা, হরাও-কুম্মৈ চৎনবী অসি ফজনা উত্নুনা মখোয় য়াথন্দা চঙ্গদবা অদুগুম্বা য়ুমশিংদা লৈহল্লু হায়খি। অসিগুম্বা 'সংস্কার' অসিগী মতেংনা ঐখোয়গী পাক-চাউখ্রবা মীয়াম অসিনা লৈবাকসিগী লমদমশিংদা শন্দোকখিদুনা মখোয়গী অমত্তা ওইবা জাতিগী শক্তম উৎকদবনি, চৱাংনবা কয়াগী মরক্তা অমর ওইরবা জাতি অমা লেপ্লি হায়বদু 'খণ্ডহল্লু'।

"ইডিনবার্গ রিবিউ'গী চেকোং অমদা, কুইরবা ১৮৭২ ইং দা মালেমদা খ্বাইদগী লিরবা থাইনগী ন্যাশনদি হিন্দুনি হায়না ইখি। হৌনখণ্ডবা শাজং অমসুং সংস্কৃতিদা মালেম অসিদা নম্বিনবা লৈতবনি। তৌইগুম্বসুং লাইবক থীবদি অচৌবা জাতি অসিগী মচা মশুশিং অসি মীরৈপাক মচাশিংগী প্রোপ্যাগণ্ডানা শারাক তমদুনা মহাক্কী থাইনগী ইতিহাস অমসুং হেরিটেজ পুমকাও কাওথোকপ্রে। অসিগুম্বা সমাজ অসি মসিগী মরু অদু চিংথোক্নুনা পুথোকপা ঙমদ্রবদি তুংগী য়াইফবা সমাজ অমা ওইরকপগী আশা য়াংলি।

## মরু ওইবা পল

মতম অমদা গুরুজীনা দিল্লিদা চৎপা খোংচৎ অমদা মতমদুগী কেন্দ্রগী ইডিউকেশন মিনিষ্টর ওইরম্বা এম্ সি চাগলাগা উন্নরমই। চাগলা ক্লশিয়াদা চৎলুবা খোংচৎ অমদগী হল্লকপদা ঙাইরম্বনি। মহাক্কা লৈবাক অদুগী নহারোলশিংনা মহৈ মশিং তম্বদা পুক্লিং চঙবা, পুন্সিগী লম্বী খুদিংদা থোইদোক হেন্দোকপা পুরক্লবা পুক্লিংগী আশা তৌরিবা অদুদা মহাক্কী অপেনবা পোকপগী মরমদা লীরমই। মহাক্কা গুরুজীদা ঙনশিল্লক্লুনা হংলমই, ফরে ঐখোয়গী "ঐখোয়গী নহাশিংদা করি অশোয়বা লৈরবগে ঐহাক খঙদে; করিগীনো ঐখোয়গী ছাত্রশিংনা 'ট্রাইর্কতা থবাই য়াওরিবা, থকশি খাশি নাইদবা অমসুং কাংখোং চাইবা তৌরিবসি। চাগলানা মখা তারক্লমই, "নহাক্কী 'ওর্গ্যানাইজেশন'দদি নহাশিং অদু য়াম্না ডিসিপ্লিন লৈ অমসুং কখোকপগী গুণ চেল্লি, অদোম্না 'য়ুট প্রোব্লেম' অসি কোকহনবা ঙম্বা করিগুম্বা থরা পুথোকপীবা ঙমগদ্রা?

গুরুজীনা চাগলাদা হায়রমই "করে, অদোয়া ছাত্রশিংগী মমাঙদা করিগুম্বা অচৌবা থিদয়ফম ওইবা অমা থম্বা লৈত্রবরা?" মহাক্না খুমকই, ঐহাক শেংনা হায়জরবনি, ঙমখিদে! গুরুজীনা হায়, "মখোয়গী পুক্রিং থৌগৎনবা চীঙলেম্বা থিদয়ফম অমা লৈতনা মতৌ করয়া ঐখোয়গী ছাত্রশিংবু থকশি-খাশি অমসুং অৱাংবা পুন্সিগী ভেল্যু অমদা কখোকপা ঙমগদৌরিবনো? অসিগুম্বা অৱাংবা, মখোয়বু থৌগৎপা আইডিওলোজি অমা য়াওদনা মখোয়গী অঙাওবা থৌদৌশিং অদু করয়া লাকশিনগদৌরিবনো অদুগা মখোয়গী ঙাইহাক্কী ওইবা অরেম্বা ৱাখল থৌনা অদু শেমগৎশাগৎপা জাতিগী য়াইফনবগী লম্বীদা করয়া ওনশিল্লহনগদগে। ন্যাশনাল আইডিয়ালিজম অমা মথম্মোয়দা য়েক্তুনা মমি তাহনবতনা অশেংবা ঐখোয়গী ইতিহাস অদু স্কুল অমসুং কলেজদা তম্বীবা হৌবগী খুদোং চাবা ফংগনি। ঐখোয়গী অঙাংশিংদা মখোয় অচৌবা হেরিটেজ লৈবা লৈবাক অসিদা পোকপনি হায়বসি তম্বীগদবনি, লোয়ননা মখোয়গী মাঙলমচংকী ইপা ইপুশিংনা পোৎচাক্কী অমসুং আধ্যাত্মিক হায়বদি আত্মাগা মরী লৈনবা ৱাখল্দা অৱাংবা থাক্কী জ্ঞান ফংলমই হায়বসি খঙহনগদবনি। মদুতনা মখোয়সু চপ মান্নবা নত্রগা মদুদগী হেনবা অৱাংবা জ্ঞান ফংননবা পুক্রিং থৌগৎকদবনি।

তৌইগুম্বসুং, ঐখোয়গী স্কুলশিংদদি ওয়-তৈনবা ঙাক্তা তম্বীরি ঐখোয়গী ইতিহাসকী খ্বাইদগী মঙাল লৈবা মতম অদুবু 'ডার্কডেজ' হায়না শিংথারি অদুগা ঐখোয়বী লৈবাকসিনা মীনাই ওইবা মতমদুনা য়ায়া ৱাংনা থাক্তুনা থাগৎলিবা, মীরৈপাক মচা লান্দারকপশিংনা শুমদুনা চাবা মতমখুনা থাগৎলি অদুগা ঐখোয়গী নীঙতম্বা লান্দা লাম্বেংনখিবশিংবু পুক্রিং থৌগম্মে। ঐখোয়গী ইতিহাস, অসি অয়াম্বা শরুক্তি 'মুসলিম পিরিয়ড' অমসুং মতুংদা 'বৃটিশ পিরিয়ড'না অয়াম্বা শরুক কল্লি। মসিনি ঐখোয়না অঙাংশিংদা তম্বীরিবা ইতিহাস অসি। অদুনা মখোয়, হৌখিবা মতমদা মখোয়গী শিংথানবা হ্নবা অচৌবা থৌদোক লৈরমদে, মখোয় মতম পুম্নমক্তা মীগী মীখা থাদুনা লাকখিবা

জাতি অমনি, সুপ্লগী মুগোলশিং অমসুং মতুংদা ইংলিসশিংনা লৈবাকসিদা লাক্লবা মতুংদতা জাতি অসিনা মাঙদা য়েংবা ঙমজখিবনি হায়বসিনি। শম্লা হায়রবদা মখোয় হৌখিবা মতমদা মখোয়গীনি হায়দুনা চাউথোকচবা য়াবা করিগুম্বা অমত্তা লৈরমদে, ঐখোয়গী ঈশা-ইপুশিংদু ফিদম্লফম ওইবদা মতিকচাবা অমত্তা য়াওরমদে; মসিদগী ঐখোয়না করি আশা তৌবা য়াবগে?

অদুম ওইনমক, হৌপ্লবা মতমগী হিন্দুশিংনা য়াম্লা মঙাল লৈরিঙৈগী থোইদোকপশিং; মখোয়গী থৌনা ফবা অমসুং থাদোকপা, মীরৈপাক মচাশিংগা লাম্থেংনবদা থল্লাই য়াওখিবা, গ্রীক, মুসলিম নত্রগা ইংলিসকী মায়োক্তা ওইরো, মদু মখোয়না ঙাংউ-শকউরবদি শোইদনমক নখোয়বু 'কমিউন্যাল' হায়বা উপাধী পীরক্কনি। মসিদনি মখা তাবা য়াদ্রিবসি; থাঙ্গেশেংবা লুরিবা সমস্যাদি মসিনি। সি চাগলা মিনিট অমরোম তুমিন্না লৈখিরমই অমসুং মহাক ফিবমদু য়াখিরমই।

## ওল্ল তৈনবা

মশা মথন্তা নোম্থনা চৎচবা, অপঙবা তাহনবা মখলগী ইডিউকেশন অসিনা করি ফল পুরক্কদৌরিনো? চহি খরগী মমাঙদা ডা: চতুর্বেদী কৌবা অমা জর্মনদা চৎলুই। মফমদুদা ইণ্ডো-জর্মন এসোসিয়েশন হায়বা অমা লৈরমই মদুনা মহাকপু বার্ত্তন তৌরকপনি। মহাক্লা ইয়ারপোর্টতা হেক থুংবগা ইউরোপিয়ান অমগুম্লা ফিজেৎ লৈতেংবা নুপা অমা উবদা লৈরম্লিবা মীশিংদু খংহন হম্থরমই। মখোয়না মখোয়গী ব্লাখন্দা মহাক অঙৈংবদগী কন্ননবা তৌরিবা ওইরিনি হায়না থেমজন্নরমই। মখোয়না মাবু য়াম্লা নিংথিজনা লৈতেংলবা সরক অদু বেদ মরিগী মমিং থোন্দুনা শাবা মরু ওইবা অ্যার্চ লাম্থোক্তুনা পুরমই। মখোয়না মদু তৌরম্বগী মরমদি মহাক বেদ মরিগী জ্ঞান লৈবা হৈশিংবা অমা ওইরমগনি হায়না থাজবদগীনি। মরমদি মহাক

'চতুর্বেদীনি। নহা ওইহিরিবী এসোসিয়েশন অদুগী সেক্রেটারি ওইবী নুপী অদুনা য়াম্না শেংবা সংস্কৃত লোন্দা মহাকপু ওকপগী ভাষণ পীরমই। মথংদা স্পিচ অমসু পীরমই মদুসু সংস্কৃত লোন্দনি। পাউখুমদা লাইরিক হৈরবা ডোক্তর অদুনা ইংলিসতা ৱেলকম স্পিচতা পীখিবা বিষয় অদুগা মরি ইরে লৈনদনা ৱা ঙাংলমই। মদুগী ইচম চম্বা মবমদি মহাক বেদগী মরমদদি লাইরদুনা সংস্কৃত ৱাহৈ অমফাওবা খঙলমদে। হৌদোংদু খাউদগী নাম্থোকখ্রে। মখা তাবা প্রোগ্রাম পুম্বা ককথংখ্রে।, লাইরিক য়াম্না হৈরবা 'ডোক্তর' অদু মথংগী প্লেনদা হৌন-চংনবী অমত্তা ঙাক্তনা খুদক্তা হলহনখ্রে।

ওন্ন তৈনবদা, য়েংসি ঐখোয়গী অচৌ-অশাংশিংনা চংলিবা শাজংসি। স্বামি রামতীর্থনা অমেরিকাগী সমুদ্র তোর্ব্বান্দা থুংলুবা মতমদা মাগী লাকমিন্নবা পেসেঞ্জরশিংদু হাথু হাথুনা মখোয়গী লগেজশিং থুনা লৌথোক্লদুনা চংনখিরম্লে। অদুম ওইনমক গেরুবা মচুগী ফিজোল শেংপা সন্যাসি অদুদি য়াম্না ঈংনা, পুক্লিংদা লাংতক্রবা অমত্তা লৈতনা অকোয়বগী দৃশ্য অদু য়েংদুনা লৈরম্বা অমেরিকাগী বন্দর অদুদা মতা থোক্লদুনা লৈরম্বা ভদ্রলোক অমনা মাবু কৌরক্লমই অমসুং কদাইদা চংপা পাম্বগে হায়না হংলমই, মাগী লগেজনা কদায়নো, মাগী ইনট্রডক্টরি লেটরনা কদায়নো অসিনচিংবা কয়া অমা থিগংলক্লমই। রামতীর্থনা খুম্লক্লমই, মদুদি মহাক লগেজ য়াওরক্তে, শেল যাওদে, ইনট্রডক্টবি লেটর লৈতে। অমেরিকান অদুনা ঙক্লদুনা হংলমই, " অদুদি নহাক্লা মীরৈপাক অসিদা করম্না থবক চখগদৌরিবনো?" নহাক্কী মরুপ মপাং খঙন-চান্নবা অমত্তা মফমসিদা লৈত্রা" মতাং অদুদা রামতীর্থনা হাইফেৎ নোক্লদুনা অমেরিকান অদুগী লেংবান্দা মখুৎ থন্নদুনা নুংশিনা হায়রকই, থাঙ্গেশেংনমক ঐগী অমদি লৈ, মহাক্তু নহাক সিমকনি। মসিদা অমেরিকান ভদ্রলোক অদু থম্মোয়দা পাল্লমই অমসুং স্বামিগী অশেংবা মরুপ, থাগংলকপা মীওই অমা ওইখি, অমেরিকা কোয়বদা চঙবা য়াবা থৌরাং পুম্নমক ফজনা শিল্লাংদুনা স্বামিগী মতেং পাংলকখি।

## যুম্ফম অদু কাউথোক্কন

অসিগুম্বা 'নুংশিব'গী শংথে অমসুং জ্ঞান অসি ঐখোয়গী অঙাংশিংদা চপ চাবা মতমদগী হৌদুনা চঙদবা য়াদবা তঙাইফদবা ট্রেনিং অদু ফংহনবা তাবনি। মদুগীদমক্তা ইলেমেন্টরি ষ্টেজমক্তগী অচুম্বা মখলগী হবাপানি লৈহন্নবা শেমগদবনি। মতম অমদা নাসিকতা লৈবা স্কুল অমদা চংলমই। স্কুলগী কোরিডোরগী ফকলাংশিংদা পিকচর চা কয়ামুক থেংলমই। তৌইগুম্বসুং অয়েকপা লাইশিং অদু ইউবোপ অমসুং অতৈ অতোপ্পা মফমদা থোকপা লানফমশিং অমসুং অদুগুম্বা অতৈ খরগী দৃশ্য ওাক্তা ওইরমই। লাইশিং অদুগী মরক্তা ঐখোয়গী ইতিহাস নত্রগা মহাকাব্যশিংগী ওইবা অমা ফাওবা য়াওরমদে। গুরুজীনা হেড মাষ্টর অদুদা হংলমই মদুদি মদুগুম্বা অয়েকপা লাইশিং অদুনা ঐখোয়গী নৌরিবা মীরোনশিংদা করম্বা অচুম্বা ব্রাখল থৌনা মখোয়গী থম্মোয়দা মমি তাহনবা ঙমগদগে।

করিগীনো, 'হলডিঘাট' নত্রগা পানিপটকী লানফম নত্রগা অতৈ অতোপ্পা অমত্তা য়াওদ্রিবা? পাউখুম ওইনা হেড মাষ্টর অদুনা খুন্নক্লমই মদুদি কন্নাগুম্বা অমনা মহাক মশাগী লৈবাক্কী ঙমখৈ অদুদা অবোইবা মিংয়েং থমদুনা অখুবা ব্রাখল চেপ্লোইদবনি, অদুগুম্বা ইন্টরনেশনলিজম অমসুং অতৈ অব্রাংবা ব্রাখল্লোনদা শেরান্নবা শিজিন্নবা অদুনা অঙাংগী ব্রাখন্দা মাঙতাক্লবা ওইগনি হায়বক্লমই।

ন্যাশনালিজম য়ুম্ফম মরা চেংহন্দনা মীওইবা জাতিগী অমসুং ইন্টরনেশনজিমগী মরমদা ঙাংবা অসি মাইকৈ অনিমক্তা মাঙজে। ঐখোয়গী জাতিগী ফিলোসোফি অমসুং হেরিটেজ অসি ফজনা খঙলবা অমসুং হল্লবদি খ্বাইদগী অব্রাংবা থাক্তা হিউম্যানিটিগী য়াইফ-ব্রাখল মনুংদা অদুম য়াওজরবনি। মরম অদুনা ন্যাশন্যালিজম শন্দোকপা অসি, য়াম্না য়ৌশিনবা মতা কাওবদা অঙাংশিংগী ব্রাখল অদু মীওইবগী য়াইফবগী খ্বাইদগী অব্রাংবা ভেল্যু মাঙহনবা অমসুং থৈদোকথিবা তৌরোই। মদুগী ওন্না-তৈনবদা মদুনা 'হিউম্যান ভেল্যু'বু হেয়া মপাঙ্গল কলহনগনি।

# শীঙনবা কয়ামুক্কী পাউখুমদি অমত্তা

(হিন্দুশিং মক চেৎহনবগী লম্বীদা অখিংবা কয়া–চাউখোকচনঙাই ওইবা লৈতবা-মরৈকাইগীতা খনবদা তল্লবা–খুদম টেলেঙ্গনা এজিটেশন–ইউনিটায়ারি ষ্টেট লাউথোকউ–করপশনগী খুদোংথীবা-মুসলিমশিংনা 'বন্দে মাতরম-শকপদা য়েৎপা হৌরকপা–হিন্দু লৈবাকসিগী অশেংবা মচানি–অচুম্ববু য়াদবা হায়বসি মাঙনঙাইনি।

রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘগী থবকশিংসি য়াম্না মরা চেৎপা, নিংথিজনা শেমগৎলবা হিন্দুগী পুন্সি অমা শাগৎনবনা পান্দম ওইদুনা লিংখৎখিবনি। মসি য়াম্না লুবা অঙম্বা থৌদাং অমনি। মসিগী পান্দম ফংননবা ঐখোয়না অহানবদা মসিগী সমস্যা অমসুং অপনবনা করি ওইগদগে হায়বা খঙবা অমসুং মদু করম্না মায়োক্নগদগে হায়বা পুথোকপা তাবনি।

## করিগী লাম্বেৎনবদা ইকায়থীরিবনো

ঐখোয়গী লাম্বেৎনবদা অহানবা উরিবসি, ঐখোয় হিন্দু ইচিল ইনাওশিং অসি, মহে মশিং হৈরবা ভাব তারবশিং য়াওনা মখোয় মশামক অসি হিন্দু কৌজবদা ইকাইবা পোকচৈ। অচুম্বা শাবা অয়েৎপা খরসু মখোয় মশামক হিন্দু কৌবগী কান্নবা লৈতে হায়বা ব্রাথন্দা মতেং পাংই। মখোয় খরনা স্বামি বিবেকানন্দবু পল্লদুনা হায় মদুদি স্বামি মশামক্না 'ইউনিভর্স্যাল রিলিজন অমগী ব্রা ঙাংলমই, মদুনা মরম ওইদুনা সোসিয়েলিজম অমসুং

সেক্যুলারিজমগী য়ুম্ফমদা পুশন্নবা হোৎনরমই হায়না মত পি। তৌইগুম্বসুং অচুম্বদি অসিনি মদুদি কনাগুম্বা স্বামিজীনা ইরম্বা লাইরিক কয়াগী পরেং কয়ামুক্তগী থেংনৈ মদুদা স্বামিজীনা চাউথোকচবগা লোয়ননা হিন্দুনি হায়না ওক হাইগত্তুনা লেপ্পনবা পাউতাক পীরমই। মহাক্লা খোজেল বাংনা 'ঐ হিন্দু অমনি' হায়না লাউথোক্লবা য়াথং পীখি। মহাযোগী অববিন্দোনা হায়খি, মদুদি সনাতনী ধর্ম্ম অসি হিন্দু রাষ্ট্র অমা লিংখৎনবা চঙদবা য়াদ্রবা মচাক অমনি। অদুনা ঐখোয়না খঙই, মদুদি লৌজিক কালগী মশামক হিন্দুনি হায়বদা ইকাইজবা রাখলগী চয়েৎনবা মতা অসিনা রাখল লৈবা খাযিশিং অদুনা তাক্লম্বশিং ইন্দ্রিবনি হায়বা তাকই।

## রারীনা য়াদ্রে

অনিশুবদা ঐখোয়না ফংই, মদুদি ঐখোয়গী হিন্দু সমাজ অসি অসুপকী মতিক মচেৎ পীক্লা পীক্লা কায়বে। মশিং খঙদবা জাতি বর্ণ , ধর্ম্ম সম্প্রদায ধর্ম্মমত অমসুং লোলশিং কয়া থোক্লা খাইদোকখ্রে, মসি অসুপকী মতিক অকিবগী মশক ফংবা মপূঙ ফানা মচেৎ মচেৎ কাযবগী শকফম লৌরকখ্রে। চহি কুনলোমগী মমাঙদা লোল তিন্নবা হাযবসি মশেল পুনশিন্নবগী শক্তি অমা ওইনা লৌনবমই, অদুবু হৌজিক্তি মদুগী থিওবি অদু লাল্লক্লে। লোল তিন্নবা মীশিংদু তিন্নবা য়াবক্তে, তোঙানবা পোলিটিকেল উইনিট কয়া 'ষ্টেট' হায়না কৌদুনা শেম্নবা হোৎনরক্লে। অসিগুম্বা যাওন অসি মাবাঠী লোল লোনবা মীশিংগী মনুংদা হান্না থোকখ্রে। হৌজিক্কী অন্ধ্রগী মনুংদা তোঙানবা টেলেঙ্গনা ষ্টেট শেমন্নবা হৌরিবা ঈহৌ অসিসু অসিগুম্বা মওংগীনি।

অন্ধ্রপ্রদেশ শেম্বা হেক হৌবা নুমিত্তগী টেলেঙ্গনা লমদমগী সমুদ্র মপান্দা তাবা সার্বিস অমসুং শেম্বুমগী খুদোংচাবা পূম্নমক মখোয়না মোনোপোলি তৌখ্রে হায়না রাকৎপা হৌরকই, অদুগা 'সনস 'অফ ডি সোইল' বুনা লংথোরক্লে। 'সনস অফ ডি সোইল' হায়না ফোংদোক্লিবা অসিগী অর্থ করিনো। মসিনা খঙবা য়াবদি ঐখোয়গী মীশিং অসি অপিকপা

লমদম মচা অমগী মচানি হায়না খনবা হৌরক্লে, অচৌবা দেশ অসিগী মচানি হায়বদি কাওক্লে। মসিনা অসুম চপ্থদুনা লৈরবদি ডিষ্ট্রিক খুদিংমক অসি "সেন্টর অফ লোয়ালটি" ওইরক্লগনি। হৌজিক টেলেঙ্গনা লোল লোনবা মীশিং হৌজিক্কী লৈরিবা ষ্টেট অসি থুগায়দুনা কেন্দ্র সরকারগা লড়াই তৌদুনা লৈরবদি হৌজিক্কী ষ্টেট অসি শরুক অনি অহুম থোক্লা কায়রবা য়ারি। হান্না থাজনরম্বা লোল তিন্নরগা হৌমিন্নবা অমত্তগুম লৈগনি হায়বদু হৌজিক মীনম্বা তাহল্লে।

## অমত্ত ওাইবা লম্বীদি

অমত্তা ওাইবা লম্বীদি থৌনা ফন 'কনষ্টিট্যুশন মতিক চানা শেমদোক্লগা "ইউনিট্যারি টাইফ অফ গভর্নমেন্ট" লাউথোকপা অসিনি। ঐখোয়গীসি লৈবাক অমনি, জাতিসু অমত্তনি মরম অদুনা ঐখোয়গী 'লেজিসলেটিভ ওথোরিটি অমখক্তা লৈফম থোকই। দেশ অসি শাসন তৌবা নুংঙাইনবগী বাখন্দা এডমিনিষ্ট্রেটিভ জোন কয়া খাযদোক্লুনা থৌরাং তৌবা য়াই। জোনশিং অদু খরতা ওইবা যাই, য়াম্বসু য়াই, মদু করিসু নত্তে।

একজিক্যুটিভ ওথোরিটিদি য়েন্থোকপা য়াই, তৌইগুম্বসুং লেজিসলেটিভ ওথোরিটিদি অমখক্তা ওইগদবনি। মী খরা লৈ মখোয়না হায় মদুদি প্রোবিন্স য়ামই ডিমোক্রেসিগী দাবী পেলহনবা ওইনা প্রোবিন্সিয়েল লেজিসলেচরশিং দবকাব ওই। ঐখোয়না ডিমেক্রেসিগা লেজিসলেচব ময়াম লৈবগা করি মরী লৈনবগে হায়বা মুন্না খঙবা ঙমদে। লৈবাক খোং খোংপগী ওইনা সেন্ট্রেল লেজিসলেচর অমা লৈবনা ডিমেক্রেসিগী দাবীদু থুংহনবা ঙমগনি।

## থোইনা মাঙবা লৈতবা

অদুম ওইনমক ওইরিবা ফিবমসিদদি, থৌরম শিল্লিবা মীশিংনা ইউনিটবি ষ্টেট অমগী অপাম্বা খনবগী থৌনা লৈনা উদে, অদুনা হৌজিক্কী ফেডেরেল ষ্ট্রকচর অসি অসুম মখা তানা চত্থবা তাবনি, অরেপ্পা নীতী অমা

পুন্নমক্না শেমগৎলগা মদুদা য়ানবা পুরকপা তাবনি। অপিকপা ইউনিট খর লৈরবা মদুগী বেসিক ফেক্টর অদু লোলতনা ওইরবা অদুগা মদুনা অমত্তা ঙাইবা ৱাখৈনবা মচাং অমদি ওইদ্রবা অদু ওইরবদি মদু তরাম্না ওকপা য়াই। ষ্টেটশিং অদু লোলদি খুদিংমক্তা অমদগী হেন্না লৈবা নত্রগা ষ্টেট অমদগী হেনবদা চপ মান্নবা লোল লৈবা মখোয়শিংদু অপুনবা জাতিগী অপান্বদা য়েংলগা ইউনিট শেম্বা য়াই। অপিকপা ইউনিট লৈবগী মতম লৈবা খিবিক্তা অমাঙবা করিসু লৈতে।

## খুদোংথীবা খুদম ওইবা য়াবা থৌদোক্তগী চেকশিনসি

অচম্বা ৱাফম ওইন, থাইনগী আসাম প্রোবিন্সতা ষ্টেট মচা মচা কয়া শেমখিবদু অওইবা ওইনা য়াম্না মাঙনবনি। বৃটিশনা NEFA কৌবা এরিয়াদু আসামগী মফম অতৈদগী তোঙান্না থম্লমই। মদুগা চপ মান্নবা ট্রাডিশন অদু ঐখোয়গী সরকার অসিনসু পুদুনা চথরকই। হৌজিক NEFA হায়বদু 'অনৌবা মমিং অমা পীদুনা তোঙানবা লৈখ্রে। মদুগী মথক্তা প্রেসব কয়ামুক্তগী ওইবা য়াই, শিল্লোংগী অকোয়বগী লমদমদা মেঘালায়া কৌবা অপিক ষ্টেট অমা, অতোপ্পা ষ্টেট মিজোরাম শেমখ্রে। মখোয়শিং অসি শেম্মুমগী লম্বীরোমদা য়েংলগদি শেল থোক্তবা লমনি, মখোয় ব্যাংক্রপ ওইদবা য়াদবনি, মরমদি মখোয়গী মীশিং যাম্না য়ামদে। প্রোবিন্স অদু অসুম্না মচেৎ মচেৎ তানা থুগাইরুবনা মরম ওইদুনা ইং ১৯৬২দগী হৌদুনা চিনানা ঙমখৈ লমদম অসিদা খুদোংথীবা মফম অমা ওইহনখি অমসুং অমরোমদা ঐখোয়গী ফিবম শোকহনখি।

## য়াম্না থরাই নাহনবা দৃশ্য

কয়াদা থরাই নাহনবা দৃশ্যনো, মমিং অমা নত্রগা অমদা পীদুনা হিংশাগা লোয়নবা ডিমোনষ্ট্রেশন অমসুং এজিটেশন কয়া! মাঙ-তাকহনবা কয়া অমা তোঙান তোঙানবা তোম্বাই তানিংবা কাংবুনা থোকহনগ্রবা!

অপূনবা অমত্তা ওইবা লৈবাক ওইহল্লিবনি হায়বগী ৱাখল পুন্নমক উথিল্লে। খারোমদা লৈবা মীশিংনা অৱাংলোমদা লৈবশিং অদুগা করিগুম্বা সাধারণ ওইনা মান্নবা অমত্ত লৈতে হায়না খন্নবা হৌরকল্লে। -রুদয়ার্দ কিপলিং (Rudyard Kipling) না ইরমই, "নোংপোক্কা নোংপোক্কি, নোংচুপ্পা নোংচুপনি, অনিসি কৈদৌঙৈদসু উন্নবা য়াররোই" অদুম ওইনমক, হৌজিক্তি নোংপোক অমসুং নোংচুপ অনিসি বিজ্ঞান অমসুং সংস্কৃতিগী লম্বীদা উন্নরে তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী লৈবাক্তা, চহি লিশিং কয়া চুপ্পা জাতি অমা ওইনা লৈমিন্নরক্লবদা হায়রক্লে, "অৱাং অসি অৱাংনি, খানা খানি, কৈদৌঙৈদসু উন্নবা য়াররোই"।

## মমায় কয়া লোঙবা খুদোং থীবা মতম

অকায়বা তৌবা শক্তিশিং অসিগী মথক্তা করপশন্না অথিংবা অমত্তা য়াওদনা মফম খুদিংদা চাথংপা হৌরে। লমচং-শাজত্তা খুদোং থীবা মতম ওইবে, মীপুম তিংনা মসি খঙই, পূন্নমক্না মসিগী মরমদা ঙাংই। তশেংবদি করপশনগী মরমদা অসুপকী মতীক পাক-শন্না ঙাংনল্লে মদুদি মসিদা ঐখোয় খুদিংমক্কী মিংশিং নাশিংবা পূন্নমক পংথহনবদৌনা তৌরে। মদু ঐখোয়না উরবা ফাওবা পুক্লিং ওনবা ফাওদ্রে; ঐখোয়গী অচুম অরান খংনবা লৌশিং থোকদ্রে।

দেশ অসিনা লমচং-শাজংতা খম থেংনা লৈখা তাম্নবদা, মসিনা লেমজবা নীঙতম্বা জাতি অমা ওইনা হিংবদা খুদোং থীবদা তাহনগনি। হৌজিক লৈবাক অসিদা চত্থরিবা ফিবমশিং অসি ঐখোয়না খোং খোংপা উরি। ঐখোয়গী লুচিংবা খরনা হায় মদুদি অমেরিকান সিক্রেট এজেন্সি- সি. আই. এ. অসি ঐখোয়গী লৈবাকসিদা য়াম্না এক্টিব ওইনা থবক তৌরি, মখোয়গী ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সি য়ৈখাই-থিঙ্গাইনবা হোংনরি। হোয়, মসি তৌরি হায়না খল্লসি। মতৌ করম্না অসিগুম্বা এজেন্সিশিং অসিনা রুশিয়াগী ওইরবসু অমেরিকানগী ওইরবসু; ঐখোয়গী মীশিংদু মখোয়না শান্নবা নত্তনা করম্না মসি তৌবা ঙমগদৌরিবনো? মীরৈপাক্কী খুত্তা শান্নবা য়ারিবশিংদু মখোয়গী 'পেরোল'দা নত্রগা লম্বী অমা নত্রগা অমদা মখোয়গী অরোনবা ইথিন পীরম্বা তাবনি।

# অথুম্বা হু

'থাগৎপা'' অসিসু অসিগুম্বা ইথিন পীবা অমসুং ইক্লনবগী লম্বী অমনি। থাগৎপদা য়াম্না হৈশিংনা তৌবা লম্বীসু লৈ। হান্দক্তা পাউচেশিংদা পাউ অমা ফোংলকখি, মদুদা চাঁণ্ডিগড় অসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ফবা সিটিনি, হায়না ফ্রান্সগী টাউন প্লান্নিংগী ইনষ্টিট্যুশন অমনা ফোংখি। মদু মখোয়না 'সর্টিফিকেট অফ ওনর পীবগুম্বনি। মখোয়না মদু খক্তা হায়বদি ঐখোয় থোইনা খন্ননিঙাই লৈতে। মরমদি চাঁণ্ডিগড় অসি ফ্রান্স আর্কিটেক্ট অমসুং টাউন প্লান্নরশিংনা শারম্বা অশেংবনি, মখোয়না খ্বাইদগী ফজনা প্লান তৌবা টাউন অমনি হায়বসি হায়ফম থোকপনি। তৌইগুম্বসুং মদুগী মথা তারকপা খোঙ্হোক্তা মসি পণ্ডিত জাব্রাহরলাল নেহরুগুম্বা মাঙজৌননা উবা, থবক তৌহন্নবগী শাক্তি পীবা মীওই অমনা গুণ পূম্নমক্তু চপ চানা হৌজিক প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিবী মচানুপী অসিদা ফোংদোকরকপদগী মসি ওইরক্লিবনি। মসি কয়াদা ফজম্রবা থুমম্রবা চিরোল মখল অমা ওইরিবা। ঐখোয়না আশা তৌসি, হৌজিক্কী ঐখোয়গী প্রাইম মিনিষ্টবনা অসিগুম্বা চিরোল তৌবসি য়ারক্লোই। মদু ঐখোয়গী হান্না চৎনরকপা ট্রেডিশনদা থাজবা থমদুনা চিরোল তৌবা নত্রগা থাগৎপনা শারাক ওইহল্লোইদবনি, অকনবা খল মান্নবা ৱাখল থমগদবনি হায়বা লৈরকপদগীনি।

চিবোল তৌবগী অতৈ লম্বী কয়া লৈবগে হাযবা ঐখোয় খঙদে, অদুনা অতোপ্পনা ঐখোয়দা করম্বা চিবোল তৌবিবগে হায়বদুসু খঙদে। পূম্নমক্কী ওইনা লৌরবদা মীওইবগী ৱাখল অসি য়াম্না শোল্লি অদুগা অৱাংবা থাক্কী ওথোরিটিগী মীওইশিংদা চিরোলগী লাংদা থুরবদি মাঙলক্কদবা অদুদি ঐখোয় পূম্নমক্কীনি, খঙগদবা অমদি চিরোলগী লাংদা থুরবা ৱাখল অদু লমচৎসু ৱাৎপা তাবনি।

## হেন্না লুখবা মওংদা লমচৎ মাঙলকপা য়াত্রা?

ঐখোয়না চাকতাংবগী 'রিলিফ মিজর' পীবদা, থৌদোক কয়াদা; লৈবাক্কী মফম কয়াদা হুকথেংননা খংবা জ্ঞান কয়া ফংখি, মদু য়াম্না হুম্ববা শাজৎকী ময়েক লাবা প্রমান ওইখি। সরকারনা নত্রগা অতৈ এজেন্সিশিংনা চাক তাংবনা অৱা-চৈথেং ফংলবা মীশিংগীদমক্তা তেংবাংপোৎশিং অদু কাম্নবা ফংগদবা মীশিং অদুদা অমত্তা য়ৌখিদে। অয়াম্বা শরুক মরক্তা চেনবা মীশিংনা হৈনখোকখি। চহি অমদা নোংপোক বেঙ্গলদগী চেল্লকপা রিফ্যুজিশিংগীদমক্তা মীয়ৈপাক্তগী হিদাক লাংথাক ব্লাঙ্কেৎ অমসুং শামতু কম্পোরনচিংবা মমল য়াম্নবা তেংবাং পোৎলম কয়া পীরকখি। তৌইগুম্বসুং অয়াম্বা পোৎচৈশিংদু রিফ্যুজিশিংদা য়ৌখিদ্রে, পূম্নমক কলিকাতাগী কৈথেলশিংদা য়োম্হোকখি। অদুম ওইনমক, ওথোবিটিশিংনা অসিগুম্বা ফত্তবা কারবার তৌবা কারবাৱালশিংদু ফানবা হোৎনখিদে, মখোয়গী অৱাবা তারবা মচিন মনাওশিংগী ফংফম থোকপা পোৎশিংদা মখোয়না ইনাক খুলহৌই। থিজিল হুমজিনবগী থবক অমত্তং চথরম্নবদি ঐখোয়গী রাজনীতিগী পুল্সিদা অমোৎপা কয়া তৌরিবশিং অসিগী অবোনবা থবকশিংদু খরতা ওইরবসু খঙবা ঙম্নমগদবনি। য়াম্না নেমথ্রবা থাক্তা ঐখোয় ইশানা ইশাবু চাং তাহনথ্রবনো, খরনা চিঙ্গাক ফংদদুনা শিগদৌরি অদুগা খবনা মখোইদুগী মমলদগী মশা নোয়পেন্না হিংগদৌরি। অসিগুম্বা কবপ পিপল্লশিং অসিগী মখাদা জাতি অসিনা কাখৎলক্কনি হায়না আশা তৌবা য়াদে। মসি অচৌবা চেলেঞ্জ অমনি- "ক্রাইসিস অফ ক্যারেক্টর"গী চেলেঞ্জ অমনি।

## হান্নগী সমস্যাশিং অমুক নৌহৌরকপা

হৌজিক হান্নগী লিরবা ৱাফম অম্মুক হন্না মকোক হাইগৎলক্লে। নীঙতম্বগী অন্দোলন চথরিঙৈ মনুংদা, ঐখোয়না খঙবদা, হিন্দুগী ইমুংদা পোক্তবা মশাগী ধর্ম্ম মত চৎপা মীশিংনা 'বন্দে মাতরম' শকপদা অথিংবা

পীরক্লে ইশৈ অসিমক্তি জাতিসি খীখা গোন্দনবা লাম্বেংনবদা মখোয়গী পূম্নমক থাদোকপ্লবা ক্রিদম ফাইটরশিংবু পুক্লিং থৌগৎখিবা ইশৈনি। ইশৈ অসি শাকপদা অয়েংপা অসিনা ফজল্লবা ইশৈসি ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মতুপ মতুপ ককথত্তুনা অহানবগী পরেং খরতা শকপা য়াহল্লে। হৌজিকসু ফিবম অদু অসুম চৎখরি, মমা লৈবাকপু ভক্তি তৌজবা মীশিংনা মহাকপু 'ডিভাইন মাদর'গী শক্তম উৎপনি হায়বা থাজদুনা মিটিংনচিংবদা শকপা মঙাইবে। হুন্দক্তা সাসন পায়বা পার্টিদা য়াওবা মুসলিম ভদ্রলোক খরনা বোম্বে কোর্পোরেশনগী মখাদা চলাইবা উর্দু স্কুল অমদা হৌজিক্কী বন্দে মাতরম ইশৈগী অহৌবা মচেৎ খরসি শকপা য়ারোই হায়না কল্লা য়েংখি। হৌখিবা চহি কয়া অসিদা উর্দু হিন্দী, মারাঠী নত্রগা গুজরাতি তম্বা স্কুলশিংদা ইশৈ অসি শক্কুনা লাক্লিবনি।

## মতোমতা শিজনবা তেংবাংশনবা

রুলিং কংগ্রেসকী জেনেরেল সেক্রেটরি ওইবা অমনসু মুসলিমশিংনা 'বন্দে মারতম 'শকপদা য়েংলিবা অদুবু শৌগৎলি হাযবা রিপোর্ট অমা লৈ। রিপোর্ট অদুনা চুল্লবদি অদুগা 'বন্দে মাতরম' ইশৈ শকপসি 'ওপশন্যাল' ওইহনবগী লমজিং পী, অদু ওইরবদি মদুনা মীশিংদা মরৈপাক জাতিবু নুংশিবগী ঈথিল অদু নমথখিবা তাবনি। থৌওং অসি হকচিনবা ব্রাখলগা লোয়ননা লাকশিলহৌদ্রবদি লৈবাক শিনবা থুংনা হিন্দু নত্তবা কাংলুপশিংদা লাকশিলহৌদ্রবদি কম্যুন্যাল ফিলিং শাগৎপদা মতেং পাংবা ওইনা থোক্কনি হায়বসি শোয়দ্রবনি।

হৌজিক্কী থৌদোক অসিদা, লাইবক থীবদি, কেন্দ্রগী লুচিংবা অমত্তনা 'বন্দে মাতরমগী মায়োক্তা লেপলিবশিংবু পুন্নাল লাক্লি হায়দুনা মাঙ থানা চোংথোরকপা অমত্তা লৈতে মুসলিম সোসাইটিবু শেমদোক্কনি হায়দুনা হোৎনরিবা মীশিং ফাওবনা ব্রাথোক অসিদা অর্থ অনি লোংদবা ষ্টেটমেন্ট অমফাওবা পুথোকপা ঙমদে। ঐখোয়না খনবদি রুলিং পার্টি

য়াওনা, রাজনীতিদল পূম্নমক্কা পুনশিন্দুনা অকনবা বারেপ অমা লৌবা অমসুং 'বন্দে মাতরম' শকপা য়াদবশিং অদু পার্টিগী মনুংদা মহাক্কী মফম লৈহন্দবা হায়না লেপ্পকম থোকই। অসুম্না তৌরবদি ঐখোয়গী লৈবাকসিগা, অসিদা লৈরিবা কম্যুনিটিশিংগগী মরক্তা 'মাদর এণ্ড চাইল্ড' গী মরী শেমগৎপদা অকবা মতেং ওইগনি।

## শাগোম্নরকপশিংদু উখোক্লবা হোৎনৌ

হৌজিক্কী ফিবম অসিদগী তশেংলে মদুদি মমা লৈবাকসিবু লৈশি-লৈথোন্দুনা নীঙজরিবা অসি হিন্দুশিংতনি হায়বসিনি। অসিগুম্বা মিনুংশিগী বাখল অসি মহাক্কী ঈ তোংদা লৈরি। অশেংবা লৈবাকসিগী উফুল অদুবু ঈরাৎচদুনা মীরোল কয়া লাক্লি। করিগুম্বা নুঙাই য়াইফনঙাই ওইবা থবক অমা লৌখৎপদা মদু ভূমি পুজানা হান্না হৌই। অসুম্না মরা তাপ্লবা ঐখোয়গী ইমা লৈবাক্তা থল্লিবা ভক্তি অসি অমুক হন্না হিংগৎহনগদবনি অমসুং হিন্দু জাতি পূম্নমক লৈবাক অসিগী মচানি হায়বা বাখল ফাওহনগদবনি, অসুম্না তৌরবদি ঐখোয় অমগা অমগা ইচিল ইনাও ওইরগনি।

ঐখোয় হৌজিক পৃথিবীদা লৈবা জাতি পূম্নমক অসি ঈচিল্লাও ওইবগী মরী লিংখৎনবা হোৎনরি-রুশিয়ান, চাইনিজ, জাপানিজ, আরবস অমসুং অমেরিকানশিং, কনাবু চিথদুনা থনমগদগে, তৌইগুম্নসুং ওম্থোকপনি ঐখোয়গী মনুং-মশেন্দি য়েৎনরি লাম্থেংনরি, মসি য়াম্না জুৎ চাদবা ফিবমনি, চুমথোকফম থোকপনি। ঐখোয়না অমুক হন্না অরাংদগী মখা, নোংপোক্তগী নোংচুপ, ঐখোয়গী ওইবা কাংলুপ জাতি, তোঙান তোঙানবা লোল লোনবা মীশিং পূম্নমক অসি ঈচিল-ইনাও অমত্তনি, লৈবাকসিগী মচা ঙাক্তনি, চপ মান্নবা ঈনা ঐখোয় পূম্নমক্কী শিংলিদা চেল্লি হায়বসি ঐখোয়না তম্বা তারিবনি। মসি হেক ওইথোক্লবতদা অমত্তা ওইবা মরা চেৎপা জাতি অমা ওইনা উখোকপা ঙম্লক্কনি। চুম্নগী মপাম্থোংগী রাজনীতিগী অমসুং শেম্ভুমগী মরীদা ফিবম খরদা য়াশিন্নবা অসিনদি লেঙদবা অমত্তা ওইবা হায়বদু পুরকপা ঙম্লোই।

## অহাংবা হাখল লৈবগী সাক্ষী

ঐখোয়গী লৈবাক্তা মীওই খর লৈ, মখোয়দুনা হায়, থাইনগী ঐখোয়গী পোৎ পুম্নমক, ঐখোয়গী 'হেরিটেজ' 'ট্রাডিশন' অসিনচিংবা পুম্নমক অসি হৌজিক মতমদা চানদ্রবা পোৎ ওাক্তনি, মখোয় অসি অকাওবগী ডষ্টবিনদা লংশিনখ্রগদবনি তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অদুসু যাদবা মতাংদদি ঐখোয়গী হৌখ্রবা মতমগী মিংচৎশিং অদু শিংথাদুনা শৈশক্তবদি নত্তে। বাংলাদেশগী ইশুদা লাল থোক্লবা মতমদা, ঐখোয়গী প্রধান মন্ত্রী, মশামক 'সোসিয়েলিষ্টীক' 'সেক্যুলাব' নচিংবা হায়জবা অদুনা ঐখোযগী চহি লিশিং মঙাগী মতীক মঙাল লৈববা হেবিটজ' অদু পন্দুনা ঙাংখিবা অমসুং ঐখোয়বু কনাগুম্বা শক্তি অমত্তনা শীঙনবা ঙম্লোই হাযখিবদু নিংশিংহল্লি। ঐখোয অমরোমদা, মহাক্কা আব এম একক্কী মেম্বব অমগী মতৌগুম্না আব এস এসনা শন্দোক্লিবা পুকচেল মতাগী হাখলশিংদু লৌশিল্লকপগী নুংঙাইবা অমসু পোকই।

## অচুম্বা য়াদবগী মমল

হিন্দু জাতি অসি মকম অসিদা 'বাষ্ট্র' হাযবা হাখল অসি ইতিহাসকী ওইনা অচুম্বা অমনি। অচুম্বা অসিবু য়াদবা হাযবসি পৃথিবী অসিদা অফবা ওইগদবা অমত্তা লৈত্তে। অদুম ওইনমক, অচুম্বা অসি হৌখিবা চহি চা কয়া অসি য়াদদুনা লাক্লি, অদুগা অরেম্বদা নন-হিন্দু কম্যুনিটি কযা জাতিগী পুন্সিগী ঈচেন্দা পুশিন্নবা হোৎনদুনা লাক্লি। মসিতসু নত্তনা অচুম্বা অসি ফোংদোকপবু জাতিগী অপাম্বগী মায়োক্তনি হায়না শন্দোক্লি। মতৌ করম্না অচুম্বা হায়দোকপসি জাতিগী অপাম্বগী মায়োক্তনি হায়বসি ভাব তাবদা লুনা থোকই।

অচুম্বা হায়বসি অচুম্বনি, মসি ঙাংগদবনি, ফোংদোক্কদবনি অমসুং খঙগদবনি অমসুং মদুগা লোয়ননা হিংগদবনি। ঐখোয়না মসি তৌদ্রবদি অশেংবা জাতিগী মপুঙ ফাবা শাগৎপা ঙম্লোই, জাতিগী অপূনবদি লায়রদুনা

হিন্দুশিংগী মরক্তা ফাওবা পুনশিন্নবা ওইথোক্লোই। অচুম্বা ওইনা হায়রবদা ভাব তাবা, মথম্মোইদা মরৈপাক নীঙবগী ব্রাখল চেনবা মুসলিম অমসুং খৃষ্টানশিং পূম্বা মখোয়গী থাইনগী সম্রাজগী মণ্ডলানশিং অদু কাউবা ঙম্নরোই, মখোয়না লৈবাক অসি চহি লিশিং কয়াদগী হিন্দুগী লৈবাক ওইদুনা লাকপনি, জাতিগী হৌনশা পুকচেল অমসুং খোন্দা লাক্তা হিন্দুগীনি, হায়বসি মাররোই। 'ন্যাশন্যাল ইথো' শিং অসিনা মখোয়গী লনাই ওইবা ধর্ম্মগী থাজবদা মখোয়দা অয়েংপা করিমত্তা লৈতে। তৌইগুম্বসুং লাইবক থীবদি হায়রিবা মীওইশিং অসি খরতনি অদুগা খোঞ্জেনসু থোক্তে। ওইবা য়াই মখোয়শিংদু মখোয়গা ধর্ম্ম তিন্নবা মীশিংনফাওবা মখোয়গী ব্রা তাদে।

## দায়িদি ঐখোয়গীনি

হিন্দু পূম্নমক্না, মখোয়গী রাজনীতি অমসুং সমপ্রদায়গী ব্রাখল থাদোক্লগা অমুক্তং লেংজুমগা লেংজুমগা ঙানদুনা লেপ্পনবা ব্রারেপ্পরগা পুকচেল তিন্ননা দ্বারিকাদগী মণিপুর হিমালয়দগী কন্যাকুমারী ফাওবগী জাতিগী অপূনবা শক্তম অসি উৎপা ঙম্নবদি লৈবাকসিদা লৈরিবা অতৈ অতোপ্পশিংনা জাতিগী শক্তম, মমা লৈবাক্তা ভক্তি লৈবা, পূম্নমকসি তম্নক্কনি মশা মশাগী ধর্ম্মগী থাজবশিং কায়দনা চৎলগা মখোয়না অচৌবা ন্যাশন অসিগী কান্নবা সদস্য ওইবা ঙম্নক্কনি।

অদুনা, আব এস এসনা ঐখোয়গী জাতি অমা ওইনা হিংবগী অচুম্বা অসি মবা চেৎহন্নবা হোৎনবদা হেন্না শক্ পি। মদুখক্তনা ঐখোয়গী মীশিংনা জাতিগী মরমগীদমক পুন্না কখোকপগা লোয়ননা হোৎনরবদি জাতিসি হিংগৎলক্কনি, পাঙ্গল শক্তি অমসুং থাজবগা মাঙলোমদা চঙশিল্লক্কনি, পৃথিবীদা জাতি অমা ওইনা মাইরোং য়ানা লেপ্পা ঙমগনি।



# জাতিগী পুন্সি শাংহন্নবা হিদাক

অকনবনা অশোনবব্নু য়োংলি-পৃথিবীগী ইতিহাসকী মরু ওইবা অচুম্বা থৌদোকশিং- শ্লোগানশিংদি হোংই, অচুম্বদি লৈহৌই-অমগা অমগা মরুপ শান্নবগী লৈকং লাগী মিংতরং- অকনবগা অশোনবগা মরুপ শান্নবা- শান্তি অমসুং নীঙতম্বগী পাঙ্গল।

ঐখোয় থাইনগী অচৌবা ন্যাশন অসিগী মচাশিংনি, হৌনবী ওইনা অৱাংবা থাক্কী চাউখৎপা পাম্বা পৃথিবী অসিদা মিংচৎ অমসুং সম্মানগা লোয়ননা হিংবা পাম্বা হায়বসি মশানা তাবনি। মসি পাম্ফম থোকপনি, কনা অমত্তনা মসি য়াদবা ঙম্লোই। অদুম ওইনমক পুন্সি অসি পৃথিবীগী অরুবা ফিবম অসিদা ইরাই লাইনা হিংবদি য়াদে। অচুম্বা অমসুং ফংফম থোকপা অপাম্বা অমা ফাওবা ফংনবা হোৎনবদা মপান্দগী শক্তি কয়ানা শীঙনরকই অমসুং মায়োক্নরকই। ঐখোয়না পুন্সিদা জাতিগী ওইবা মিংচৎ পুরক্কে হায়না খল্লবদি, ঐখোয় শীঙনরক্লিবা অদুগী মমল-মগুণ লেপথোকপা অমসুং মপুং ফানা থেংননবা থৌরাংসু তৌবা তাবনি।

## থোইদোক হেন্দোক্লা অচুম্বা

ঐখোয়না হৌজিক ফংলিবা পৃথিবী অসি 'ন্যাশনস' কৌবা মীওই কাংলুপ কয়া খায়দোক্লি, মখোয়শিং অদু অতৎপা লৈতনা অচৌবা শাক্তি, চাউখৎপা অমসুং মালেমগী হেন্না পাকপা লমদমশিং লৌশিন্দুনা খুদুম চনশিন্নবা অমগা অমগা মুক্লদুনা লৈ। মসি মীওইবগী ইতিহাস হেক

হৌবদগী চথরকপা শোয়দ্রবা মওংনি। চহি লিশিং কয়াগী মনুংসিদা 'স্লোগান' দি হোংখি। তৌইগুম্বসুং য়ুম্ফম ওইবা লেংদবা অদুদি লৈহৌই। মায়খুমসু হোংখি, নীংলিবা ব্রাখল অদুদি হোংদে।

খর গুল্লিঙৈ মতমদা 'সম্রাজবাদ' না ইকাইবা নাইদনা ইফোং ফোংনা রাজনীতিগী মমু অদু অতৈ অতোপ্পশিংদা শন্দোক্লবা হোংনৈ। হৌজিক কালদদি নমথবগী অনিংবা অদু শক্তাকপা ফিজোল কয়ামুক ওইবা য়াই, অপান্বা পীদুনা মিহৌহনবা, শেন্থুমগী অপান্বা পীবা, করিগুম্বা মতমদা রাজনীতি 'আইডিয়লজি' পীদুনা পৃথিবী খুদুম চন্নবা হোংনৈ। তৌইগুম্বসুং পৃথিবী খুদুম চন্নবা অপান্বা অদু মতম পূন্নমক্তা শাক্তি শালি ওইরমই। ন্যাশন অমনা অতোপ্পা ন্যাশন অমা খুদুম চন্নবা হোংনবা মতমদা অথিংবা অয়েংপা অমা মায়োক্লবা লাম্থেংনবা তাবনি, মতৌ অসুম্না পাকচাউপ্লবা পৃথিবী অসি মতম অমত্তদা অশেংবা শান্তি হায়বদু লৈরমদে। শান্তি হায়ববু লাঞ্জাও অনিগী মরক্তা মতম খরদং লাম্লেপ্পা অদুনা ওইরমই। লাম্থীনবা অসি মীওইবা জাতিগী মহৌশা ওইরমই, মদু হৌজিক কান্দদি আইন ওইনা লেংখ্রে।

শ্রীকৃষ্ণগুম্বা মতিক মগুণ লৈব্রবা মীওই অমনা কৌরবা অমসুং পাণ্ডব অনিগী মরক্তা মশেল লাল তৌনদনবা হোংনবা য়াবা কয়া হোংনবদা অচুম্বা শান্তি ওইবা মওংদা শান্তাইনবা ঙমখিদে, হোংনবা পূন্নমক মহে য়ানখিদে। লাল শোইদনা থেংনবা তাই, অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা আর্জ্জুনদা অসুম্না হায়খি।

সংস্কৃত

কালোহস্মি লোকক্ষ্যকৃতপ্রবৃদ্ধো লোকান্সমাহর্তুমিহ প্রবৃত্তঃ। ঋতেহপি ত্বাংনভবিষ্যন্তি সর্বে যেহবস্থিতাঃ প্রত্যনীকেষু যোধাঃ।। (ঐহাক মাংহন তাকহনবগী শক্তিনি। 'সিদা লৈরিবা মীশিং অসি হাংননবা লাক্লিবনি। নহাক য়াওদ্রবসু য়েক্লবগী মায়কৈদা পরেং লেংলিবা লান্মীশিং অসি শোয়দনমক মাঙহল্লগনি।) মসিনা খণ্ডহল্লিবদি শিবা অমসুং মাঙহন তাকহনবা হায়বা অসি সংসার অসিগী অশেংবা হৌনশানি মসি মীওইবগী পুন্সিগী লেঙদ্রবা অচুম্বনি, মসিদা ঐখোয়না মিং উইশিন্দুনা লৈরুবগী করিসু কান্নবা লৈতে।

খৎন-চৈনবা লাম্ছেংনবা হায়বসিদি অসুম চথদুনা লৈ। মতম অমদা থাঙ্গৈশেংনা খুৎ-থোক্লে, ঈমু নাইমু তানৈ, অতোপ্পা মতম অমদনা 'কোলবার' তৌনৈ, লৈবাক অমগী কুটনীতিগী মীওইশিংনা অতোপ্পা লৈবাক অমগী কুটনীটি থৌশিনবু লাকশিন্নবা হোৎনৈ। লাম্লোংদি ওইনিংবা ওইবা য়াই জাতিশিংগী মনুংদা মরীগী মরু ওইবা নিয়মদি 'লো অফ জঙ্গলস' নি অকনবনা অশোনবশিং চাদুনা হিংবা, অদুগা হেন্নসু মপাঙ্গল কনখৎপা, অসিনি। মসি জীবো জীব্যস্য জীবনম, অচৌবা ঙানা অপিকপশিংবু য়োক্তুনা চাই, অমসুং অপিকপশিংনা মরম ওইদুনা হেন্না হেন্না চাউখৎলি।

## পৃথিবীগী অশেংবা শকফম

ইউরোপকী লৈবাকশিংগী ইতিহাসতা অমুক্তা য়েংশি, ইণ্ডষ্ট্রিয়্যাল রিবোলিউশন হৌগৎলকপদা ইউরোপকী লৈবাকশিং অসি শক্তি লৈনবকখি, মখোয় খুদিংনা থংনবা লৈবাকশিংদা লান্দাশিন্দুনা মখোয়গী ঙমখৈ পাকথোক শাংদোক্লবা হোৎনৈ। স্পেননা মপাঙ্গল কনবা লৈবাক অমা ওইবকপা মতমদা অমেরিকাদা লান্দাশিল্লি। পোর্টুগালনা শক্তি লৈখৎলকপদা মাগী লালগী শক্তি অদু শন্দোরক্তুনা ভাবত্তা 'গোবা' ফাওবা লৌশিল্লকখি। ফ্রান্সনা শক্তি য়াম্না লৈখৎলকপা মতম খুদিংদা ইউরোপকী লৈবাক মচা মচাশিং মহাক্কী খোঙখাদা নেত্তুনা থমখি। 'ইংলণ্ডগী ইতিহাসসু অদুমঙাই, মহাক্না মপাঙ্গল কনখৎলকপদা পৃথিবীগী অবাপ অবাপ্পা মফমশিং লৌশিন্দুনা সম্রাজ্য অমা লিংখৎলম্বদু পূম্নমক্না খঙনবিবা অসিনি। জর্মনগী বাবীসু তোপ তোপ্পা নত্তে। মহাক্না মহাক্কী লালগী শক্তিদাময়াই কাবতনা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অনি থোকহনখি। ইটালি, মহাক্না অকনবা লৈবাক অমনি হায়না খল্লকপা মতমদা অবেসিনিয়া লৌশিনখি। রুশিয়াসু পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা শক্তি লৈবা লৈবাক অমা ওইরক্তুনা ফিনলেণ্ড, পোলণ্ড, জেকোস্লোভাকিয়া বোলকান ষ্টেটশিং অমসুং জর্মন তম্খায় অমা মহাক্কী সম্রাজদা য়োৎশিনখি। ইউ এন ও গী মমাঙমক্তদা হঙ্গেরিয়ান ফ্রিদম ফাইটর

লিশিং কয়া হাংখি অমসুং হঙ্গরী মহাক্কী য়োংকী খোংউপনা নেংখায়খি। হৌজিক রুশিয়া অসি পৃথিবী শিনবা থুংনা মহাক্কী তুংগী শারাক তম্বা য়াবা করম্বা লৈবাক লৈবগে হায়না কোয়না থিবা চংলি। চিনসু মহাক্কী গুল্লিডৈ,শান্তি লৈখংলকপা মতমদা কোরিয়া অমসুং ইন্দোচিনাদা মাগী খুজিন্না থুমনা য়ৈশিল্লমই। মহাক্না হান্নমা টিবেৎপু খুদুম চেংনা পায়শিনখি অদুগা লাদাখ অমসুং নেফাগী শরুক লৌশিনখি অদুগা হৌজিক্না হিমালয়ান ষ্টেটশিং অসিদা ফিরেপ চানা পায়নবা থবক চথরক্লি।

লাঞ্জাও অমা হেক থোকপা খুদিংগী 'বারলোর্ড শিংনা "মসি মতুংদা লাঞ্জাও অমুক থোকপা থিংননবা লাঞ্জাওনি হায়। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও অদুগী মনুংদা অকিবগী মশক ওইবা দৃশ্য কয়া উখিবা অদুদা পৃথিবী পুম্বগী মীশিংনা শান্তি পুরক্লবা অমদি লাঞ্জাও হায়বদু অমুক হন্না থোক্তনবা প্রার্থনা তৌনখি। তৌইগুম্বসুং সুপ্নগী চহি কুন লান্দ্রিডৈগী মনুংদা পৃথিবী অসি ঈনা পুমচোৎ চোৎহনখি, অনৌবা লাঞ্জাও অমনা অমুকহন্না হেন্না অকিবগী মশক ওইরবা যজ্ঞগী হোমগী মতৌগুম্না মপৈ মপৈ হাংগা অমসুং বলি ককপা দৃশ্য কয়া উখি। অমুক হন্না অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতুংদা মীওইবনা শান্তিগী প্রার্থনা তৌখি অমসুং লাল হায়বদু অমুক তৌরক্তনবা আশা তৌনখি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক অশেংবা ফিবম করি ওইরিবগে? মফম খুদিংমক্তা য়ানদবা, অমসুং মরক মরক্তা নোংমৈ কাপনবগী মৈ হৌনবা ঈহৌ। অফ্রিকা পুম্নমক ব্রোং ব্রোং শৌরবা মৈগী চীংগী পাংখক ওইপ্রে, মরক মরক্তা পোকখায়রকখি। অরোনবা লম্বীদা ক্যাবা মিসিল ব্যাস (Missle base) ওইহনখি। রুশিয়ানা পৃথিবী পুম্নমক অসি মৈরক্তা লংশিনখি।

## স্লোগান হোংই, অচুম্বা অওইবদি লেংদনা লৈহৌই

অদুম ওইনমক, অসিগুম্বা য়েংনবা, খংন-চৈনবা ঈমু নাইমু তানবা অসি তোঙান তোঙানবা শকলোনগী মখাদা থোকই। হৌজিক কানসিদা, খুদম ওইনা হায়রবদা, মীরম লৈবাক্তা লাল তাশিনবা য়াম্না খুদোং থীনিঙাই ওইবা

থৌরাং কয়া কম্যুনিজমগী ফিজং মরুমদা চৎথৈ। কম্যুনিজম, কয়ম্বা হৌরকখিবগে হায়বা খন্নবা তারবদি, মসি মখল কয়াগী মিং, কাংলুপ অমসুং সম্প্রদায় কয়াগী মায়োক্তা লালহৌবগী খোল্লাউ কয়াদগী পোকখিবনি। রুশিয়া অমকসুং চিনাগী কম্যুনিষ্টশিং অসিসু মখোয়গী নিংথৌ অমসুং 'ফিউড্যাল চীফ' শিংগী মায়োক্তা লাল হৌরকপনি, মখোয়বু লোইশিনখি অমসুং শাক্তি পায়রকখি। তৌইগুম্বসুং য়াম্না তেনবা মতমগী মনুংদা মখোয়সু ইম্রাজবাদকী লম্বী অদুদা নীবা স্লোগান অমগী মখাদা চঙশিল্লকখি। অনৌবা স্লোগান অসিনা পৃথিবীগী মী পুম্নমক অসি সম্রাজবাদ অমসুং পুঁজিবাদকী অচেৎপা খুৎপায়দগী মীখাপোনবা কোকহনবনি হায়না শন্দোকই। মখোয়না মীগী লৈবাক্তা লান্দাশিনবা লাম্নীশিং অদুবু মীখা পোনবা কোকহন্নবা লাম্নীনি শিংথাই।

রুশিয়ানা মীখা পোনবা কোকহল্লবা নোংপোকথংবা ইউরোপকী লৈবাকশিং পোলেণ্ড, হঙ্গরী অমসুং চিনাগী ৱারী কমদৌগ্রবগে? মতুংদা চিনা য়েংলুবা, কোইরুবা ৱাখল খল চানা লৈবা থৌনা লৈবশিংনা অর্থ অনি লোংদবা ৱাহৈদা ফোংদোকই, মদুদি মফমদুগী সাধারন প্রজাশিংদু মায়কৈ খুদিংদা খুদোংথিবদা খন্দুনা লৈবা মতৌ উই, মখোয়গী লমচৎ ব্যাবহারদা নীঙতম্না লৈবা মান্দে। মদু রুশিয়া অমসুং মখোয়গী লোকেল এজেন্টশিংনা কাচিন কোয়া থুংনা য়েংশিন্দুনা লৈবদগীনি। ডিপার্টমেন্ট খুদিংমক, অমসুং জাতিগী পুন্সিগী থবক্কী লম কয়াদা আর্মি, নেভী, লৈবাক্পুগী ইয়ার ফোর্স, ফার্মিং পুম্নমক মপান থোক্লা থবক তৌবা ঙমদে, অশুপ্না শাক্তি পায়বা খরনা খুদুম চেৎনা পাযশিন্দুনা থমই।

থাঙ্গৈশেংবনি, চিনদা লৈবা মী খরনা 'নিউ চিনা'গী 'দি গ্রেদ লিব' অমসুং 'অৱার গ্রেট ব্রদর রুশিয়া' নচিংবা হায়দুনা থাগৎ-ইশৈ শকই। ঐখোয়গী লৈবাক ফাওবদা বৃটিশনা সাসন তৌবা মতমদা, পৃথিবীগী মরমদা ঙাং-শকপা মীওইশিংনা ভারত্তা বৃটিশনা সাসন তৌবদু ঈশ্বরনা থাবিরকপনি, বরনিনচিংবা হায়দুনা বৃটিশশিং অদু ঈশ্বরগী থাঙ্গৈশেংবা দুতনি, ঐখোয়বু

'অরান খুবম শীননবা থাবিরকপনি, হায়না শপোকই। ঐখোয়দসু মখোয়গী মপুবু সর্গ য়ৌনা থাঙ্গৎপা মীনাইশিং অদুগুম্বা য়াম্না লৈ। মখোয়গী মপুদুনা শিচৈনা কনবদা কয়াদা কনগ্রবা খুৎকুনো, হায়না থাগৎপা ঙমই, অমসুং হায় "কয়াদা ফজগ্রবা শাজেনো, কয়াদা নিংখিজনা শিজিন্নগ্রবনো" হৌজিক চিনানা টিবেট নমদুনা লৌশিনখিবসিনা 'লিবর্যাশন'গী অর্থদু ময়েক শেংহল্লে।

অমেরিকাসু বৃটেনগী সম্রাজবাদীকী মীওৎ-মীনৈ তৌদুনা সাসন তৌবা অদুগী মায়োক্তা লেপ্লকখিবনি। খুদুম চল্লম্বদু লাংথোকখি নীংতম্না ফংলকখি। অমেরিকা কম্যুনিজমগী হৌগৎলকলিবা খুদোংথীবশিং অদু লাকশিন্নবনি হায়দুনা পৃথিবীগী মশিং য়ামগ্রবা লৈবাকশিংদা "ইকোনোমিক এড" নত্রগা করিগুম্বা মতমদা 'মিলিটরি এড' পীদুনা লৈবাকশিংদু মাগী মখাদা থম্লবা হোৎনৈ। ঐখোয়না খঙই, "অর্থয়ো পুরুশো দাস" করিগুম্বা লৈবাক অমদা ইকোনোমিক এড লাক্লবদি মীনাই ওইবগী ব্রাখল লাক্লগদবনি। অসুম তৌনা, ঐখোয়গী ব্রাখল্লা ফংবদা, অসিগুম্বা লাইরবা লৈবাকশিং অসি অমেরিকাগী কলচরগী মমি তারক্কনি, জাতিগী ফিদম্নফম ওইবা, মীরোল-চিহ্নাং য়ৈনা খংনরকপা ব্রা, অনৌবা পুথোকপগী শক্তি পুন্সিগী লম খুদিংদা মাঙশিল্লক্কনি।

## মরুপ শান্নবগী লৈকংলাগী মিৎ-তরং

অদুদি খৎনবা, শা লাললা থল্লবা পৃথিবী অসিদা ঐখোয়গী জাতিগী মরা-চেৎপা, মতিক মঙাল ঙাক্কুনা থম্নবা লম্বী করিনো? ঐখোয়না অতোপ্পা লৈবাকশিংগা মরুপ মপাং ওইবদা নির্ভর তৌদুনা অসুম লৈগদ্রা? মসিদসু পৃথিবীগী ইতিহাসনা তম্বীরকপা পারাগী মতুং ইন্নদি আশা তৌবা য়াদে। লৈবাক অনিগী মরক্তা মরুপ মপাং ওইবা নত্রগা য়েংথিনবা হান্নবসি কৈদৌঙৈদসু তুং-কোইনা লৈগদবা মওং নত্তে। জাতি খুদিং মখোয়গী মরুপ অমসুং য়েক্লবশিং মশাগী খুদোংচাবা অপাম্বা য়েংদুনা হোংদোক হোংজিন তৌরকই।

তিন্নবা, অমুক মথক মখা ওনবা ইউরোপতা জাতিশিংগী মনুংদা লৈনরিবা মরী অসি হৌখিবা চহি কুমজা খরগী মনুংগী ৱারী অসি শারুবদা য়াম্না নুংঙাইবা অমা ওই। ইংলণ্ডগা ফ্রান্সকা লৈবাক অনি অসি চহি কুমজা কয়াদগী শাখিবা য়েক্লবা ওইনদুনা লাকই। নাপোলিয়ানগী মতমদা ফ্রান্সনা ইংলণ্ডগী মায়োক্তা অকনবা চেলেঞ্জ তৌরকখি অদুনা ইংলণ্ডনা জর্মনিগা মরুপ মপাং ওইনদুনা ফ্রান্সবু তকথায়খি। মতুংদা জর্মননা য়াম্না শক্তি লৈবকপা মতমদা ইংলণ্ড অমসুং ফ্রান্স অমত্তা ওইখি, পৃথিবী লাজাও অনিমক্তা মীচণ্ড ওইদুনা জর্মনবু তকথায়খি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মমাঙদা রুশিয়া নিউট্রেল ওইখি, তৌইগুম্বসুং লুটতা শরুক ফংননবা মমৈদা জর্মনগা তিন্নখি। মতুংদা অমুক ইংলণ্ডনা রুশিয়াবু জর্মনদগী তাম্থোক্লবা শীন্দোক-শীঞ্জিন তৌখি। রুশিয়ানা অমেরিকা, ইংলণ্ড অমসুং ফ্রান্সকী কেসতা য়াওখি। অমেরিকাসু মহাক্না নীঙ-তম্বগী লানফম থেংনবিঙৈদা ইংলণ্ডগা য়েংথিনখি অমসুং ফ্রান্সকা মরুপ ওইখি। চহি খরগী মতুংদা দৃশ্যদু অমুক ওনখি, অমুক হন্না ইংলণ্ড মহাক্কী মরুপ ওইখি। জাতিশিংগী মরক্তা মরুপ মপাং ওইবগী ইতিহাসসি পৃথিবীগী লৈমায় অসিদা অসুম্না তৌদুনা লাকই। মশা চাওনবা থাঙ্গৎপা, অতোপ্পবু নমথদুনা শাসন তৌবগী ৱাখল্না জাতিশিংগী থম্মোয়দ লৈ। মরম অদুনা জাতিশিংগী মরক্তা মতম চুপ্পগী ওইবা মরুপ-মপাং ওইবগী লেঙদবা, অচেৎপা লৈগনি হায়বদু থাজনিঙাই ওইদে।

## হিংচাবগা থিকনেম্বগা মরুপ শানবা

ঙসিদি পৃথিবী অসি পৱার-ব্লোক অনি থোক্লা চিংথায়নবা উরে। মখোয়গী শক্তি অমসুং চাওশাংবা মতৌ উরগা, মখোয়গা চাংদম্নরুবদা ঐখোয়গী অশোনবা মতৌ, মী খরনা পৱার-ব্লোক অমদা নত্রগা অতোপ্পা অমদা য়াওননবা কনখত্তুনা ঙাংলকপা, মখোয়না ঙাকপি-শেনবীদুনা নীঙ-তম্না স্বর হোনবা ঙমগনি খল্লিবদু কয়া য়াম্না অচুম্বা ওইগদগে। কনাগুম্বা অশোনবা অমনা অকনবা অমগা মরুপ শানবদা খুদোং থীনঙাই য়াম্না লৈ।

মতম অমদা হিংচাবা অমগা থিকনেম্বা অমগা মরুপ শানরমই। মখোয়না উমং অমদা থৌনা ফবগী থবক খর তৌনবা চঙশিল্লমই। মক্ষম অদুদা মখোয়না ডাকু কাংবু অমনা মখোয়গী লুটপাট তৌদুনা ফংলকপা য়ামগ্রবা লন্থুম ময়াম অমা য়েন্থেক্লদুনা লৈরম্বা থেংনরমই। হিংচাবা অদুনা ডাকুশিং অদু মায়থিবা পীদুনা তানখায়রমই অমসুং লন্থুম পুম্নমক অদু লৌরগা হল্লক্লমই। লাইবক থীবদি অকিবা ফংনা লাম্ছেংনবদুদা থিকনেম অদু মখুং নামা ককখিরমই। মতম খরগী মতুংদা নোংমা মখোয়না অতোপ্পা থৌনা ফবগী থবক অমসু চথখি। হান্দক্লা মখোয়না তমথিরবা মনীং মখা তম্বা নিংথৌ অমনা লানবন অমদা ফাজিন্দুনা থল্লম্বা বন্দি কয়া থেংনরমই। হিংচাবা অদুনা মীওংগা নিংথৌ অদু হাংলমই অমসুং মী-শিং অদুনা তৌবিমল খঙবা উত্তুনা হিংচাবা অদুবু নিংথৌ হাপলমই। হান্দক্কী থৌদোক অসিদা থিকনেম অদু মখোঙ নামা অমসু মাঙখিরমই। হিংচাবা অদুনা অচৌবা লানবন অমগা য়াম্না মথৌ খঙবা প্রজা কয়ামগা ফংপ্রে।

থিকমেন অদুনা মথন্ত মাগী মরাইবক অদু শাপ তৌরদুনা অমসুং অমরোমদা চিংচাবা অদুগী মরাইবক ফবা অদুবু কল্লক্নুনা মাগীসু খুদোংচাবা খর ফংননবা করিগুম্বা খর তৌনবা হোৎনগে হায়না খল্লমই। অসুম্না মাগী চৈশুদা শৌবদুনা হিংচাবা অদুগা লোয়ননা অমুকহন্না যাত্রা তৌরকলমই। লাইবক্লা তম্বা হায়বদুনি, মতা চারুদুনা ফত্তবা মী খরনা নিংথৌমচা-নুপী অমা ফারগা শগোল মথক্তা হাপ্তুনা পুবা উরমই। নিংথৌমচানুপী অদুবু মখোয়না কল্লমই অমসুং হিংচাবনা নিংথৌদা শিন্নরমই। তৌবিমল উৎপা ওইনা নিংথৌ অদুনা নিংথৌ মচানুপী অদু লুহোংদুনা মাগী লৈবাক্তা লোয়ননা হিংচাবা অদুদা কৎলমই। থিকনেম অদু হান্দক্কী ঙাকপী কনবীবগী লাল অদুদা শরুক য়ারুবদগী মমিং নামা অমসুং মাঙপ্রে। হিংচাবা অদুনা লৈবাক অনি রাজকন্যা অমা অমসুং য়ামগ্রবা লন্থুম কয়া অমা ফংখিরমই অদুগা মাগী মরুপ থিকনেম অদুদি মখুং নামা মখোঙ নামা অমসুং মমিং নামা মাঙখিরমই।

ঙ্বারী অসিগী পাওতাকতি য়াম্মনা ময়েক শেংলে। অকনবগা অশোনবগা ম্মরুপ শান্নরবদি অকনবা অদুনা কান্নবা পুন্নমক লৌশ্রগা অশোনবনা পুন্নমক মাওজরগা থনম্বা হায়বসি শোয়দ্রবনি। মসি ঐখোয়না আন্তর্জাতিক্কী ওইবা লানফম কয়াদসু উখ্রবনি। শক্তি লৈবা ন্যাশনশিংনা মখোয়গী লাল্লোংগী ভমখৈ অদু মখোয়গী ন্যাশনাল ফ্রন্টিয়ারদগী য়াম্মনা থাপ্পা অতোপ্পা লৈবাক্কী ন্যাশনাল ফ্রন্টিযাবদা লানফম ওইহন্নবা হোৎনৈ অমসুং লাল অদু অতোপ্পগী লমদা থেংনহল্লি অমসুং মখোয় মশাগী লমদা খুদোংথীবা অদু থোকহন্দে। ঐখোয়না রুশকী লাম্মীশিংনা অথাপ অথাপ্পা লৈবাকশিংদা শন্দোক্লুনা থম্বা উখি। ঐখোয়না অমেরিকাগী লাম্মীশিংনা কোরিয়া অমসুং ভেটনামদা লাল শোক্লদুনা অদুঙ্বাইদা লৈবা অপিকপা লৈবাক মচাশিংদা লানফম ওইহল্লি, অচৌবা শক্তিশিংগী শক্তি চাংয়েংনফম ওইহল্লি, লৈবাকমচাশিং অদুদা লৈবা মীশিং অদু মখোয়গী ঢৌপকী মচিঞ্জাক ওইহল্লি।

## শান্তি পুরক্লবগীদমক্তা শক্তি চণ্ডই

পৃথিবী অসি ঐখোয়না অচুম্বা মওংদা য়েংলবদি, ঐখোয় ইচম চম্বা ঙ্বারোইশিন অমদা থুংই, মদুদি নীওতম্বা অমসুং চাউখৎপা ন্যাশনাল লাইভ অমগীদমক মীনা লাকচবা য়াদবা শক্তি অমা চণ্ডই- লান্দাশিল্লকপা শক্তিশিংগী থম্মোয়দা অকিবা অমা পীবা, অমসুং অতোপ্পা লৈবাকশিংনা মরুপ ওইনবা থিরকপা হায়বসিনি। জাতি অমগী শক্তি পাঙ্গল অসি জাতি অদুগী শিদহিদাকনি।

অশেংবনি, শোম্বদুনা লৈবা হায়বসি অকনবা মীরৈপাক্কী শক্তিশিংনা লান্দারক্লুনা লম খোপচিল্লক্লবা অমসুং মীওৎমীনৈ তৌননবা বার্তন তৌরুবগুম্বনি। পৃথিবীদা শান্তি কায়হন্নবদা দায়ী ওইরিবসি অশোনবশিংননি। চার্চিলনা সেকেণ্ড ঙ্বার্ল ঙ্বার থোকখিবদু দরকার লৈতবা লালনি হায়না শিংথাখি। ইংলণ্ড অমসুং ফ্রন্সনা হৌগৎলকপা মচিন্দা জর্মনবু ইরাই লায়না থিংদুনা লান্দু থৈদোকপা য়ারম্বনি, তৌবদদি লৈবাক অনিসিনা মদু তৌনবা

মখোয়গী লিংজেল অমসুং পাঙ্গল শিজিন্নরম্বা তাবনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না থৌশাদনা লৈথোকলমই মপাঙ্গল শোল্লমই অমসুং নাকোইননা জর্মন ব্বার-স্পিরিট অদু থৌগৎলমই। পাঙ্গল কনবনা শান্তি থম্নবগী থাঙ্গেশেংবা লম্বীনি।

হৌজিক মতমদসু ঐখোয়না উরিবসিনি অমেরিকা অমসুং রুশিয়া লৈবাক অনিমক অসি মান্ননা অকনবা লৈবাকশিংনি অদুবু গ্রোবেল ব্বার অমা থোক্লনবদি থৌরাং তৌদে। অনিমক অসি পৃথিবী মাগুহনবা গুম্বা খুৎলাইশিং পার্যবি, অনিমক 'নিউক্লিয়ার হোলোকোষ্ট' অমা থোক্লবদি কনাসু হিংলে, ই হায়বা খগুই। ক্যবাগী থৌদোক্কুনা ঐখোয়দা অচৌবা পারা অমা তম্লনবা ওইখি। রুশিয়ানা লোন্না ক্যবাবু মিসিল ব্যাস অমা ওন্থোক্লবা থৌরাংলমই, মদু অমেরিকাগী সেক্যুরিটিগী চেকশিন থৌরাং অদু থুগাইহনবনি। তৌইগুম্বসুং মতম চানা অকনবা থবক লৌখৎ হৌবদগী অমেরিকানা রুশিয়াগী খুদোংথীবা থবক অদু লাকশিনবা গুমহৌখি অমসুং তুংদা পৃথিবীদা লালগী মৈজাও অমা থোকলমগদবদগী কলহৌই।

তৌইগুম্বসুং মসিনা অশোনবা লৈবাকশিং অসি তেক কায়ররোই নত্রগা লাল হায়বসি থোক্লরোই হায়বদি নত্তে। সুপ্নগী অরোইবা 'নিউক্লিয়াব সোডাউন অমা তুংগীদমক য়েথোক্কুনা মতমদুগী ওইনা নাম্থোকহৌরে হায়বা য়াই। অতৈ অতোপ্পা থবকশিংদি হান্নগুম্না অদুম চথরি।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী অশিংবা মী-শিংনা ঐখোয়দা থাজবা পীরি মদুদি ঐখোয়দা ফোরেন পাব্বার অমত্তনা লাল তৌরকলোই, মদুনা মীওইবা জাতি অসি নিউক্লিয়ার লালগী মৈজাও নংগদবনিনা কনানসু তৌনিংলোই। তৌইগুম্বসুং লৌথুপ লৌকোই লৈত্তনা ঐখোয়না মদু থাজরগদ্রা? ঐখোয়না তৌবগুম্না অতৈনসু লাল কিরমগদ্রা? চৎনবী মওং অমত্তা ইন্দনা য়েক্লবশিংনা লান্দারকই অমসুং লম লৌশিল্লকই। ঐখোয়গী লৈবাক মতক্তা, ময়েক লারবা খুদম ওইনা পাকিস্থান্না কাশ্মীর অমসুং কটচতা পাক চাউরবা লমদম অমা লান্দারক্কুনা লৌশিনখি, চিননা লাল লাউথোক্কনা লাদাখ অমসুং নেফাগী শরুক লৌশিনখি। অসিগুম্বা থৌদোক অসি ইণ্ডো চিনা অমসুং অতৈ অতোপ্পা মফমশিংদা হৌজিকসু তত্তনা থোকলি।

# জাতিগী পুন্সি কন্নবা হিদাক -২-অরোইবা য়াথং

ঐ চাউনা চাউনা ঙাংবগী খুদোংথীবা-পঞ্চশীল গী মরাইবক আন্তর্জাতিক্কী ইজ্জৎ সন্মান ফংবগী শেমজিন শাজিনবা ঐরী-পৃথিবীদা মপাঙ্গল কনববু ঈরাংলি-ঐখোয়গী অশোয়বা ঐখলশিং-অহিংশা নত্রগা বাখলগী শক্তি ঐাংপা-ঐখোয়গী থৌদোক কয়া- অচুম্বা দর্শন- অশেংবা শক্তি পাঙ্গলগী হৌরকফম।

হৌজিক মতমদা ঐখোয়গী লৈবাক্তা, ''নন-এলাইনমেন্ট', 'ডাইন্যামিক নিউট্র্যালিটি' নচিংবা কয়া অমা তাবা ফংই, মখোয়শিংদু ঐখোয়গী পুন্সি কন্ননবা নীতি অমা ওইনা লৌনবা ফাওবা য়াওই। তৌইগুম্বসুং মখোয়শিং অদুনা তশেংনমক অশোনবশিংবু মতেং পাংলগদ্রা? লাল তাশিল্লকপা শক্তি অমনা ঐখোয়বু লাকথুরবা মতমদা ঐখোয়না মতৌ করম্না ঐখোয়না ইশাবু কঞ্জগদৌবিরনো? ঐখোয় পাবার-ব্লোক অমদা নত্রগা অতোপ্পা অমগী মখাদা কনবিনবা চেনশিনগদ্রা, অদু ওইরবদি থাঙ্গেশেংবা ডাইন্যামিক নিউট্র্যালিটি হায়ব মীচঙ শঙ্গল নাইদ্রবা মায়কৈ অমত্তদসু য়াওদবা ওইরবদি ডাইন্যামিক হায়বসিনা নাকল অমদগী অমরোমদা কাওরকপদগী লেংহল্লবা অমা ওইবা তারে। মদুগীসু মথক্তা য়াম্না পাকশন্না লাল থোরক্লবা মতমদদি অচৌবা শক্তিশিংনা অশোনবগী নিউট্র্যালিটি অদু তাথিনা লৌরক্কনি।

## অশেংবা নিউট্র্যালিটি

অহানবা পৃথিবী লাণ্ঠাওগী মতমদা জর্মননা নিউট্র্যাল ওইবা নেদরলেণ্ডস গী লৈতেম মান্নবা লমদমশিং অদু ফাওরগা ফ্রান্সতা মখোয়গী লাশ্মী থাননবা থৌরাং তৌরমই, অসুন্না তৌবা অসিনা ফ্রান্স অমসুং জর্মনগী অনিগী ঙমখৈ চীঙ-মান ওইনা তৌবা খুদোংথীবা লশ্বী অদু চত্তবা য়ারমই। জর্মননা হোল্লন্ড অমসুং বেলজিয়ম নিউট্র্যালিটি ওইবগী প্রতিবাদ তৌবা অদু করিসু নাচুংলমদে। মখোয়গী লাশ্মীগী খোংউপনা মখোয়গী নিউট্র্যালিটি অদু নেংথংলমই। হায়রিবা লৈবাকশিং অদুনা মতিক চানা খুৎলাই পায়রন্নবদি জর্মননা লৈবাক অনিদুগী অশাউবা অদু মায়রোং য়াবা ঙন্নশ্মোইদ্রবনি।

স্বিজারলেণ্ডগী খুদম অমনা তোপ তোপ্পা খেন্নবা অমা পি। অকোনবা লাণ্ঠাও মনুংদা স্বিজারলেণ্ডনা য়ামনা চেংনা নিউট্র্যালিটি ঙাক্লমই। লৈবাক মচা অদু অতৈগা চাংদম্নদুনা য়েংবদা লাইরৈ, তৌইগুম্বসুং মীশিংগী থশ্মোয় অদুদি মরৈপাক নীঙবগী থ্রাথন, জাতিগী চাউথোকচবা লাকশিনবা ঙমলোইদবা লিংজেলনা থুন্নমই। আন্তর্জাতিগী নিয়ম মতুং ইন্না নিউট্র্যাল কন্ট্রি অমবু মীবৈপাক্কী লাশ্মী নত্রগা খুৎশু-খুৎলাই চথোক-চৎশিন অমসুং পুথোক পুশিন তৌনবা ফাওফম লশ্বী ওইনা শিজিন্নবা য়াদে। লাল অদুগী মনুংদা ইংলিসকী প্লেনশিং স্বিজারলেণ্ডগী নোংথক্তা জর্মনদা বম থাদনবা পাইবা উরমই। থিন্দনা, প্লেনশিং অদুদা স্বিজাবলেণ্ড ইয়ার স্পেস খুদক্তা থাদোকউ হায়না ৱানিং পীরমই। ইংলিসনা মখোয় শক্তি লৈবা লৈবাক অমনি হায়না নাপল কাথিদুনা ৱার্নিং অদু থৌশারমদে। অদুদগী স্বিজারলেণ্ডনা তুংগী কৈনীংচিং অমত্তা খন্দনা প্লেনশিং অদু কাপথরমই। মতুংদা ইংলণ্ডনা য়াম্না শাংবা চিঠি অমা প্রতিবাদকী মওংদা থারকখি। তৌইগুম্বসুং স্বিজারলেণ্ডনা মখোয় নীঙতম্বা লৈবাক অমনি মখোয়গী নীঙতম্বা জাতি অমা ওইনা মহাক্কী নিউট্র্যালিটি ঙাক্কনি, অসুন্না মখোয়গী 'সোবরেন্টি' দা শিংনরকপা পুন্নমক অসিগুম্বা চপ মান্নবা ফল ফংগনি হায়রকখি।

## অশেঙবা ঋরীদা চপম্নুংনা থাজবা

তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী লৈবাক্তদি য়ামনা ঙকপ্নবা ঋাখল অমা চংনরি মদুদি ঐখোয় পাঙ্গল কনপ্রবসু নুংঙাইনা ব্যবহার লৈনা পৃথিবী অসিদা হিংবা য়াগনি, মীওইবগী অঋাংবা থাক্কী পুকচেল মতাদা থাজদুনা, পঞ্চশীল, নত্রগা ইউ এন ও দা ঋাকৎলগা মীওইবগী কায়ন-তোইনবা পূম্নমক কোকপা ঙমগনি, হায়বসিদনি। অসিগুম্বা অঙাওবা ঋাখলশিং অসি মতম পূম্নমক্তা মফম খুদিংদা চুম্নগদবগুম্না উৎপা হোৎনরি।

ঐখোয়গী লুচিংবা মীওইশিংনা ঐখোয়গী লান্মীশিংদা 'ইন্টরন্যাশন্যালিজম' অমসুং 'ঋার্ল ব্রদরহুডকি পুন্যগী মশক ওইবা কান্নবা কয়া শন্দোকলি। নোংমা মিলিটরি অফিসার অমগা অতোপ্পা ভদ্রলোক অমগা রেলগাড়ী অমদা গুরুজীগা চৎমিন্নরমই। মখোয় অনিদু উর্দুদা ঋারী-ঋাতাই শানরমই। মিলিটরি অদুনা ভদ্রলোক অদুদা হায়রমই এ: অদোম য়াম্না ফজবা উর্দু ঙাংইদনা ভদ্রলোক অদুনা খুম্নক্লমই 'হোয়, ঐহাক, ঐগী স্কুলগী পুন্সিদা উর্দু তম্লকই, হৌজিক্তি ঐহাক চাওরে, ঐনা উর্দু লোল পামজবদুসু লোইখ্রে''। মিলিটরি অফিসার অদুনা হংলক্লমই, করি মরমদগীনো? মহাক্না খুম্নকই, ঐনা উর্দু নত্রগা পার্সিয়ান লোল পাবা মতমদা, মখোয়গী লিটরেচর 'বুল বুল' খব, পার্সিয়া খব, ইউফ্রেটিস অমসুং টিগ্রিস খর নত্তনা, ঐখোয়গী লৈবাক্কী ওইবা করিসু য়াওদে'' মিলিটরি অফিসার অদুনা ঙক্লা খংলাউ লাউরক্লমই, ''নহাক অসি কয়াদা নবুকচেল পিকখ্রবনো! হৌজিক ঐখোয় দেশকী ওইবা অখুবা ঋাখন্দা লৈবা অদু থাদোকপা মতম ওইরে, হৌজিক্তি ঐখোয় পৃথিবী পূম্নমক্কী ঋাখল খনবা তাবনি'' খন্দুনা য়েংশি, অসিগুম্বা অফিসার অসিনা লাল চঙপ্রবদি মহাক্না লৈবাক অসি কন্নবা থাজনঙাই ওইবা মওংদা করম্না লাল তৌবা ঙমগদগে। মিকুপ অমগী মনুংদা মাগী ''ঋার্ল কনশসনেস''গী ঋাখল অদুনা মহাক মশামক লাল তৌবা য়ানিংলক্লোই, মহাক্না অসুম্না খল্লকপা যাই,'' অসিগুম্বা পূম্নমক অসি করি লৌনমনো; ঐনা করিগী লাল থেংনগদৌরিবনো?

মখোয়না ঐখোয়গী লৈবাকসি খুদুম চনম্রগা মদুনা করি ওইদৌরিনো? মখোয়শিংদো ঐখোয়গুম্বা মী ওাক্তনি। অদুদগী ঐখোয়গী লাইবক করি ওইদৌরি? অসিগুম্বা 'ন্নার্ল কনশসনেশ অসিনা ঐখোয়বু মাং-তাকপদগী কমদৌনা কনগদৌরিবনো?

মতম অমদা জ্যোতিষী অমা লৈরমই। ঐখোয়না খঙলিবসিমগাই, পৃথিবী অসিদি কৈদৌওেদসু সমস্যা লৈতবা লৈতে। জ্যোতিষী অদু পৃথিবী অসিগী তুংগী ফিবম করি ওইরগদগে হায়দুনা য়ামনা লাংতক্লরমই। মহাকনা পৃথিবী অসিবু খঙদ-উদনা ইথিন পীরিবা তোঙান তোঙানবা গ্রহশিংগী মফম খংদোক্লবা যাত্রা তৌরকপনি। মহাকনা অসুম মাগী খুঙংদগী খোয়কপদা গ্রহ অমা নত্রগা অমা উরমই অমসুং অকিবগা লোয়নবা হৈনবী ব্রাখন্দা লুপখিদুনা লম্বী মনাক্তা লৈবা গুহা অমদা তাশিন্নমই। জোতিষী অদুগী মরাইবক ফবদগী গুহা অদু মীনা কুইনা শিজিন্নম্রবা ঈশিং কংবা অমা ওইরমই। মহাকনা কনবীনবা কন্না লাউরমই। মী খরা লম্বীদুদা লাক্লমই, মখোয়না জোতিষী অদু গুহা মনুংদগী চিংখৎপিরমই অমসুং কমদৌনা গুহা মনুংদুদা তাশিল্লুরিবনো হায়না ওকনা হংলমই, "পণ্ডিৎজী মতৌ করম্না নশামক্লা লম্বীগী মতাইদা লৈবা গুহা অসিদা তাশিন্নবা শিল্লুরিবনো"? পণ্ডিৎজীনা মাগী পৃথিবীগী মরমদা কা হেননা খঞ্জিল্লুবা অকিবা পোক্লুবনা অমসুং গ্রহশিংগী মরমদা খঙনিংলুবনা মরম ওইদুনা মহাক গুহাদা তারুবনি হায়না তেংথারমই। মাবু গুহাদগী লৌখৎপিবা কাংবু অদুনা মখা তারক্লমই; " পণ্ডিৎজী, নহাক্লা পৃথিবীগী কুঠী পুথোক্লবা হোৎনন্নিওে মমাওদা, নহাক নশামকী কুঠিদা হান্না য়েংহৌদ্রা, য়েংলম্বা থোক্লবদি নহাক গুহাদা তারমলোইদবনি।

হৌজিক মতমদা মশাগী অশোনবা অমসুং খংবা ব্রাংপদনা কুপশিন্দুনা ভদ্রলোক খরনা 'ইন্টরন্যাশনাল' গী মমিংদা ওাংলি-শকলিবদু জোতিষীগী অন্নাবা তারুবা ফিবমদুদগী পান্না অমা তন্নিওাই ওই, 'ইন্টরন্যাশনাল' গী মরমদা ব্রাখল থাদন্নিওেদা ঐখোয়গী 'ন্যাশনাল' হাউস'

অসি হান্না মফম চানা থম্লবা খনগদবনি। 'ইন্টরন্যাশনালগী' মরমদা হোৎনবা হায়বসিদা মখোয়না থবক ওইনা পাংথোক্লবা শক্তি অমত্তা লৈতে। ৰাৰ্ল ইউনিটিগী অমসুং মসিগুম্বগী ৱাফমসি, পৃথিবী অসি পাৱার পোলিটিক্স অমসুং অকনবনা শাসন তৌবা মতমনিনা মখোয়না করি ঙাংলি-শকলিবগে হায়বসি খঙবদা য়াম্না লুই। হৌজিক মতমগী ৰাৰ্ল পোলিটিক্সকী লেংদবা অচুম্বদি মশাগী য়েংবা, মশাগী লমগী ঙমখৈ চ'ওথোক্লনবা হোৎনবদা খ্বাইদগী থোইদোক-হেন্দোকপা ৱাখল লমজিং অমনা শাসন তৌবা ন্যাশন ষ্টেটশিংনা ওই। কনাগুম্বশিং অসিগুম্বা পোচ্ছা অসি খণ্ডত্রবদি মদু অশেম্বা ৱারীদগী অচুম্বা শাগৎনবা হোৎনবগুম্বনি।

মতম অমদা গুরুজীনা অহল্লমন খরগা ৱারী শানরমই। গুরুজীনা ন্যাশন অমগী লৈরিবা ফিভম অসি হন্না য়েংগে হায়রবদি মনুংদা পং-পুম্লিবা অসি হান্না থিংগদবনি অমসুং অকনবা লৈবাক অমা ওইগদবনি, নত্রবদি ঐখোয় জাতি অমা ওইবা ঙমলোই। থিন্দনা ৱাফম অমা অহনশিংগী মফমদগী লাকই, হায়রকই, "করি, ঐখোয় জাতি অম ওইনা হিংবা ঙমত্রবসু ঐখোয় অদুম হিংনি, মীওইবা অমা ওইনা হিংগনি"। গুরুজীনা খুম্লকই, শিরবা মতুংদা ফাওবা ঐখোয় কমদৌনা হিংদৌরিবনো। ঐখোয়গী উৎশিং-নত্রগা মোংফমদা ফুম্বা অশিবা হকচাংশিংদুদি শোয়দনা লৈহৌনি। মরমদি, বিজ্ঞাননা প্রমান তৌদুনা পুথোক্লবা নত্রা মদুদি পোৎকি মচনশিংসি মাঙহনবা সুপঙম ঙমদে।

## মশা মথন্তা শুম্লৎয়াই শান্নবগী ফল

হৌজিক্কী মতমদা, ঐখোয়গী লৈবাকপু থৌজিল্লিবা ইন্টরন্যাশনালিজম, 'ৱার্ল্ড ইউনিটি' নচিংবা পামজবা ৱাখলশিং অসি নোক্লঙাই ওইবা অমসুং অমরোমদা খুদোংথিনঙাই ওইবা চাং অমনি। ঐখোয়বু সিগুম্বা স্লোগানশিং অসিনা মপূঙ ফানা শুম্লৎয়াই চুহল্লে, মদুদি লম পাম্বা মীরৈপাক্কী শক্তিশিংনা ৱার্ল্ড পিস অমসুং ইন্টরন্যাশনালিজমগী মাইখুম উপ্তুনা লম খোপচিনব অমসুং

লান্দাশিনবনচিংবা তৌরিবসি উবা ঙমদে। মখোয়না ঐখোয়গী লৈবাক্তা লাক্লগা ইন্টরন্যাশনাল পিস কনফরেন্স পাংথোকলে, অদুগা মখোয়গী লৈবাক্তনা পৃথিবী মাঙহনবা ঙম্বা মিসিলশিং শারি। অসুম্না মখোয়গী ইন্সনবা অসিগী অমত্তা ঙাইবা অর্থদি মখোয়না ঐখোয়বু মখোয়গী কেন্দপতা চিংশিনবা, মখোয়না তুংগী থৌরাং তৌরিবা লালদা ঐখোয়বু মখোয়গী তোপকী মচিঞ্জাক ওইহনবা পাম্বনি। থাঙ্গেশেংবনি মখোয়না শান্তি পামই, তৌইগুম্বশিং করম্বা মখলগী শান্তিনো? মখোয়না মপু ওইবা অদুগা অতোপ্পশিংনা মখোয়গী মীনাই, মখোয়না শান্তি লৈনা তুম্বা পামই অদুগা মীনাইশিং অদুনা মখোয় মশেল অমগা-অমগা খৎনবা অমসুং মখোয়গী মপুগী তুম্বা 'থুগাইবা? ঐখোয় ভাবনা শাবা, পামজবা য়াখন্দা দশা তারবনি, ঐখোয়গী 'প্রোগ্রেসিভ অমসুং ইন্টরন্যাশনাল আউটলুক'' লৈরে হায়দুনা থাগৎপিগনি। ঐখোয়গী মীশিং কম্যুনিষ্টনা শিল্লাংবা ইন্টরন্যাশনাল পিস কনফরেন্সতা শরুক য়ারুবশিংদু ঐখোয়না উই অমসুং মুন্না খঙই মদুদি সিগুম্বা শীন্দোক-শীঞ্জিন অসি কম্যুনিষ্ট এক্সপ্যান্সনগী শীংচেপকী অপাবা মচিন খক্তনি।

''পিসফুল কো-এগজিসটেন্স অমসুং 'পঞ্চশীল'নচিং চেতদা ফজবা স্লোগানশিংসিদা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা লুপ্তুনা লৈবি, মসিদি মশাগী ওইজবা থিবা লুটতৌবা পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা মখোয়গী পুক্লিংদা ফুমলিবা অপাম্বা অদু ফংননবা 'কম্যুফ্লাজ' ওইনা শিজিন্নবা নত্তুনা কবিসু নত্তে। চিনাসি ঐখোয়না খঙলিবা অদুনি, 'পঞ্চশীল'দা থাজবা ফোংদোকপদা য়ামনা য়া য়া লাউরম্বনি। চিনা অসি হৌখিবা চহি-লিশিং অনিরোমগী মমাঙদগী ঐখোয়গী খ্বাইদগী চাউবা যুম্লোম্নবা মরুপ ওইদুনা য়ামনা থবাই য়াওনা থাগৎলম্বনি। ঐখোয়গা যুম্লোম্নবা অমসুং অফবা মরুপ ওইরকপসি চিনগী মীশিংনা বুড়িজম লৌখিবদগীনি। ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মখোয় ফিবম খুদিংমক্তা চিনাগা অচেৎপা মরুপ ওইননবা চশ য়ুংনা লেপলে হায়না লাউথোকপ্রবনি। মতম

অমমজা মুসলিমশিংগা মরূপ মপাং ওইনবা চপ মান্নবা য়াবেপসু লৌখি। মসিনা ঐখোয়গী 'ন্যাশনাল ইন্টেগ্রিটি অমসুং 'ওনর' ভাকপদা কয়া য়াম্না মাঙজন্তবগে হায়বা পুন্নমক্লা খঙলিবা অসিনি। চপ মান্নবা থৌদোক অসিদা চপ মান্নবা ইতিহাস অমুক হন্না থোক্লরে।

## ওইরক্কদবা হান্না তাকপদা থৌশাদবা

ঐখোয়না কাউথোকপা অমা লৈবে মদুদি হৌজিক মতমগী চিনা অসি থাইনগী বৃটিশ চিনা অদু নত্তে; মদুদি শংকুই কুইহিরিঙৌদা শিরে। মীৎয়েং হৈবা রুশিয়ানা অশিবা মশা অদুদা ভূত থাজিনরে অমসুং শয়তান ওইরে। হৌজিক ঐখোয়না উবিবসিনি, মসিনা ঐখোয়গী ভমখৈদা শয়তানগী জগোই শারবি। লৈবাক অদুনা টিবেটপু য়োংশিনখিবা মতমদা পণ্ডিত নেহরুনা প্রতিবাদ ইতৌ তৌবিদে, মহাকনা চেকশিলহনবা ওইনা অমেঙবা লোলদা থৌদোক অদু মনুংগী য়াকর্মনি হায়না লৌখি। জাতি অমবু শাথিনা নৈহৎপা অদু তুমিন্না লৈখোকখি। মতম অদুদগী হৌবদুনা চিনাগা মকপ মপাং ওইকবগী পীবা য়াবা মমল কয়া ঐখোয়না পীদুনা লাকলি। ইতিহাসিক ওইবা অচৌবা লৈবাক অনিগী মরক্তা তৌনখিবা সন্ধি, পঞ্চশীল, মতম পুম্বগী মকপ মপাং অমসুং ঈচিন্নাও ওইবগী সন্ধি অদু-লৈবাক অনিগী প্রধান মন্ত্রী অনিনা চীঙলেম্বগা লোয়ননা সহি তৌনখিবা মতম অদুমক্তদা চিনগী আর্মি ট্রকশিংনা মখোয়না লালগীদমক্তা খন্দুনা শেন্নম্বা লম্বীশিং অদুদা কাওদুনা লাদাখ অমসুং ঐখোয়গী হিমালয়গী পাকচাউরবা লমগী শরুকশিং লৌশিনখি।

ডাঃ জে সি কুমারপ্পা, গান্ধীজী মশক নাইববা শিষ্য, অমসুং শক্লাইববা ইকোনোমিষ্ট অদুনা রুশিয়া অমসুং চিনদা কোয়রুরবা মতুংদা য়া যথা থমদনা চেকশনরবা হায়রমই মদুদি চিনগী মীশিংগী মমিত্তা 'পঞ্চশীল'গী সন্ধি অসি কাল্লদবদা ইবা 'চে'নি হায়না লৌই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মখোয় মখোয়গী মঙ লৈবাক্তা মমিং উইশিন্দুনা কোয়দুনা লৈরি, কম্যুনিষ্ট চিনাগী লম খোপচিন্নকপগী পুম্নমক্তা কোইশিল্লকলিবা খুদোংথীবা অদু

মখোয়না থৌশারুবা লৈতে। ঐখোয়গী লৈবাক্কী কম্যুনিষ্টশিং চিনাগী মেপকী কপিশিং, মদুনা লাদাখ, নেপাল সিকিম, ভুটান নেফা অমসুং বর্মা য়াওনা হিমালয়ান টেরিটোরিদা চিনাগী লমগী শরুকনি হায়না উৎপা মেপ অমা য়েম্থোকখি। ঐখোয়গী সরকারনা মেপশিং অদু ফাগত্তুনা মখা তাবা থবক অমত্তা লৌখৎখিদে।

খ্রুশছেপনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা কোইরকখিবা মতমদা কাশ্মীরদা অসুম্না লাউথোক্লমই; "নখোয়না খুদোংথীবা তারবা মতমদা হিমালয়গী চীংদোম্দা মতেং পাংনবগীদমক্তা লাউরকউ। ঐখোয় অতোপ্পা নাকল অসোমদা নখোয়গী মতেং পাংনবা থৌরাং তৌদুনা লৈগনি"। ঐখোয়না কাউথোক্লোইদবদি, মখোয়গী মীনাইশিং খর ঐখোয়গীসিদা লৈ, মখোয়না মতম অমদা হেক্তা মতেং পাংননবা লাউগনি হায়বসি মখোয়না খঙই।

মতম অদুবাইদা খ্রুশছেব অমসুং বুলগানিন মমাঙদা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা লৈবাক শিনবা থুংনা মীয়াম্না হরাও-তয়ামনা ওকখি অমসুং পৃথিবী শান্তিগীদুতনি হায়না থাগৎনখি, রুশিয়াগী ডোক্যুমেন্টরি ফিল্ম অমসু ঐখোয়গী লৈবাক্তা উৎখি। ফিল্ম অদু "মোস্কো, তুংগী পৃথিবীগী অথোইবা সহর"! হায়না মোস্কোগী সিন অমা উত্তুনা লাউথোকই। মোস্কো অসি পৃথিবীগী ক্যাপিট্যাল ওইরবদি পৃথিবী পুম্বগী দরকার ওইবা পুম্নমক রুশিয়াগী খুয়াদা লৈগনি হায়না লৌদনঙাই করি লৈ।

## থোপাগী গথা

ঐখোয় হৌজিক ফাওবা অরানবা থাজবা হায়বদি ইন্টর্ন্যাশনালগী ওইনা ঐখোয় অবাংবা ইজৎ ফংলে হায়বা ব্রাখন্দগী কোকপা ঙমদ্রি। তৌইগুম্বসুং অচুম্ববু কদায়নো? খুদম অমা ওইনা পাকিস্থানদা য়েংসি। অসিগুম্বা ঐখোয়গী শাদোংগী শাদোং ওইবা লৈবাক অসিনা ইকাইবা নাইদনা মরাল শীবা, হাৎপা তুপ্পা অমসুং ঐখোয়গী অফিসারশিং, মীশিং, ফাবা, ঐখোয়গী প্লেন কাপথবা, হৌজিক মখোয়গী লৈবাক্তা লৈরিবা

হিন্দুশিংবু জাতি হুপ্পা মাঙহনগে হায়দুনা অতৎপা লৈতনা হাৎলিবা পুম্নমক অসি খুদোংচাবা অমত্তা মাঙহন্দনা চখদুনা লাক্লি, লৈবাক অসিনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা কয়ারক লান্দারকপ্রে অমসুং হৌজিকসু লেপ্তুনা চখরি। সিলোন, অপিকপা লৈবাক অমনি, লৈবাকসিনা মখোয়গী লৈবাক্তা মীরোল কয়া চুপ্পা লৈবক্লবা ভারত মচা লাক্ক কয়া 'তাম্বোরকখি। ব্রহ্মানসু অসুম্না তৌখি। ঐখোয়না কাশ্মীরগী 'ইশুসি উই এন ও দা অবাবা নংলবা লৈবাক অমা ওইনা লানখৎলুই, অদুবু ঐখোয়গী 'অৱাংবা থাক্কী ইজ্জৎ' ফংলবা লৈবাক ওইদুনসু অদুগুম্বা ৱাল ফোরম অদুনা ঐখোয়বু লান্দারকপা পার্টি অদুগা মান্ননা লৌখি। ভারতকী তকশনবগী ঈথিলদগী চিনদা বন্দি ওইনা ফাজিন্দুনা থম্বা অমেরিকান পাইলোট তরামাথোই থাদোকহনখিবদা শিংথানদুনা দাবি তৌখি; কোরিয়াদা ঐখোয়না শিংথানবা য়াবা রোল শান্নখি হায়বনচিংবা কয়া; অদুদগী, করিগী "গ্রেট ইন্টরন্যাশনাল প্রেসটিজ" অদু থৌদোকশিং অদুনা ঐখোয়গী জাতিগী ইজ্জৎ অমসুং অপুনবা মবা চেৎপদা করিগী খুদোংথীনিঙাই ওইহল্লিবনো? নত্রগা অদুগুম্বা ইজ্জৎ অদু থোপাগী গধাগুম্বা জাৎলা, নুংথিল চুপ্পা মপুগী থবক শিজিন্নরগা মথন্তা মপান্দা হিংজরুনবা তাম্বোকখিবা গধাগী মরাইবক অদুগুম্বরা?

ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা ঐখোয়গী শান্তি পুরক্লবা নীতি অমসুং "নন-এলাইনমেন্ট' হায়বদী পৃথিবীগী পাৱার ব্লোক অমতদা য়াওদবা অসিনা অচৌবা লৈবাকশিংনা ঐখোয়বু ব্যবহার তৌরে, মকপ মপাং ওইরে হায়না তোয়না পল্লি। মখোয়না অমেরিকা অমসুং রুশিয়াদগী ফংলিবা "ইকোনোমিক এইড' অসিনচিংবসি থিন্দুনা তাকই। তৌইগুম্বসুং হায়রিবা অমেরিকা অদুনা ঐখোয়গী য়েক্লবা পাকিস্থানদা খ্বাইদগী নৌবা লালগী খুৎশু খুৎলাই পীশিল্লি। অমরোমদা ঐখোয়দা বলিগী হামেংগুম্না 'ইকোনোমিক এইড' পীশিনবা অমরোমদনা য়েক্লবশিংদা ঐখোয়দা লান্দানবা খুৎলাই পীশনবা; মসি মরুপ মপাং ওইবগী খুদমলা? রুশিয়াগী মরমদদি থোইনা হায়রুনঙাই লৈতে; মহাক্লা চিনাগা মচিন-মনাও ওইবগী কায়ন তোইনঙাই

লৈত্রবা লিপুননি হায়না লাউথোকই, অদুগা ওন্নতৈনবদা ভারতকা 'মরুপ মপাং' ওইনা লৌবা, অদুগা চিনানা খংনবা হৌদুনা লান্দাবদা থৌগাংপা শক্তি অমা ওইনা থবক তৌই।

ঐখোয়দি ইচম চম্না, বাহৈদা কুটনীতিগী ওইবা থৌওংদা বলি পাব্বারশিংনা মখোয়গী মপাম্ভোংগী ওইবা শকফমদা ঐখোয় ইশানা ইশাদা চিরোল তৌদুনা পৃথিবীগী কাউন্সিলদা 'ঐখোয় অচৌবা মফম ফংলে হায়না লৌজে। খুদম অমা ওইনা লৌরবদা, চহি খরগী মমাঙদা শ্রীমতি বিজয়া লক্ষ্মী পণ্ডিতপু ইউ এন ও গী জেনেরেল অ্যাসসেমব্লিগী প্রেসিডেন্ট ওইনা খনখি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী লৈবাক্তা অসিগুম্বা 'অৱাংবা সন্মান' অসি পীবগী পুক্নুংদা ফুমলিবা তৌহন্নিংলিবা মরম অদু করিনো? অদুদগী য়ামনা থাজবা মাঙহনবা শরৌ পীন্নবা অমদা সেখ আবদুল্লানা কাশ্মীর নীঙ-খা তম্বা ষ্টেট অমা ওইহন্নবা হোংনরুবা অবোনবা অদু ফজনা ফোংদোকখি। মহাক ফাখি অমসুং ডিসমিস তৌখি। ইউ এনগী এজেন্টশিংনা ফাওবা শরৌ অদু পীল্লুবা অদুসু মপৃঙ ফানা ফোংনা খঙনরকখি। এঙ্গো-অমেরিকানশিংনা মখোয়গী খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা ইউ এনগী এজেন্টশিং অদুনা মখোয়গী ইকাইবা ঙাক্লনবা, কাশ্মীবদা মখোয়গী খোঙফম মাঙদনবা লৌশিং থৌরাং তৌরমই, ঐখোয়গী লৈবাক্তসু য়াশিন্নবা পুরক্তুনা মখোয়গী অনিংবা অপাম্ব অদুদা অথিংবা লৈতনা চথবা পান্নমই। তৌইগুম্বসুং মখোয়না প্রাইম মিনিষ্টর পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুগী মচন নুপী ইউ এনগী প্রেসিডেন্টকী ফম পীবা অসিদগী হেন্না ফবা পীন্দোক-পীজীন অতে করি লৈগদগে। মদু য়াম্না হৈশিংবা মওংগী চিরোল নত্তনা করিসু নত্তে। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি, ঐখোয়গী ইচম চম্বা বাখল অসিনা ঐখোয়দা পীবা অশেংবা সম্মাননি হায়না লৌরমই।

## হৌজিক্কী পাৱা অমা

মতৌ অসুম্না তোঙান তোঙানবা, ঐখোয়না লৌখৎলিবা খোঙ্গেল হৌনা লাউরিবা বাখল্লোন অসিনা অচৌবা নোঙ্গোর ওইদুনা ঐখোয়গী

জাতিগী ইজ্জৎ অমসুং চাউখৎপসি মমল অমত্তা লৈহন্দে। অদুম ওইনমক ঐখোয়না হন্না হন্না ঐখোয়গী খুৎচাশিংসি মৈ থাজিল্লোইদবনি; ঐখোয়না খঙ্গাননা তৌবা থবকশিং অসিনা ঐখোয়গী জ্ঞান তাদবা অসি লাকশিনবা ঙমলোই। মসি ঐখোয়গী জাতিদা শাপ অমগী মশকনি, হৌজিক্তগী নত্তে কুমজা কয়াদা মৌদোক কয়ারক অসুম্না তৌত্রবনি। চেঙ্গীজ খাননা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দানবা থৌরাং তৌরকপা মতমদা মহাক্না অৱাং-নোংচুপ লমদমগী মী অয়াম্বা বৌদ্ব ধর্ম্ম চৎলি হায়বসি খঙখি। মবম অদুনা, মহাক্না বুডিষ্ট অমা শাশিন্নবগী সো অমা উৎলি অমসুং মতুংদা লান্দাবকখি। মফমদুদা লৈরম্বা বুডিষ্টশিং অদুনা মহাকপু ধর্ম্ম তিন্নবনি হায়না খন্দুনা চঙশিলহনখি অমসুং তরামনা ওকখি। মদুগী ফলদি চেঙ্গীজ খাননা মীগী অককপা মকোক্না চাঁওমুক ৱাংনা পৈখৎপা ঙমখি-পুম্নমক বুডিজমগী অহিংশাগী নীতিগী মখাদা তৌখিবনি

## পৃথিবীনা শক্তিবু পুজা তৌই

য়ামত্রবদা ঐখোয় অশেংবা 'ন্যাশনাল ওনর' অমসুং শক্তি থম্বগী অচুম্বা অদু খঙদুনা অশেংবা ন্যাশনাল ওনব অমসুং শান্তি পুরকপা ঙমগনি। লাকচবা য়াদবা জাতিগী শক্তি পাঙ্গল শেমগৎপা নত্তনা অতৈ লম্বী লৈতে। মদু ফংলবখক্তদা, ঐখোয়না শন্দোকলিবা অচৌবা নীতিশিং অদু পৃথিবীনা ইজ্জৎকা লোয়ননা লূমনা লৌনরক্কনি। পৃথিবী অসিনা, ফন ৱাংবা দর্শন ওইববসু অশোনবা লৈবাক্না শন্দোকপা ওইরবদি থৌশানা তাদে। কুইববদা মৌদোক অমা থোকখি মদু ঐখোয়গী মরু ওইবা খবর কাগজশিংদা ফোংনখি। ঐখোয়গী অফাওবা অশৈবা রবিন্দ্রনাথ ঠাকুর, মতম অমদা জাপানদা চৎলমই মহাক ইউনিভরসিটি ছাত্রশিংদা হিন্দু দর্শনগী অৱাংবা মতিক মঙান অদুগী মরমদা ভাষন অমা পীবা তারমই। তৌইগুম্বসুং লেকচর হোল অদু প্রোফেসার থর ফম্বা নত্তনা অতৈ পুমহাং হাঙলমই। য়ামনা মওং তাদবা সো অমা ওইরনি খন্দুনা, অদুগা অমরোমদা শকনাইরবা বিজিটর অদুদা

ইকাইবা পীবা ওইনা থোক্লগদ্রা খন্দুনা, প্রোফেসারশিং অদুগী মরক্তগী অমনা থাপনা লেপ্তুনা লৈরিবা ছাত্রশিং অদু থেমদুনা লেকচর অদু তানবা পুশিল্লক্কবা হোৎনরম্মই। ছাত্রশিং অদুনা কন্না য়ানিংলমদে অমসুং হায়রম্মই; "ঐখোয় মীনাই ওইরিবা জাতি অমগী দর্শন তাবা পামদে"।

পৃথিবী অসিনা অকনবববুতা পুজা তৌনৈ। অকোনবা লাঞ্জাওগী মমাঙদা ইংলণ্ড অসি য়াম্মনা শক্তি লৈরম্মই, ঐখোয়গী মী-শিংনা মখোয়গী মতৌ তম্মরমই অমসুং থাগৎনরম্মই। তৌইগুম্বসুং, লাল মনুংদা মতম খর জর্মননা লাল ঙমগদৌবোই নীঙনরকখি অদুদগী মখোয়না হিটলার অমসুং নাজিজমবু লুনা পুজা তৌনরকলে। ঐখোয়না হৌজিক মতমদা ব্রা ব্রা লাউনা হিটলার অমসুং নাজিজমবু মরাল শীরিবা মী-শিংদু মশক খঙই, মখোয়দু জর্মননা মপান ফরিঙৈদা লোন্না মখোয়গী রেডিও অদু জর্মন লোমদা ওনশিন্দুনা জর্মনগী পাউ অদু অঙকপগা লোয়ননা তারম্বা ঙাক্তনি। অদুবু জর্মননা লান্দাবা সুপ্লগী চয়োল অনিগী মনুংদা ফ্রান্সনা লৈখা তাখিবা মতমদা মখোয়শিং অদুনা কয়াদা হরাও তয়ামনা পাউ অদু তাখিবা! হৌজিক হায়রিবা মীওইশিং অদুনা অমেরিকা নত্রগা রুশিয়াবু পুজা তৌই, মরমদি হায়রিবা লৈবাকশিং অসিনা জর্মনবু লালগী তৌবা ঙম্বা পুম্নমক মাঙহনখি অমসুং অচৌবা পৃথিবীগী শক্তিশিং ওইনা লেপখি। কম্যুনিজমনা মী ময়াম অমা শুমহৎখিবগী মরমদি কম্যুনিজম-রুশিয়া অমসুং চিনানা 'শা ঙাগুম্বগী পাঙ্গল শক্তি উৎখিবা অদুদা কম্যুনিজম-কশিয়া অমসুং চিনাগী সেবক ভক্তশিং অদুনা ওইহনখিবনি। মসিনি পৃথিবীসিনা চৎলিবা লম্বী। কনা অমত্তনা অশোনবা লৈবাক্কী মিমি লাউবা খোঞ্জেন থৌশাদে। মতম কুইনগী মমাঙদা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা লাউথোক্লমই মদুদি অশোনবা লাইরবশিংগী অপাম্বা অদু মালংদা ফুবা শাগুম্বনি।

উৎপদন্তে বিলীয়ন্তী দ্রহিদ্রোণা মনোরথা:।

## পাঙ্গলনা পুণ্যনি, অশোনবনা পাপনি

মপানগী শকফমনা অমা ওইরবসু, অশোনবশিংনা চৈনা, মায়থিবনচিংবা ফংই। মপান্দা ফন য়ামনা চাশন্নবা লৈরবসু জাতি অমা মশানা অশোনবা ওইনা পোক্লবদি জাতিদু কনবা শুপঙম ঙমলোই। অশোনবা অমা ওইবা হায়বসি পৃথিবী অসিদা তুক্কচনঙাই ওইবা পাপনি, মসিনা জাতি মশামক্তু বু মাঙহল্লি অদুগা অতোপ্পশিংদা হিংশা পোকহন্নবা পুক্লিং থৌগৎলি। ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা হায়বমই মদুদি হকচাংসি শাংথনা পুন্সিনবা হোৎনবা হায়বসি খ্বাইদগী ৱাংবা ধর্ম্মনি মরমদি হকচাংসি শাংথনা হিংননবা পাঙ্গল শাক্তি অসিনা যুম্ফমনি। অসুম্বা হায়নৈ বিশ্বামিত্র মুনিনা য়ামনা চাওবা চাকতাংবা মতম অমদা, চানবা পোং অমত্তা নুমিৎ কয়ানিগীদমক্তা ফংখিদে। নোংমা মহাক্না চান্দাল অমগী ময়ুমদা অশিবা হুইগী পুমথরবা মখোঙ অমা থেংনরমই। বিশ্বামিত্র মদু লৌখত্তুনা চাবা য়ানবা শেম শারমই অমসুং ঈশ্বরদা কংলমই। চান্দাল অদুনা লাউরকলমই, “হে মুনি, হুই-মখোঙ অদু চারগা কমদৌদৌরিবনো? বিশ্বামিত্রনা খুমলক্লমই; হোয়, ঐ অহানবদা হিংবা তাবনি অমসুং পাঙ্গল কনবা তাবনি, মদুনা প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি, পৃথিবী অসিদা অফবা থবক কয়া তৌগনি।

তৌইগুম্বসুং হৌখিবা চহি তরাগী মতম খবসিগী মনুংদা পাঙ্গলবু চৈনঙাই ওইবা অমা ওইনা হস্থুনা লৌনরকলি। ‘নন-বায়োলেন্স’ পু লান্না অর্থ হন্দুনা জাতিগী ৱাখলবু খেন্নরনা উহনপ্রে। ঐখোয়না পাঙ্গলবু ‘বায়োলেন্স’ অমসুং অশোনববু ৱাংনা থাঙ্গত্তুনা থাগৎনপ্রে।

নোংমা সাধু অমনা হায়খি, ‘অহিংসা’ হায়বা ৱাহৈ অসি হিংসা হায়বা ৱাহৈসিগী ওন্নতৈনবা অর্থ ফোংদোকপনি, য়ামনা মপাঙ্গল কনবা নুপা অমনা ‘অহিংসা তৌই, তৌইগুম্বসুং মদু ক্ষজিনবা অথিংবা য়াওদনা তৌই, ভাঙ্গা মেঙ্গা হৈনা অমদি নুংশিবিবগা লোয়নরগতা ‘অহিংসা’ তৌই। খন্দুনা য়েংসি, অকনবা নুপা অমনা লম্বীদা অসুম চৎপদা কনাগুম্বা অমনা

মাবু থেঙ্গাইরম্বলে অকনবা মী অদুনা মীনুংশিংগা লোয়ননা অসুম্না হায়রবদি, "ফরে ঐগী নুংশিববা মরুপ, নহাকনা ঐঙোন্দা তৌবিবা মরাল অসিদগী ঐনা নহাকপু ঙাকপিরে" অদুদগী ঐখোয়না হায় মদুদি অকনবা নুপা অদু অহিংসা ঙাকনা চৎলি, মরমদি মহাকনা ফুদুনা মকোক থুগাইবা ঙম্লবসু মশা মথন্তবু লাকশিঞ্জদুনা নুপা অদুবু ঙাকপিরে।

অমুক খন্দুনা য়েংসি, য়ামনা শোনবা মশা পাত্রিক পাবা নুপা অমনা অসুম চৎলিঙৈদা কনাগুম্বা অমনা মনা তাপ পায়দুনা চিংলমই, অমসুং অশোনবা নুপা অদু কোক্তগী তোন ফাওবা কিবনা থক থক নিক্লমই অমসুং হায়রক্লমই, "অদোম্বু ঐনা ঙাকপিরে", কনানা মহাকপু থাজগনি? কনানা মহাকপু 'অহিংসা' ঙাকনা চৎলিবনি হায়গনি? মহাক্লুম্বা মীসি মহাক্কী মযুম্মক্তা ডাকুশিংনা লুটপাট তৌবদা থিংবা ঙমজদ্রবা মীনি অদুগা খোঞ্জেল হৌনা 'বাসুদেব কুতুম্বকম' (পৃথিবী পুম্বা অসি ঐহাক্কী ইয়ুমনি) মীশিংনা শোইদনা হায়গনি মদুদি মহাক অদু পাংদবা তাৎ-তৌবা মীনি, মরমদি মহাকনা করিগুম্বা থবক অমত্তা থৌনা ফনা তৌবা ঙমদে, মহাকনা শুপ্নগী মহাক্কী পাঙদবা অদু কুপশিন্নবা য়ামনা অরুবা ব্রাফমগুম্না ঙাংবা মীতানি। হৌজিক কালসি ঐখোয়গী লৈবাক্কী নুংশিৎ-নুংশা অসি অসুম্না অরানবা ভাবপু পুবা, মীনম্বা ঙাংবা মী খবগী থৌশিল ওইব্রে। অথাবা উফুলগী লৈচিন্না হাইগৎলক্তুনা 'পিস' অমসুং 'নন-বায়োলেন্সগুম্বা ব্রাহৈ কয়া শিজিন্নদুনা মখোয়গী ব্রাখলগী অশোনবা অদু কুপশিন্নবা অচুম অরান লেপ্পনবগী অঙম্বগী শকফম লৌরকলি।

## অশোনবশিংগী 'নন-বায়োলেন্স'

অসিগুম্বা অঙাওবা ব্রাখল অসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয় পুম্নমক্তা অমাঙবা ওইরকলিবনি। ঐখোয়না খঙই ঐখোয়গী দেশকী ঙমখৈ অসি অসুম শীকশিল্লকলি। ফনা অমত্তনা ইমা লৈবাকসিগী ইজ্জৎ অমসুং মপুম ওইবা শকফম অসি কনবগী ব্রাখল মতাদু চেপ্লে। জাতি অসিবু ইকাইবা পীরকপা

অদু 'শান্তি' গী মায়খুম উপুনা কুপশিন্নবা হোংনৈ। নোংমগী মতুংদা নোংমা খুদিংগী ঐখোয়দা ইকাইবা কয়া লঙশিল্লকই। ঐখোয়গী মীশিং য়েক্লবনা নোংমৈনা কাপথুই। চিনানা পাণ্ডিত নেহরুগী মপোক নুমিত্তা ঐখোয়গী সিফাই তরামথোইগী অশিবা খুদোন পোং ওইনা পীরকখি। পুম্নমক অসি ঐখোয়না ব্বানা য়োংথদুনা খঙই অমসুং হায়, "ঐখোয়দি "শান্তি'গী ভক্তনি"। মহাভারততা অসুম্না হায়, মদুদি কনাগুম্বা মী অমনা ইকাইবা পীবদু অসুম খাঙদুনা লৈরবদি মী অদু নুপাসু নত্তে নুপীসু নত্তে।

এতাবানেব পুরুষো য়দমর্ষী য়দক্ষমী।
ক্ষমাবান নিরমর্ষশ্চ নৈব স্ত্রী 'ন পুনঃ পুমান।।

(কনাগুম্বা অমনা মঙোন্দা ইকাইবা পীরক্লবদা খাঙদুনা অমসুং ঈংথদুনা লৈরবা মী মহাক অদু নুপাসু নত্তে, নুপীসু নত্তে।)

## অচৌবা খুদমশিং

ঐখোয়গী দার্শনিকশিংনা হায় মদুদি মীনা অতোপ্পশিংবু নোল্লুকহনবা ঙম্নবতদা নোল্লুকপা অমা ওইগদবনি। কবম্বা মতমদা কনাগুম্বা অমা ঙাকপিহৈগনি? মীদুনা মতিক চাবা শক্তি লৈদুনা মহাকপু ইকাইবা পীবা মীশিং অদু লাকথবা ঙম্বা মীদুতনা ঙাকপিহৈবা ঙমগনি। করম্বা মতমদা কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পশিংবু সেবা তৌগনি? মহাকনা পৃথিবী পুম্নমক অসিগী অপাম্বা সেবা অদু তৌবগী মতিক চাবা লুচিংবা অমা ওইরবা মতমদা তৌবা য়াই। মসি গীতাদা ফিদম্নফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অহিংসা নীতি শন্দোক্লম্বা ঐখোয়না উরি; অঙাং ওইরিঙৈ মতমদগী হৌদুনা ফত্রবা হিংচাবশিং অমমমতা ওইনা মাং তাকহন্দুনা অসিগুম্বা ফিদম্নফম ওইবসি তম্বীরম্বনি। মহাক্কি কাংশবু হাত্তুনা উগ্রসেনবু সিংহাসনদা থাঙ্গৎলমই, মশামক দরবারগী সনথোংদা অতিথিশিংবু ওকপগী থৌদাং লৌখি। মহাক মশামক্লা অমুক্তা য়ুধিষ্টিরগী অচৌবা রাজসূয়

জজদা পুন্নমক্তা চাবগী লুখাক শেংবগী থবক তৌখি অমসুং 'আগ্রপূজা' তৌদুনা পুন্নমক্তা ইকাইখুম্নবা উৎখি। ঐখোয়গী দর্শননা ঐখোয়দা পীরিবা পাউজেল অসিনি।

ঐখোয়গী মতিক মগান লৈরবা মাষ্টরশিংনা ঐখোয়গী জাতিগী শাজৎ লিচৎকী চৎনবী মচাং থন্নমই অদুগা মতম পুন্নমক্তা 'আইডিয়ালিজম'গা রিয়্যালিজমগা অনি অসি য়ানশিন্নৈ, খ্বাইদগী ব্রাংবা মীওইবা জাতিগী নুংঙাই য়াইফ ওইগদবা নীতি অদু পৃথিবীদা থবক ওইনা চৎনবা য়াগদবা মওংদা জাতিগী শাজৎ শেন্নমই। মীয়ামনা য়াম্না পান্নানা পীরম্বা ব্রারী অমা, মদু রাম রাবন অনিগী অকনবা লানফম চখৃরিঙেগী মতমদা থোকখিবা থৌদোকনি। লক্ষ্মননা মেঘনাদ হাৎলবা মতুংদা মহাক্কী অককপা মকোক অদু মহাক্কী লানশংদা পুরক্লমই। মেঘনাদকী নুপী সুলোচনানা মহাকনা মপুরোইবগী পোইলোইবগী চিতাদা মহাক্কী অককপা মকোক অদুগা লোয়ননা চিতাদা কাখত্তুনা শিজবা পান্নমই, অদুনা মহাকনা রামগী লানশংদা লাক্কুনা মপুরোইবগী অককপা মকোক অদু হন্দোকপীয়ু হায়জখি। রামগী মায়কৈদা লৈবা লাম্মীশিংনা ফজত্রবা নুপী অমা মখোয়গী লানশংলোমদা লাকপা উবদা মহাকতো সিতা মশামক ওইরমগনি হায়না থাজনরমই। মখোয় খঙনীংবা অমগা লোয়ননা য়ামনা হরাওনরমই অমসুং মখোয় খুৎলাই থাদোক্লবা শেম-শারমই। তৌইগুম্বসুং শ্রীরামনা ময়ামনা হরাওনরিবা অদুগী মরম অদু তারমই অমসুং ঈংনা হায়রক্লমই" মকোক তরা অমসুং পাম্বোম কুন লোংবা রাবন হৌজিক হিংলি হায়বসি নখোয় কাওথোক্লনু। রাবনগী অশিবা মশা অদুদা খোঙনেৎনদুনা চৎলগতা ঐখোয়না লক্কাদা চঙগদৌরিবনি অমসুং সিতাবু থাদোক্কদৌরিবনি। মতম অদু য়ৌথ্রিবা ফাওবা সিতা উগনি হায়বা মঙ মঙলুগনু। অসিগুম্বা মায়াগী মখা খক পোনগনু"। মীওইবগী মনোবিজ্ঞান নিংথিজনা খঙ-হৈবনা মহাকনা রাবনগী স্বভাব নিংথিজনা খঙলমই অমসুং রাক্ষস (Rakshasa) গী ফত্তবা ইহৎ অদু লুনা মরাতানা লৈবনি করিগুম্বা ফিবম অমত্তনা মদু হোংহনবা ঙম্লোই, মহাক্না কিহল্লকলিবা

পূম্নমক শোয়বা নাইন্দ্রবা রামগী তেনতনা কোকহনবা ঙমগনি। রামগী খ্বাইদগী ৱাংবা মীওইবগী পুন্সিগী থাকতা লৈবা অমসুং মহাক্কী অবোইবদা পীবা পাঙ্গল শক্তিনা, য়েক্লববু দণ্ডি পীবা, হায়রিবা শকওং অনি অসিনা মহাকপু 'মার্য্যাদা পুরুষতম' হায়না কৌনে।

অদুগা অমুক হন্না, মহাভারততা শ্রীকৃষ্ণনা কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা নুপা থোকপা থৌদাং লৈননবা আর্জ্জুনদা হায়খি।

## ক্লৈব্য মা স্ম গমঃ পার্থ

(ৱাখলগী অশোনবা, পাংদবা ওইগনু, হে পার্থ!) গীতাগী পাওজেলদা নত্তনা, ৱাফম অসি তাকপিরিবা মতাং অসি, তাকপিরিবা গুরু, তম্বীরিবা শিষ্য অনিমক থৌনাফবগী ছচাদা য়ৈদুনা শেমগ্রবা ঙাক্তনি। গুরু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণ যুগ অদুগী খ্বাইদগী থৌনা ফবা হিরোনি অদুগা আর্জ্জুনসু শ্রীকৃষ্ণগী হেক মথংদা খ্বাইদগী অচৌবা গুণ চেনবা লাম্মীনি। অদুগা 'ভগবদ গীতা' অসিনা আধ্যাত্মিক জ্ঞানগী পুকৈ ওইবতা নত্তনা মতমদুগী খ্বাইদগী থৌনা ফবা অনিনা লানফমদা ৱারী শানবনি। মসিনা মীওইবগী পুন্সিগী অচুম্বশিং উৎলি, পৃথিবী অসিদা ধর্ম্ম অমসুং পুণ্য লিংখৎপা অসি অঙ্কিবা লৈতবা থৌনাফবগী গুণ চেনবা নত্তনা ওইথোকলোই হায়বসু তাক্লমই। থাঙ্গৈশেংবদি আর্জ্জুন পাংদবা অমা ওইরমদে। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী গুরু অমসুং অহল-লমনশিংনা লানগীদমক্তা থৌরাং তৌদুনা পরেং পরেং লেপ্লম্বা উবদা চিংনবনা মহাক পুকচেল শেংনা মহাক্কী তৌগদবা থবক্কী লম্বী পুথোকপা ঙম্লমদে। মহাক লানফমদগী চেনখিবসু পামলমদে অদুগা ওন্নতৈনবদা মহাক্লা খুৎলাই থাদোক্লুনা মহাক্কী য়েক্লবশিংগী মখুত্তা থাদোক্লবা ৱাখলগা লোয়ননা শিবা পান্নমই।

**যদি মামপ্রতিকারমশস্ত্রং শস্ত্রপাণয়ঃ।**
**ধার্তরাষ্ট্রা রণে হন্যুস্তন্মে ক্ষেমতরং ভবেতঃ।।**

ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা মখুত্তা খুৎলাই পায়দুনা ঐবু লানফমসিদা হাৎলবদি, ঐহাক্না খুৎলাই পায়দনা লমন খুম্বগী অপাম্বা য়াওদনা লৈবিগঙেসিদা, মদুনবু ঐগীদমক্তা য়াম্না ফরগনি।)

মতৌ অসুম্না ঙসি ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী থম্মোয়শিং অসি মফম মনুং খঙদবনা খুদুম চনখিবগুম উই। 'নন-রিট্যালিয়্যাশন' অমসুং 'পিস' নচিংবা ৱাহৈ কয়া শিজিন্নদুনা য়ুমথক্তগী কন্না লাউরি। অশেংবদি, ৱাহৈ অনিসিগী মরক্তা লৈরিবা ৱাখল ফিবম অদুদি য়ামনা পাক চাউই। আর্জুন য়ামনা মনুং চনবা থৌনাফর্বনি; লোয়ননা 'নন-রিট্যালিয়্যাশন' নচিংবা ৱাংনা লৈপ্লবা ৱাহৈ অসি হৌজিক মতমদা শিজিন্নরিবা অসিদি ঐখোয়গী পাংদবা ৱাখল শোনবা অদু কুপশিন্নবা 'স্মোক স্ক্রীন' ওইনা শিজিন্নবনি।

## অচুম্বা দর্শন

হৌজিক মতমগী পৃথিবী অসিদা, কনাগুম্বা অমনা পান্নবসু পামদ্রবসু য়েৎনবা লান্থেংনবা কয়া থোকপা হায়বসিদি মশানা তারবা শোয়দ্রবনি। ঐখোয়না ধর্ম্ম য়েংদুনা লৈথোক্লবদি, মদুনা অতোপ্পশিংগী ফত্তবা ৱাখল মতা অদু ফহনবা ঙমগনি হায়বা থাজরসিরা? অসুম্না থাজবা অসি তশেংনা ওইথোক্তবনি হায়বা খঙদ্রবদি মদুদগী হেনবা মশানা মশাবু লৌনম্না অতৈ অমা লৈত্রে। বলিগী হামেং অদু য়ামনা শাস্তি ওইনা বলি কৎনবা মফম বেদী তাননা পুশিল্লি, থাঙ্গৈশেংবমক লমন খুম্বা খঙদবা 'নন-রিট্যালিয়াশন'গী শাওংনি! মখোল অমত্তা থোকচদনা শাহাংপা অদুগী থাংগী মখাদা মাগী মকোক থমজখি। শাহাংপদু মিকুপ অমা ফাওবা অসিগুম্বা মরাল লৈজদবা; নন-বায়োলেন্ট ওইবা জিব অসি হাৎপা হৌনদে হায়বা খন্দে। অদুগা অমরোমদা কনাগুম্বা অমত্তনসু কৈ অমা বলি তৌদুনা লাইদা কৎচবা হায়না

থনবা থৌনা ফব অমত্তা লৈতে। সুপ্লতগী অশোনবা, হায়রিমথে য়াগনবা, নন-বায়োলেন্ট ওইবা হামেংতবু অখন্ননা বলি তৌদুনা লাইদা কৎলি। অসুম্না হায়নবা লৈ,

অশ্চং নৈব গজং নৈব ব্যাঘ্রংনৈব চ নৈব চ।
অজাপুত্রং বলিং দদ্যাত্ দেবো দুর্বলঘাতক।।

(শগোলসু তৌদে শামুসু তৌদে, কৈদি কৈদৌঙৈদসু তৌদে, তৌইগুম্বসুং হামেংতমক বলি তৌদুনা লাইদা কৎনৈ, লাই-ফাওবা অশোনবশিংবুতা মাঙহল্লি।) 'লমন খুমদবা'গী নাওংগী ওইবকপা য়াবা ফল মসিনি। থাঙ্গৈশেংনমক ঐখোয় শাওদনা তৌবা হিংসা তৌহল্লোইদবনি। অদুগা অতোপ্পশিংনসু ঐখোয়দা বায়োলেন্স তৌহল্লোইদবনি। কনাগুম্বা অমনা মশামক্তা হিংসা তৌবা য়াহল্লবদি মদুসু হিংসানি, মরম অদুনা মদু অধর্ম্মসু ওই। মতম অমদা জৈন সাধু অমনা অহিংসাগী মবমদা শেংদোক্লদুনা অসুম্না হায়, "মহাক্না নহাকপু মাঙহনবা য়াবা শারমচৎকী শক্তি থেংনদুনা মায়োক্লববদি, নহাক্না নশা কঞ্জনবা অহিংসাগী মিংদা কবি অমত্তা তৌদ্রবা অদু ওইববদি নহাক্না ফত্তবা শক্তি অদুবু থৌগত্তুনা হিংসা শৌগৎলবনি। মতৌ অসুম্না নহাক্না অবানবা থবক তৌবদা থৌগৎলবদি থৌগৎলিবা নশামক মবাল অদু তৌবগী পাপ লৈববনি"। মহাকনা মখা তাবমই, হুক্চাংনা পাংথোকলিবা থবকতু নত্তে, তৌনিংবগী ব্রাথলগী মওং অদুনা হিংসা নত্রগা অহিংসাগী লেপ্পনবা ব্রারেপচে ওইবগনি।

থাঙ্গৈশেংনা অটৌবা ওইবশিং অদুনা তম্বিবম্বা কয়ানা অসিগুম্বা ব্রাফমশিংসিদা মতম পুম্নমক্তা চুম্না লমজিংবিরমই। টুকারাম গুম্লবা নুংশিহৈরবা সাধু অদুনা 'কম্প্যাশন' হায়বদি নুংশিহৈবা হায়বসি মতৌ অসুম্না তাকলমই। দয়া তিচেং নাংব ভুতাং চেং পালন আনিক নির্দলন কংটকাং চেং (নুংশিহৈবা হায়বসি জিব পনবা পুম্নমকপু ঙাকশেন্দুনা কনবনি অদুগা ফত্তবশিংবুদি মাঙহনগদবনি।)

মহৌশানা 'নন-বায়োলেন্স' হায়বা ৱাহৈ অসিগা মরী লৈনবা অচৌবা মহাত্মা অনিগী মমিং পনবা তারবদি মহাত্মা গান্ধী অমসুং ভগবান বুদ্ধনি। বুদ্ধগী পুনসিদা মসিগা মরী লৈননা নিংশিংবা য়াবা থৌদোক অমা থোকখি। লৈবাক অমগী লান্মীগী কামাণ্ডার ইন-চিফ অমা মণোন্দা 'দীক্ষা' লৌননবা অমসুং মহাক্কী শিষ্য ওইননবা হায়জরমই। বুদ্ধনা মণোন্দা করিনা মরম ওইদুনা নহাক্না ভিক্ষু অমা ওইবা পান্নকলিবনো? মদুদা কামাণ্ডার অদুনা খুন্নক্লমই "য়েক্লবশিংনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দারকলে, ঐহাক হৌজিক ঐখোয়গী লান্মীশিং লুচিংদুনা মখোয়গী মায়োক্তা লান্থেংনবা তারি। তৌইগুম্বসুং মদুনা মায়কৈ অনিমক্তা হিংসা অমসুং ঈমু-নাইসু তানবা শোয়দনা থোক্লগনি। ঐহাক্না মদু পাপকী থবকনি হায়না লৌই। মরম অদুনা ঐনা লান্মী অমা ওইবগী দায়ীত্ব থাদোক্তুনা নহাক্কী অসিদা লাকচরগা নহাক্কী শান্তি অমসুং অহিংসাগী লম্বীদা খোঙদাজবা পামজবনি" বুদ্ধনা মণোন্দা অসুম্না পাউতাক পীরমই," নহাক চৎথ্রবতনা য়েক্লবশিংনা মখোয়গী লান্দারকপা অদু থাদোক্কদবা নত্তে; মখোয়, মখোয়গী অনিংবগী মতুং ইন্না লুট পাট তৌবা, মাং-তাকহনবা, থুগাই লাক্কাইবা তৌরক্কনি, নহাক্না নহাক্কী থৌদাংগী মখাদা লৈরিবা মরাল লৈতবশিং অদু কনবগী নথৌ অদু থাদোক্লবদি হিংসা পুন্নমক্কী পাপ অদু নহাক্কী নকোক্তা পুবা তাবনি। অচুম্বা চৎপা অমসুং অফববু কনবা হায়বসি অশেংবা ধর্ম্মগী যাথংনি। থবক অদু তৌবদা নণোন্দা পাপ অমত্তা ফংগদবা লৈতে, মরম অদুনা চৎলু নংগী নথৌ পাংথোকউ"। বুদ্ধনা অহিংসাগী অশেংবা অর্থ অমসুং ব্যাখ্যা পীবম্বদু অসিনি।

গান্ধীজীসু চপ মানবা ৱাফমদা অসুম্না শন্দোকলমই। মতম অমদা অহমদবাদতা মুসলিমশিংনা হিন্দুশিংগী য়ুমদা চংশিন্দুনা লান্দারক্লমই, হিন্দুশিংনা ময়ুম মকৈ থাদোক্তুনা চেন্নরমই। গান্ধীজীনা মখোয়দা ৱাহৈ অসি হায়দুনা ৱাবক্লমই, "নখোয় পাঙদবা অমগুম্না অসুম্না তৌরিবা কবিগীনো, নখোয়না ঐগী মিং লৌদুনা অমসুং অহিংসাবু তেনৱাগী মরোলগুম্না হন্না

হন্না হায়দুনা মদুগী মরুমদা নথবাই হিংনবা চেন্নিবা, ঐগী অহিংসাদি পাংদবা মীশিংগী নত্তে, মসিদি থৌনাফবশিংগীনি, য়ান্না পাংদবা মওংদা অসুন্না চেনগদবগী মহত্তা নখোয় লাল তৌবা তাই, হাৎলম্বা তাই নত্রগা শিখিবা য়াই"। শ্রীকৃষ্ণনা অর্থ অনি লোংদবা লাক্কদৌরিবা মতম পূন্নমক্কী ওইনা লাওথোকলমই মদুদি "ধর্ম্ম লিংখৎপা হায়বসিনা শঙহন্নিবদি ফত্তবা তৌবশিংবুসু মাঙহনগদবনি।

## বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম

শ্রীকৃষ্ণ মশামক মসিগী নীতি অসিগী শাওংনি, চিংনবা লৈতনা মহাক মশামক্তা লাল তৌনদনবা অমসুং শান্তি পুরক্লবা কন্না হোৎনখি। তৌইগুম্বসুং মহাকনা হান্ননা তশেংনা উপ্রে, মদুদি অরোইবা য়াথংদি মহাক্কী খ্বাইদগী থৌইদোক হেন্দোকপা শক্তিদা লৈ হায়বা অসিনি। মহাক্তা দুর্য্যধনগী মনাক্তা লাল তৌদনবা, তাইশিন্নবা চৎলমদাইদা ধর্ম্মরাজনা শ্রীকৃষ্ণগী য়েখায় থিঙ্গায লৈতবগী মরমদা চিংনবা পোক্লমই, ফত্তবা তৌবতনা মাগী হৌনশা ওইরবা 'দুর্য্যধন্না কৃষ্ণবু মাঙহন্নবা তৌরকপা য়াই হায়বাস মহকনা থাজবমই। শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা থাজবা পীরমই মদুদি থৌদোক অদুনা ধর্ম্মরাজনা লাল ইতৌ তৌদনা লৈবাক ফংবা য়াই, মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা দুর্য্যধন অমসুং মহাক্কী লোয়নবশিং অদু শোয়দনা হাৎপ্রগনি। মসি মায়োক্লবশিংগা লাম্বা তৌনবদা পাঙ্গল শক্তিগী মরমদা পুগদবা অচুম্বা ৱাখলনি। ৱাঙাংদা থবক্তা মতম পুন্নমক্তা দরকার ওইবা ওইদবা থিদনা শক্তিতমা শিজিন্নবা অসি মীওইবগী শাজৎ নত্তে, শারমচৎনি, শক্তি শিজিন্নদ্রিঙৈগী মমাঙদা লেমনা তাইশিন্নবা য়াবা ওইথোকপ্রা হায়বা হান্না থিফম থোকই। তৌইগুম্বসুং মতম পুন্নমক্তা চুমদবা ঙাক্তা তৌরক্লবা, ইকাইবা পীরক্লবা ফাওবদা শক্তি শিজিন্নদনা তাইশিন্নবগী ৱা ঙাক্তা ঙাংদুনা লৈরবদি মদুসু তশেংনমক পাংদবা অমসুং ৱাখল শোনবা ওইগনি।

মরম অদুনা ঐখোয়না অচৌবা পুনসিশিংনা করম্না হিংলম্বা, অচুম্বা থিবা লুরবা পৃথিবী অসিদা করম্বা অচুম্বা পাওজেল পীরম্বগে হায়বদু নিংথিজনা খঙবা তাই। অচুম্বা খঙবা লুরিবা অসি, হৌজিক্কী পৃথিবীগী ওইরিবা ফিবম অসিদা খঙগদবসি লোল অমখক্তনি মদুদি শক্তিগী লোলনি। শক্তিগী লোল অসিদি অকনবা শক্তিদা য়ুমফম ওইবা, নোম্বা নীকপা চংলরোইদবা জাতি অমা ওইনা হৌগংলকপা, য়োকখংপা অমসুং মঙাল লৈবা জাতি অমা ওইরক্লগনি।

## লাকচবা য়াদবা জাতিগী চপয়ুংবা অনীঙবা

শক্তি অসি কদায়দগী লাকই? জাতিগী পাঙ্গল শক্তি মসিগী চোকথবা নাইদ্রবা অশেংবা হৌবকফম অদু কবিনো? মসি লৈবাকসিগী মী-শিং অসিগী পুনশল্লকপা, কথোকপা অমসুং থকশি-খাশি নাইনা চংপা পুনসি অদুনা পুবক্কদৌবিবনি। পুম্নমক্কী মথক্তা, জাতিগী পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা পুর্নাসিগী লমশিং অসি লৈবাকসিগী মী-শিংগী নুংদা লৈবা শক্তিশিং অদু উংথোবকপনি। রাজনীতিগী শক্তি অসি অদুগুম্বা ফোংদোবকপশিং অদুগী মবক্তা অমনি। মিলিটরীগী শক্তি অসি মীযামগী য়াম্না দিসিপ্লিন লৈবা, খমথেংবা মবৈপাক নীঙবা, থৌনা ফবা ফিভমদগী থোবকপনি।

য়াম্না চুম্বা হায়নবা অমা লৈ, মদুদি লাল তৌনগদৌবিবসি নোংমৈনা নত্তে থম্মোইননি। মবৈপাক নুংশিবগী অকনবা থম্মোই চেন্দ্রবদি লালগী খুংলাই অমসুং নোংমৈ মক যাম্না লৈদুনসু দেশপু কনবা ঙমলোই। মীযামনা হিন্দু মুসলিম বাইওট; (তৌইগুম্বসুং, তশেংবদি মুসলিম রাইওটনি, মবমদি মুসলিমশিংনা মতম পুম্নমক্তা হিন্দুশিংদা খুংহেক্তা থাই অদুগা হিন্দুশিংনা মদুগী চৈফু চৈথা অদু ফংদুনতা লাকখিবনি) হায়রগা খঙনবা অমা নাগপুবদা থোকখি। য়াম্না লাংবা মবক অদুদা হিন্দু অমনা মাগী য়ুমগী মথক্কী কাদা ফল্লমই, মহাক মক হাল্লবা নোংমৈ অমা পায়বমই। মুসলিম গুন্দাশিং খবনা মাগী য়ুমদা আক্রমন তৌবমই, তৌইগুম্বসুং মখাগী থোংশিং

অদু চেৎনা লোনবা মরমনা মখোয়না মনুংদা চঙবদি ওমলমদে। গুন্দাশিংগী মনুংদগী অমনা মখুত্তা শিংজং মচা অমা হাইরদুনা মথক্তা ফমলিবা মী অদুদা মানা পায়রিবা নোংমৈ অদু হুছ্রকউ নত্রবদি মহাক্রা পায়রিবা শিংজং অদুনা নুপাদু মতুপ মতুপ থোক্লা ককথৎকনি হায়না লাওরমই। কিমনপ্রদুনা হিন্দু অদুনা নোংমৈ হুছ্‌গ্রে অমসুং মহাক মশাঙ্ক মানা পায়রম্বা নোংমৈ অদুনা কাপতুনা হাৎখি। মরম অদুনা কিবা খঙদবা, য়োৎকী থম্মোই চেনবা মীশিংতনা খুৎলাই শিজিন্নবা ওমই অমসুং মশাবু কল্লি। জাতি অমগী পুন্সিদসু মসিগা চপ মান্নে।

অসিগুম্বা থবক ওইনা চৎনবা যাবা অশেংবা লমজিং লম্বীনা, জাতিগী শাজৎ লিচৎনা, ঐখোয়গী মীশিংনা অমুক হন্না অচৌবা জাতি অমা ওইবক্লবা আশা তৌবা য়াই। মবম অদুনা ঐখোয়গী হোৎনবা পূম্নমক অসি মীনা জয় তৌবা ঙম্নবোইদবা জাতিগী শক্তি পুথোকপদা রাখল চঙগদবনি। ঐখোয়গী মীশিংসি জাতিগী ওইনা ভাব তাবা অমসুং নিংথিজনা থকশি খাস নাইবা, পূম্নমক লেংমান্নবা, লাকচবা য়াদবা শক্তি লৈবা জাতি অমা ওইনা লৈবা মদুতনা মালেমগী লৈমায় থকসিদা নীঙতম্বা, মঙাল লৈবা জাতিগী পুন্সি অমা লৈবা ঙমগনি।



# মায় পাকপবু পূজা তৌবশিং

অচৌবা মীওইশিংবু লাই ওলহনবা-ধর্ম্মগী লাইরিকশিংবু লান্না অর্থ হনবা-মশাগী ওইজবা থিবা মরুদা পাম্নে লৈত্রবশিং-হোৎনবা কনবা হায়বসি ঈশ্বরমকনি-থোইদোক হোম্দোকপা খুদমশিং-'মায় পাক্রবশিংবু লাইগুম্না পূজা তৌবা-ধর্ম্মগীদমক্তা থবাই থাদোকপা, অথোইবনি অদুবু ফিদমনঙাইদি ওইদে-রাজপুটশিংনা থবাই থাদোকখিবগী তমগদবা পারা-থবক্তা চঙশিল্লু, হল্লক্কনু-অচুম্বা থবক্কী দর্শন।

ঐখোয়গী মতিক লৈবা অচৌবা মী-শিংনা জাতিগী পুনসিগী থৌদাং, জাতিগী মতিক মঙাল চাউহন্নবগী পান্দম ফংননবগী লম্বীগী থাউমৈ মখোঙ ওইনা লেপ্পুনা লৈরি। তুংদা লাক্কদৌরিবা মীরোনশিংনা মায় পাকপগী লম্বী থিবকপদা চঙদবা য়াদবা মচাক ওইনা মখোয়গী জাতিগী ব্রাখল্লোন শাগৎপদা নিংশিংল্লক্কনি অমসুং ময়েক শেংনা উহল্লক্কনি, মাষ্টরশিংদুগী পুন্সি অমসুং থবকশিংগী চপ চাবা শকফম উৎলি। মিংয়েং মতা অমসুং পান্দম অসিগা লোয়ননা হৌত্রবা মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌদুনা ঐখোয়গী থাইনগী থৌনাফবশিং অদুগী গোকপা অমসুং শিবগী কুমওন পাঙথোক্নুনা লাকই অমসুং জাতিগী মীরোল কয়া লান্না চত্থরকপা চৎনবি অসিবু লেমজনা লৌনরকলি।

## অচৌবা মীওইশিংবু লাই ওলহনবা

তৌইগুম্বসুং, লাইবক থীবদি অদুগুম্বা মতিক মঙাল লৈবা ঈশা ইপুশিংনা লিংখৎলম্বা ফিদম্লফম ওইবশিংদু নিংশিংবদা চৎন পথাপ অসি

য়াম্না শাথিনা ওন্ন তৈনবা মওংদা চগুশিল্লকল্লি। ঐখোয়গী মী-শিংনা গীতাগী শৈরেং তাক্কক অমদা কোংদোক্তনা থমল্লিবা থাজবা অদুদা অসুম্না হায়রি।

য়দ্যদ্বিভূতিমত্তসত্ত্বং শ্রীমদূর্জিতমেব বা
তত্তদেবাবগচ্ছ ত্বং মম তেজোংশসংভবম॥

মরু ওইবা পোৎশক খুদিংমক্তা মিংচৎ, নুংঙাইবা অমদি মঙাল, অরংবা নত্রগা শক্তিনচিংবা অমা কনাগুম্বা অমদা পীরক্লবদি লাইগী ওইবা লংনা ঙানবা মঙালগী মৈরিক অমত্তা ওইরবসু কোংদোরক্লবনি, লাইগী শক্তি কোংদোরকপগী খুদমনি, লাইগী অরংবা মঙানগী মৈরিক অমনি। হৌজিক ফাওবদি মসি অচুম্বনি হায়না লৌনরি।

তৌইগুম্বসুং, মসিনা অসিগুম্বা অচৌবা মী-শিং অসি লাই-ওইববনি সাধারণ ওইবা মী-শিংনা য়ৌবা ঙম্বগী মপান্দা থাপনা লৈশ্রগনি হায়না শেরান্ননা থাজহল্লি। সাধারণ ওইবা মী অমনা মহাক মশামক ফিভমনা থব্রাই পানবা অশাপোৎ অমা ওইনা মপুক্লিংদা ফাওবা হৌরকই অমসুং মশা নম্থোক্লবা সগগী লম্বী থিবা হৌরকই। মরমদি মদুনা মহাক্লা পুন্সিগী মতম মতমগী থোকপা চাংয়েং অমসুং অব্রা-অনাগী দায়ীদগী নাম্থোকপা ঙমগনি হায়না খল্লি। মহাকনা মশাগী অশোনবা অমসুং অতৈ পাম্বে উদবদগী মহাকপু কনবিনবা ঈশ্বরদা নিজৈ অমসুং খুদোং থীবশিং অদু মায়োক্লবদগী কনবিনবা হায়জৈ। মহাকনা, মাগী তৌফম থোকপা ওইনা, য়ুমদা নুংঙাইনা ফমদুনা লৈবা অমসুং ঈশ্বরগী থৌজান্দগী পোৎ পূম্নমক শীজন্নবা য়ানবা শেমদুনা থম্বীরম্বা পামজৈ।

মসি পূম্নমক্তা লোয়ননা মহাক্লা দায়ী খজিক্তা লৌবগা য়াম্না হেন্না কান্নবা ফংবা, খজিক্তং নোম্লগা য়াম্না নুংঙাইনিংবা, অমসুং পুন্সিগী লৌবুক খুদিংমক্তা থবক্তা লাইবক চাংয়েংজবগী থৌদাং লৌনরি। মফম অমত্তদা ঐখোয়না নুপা থৌদাং থোকনা "ঐহাক নুপানি, নুপা থোক্লা হোৎনগনি; অব্রাবা ওইরবসু নুংঙাইববু ওইরবসু থোক্লবা য়াবা থৌদোক খুদিং মায়োক্লগনি হায়না চপযুংনা

লেপ্পা কম্না থেংনদে। মরম অসিদগী ইনাক কৈরাক খুনবা ইমুং অমদা পোকপা মী অমবু য়ামনা মরাইবক ফবা অমা ওইনা লৌনৈ, মরমদি মহাকনা মশাগী হোৎনবা করি অমত্তা য়াওদনা নুংঙাইবা অমসুং অকে-অমৌ কয়াগী মপু ওই। মহাকনা মহাক্কী চাব-থকপগী মরমদা করি অমত্তা ঝাদে। মহাক্কী অপিক অপিকপা থবক ফাওবা তৌহন্নবা মীনাই কয়ামকম লৈবনা মহাক মশামক্তি হৌন-খঙদবা ইন্দ্রিগী নুংঙাইবদা য়াবোন্দুনা লৈ। অসুম্না কনা অমগী পুনসিদা পাপ্সে লৈতবা ওইদুনা নত্রগা নুংঙাইবদা ঙাওদুনা, সাধারণ মী অমনা মহৌশা ওইনা মহাক মশামক্কা করিসু তৌনিঙাই লৈতে হায়না খল্লি। মহাকনা খল্লি "ঈশ্বরনা মালেম অসিদা কুপ্পিরক্কসনু অদুগা সংসারগী অৱা অনা অমত্তা লৈতবা মফমদা পুবিসনু। মহাকনা নুংঙাইবা পূম্নমক হৈথবিরক্কসনু, মহাক্কী শায়োল লোইদুনা গৃহস্থানদা হনবিগ্রসনু"। অসিগুম্বা পামজবা আশাগা লোয়ননা, খুদোং থীবা থোকপা মতম খুদিংদা চুম্নগী মী অমনা ঈশ্বরদা খুরুমজে অমসুং মঙোন্দা চঙজে; মতিক মগুণ লৈরবা ঈশ্বরনা মহাক্কী নিজবা অদুদা পেনবিগদৌবোই খঞ্জে, মালেমদা থোংদারক্তুনা মাবু কনবিরগনি অমসুং ৱাশক ঙাকপিরগনি থাজে।

পরিত্রানায় সাধুনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম।
ধম সংস্থাপনা র্থায় সংবামি যুগে যুগে॥

(খাযিশিংবু কন্নবা ফত্তবা মী-শিংবু মাঙহন্নবা অমসুং ধর্মবু লিংখত্তুনা থম্নবা, ঐনা যুগ খুদিংদা হন্না হন্না পোকই।)

মতাং অসিদা ঐখোয়গী ফাউগুরশিংনা ফাগি ওইনা হায়নরমই, "ঐহাক অমরোমদা মতিক লৈরবা ঈশ্বরদা নিজরি, হৌজিকমক্তি ঈশ্বর মহাক পোকপিরকখিনু। মরমদি মশাগীতা য়েংবা শুনিং-নোমনিংদবা অতনবদা লাইচুপ্পবা সমাজ অসিদা, হায়বদি 'অধর্ম' ওইবা সমাজ অসিদা মহাক্কা অবতার তৌবিরক্কবদি 'অধর্ম' পূম্নমক অসি মাঙহল্লরগনি"। মরম অদুনা ঐখোয় পূম্নমক ঙম্না সাধু ওইখিসি হান্না, হায়বদি হোৎনবা কনবা সমাজগীদমক্তা ত্যাগ তৌবা মীওই ঙাক্তা ওইখিসি অদুগী মতুংদা ঈশ্বরবু

মালেমদা খোঙদারক্লবা হায়জসি। মদুতা মহাকনা ঐখোয়বু কনবিগনি অদুগা ফত্তবা তৌবশিংবু মাঙহন্লগনি"।

তৌইগুম্বসুং, সাধাবণ মীয়ামশিংনা মপুক্লিংদা ফাওই, মদুদি মখোয়গী মথৌদি লাইপোক ওইবা অবতারশিং অদুবু নিংশিংজদুনা অমসুং খুরুমজদুনা মথৌ পাংথোক্লে লাইগী শায়োল ওইনা পোকস্রবশিং অদুবু নিংশিংজবদগী হেন্না মখোয়না অতৈ তৌননবগী অপাম্বা কবিসু লৈব্রে। খুদম ওইনা হায়রবদা ঐখোয়গী মীশিংনা শ্রীবামচন্দ্রবু বিষ্ণুগী অবতার অমা ওইনা লৌনৈ অমসুং চহি কুমজা কয়া মহাকপু ইরাৎ-পূজা তৌনবকলি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয় পূম্নমক্কী মফমদা রামচন্দ্রগী নুপা থোকপা গুণশিং অদুনা ঐখোয় খুদিংদা রাম তশেংনা উৎপা ঙম্নবা ৱাখল লৈরমদে। ঐখোয়গী 'ফাউণ্ডরনা মসিগা মরী লৈননা থৌদোক অমগী ৱারী শীরমই। মতম অমদা মহাক্লা অহল ওইরবা ভদ্রলোক অমগা ৱাবী শান্নরমই, মহাকমক্তি ময়ুমদা আধ্যাত্ম রামায়ণ' চাং নাইনা থীবা অমা ওইরমই, অমসুং ঐখোয়গী ফাউণ্ডব অদুনা মরক্তা ভদ্রলোক অদুদা হংলমই, মদুদি শ্রীরামগী কবম্বা মগুণনা মঙোন্দা খ্বাইদগী হেন্না চানবা, অমসুং পুন্সিদা থৌগৎনঙাই ওইবগে। মদু তাবদা ভদ্রলোক অদু থাঙ্গেশেংনমক য়াম্না শাউরমই অমসুং লাউরক্লমই, "কদায়দগী অপঙবনো! শিব নাইবা ঐখোয় মীওইবনা ঈশ্বরবগী গুণবু তানশিন্নবা হোৎনবা য়াব্রা? শোল্লিবা থীবিবশিং অসিদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান তানশিন্দুনা অবান খুভম ফংনবগীদমক্তনি, ঐখোয়না অহেনবা করি পাম্ফম থোকপগে?"

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদসু হায়রিবা ৱাখল মতা অসিনি। ঐখোয়না গীতা' অসি ধর্মগী লাইরিক ওইনা লৌই, শৈরেং তাক্কশিং অদু চিনফা পুই, হন্না হন্না থী, খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা মদুবু থাগৎলি, তৌইগুম্বসুং কৈদৌঙৈদসু ভাগবত গীতা অসি পুন্সিগী, কর্মগী লম্বী তাকপা খ্বাইদগী চাউবা লাইরিক অমনি, মসি নুমিৎ খুদিং থোকপা থবক খুদিংদা ইন্দুনা চৎননবা তাক্লম্বনি হায়বদি অমুক্তা ফাওবা খল্লুদে। ঐখোয়না অসিগুম্বা ভাবনা শাবা ৱাখল অসিনা সমাজগী পুন্সিগী লৈরোল কয়া মীওই কয়া খুদুম চন্দুনা লৈরি।

কম্না কুইহ্ন্রিবা খুদম অমা পীবা তায়বদা, লোকমান্যতিলক অচৌবা কর্মযোগী অমনি অমসুং জাতিসিগী থোইদোক হেন্দোকপা লুচিংবা অমনি। তৌইগুম্বসুং মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদা মাগী তুংইনবশিংনসু নত্রগা সাধারণ প্রজাশিংনসু মাগী অচৌবা পুনসি অমসুং মহাক্কী লেমজরবা গুণশিং অদুবু তম্লনবা হোৎনখিদে। অমরোমদা মখোয়না মাগী হৈথোই শিংথোইবা রাজনীতিগী চৎনরোল অদুবুসু মখা চখনবা হোৎনখিদে। মখোয়না মহাক্কী মুর্তিশিং শাখি, ফুল থরা হাংদোকখি, মহাক্কী মমিংদা ফণ্ডশিং খোমগৎখি, মাগী মপোক নুমিৎ পালন তৌই, মখোয়গী মরাং কায়বা ৱাহৈগী সম্মান কয়া পি। অসুম্না তৌরগা লোকমান্যগী মফমদা মখোয়না তৌগদবা পুম্নমক তৌরে হায়না অপেনবা পোক্নমই। ইচম চমজবা লোকমান্যবু নীংজবা কয়ানা মহাকপু "চতুর্ভুজ" হায়বদি পাম্বোম মরি পানবা, হায়বদি ঈশ্বরগী শায়োন ওইনা ফাওবা পুজা তৌনপ্লবনি। মতৌ করম্না মখোয়না তিলকপু ঈশ্বরগী থাক য়ৌনা ৱাংখৎ হনখিবনো? ইচম চমজবা তিলকপু নীংজবশিং অদুদি চাবা, থকপা, শেল খর তাঞ্জবা, মচা মশু য়োকচবা অদুগা অরোইবদা অরোইবা য়াহিপ তানগদবা গুক্তনি।

## হোৎনবা কনবনা খ্বাইদগী হেন্না শক্তি চেনবনি

ৱাখল মতা অসি চেনবা অসিনা মী-শিংনা অচৌবা মী-শিংবু ঈশ্বরগী থাক্তা থাঙ্গৎলকই। চুম্নগী মীশিংনা খুদোংথীবা থেংনবদা কি অমসুং তৌকম খঙদে। করি তৌগদগে খঙদবদগী মহাক্না ঈশ্বরদা চংজে। মহাক্না তেংথা নাওইদুনা কপই অমসুং ঈশ্বরবু অমুক হন্না লাকপীনবা খুরুমজে। অসুম্না নীংবা কায়রবা ৱারবা মতম অদুদা ঈশ্বর নত্তনা আশাগী মঙাল অমত্তা উবা ফংদে। ঐখোয়না করিগুম্বা মতমদা অচৌবা সাধু সন্যাসশিং মহৈ মশিং হৈরবশিংসু মতৌ অসুম্না তেংথাবা উই। ফিবম অসিদা অচৌবা মী অমা ওইরক্লবা ওইরক্লবা মাগী থৌনাফবা, অৱাবা খাঙবগী লিংজেল অমসুং হৈশিংবনা পুম্নমকপু লাইগী থাক য়ৌনা থাঙ্গৎলকই। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা

অচৌবা মীশিং অসিবু মীওইবা অমা ওইবদগী হেন্দোক্নুনা লাইগী থাক্ত পুখৎলকপা তারবদি মদু ঐখোয়গী অশোনবা ওইগনি।

ঐখোয়না, ঐখোয়গী মীশিংনা অসিগুম্বা অঙাওবা ৱাখল মতা অসি হোংদোকপা তাবনি অমসুং নুপা থোকপা মতৌ অমদি হোৎনকনবনা মদুগী মহুৎ শিনবা তাবনি। স্বামি রামদাসনা হায়বমই যত্ন তো দেবা জানবা (হোৎনবা হায়বসিনা ঈশ্বরনি)। ঐখোয় মীওইবগী হোৎনবা হায়বসিনা ফোংদোরক্লি, উৎলিবা ঈশ্বরগী শক্তি অদুদা ঐখোয় চঙজফম লৌগদবনি। লৈবাক অসি কর্ম ভূমিনি, মীওইবগী মথৌ পাঙথোকফমনি। লৈপাক অসি মীথোই মীহেনবশিংগী 'হ্মাং' অমসুং 'ঈ' তনা শেংদোকপ্রবনি। মসিতননি ঐখোয়গী অথুপ্পা শক্তিশিং অমসুং পুণ্যগী মশক ওইবশিংদু শাৎকাইহন্দুনা ঐখোয়দা লোক্তুনা লৈরিবা লাই ওইবগী ভিবম অদু হৌগৎহল্লি। অসিগুম্বা অচুম্বা ৱাখল অসিনা মীওইবগী হোৎনবগী লম্বীদা চঙশিলহল্লি। ঐখোয়না অচৌবা থৱাইশিং অদু লাই ওইনা নত্তনা মশাগী হোৎনবতনা অৱাংবা থাক্তা কাপ্পবা ঐখোযগুম্বা মীনি খন্দুনা ভক্তিগা লোয়ননা ইজাৎ পুজা তৌসি। বাবননা সিতা কাদুনা পুত্রবা মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা মপি তানা ঐখোয মীচম অমনা মাগী ইমুংগী পুনসিদা অৱাবা তারবা মতমদা তৌবদৌনা তেংথাদুনা কপখি। মদুনা সংসাব অসিদা করি তাকলি, মহাকসু অতে অতোপ্পশিংগুম্না মীওইবা অমনি। মহাকসু চায, থকই, তুমই অমসুং ঐখোয় অমগুম্না পুক্লিং লাংবা ফাওই, মাগী পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা থোইদোকপা মশাগী হোৎনবতনা মীওইবগী খ্বাইদগী ৱাংবা ফিদম্লফম ওইবদু ফংই হায়বগী ঈঙ্গিৎ তৌদুনা তাকলি।

ঐখোয়গী ঋষিশিং অমসুং ভক্তশিংনা মতিক লৈরবা ঈশ্বরবু খুরুম্বদা অকনবা লীচিং পীরি হায়বসি চিংনফম লৈতে। তৌইগুম্বসুং মখোয় অমস্তনা পুনসিদা থবক তৌদনা লৈথোকউ হায়বদি অমত্তা শন্দোক্লমদে। ঐখোয়গী অচৌবা মীওইশিংনা নুপা থোকপা, সমাজদা তৌগদৌবা মথৌ নিংথিজনা পাংথোকপা অসি অরেপ্পা লৈতনা শৌগত্তুনা লাকই। মখোয়না ঐখোয়গী মাঙদা মীওইবনা হোৎনবগী চাউথোকচনঙাই ওইবা খুদম ওইনা মাঙদা

লেপ্লিরি। ঐখোয়দি থবক্তা থৌনা ফবশিং অদুগী মচা মশুনি। মখোয়শিং অদু অতিয়াদগী অচৌবা মীওইশিং ওইনা শেল্লগা থাদরকপা নত্তে। মখোয়না হোৎনরম্বা অদুগী মতুং ইন্না মখোয়না কারম্বা অব্বাংবা অদুগী মচাংসু লেপ্পীরমই, অদুসু মখোয়গী হোৎনরম্বগী মপাঙ্গলদনি। হোৎনকনবতা নত্তনা, হৈ-শিংবা, অব্বাবা খাঙবগী লিংজেল থাদোকপা অমসুং অতোপ্পা নুপা থোকপা গুণ কয়ামরুমসু তিল্লিবনি। ঐখোয়সু থাজবা অসি থল্লবদি পুনসিদা য়াম্মদ্রবদা খরদং ওইরবসু অসিগুম্বা গুণশিং অসি করিগী ফংলোই। ঐখোয়গী লৈবাক্তা অচৌবা ন্যাশন অমা ওইনা হৌগৎলক্লবদি হৌপ্পবা অচৌবা পুন্সিশি অদুনা তৌরম্বা থবকশিং অদু য়েংদুনা অচুম্বা ফিরেপ লৌগদবনি।

## মায় পাক্লবশিংবু পুজা তৌবা

অদুদি লৈবাক অসিদা করম্বা অচৌবা পুনসিশিংবু ঐখোয়না পুজা তৌনরক্লিবগে হায়বদু য়েংসি। পুন্সিগী পম্বুং য়ৌবা ঙমখিদবা মখোয়শিং অদুবু ঐখোয়না ফিদম ওইনা লৌনব্রা? লৌনবক্তে, 'কৈদৌঙৈদসু লৌনরক্তে। ঐখোয়গী মীহৌরোল্লা ঐখোয়দা তাকলি, মখোয়গী 'লাইভ মিশন' অদু মপুঙ ফানা পাংথোকপা ঙমখিবা মখোয়বুতা লৈশি লৈথোন্দুনা থাগৎপা, পুজা তৌবা তম্বিরকই। ফিবমনা মীনাই ওইখিবা কনাবু ঐখোয়না থাগৎনরকপগে, ফিদম্লফম ওইনা লৌনবগে। ফিবমবু লাকশিনবা ঙম্বা থৌনাফবা অদুনা মাগী লৌশিং জ্ঞানগী শক্তিনা, লমচৎ শাজৎনা মরম ওইদুনা পুন্সিগী অপাম্বা অদু পাংথোক্লম্বা মীশিংদু ঐখোয়না ফিদম্লফম ওইনা লৌদুনা লাকই। অসিগুম্বা অচৌবা থৱাইশিং অদু, মশানা মশাগী মঙাল লৈরক্তুনা অকোয়বগী অমম্বদু কোকহল্লি, নীংবা কায়রবা থম্মোয়শিংদা থাজবা পি, শিরুম নারুম তৌরবা পুন্সিগী অনৌবা নুংশা স্বর হোলহল্লি, মায়পাকপা অমসুং থৌগৎপগী মঙাল ফাওহল্লকপা মখোয়দুবু ঐখোয়গী সভ্যতানা লাই ওইনা লাৎননবগী য়াথং পীরমই।

শ্রীরামগুম্বা অমা ওইবসি ঐখোয়গী ফিদম্নফমনি, মহাক্কী থৌনাফবা, হৈশিংবা অমসুং ইচ্ছা শক্তিগী মশাঙ্গলতনা মীওৎপা, মহাক্না নীংবতা তৌবা ফত্রবা রাবনবু মায়থীবা পীখি। রাবননা পৃথিবী পুম্বা মীনাই ওইহনখি অমসুং লাই কোটি ৩৩বু বন্দী থমখি। অদুগা অতোপ্পা মঙাল লৈরবা ফিদম্নফম ওইরবা অমা, মাগী চাংদমনিঙাই লৈত্রবা হকচাংগী অমসুং বুদ্ধিগী শক্তি অদুনা লায়না নিংথৌ খুভম লৌদুনা মীনা জয় তৌবা ঙমদ্রবা নিংথৌ ওইখিবা মপুঙ ফানা মায়পাক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী পুন্সি ঐখোয়গী মাঙদা ফিদম্নফম ওইনা লেপ্লুনা লৈরি। ঐখোয়গী লাই ওইনা লাৎননবা পোৎশক্তি অসিগুম্বা মায় পাক্লবা পুন্সি অসিনি। মসিমদি তশেংনা শোয়দ্রবনি মদুদি পুন্সিদা মায়থীপ্রবা মীশিং অদু মখোয়দা তশেংনা খুদোংচাদবা খরা শোইদনা লৈরমগনি। মতৌ করম্না মায়থীরবা পুন্সি অমনা মঙাল পীদুনা অতোপ্পশিংবু লমজিং পীবা ঙমগদৌরিবনো! অতপ্পা নুংশীৎকী শহুম ফংবদা হাই হুমলিবা মৈরি অদুনা কবন্বা লম্বীবু ঙালহনগদৌরিবগে? অৱাংবা লাইট হাউসকী মতৌগুম্না চুম্না লেপ্লুনা নোংলৈ নুংশীৎ কয়াগী মরক্তা মঙাল লৈনা লেপ্লুনা অমম্বা কোকহনবা ঙমবা মখোয়গুম্বতনা পুন্সিগী হি অসি লমজিংদুনা মায়পাকপগী তৌর্ব্বানদা থুংহনবা ঙমগনি।

## শহীদ ওইবা, অচৌবা থবক্নি,
## তৌইগুম্বসুং ফিদম্নফমদি ওইদে

সমাজ অসি মখল কয়াগী খুদোংথীবনা তত্তনা মখা পোলহন্দুনা নীঙবা কায়নববদা, মখল কয়াগী রাখলগী চয়েৎনবা, নমশন্দুনা লৈবা ঈহুল কয়া থোরকই। মী খরদি খংলাক লাকপা অকনবা খুদোংথীবা অমগী অরুম্বা অদু রাখন্দা পুবা ঙমদদুনা শাম্বে লৈতনা য়েংথোরকপদা লাই নত্রগা ঈশ্বরদা ওনশিল্লক্লুনা মতেং নীরকই। তৌইগুম্বসুং ঈশ্বরনা মহাক্না হায়জবা অদু তাবিরক্তবা ওইনা উয়ক্লবা অমসুং খুদোংথীবা অদুদি অদুম চত্থদুনা লৈরবদা খরদি অশাউবা পোক্লকই অমসুং খুদোংথীবা ফিবম অদু হোংদোক্লবা

হোৎনরকই। তৌইগুম্বসুং মখোয়গী পাম্লিবা অহোংবা অদু পুরক্নবা মতিক চাবা পাঙ্গল শক্তি লৈতে। চিংনফম থোক্তে, পেন্দবনা মখোয়গী থম্মোই অদু চাক্নমই, মখোয়না মখোয় মশামক ফিবম অদু মায়োক্নবা ওন্নোই হায়বা খঙলক্নমই।

তৌইগুম্বসুং মখোয়গী থম্মোয়দা চাকলিবা মৈ অদুনা মখোয়বু ইচম চম্না তুমিন্না ফমদুনা লৈবা ওমহল্লমদে; মখোয় মরাইবক্তা তাইনদুনা পাম্বে লৈতনা য়েংদুনা লৈবসু ওল্লক্তে। খাওবা ওমদবা মীওৎ-মীনৈগী মখাদা বানা খাওবগী মহুত্তা থৌনা ফবগী মৈরিক অমত্তুং শাগোম্লদুনা থরাই থাদোকপা পাল্লকই। মখোয়গী অকোইবদা নীওবা কায়বা অমসুং অমম্বা, খওবা বাংপা, মীহুন্দুনা ওাংবনচিংবনা অশাউবগা লোয়নননা জগোই শারে, আশাগী মঙাল অমফাওবা ফংদনা, মখোয়না ফনা লাউজবদসু খুম্বীনবা থরাই অমফাওবা লৈরক্তে। থম্মোই শোনবা তুং হন্নরবশিং অদু ইচম চম্বা ওইনা তুথখি। তৌইগুম্বসুং নুংগী মৈনা মথম্মোইদা চাকলিবশিং অদুদি অসুম্না নোঙ্খিবা পামদে মদুগী মহুত্তা ফুং ওানবা মঙাল অমদা মখোয়না মশানা মশাবু বলিদান তৌবা পাল্লকই। চুম্নগী মীওই অমনা অসিগুম্বা ওাইহক্কী ফুং কাবা মীশি অসি উদে। "মহাক্তু কয়াদ মৈহৌবী লীংজেল লৈত্রবা। মহাক্তি থুগাই, কোনবা খওদে"। মীশিংনা মহাকপু 'শহীদ হায়না কৌনৈ অমসুং মওোন্দা সম্মান তৌনৈ।

ভারতকী সংস্কৃতি রোমগীতা নত্তনা অতে অতোপ্পশিংনসু শহীদশিংবু ফিদম্লফম অমসুং ভক্তি তৌনফম ওইবা চংনরকই অদুগুম্বা শহীদশিং অদু মখোয়গী থৌনাফবশিং ওইনা লৌনৈ। জেজস খৃষ্টবু অচৌবা থরাইনি হায়না কৌনরিবসি করিগীনো? মরমদি মহাক সহীদ ওইখি অমসুং মহাক্কী পুনসিদু কম্থোকখি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয় ভারতকী চংনরোলদদি অসিগুম্বা মথলগী কখোকপা অসি য়াম্না বাংবা থাক্কী ফিদম্লফম ওইনা লৌনদে। শহীদ ওইখিবশিং অসি অচৌবা থৌনাফবনি মখোয়গী দর্শনশাস্ত্র অদুবু মশক নাইরবা নুপা থোকপনি হায়বদা চিংনফম লৈতে। মখোয় সাধারণ মীওইশিং, মরাইবক্লা তম্বনি হায়না থাজদুনা হায়বা ইনগনরা, কিদুনা

থবক অমত্তা তৌবা ঙমদবশিং অদুদগীদি শহীদশিং অসিনা য়াম্না ৱাংবা থাক্তা লৈ হায়বা য়াই। অদুম ওইনমক অসিগুম্বা মীশিং অসি ঐখোয়গী সমাজদা ৱাংনা লৌনদে। মখোয়গী শহীদ ওইখিবদুসু মীবু পুক্লিং থৌগংনঙাই ওইবা অচৌবা অৱাংবা গুণনি হায়না লৌনদে। মরমদি মখোয়দু মখোয়গী ফিদম ফংবা ঙমখিদ্রবনি অমসুং মায়থীবা হায়বদুনা মখোয় মাংনবগী মশক ওইবা অকায়বা অমনা থোকহনখ্রবনি।

## 'অবতার'গী পাউজেল

কনাগুম্বনা মাগী মপুনসি অরেম্বদা তারে খন্দুনা মশানা মশাবু মাংহনজে, মসিসু জাতিগী ওইবা মিংয়েংদা সিগুম্বা মখলগী মথক্তা মাঙহন্জবা অসি থাগৎনদে। অশেংবা অচৌবদি পুন্সি মপৃঙ ফানা মায়পাকপা ফংবদুনি। ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী মতুংইন্নদি অকনবা সমুদ্রগী নোংলৈ নুংশিৎলক্তা মহাক্কী তোপ তোপ্পা থৌনা লিংজেল অমসুং লৌশিংনা ফিবম মতমগী খুদোং চাদবা কয়া মায়োক্রবগা মথৈদা মায় পাকপা ফংখিবা মখোয় অদুবু ঈরাংনৈ। মখোয়দু মখোয়গী মতমনা ইচম চুম্না পুথোরকপা নত্তে, মখোয়না মখোয় মশাবু শেমজবকপনি। অচৌবা মীশিংগী মবমদসু জাতিগী চৎনবোলদা মখোয়বু 'অবতার' নি হায়না লৌনৈ। খুদম অমা ওইনা 'দশ' অবতাব'গী ৱারীদা য়েংসি, সমাজ অসি খুদোংথীবা অমসুং খংলাক লাকপা থৌদোক কয়ানা লাকশিনখিদুনা পংথ-শিথরবা মতমদা ঈশ্বরগী মমিং শোন্দুনা কপ-লাউরবা মতমদা য়াম্না চাউবা মীওই অমা থোরক্লুনা মহাক্কী মপাল নাইদ্রবা থাদোকপগী লিংজেল প্রায়শ্চিত্ত, বুদ্ধি-লৌশিং অমসুং থবক তৌবগী শক্তিনা অয়েৎপা অমসুং খুদোংচাদবা শুম্নমকপু নমথদুনা মায়পাকপগী সিম্বোল ওইরকই। ঙাগী, নত্রগা ওকলাবা নত্রগা চাকনিবা অমগী ফিজেৎ লৌবা ছাত্র অমগী শকফম লৌরকই। মখোয়না মখোয়গী অশেংবা লাইভমিশন অদু মপুঙ ফানা পাংথোকই।

ঐখোয়গী থৌনাফবশিংসু অসুম্না তৌই, মখোয়সু মায়পাকপগী শাবান্নরকই। অথৌবশিংবু পুজা তৌবগী হৈন্সবী পুন্সি অসিদগী 'জন্ম তৌবগী

ইচ্ছাশক্তি' গী ঈহল নি। অসিগুম্বা থবাইশিং অদুনা পুন্সিগী মিকুপ অমফাওবদা অরোইবা মায়পাকপগী মিৎয়েং অদুদি মাঙখিবা লৈতে, নত্রগা খুদোংথীবা থেংনরগা অব্রাবা মতৌ উখিদে, তৌইগুম্বসুং পাম্বে পূম্নমক খোমজিন্দুনা মাঙলোমদা চঙশিনবা লেপখিদে অমসুং মমৈদা জয় ওইবগী মায়পাকপা অদু মখোয় মশামক্তা উবা ফংখি।

## রাজপুতশিংনা শহীদ ওইবগী পারাশিং

অদুম ওইনমক, ঐখোয়গী ইতিহাসতা শহীদশিংবু ব্যবহার তৌনবা, অমসুং জাতিবু নৌহৌনা অমুক পোকপীবগী ঈহৌদা লেঙত্রবা মফম কল্লি। মখোয়গী শহীদ ওইখিবা অদু অরেম্বনি হায়না কনা অমত্তনা হায়বা ঙমদে। ঐখোয়গী লৈবাক অসি নীঙ-তম্বা ফংননবগী মরমদা শহীদ ওইনা থবাই থাখিবা থৌনাফবশিংগী মশিং খজিক্তগী নত্তে। মখোয় মায় পাকপা পুবক্লবগী লৌশিং জ্ঞান লৈরমদবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মখোয়দা দরকার ওইবা থাদোকপগী লিংজেল 'স্বসমাজ স্বধর্ম ঙাক্লনবগীদমক শিববু হবাও হরাওনা মাইবোং য়াখিবা অথৌবশিংদুগী কথোকপগী দরকার ওইবা লিংজেল অদুদি লৈরমই। মবোনদোম শহীদ ওইবতা নত্তনা, ঐখোয়না ঐখোয়গী সমাজদা থৌনাফবশিংগী কাংলুপশিং লম্ৗী অমা ওইনা মখোয়গী মথৌনি খন্দুনা পুল্লপনা 'ক্ষেত্রিয়ধর্ম' গী মতুং ইন্না থবাই থাদোকমিন্নখিবা ঐখোয়না ফংই।

রাজপুতকী ইতিহাসতা অসিগুম্বা পুক্লিং তুজুংবা থৌদোক কয়া থোকখি। মীনুংশি খঙদবা তমথিরবা য়েক্লবশিংনা মায়কৈ পূম্নমক কোইশিনখ্রবা, আশাগী মঙাল অমত্তা উবা ফংলক্লবদা হিন্দু থৌনাফবাশিংদুনা মখোয়গী মমা মচে-মচল অমসুং নুপীশিংনা 'জৌহার'গী মৈরীলত্তনা চোংশিনবদু তুমিন্না য়েংদুনা লৈখি, গেরুবা মচুগী অচোনবা ফিজোলগা লোয়ননা মখোয়গী লংলবা থাংশাংশিং মখুত্তা পায়দুনা য়েক্লবগী লান্মী তমনা অমুক হন্না হল্লকলবোইদবা মওংদা মকোকনা য়ুংনা চোংথনখি। মখোয়না মায়থীবা উন্নীংনঙাই ওইদবা ফিভমদা হিংগদবগী শরুকপুদি লেমনা শহীদ

ওইখিবনা হন্না পামলমই। রাজপুতশিংনা অসিগুম্বা লেমনগাই ওইবা থৌনফবগী থবকশিং অমসুং থাদোকপগী থবক তৌখিবশিং অদু পৃথিবীগী ইতিহাসকী ব্বারীদা মীৎ থকনগাই ওইবা মঙাল অমা ওইরি। অদুগুম্বা থৌনা ফরবা আত্মাশিং অদুদা ঐখোয়গী চাউথোকচবগী ব্বাখল অমসুং ব্যবহার উৎলি। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা থৌনা ফবশিং অদু লানফমদা চঙলকপা মতমদা শিরুরগে হায়বা ব্বাখলগা লোয়ননা চঙলকই, লাল অদু শোয়দনা ঙমগনি হায়বগী ইচ্ছাশক্তি অমত্তা লৈখিদে হায়বসিমদি অচুম্বনি। মখোয়শিং অদু থৌনা ফবগী মীশি শিনি হায়বা ব্বাখলতনা থৌগৎলমই।

দ্বাবিমৌ পুরুষৌ লোকে সুর্য-মংডল-ভেদিনৌ।
পরিব্রাড যোগযুকতশ্চ রণে চাভিমুখোহত॥

লানফমদা লাল তৌন তৌন থব্বাই থাদোকপ্রবা, পূম্নমক থাদোক্লবা যোগীশিং অমসুং থৌনাফবশিং অদু শিরবা মতুংদা নুমিৎকী কক্ষদা চঙখিদুনা আধ্যাত্মিক্কী ওইনা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংই।

থাজবা অসিনা চেৎনা মচু শংখিদুনা থৌনাফরবা রাজপুত লাম্মীশিংনা লালগীদমক্তা কৌরক্লবা মতমদা হুরাওনা লানফমদা চঙলকই, য়েক্লবগী লাম্মী পঙক্তিদা পুন্সিবু করিসু থৌশাদনা লান্দাশিল্লি।

অপাম্বা অদুগী মহৈসু ফংই। মায় পাকপগী অনীংবা অদুনা খ্বাইদগী হেনবা অপাম্বা ওইরবদি মায়পাকপা ফংগনি অদুগা কনাগুম্বনা শিবতম্বা পাম্লবদি, শিবা শোয়দনা ফংবা তাবনি। ঐখোয়না সিগুম্বা অপাম্বা অসিদা চোংথরবদি, শিবতবু পাম্লবদি অমৃতগী পুম্ব্রিদা লুপ্তুনা মদুদা ইরাক্লদুনা শিবা তাবনি। কনা অমত্তনা মহাকপু কনবা ঙমলোই। মী অমনা 'কল্পবৃক্ষ'গী মখাদা ফমদুনা মহাকনা পাম্বা পূম্নমক ফংই। অসুম্না মতীক চাউরবা ঈশ্বরনা কনাগুম্বা থৌনা ফবা অমনা মাগী লাম্মী অমা ওইনা মথৌ তৌবদা মহাক্লা কম্না পামজবা অদু ফংহন্নবা মঙ্গল পীরি। রাজপুতশিংনা শহীদ ওইবদা চিংনবা লৈতবা থোইদোক হেন্দোকপা থৌনা অমসুং শীংনবগী লিংজেল চিংনবা লৈতনা থাগৎনফমনি অদুম ওইনমক রাজপুতশিংগী শহীদ ওইবগী ম্মিদম্নফম

অসি মপুঙ ওইনা অরানবা অমসুং মথন্তু শিজবগী অপাম্বনা হেন্না উবা ফংই। মসি নিংশিংনণ্ডাই ওই অদুম ওইনমক মসি ভারতকী থৌনাফবশিংগী ব্বারীদা অব্বাবা পন্দুপ অমা ওইনা লৈরি।

## 'রিয়্যাকশন' নত্তে 'অ্যাকশন' নি

ক্ষেত্রী ধর্ম্মগী অরানবা ব্বাখন্দা মরম ওইদুনা থৌনাফবশিং অদুনা মখোয় মশামকপু শহীদ ওইবগী অপাম্বগা লোয়ননা মশানা মশাবু মাঙহল্লখি। মসি অমরোমদা অশোনবা মখল অমনি। নীঙবা কায়রবদা থোক্লবা অমা তৌগে হায়না শেম শারদুনা, মফম মতমগী থৌদোক্কী মপাম্ফোংগী ফিবমগী অরুম্বা অদু পুবা ঙমদদুনা মীয়াম হুপনা শিজবা হায়বসি ঐখোয়গী ফিদম্নফম নত্তে। যাম্না মথুম মরাং হৌগনবা ব্বাখন্না কৈদৌঙৈদসু অঙাংবা অমসুং অপুনবা শক্তি শাগত্তুনা মাথগৈ শলাই খংদ্রবা ফিবমদা খোংফম চেংনা অরোইবা মায়পাকপা পুবকপদা ঈংনা ব্বাখল তৌবা হৈ-শিংবা নত্তনা লাইবক থীবা ফিবম অদু লাকশিনবা ঙম্লোই।

অশিংবা অমসুং মপুঙ ফাবা মী-শিংনা খুদোংথীবা ফিভমদা ওন্ন-তৈনববোমদা খন্দুনা লৈতে, মখোয়না থৌনাফনা ফিবম অদু লাকশিন্নবা ইচ্ছা শক্তিগা লোয়নবা থবক তৌবা চঙই। মপুঙ ফারবা মীওই অমদা হাৎপা নত্রগা হাৎখিবা হায়বা অসি কৈদৌঙৈদসু ফিদম্নফম অমা ওইদে। মহাক্কী ব্বাখল মৱোংদি শেমগৎ-শাগৎপগী মওংগী আশা ওইগদবনি। মহাক্না ঈংনা তপ্না নিংথিজনা খল্লবা লম্বী অমনা মহাকপু অরোইবদা মায়পাকপা ওইহনগদবনি অসিগুম্বা কনাগুম্বা অমা ঐখোয়গী ফিদম্নফমনি, মহাক মায়পাকপগী পুজারিনি অমসুং মহাক্কী পুন্সিগী মিশন অদু মায়পাকনা পাংথোকহনগনি।

## অশেংবা ধর্ম্ম

ঐখোয়গী খ্বাইদগী হেন্না ফিদম্নফম ওইবা মায় পাকপগী দর্শন ওইবা লেঙদবা খুদমদি শ্রীরামনি। নুপী হাৎপা হায়বসি ক্ষেত্রী ধর্ম্মগী মায়োক্তনি হায়না খনসি। অদুগা য়েক্লবগা লাল পাবা মতমদা অফোংবা লম্বীদা লাম্বা তৌগদবনি

হায়বা য়াথংসু লৈ। অদুম ওইনমক শ্রীরামনা হিংচাবী টাটাকাবু হাংখি অমসুং বালি নিংথৌবুসু 'উ' অমগী মরুমদা লুল্লগা তেন্না কাপ্পুনা হাংখি। শ্রীরামনা মহাক্কী অরোইবা মথৌ পাংথোক্কুনা ফত্তবশিংবু মাঙহনবা অমসুং ধর্ম্মবু লিংখৎপনি হায়বসি খঙলমই। মরাল লৈতবা নুপী অমবু হাৎপা হায়বসি পাপনি তৌইগুম্বসুং নীতি অসিমক হিংচাবী অমদদি চৎনবা য়াদে। লালগী টেকনিক অসি মখল মখা য়ামই অদুগা য়েক্লবদুগী চবিত্র অদুগী মতুং ইন্নসু খেন্নবা লৈ। শ্রীরামনা ক্ষেত্রী ধর্ম্মগী অচুম্বা অদু খঙদুনা মদুগী মতুং ইন্না থবক পাংথোকখিবনি। মতম অদুদা তোঙান তোঙানবা গুরুশিং লৈরমই, মখোয়দুনা অচুম্বা ব্রাখল্লোন শাস্দোক্লমই অদুগা মখোয়গী যাথং ইন্দুনা চৎপা থৌনাফবা শিষ্যশিংসু অদুম লৈবমই।

## ভীষ্ম

শ্রীকৃষ্ণ আর্জ্জুনগী মফমদসু মসিগা চপ মান্নে। মহাভাবতকী লাল হৌগদৌরবা মতমদা আর্জ্জুননা মহাক্কী অহল লম্মন, ওজা গুরুশিং; ভিষ্ম দ্রোন অমসুং অতৈ অতোপ্পা কয়ানা পবেং পরেং মাগী মায়োক্তা লেপ্পা উবদা, মাগী থৌনা মাঙখিরমই অমসুং লিকং তেন্দোং থাদোক্লমই। বুদ্ধি তাদবা ফিবম ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মহাকপু পুক্লিং থৌগৎলমই অমসুং হায়বমই, "নহাক্কী অশেংবা নমিংদি বিজয়া নত্রা? নহাক্কী নথৌদি লানফমদা মায় শাকপদুনি অদু ওইববদি নশানা মশাবু কবিগী লৌনম তৌরিবনো? নহাক্লা অহানবা তৌগদবা থবক্তি ফত্তবা মীশিং অমসুং মখোয়বু শৌগৎপশিংবু মাঙহনগদবনি, মখোয় কনা ওইগে ওইসনু, অদুগা অফবা অমসুং অচুম্ববু স্থাইদগী হেন্না মগুণ লৈবা ওইনা লিংখৎকদবনি।

অদুগা অমুকসু, লাল মনুংদা কর্ণনা মহাক্কী দলাই চাকা পৃথিনা ফাজিনপ্লবদা দলাই থাঙ্গৎকে হায়না কুমথরকপা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা আর্জ্জুনদা মাগী তেনজৈ অদু কর্নয়োমদা থানবা য়াথং পীরকপদা কর্ণনা আর্জ্জুনদা ধর্ম্মগী মিংদা খুৎলাই পায়দবা দলাই থাদোক্লবা য়েক্লবদা খুৎলাই থাবা

অধর্ম্মনি হায়না লাউরকখি। মতম অদুদা মঙল লৈবা অচৌবা যোগী শ্রীকৃষ্ণনা লাউথরকই, হে কর্ণ? করম্বা ধর্ম্মগী য়াথংনো নহাক্না ইল্লিবদো, ঙসি ফাওবগী মনুংদা ঐখোয়দা ধর্ম্ম তম্বীনবা ঐখোয়গী মাঙদা লেপ্লিবরা? খুৎলাই অমত্তা য়াওদ্রবা অভিমন্যুবু মখোয় ময়ামনা কোয়শিন্দুনা ইকাইবা খঙদনা হাৎখিবা মতমদা নঙগী ধর্ম্মদু কদাইদা চৎলুই। পাম্বে লৈত্রবা নুপী দ্রোপতিবু রাজসভা মমাঙদা ইকাইবা পীখিবা মতমদা নঙগী ধর্ম্মদু কদায়দা মাঙলুই? ঐহাকনা 'ধর্ম্মরাজা' হায়বদি ধর্ম্ম কনবগী ধর্ম্ম অমখক্তমা খঙই। মরম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণনা অচুম্বা চপ চাবা ব্রাখল অসি পীখি মদুনা আর্জ্জুনবু মখৌ শঙদুনা লাল তৌহনখি অমসুং ধর্ম্মগী মায়কৈদা মায়পাকপগী মনা ফংখি।

## থবক ঙম্বগী ইচ্ছাশক্তি অমসুং মদুগী দর্শন

ধর্ম্ম অমসুং অচুম্বনা মায়পাকপা ফত্তবা শক্তিবু মাঙহনবা দর্শন অসি চহি লীশিং কয়াদগী শন্দোক্তুনা অমসুং চৎনদুনা লাকই। হৌজিক মতম ফাওবদা হিংচাবগী ব্রাখল চেনবা শক্তিশিংনা মীওইবা জাতিগী তুংগী ফিবমবু শীঙনদুনা, পৃথিবী মাঙহনবা ঙম্বা খুৎলাইশিং পায়দুনা পৃথিবীগী লিলা ফম্পাক্তা ফন্দুনা চৎলি। ঐখোযগী দর্শন অসিগী শক্তিনা থবক ঙম্বগী মখৌ হাপ্তুনা মীওইবা জাতিনা 'অর্থম' ওইহবশিংবু শীঙনবা ঙম্ববা ব্রাখলগী থৌনা পীগনি। থৌদোক কয়ামুক্তা য়াম্না মমিং লৈরবা নোংচুপলোমগী ব্রাখল খনবশিংনা মীওইবগী তুংগী আশাদা য়াম্না নীঙবা কায়বা ফোংদোকখি। BERTRAND RUSSEL. খুদম ওইনা হায়রবদা, মহাক অসি নোংচুপলোমগী য়ামনা চাউবা দর্শ নিক অমনি হায়না লৌনৈ। মহাক ফাওবনা কম্যুনিষ্ট শক্তি শিংগা থেংগাইনবদা নিউক্লিয়ার হোলোকোষ্ট অমা থোরক্লবদি করম্না মায়োক্লগনি হায়বা ব্রাফমদা মহাক্না হায়খি, " Let us be red rather than be dead" হায়রকখি। মহাক অদু করম্বা মখল ফিলোসোফরনো, অদুক নুপা থোক্তবা, নীঙবা কায়নবা পাউতাক পীরিবা। তশেংবদি মদু কম্যুনিষ্টশিংনা পাম্লিবা পাউখুম অদুমকনি-মখোয়গী শাথীবা লান্দা ব্রাখলগী

অথিংবা অদু মখোয়না থুগাইবা পাম্বনি। ফরে, ঐখোয়গী দর্শন অমসুং দার্শনিকশিংদি ফত্তবা শক্তিশিংগা মায়োক্নবা লান্দা কৈদৌঙৈদসু নীঙবা কায়বগী পাউতাক পীদে। অফবগী শক্তিনা ফত্তবগী শক্তিবু মমৈদা জয় তৌই হায়বগী থাজবা অসি ঐখোয়গী ঈ-তোংদা মরা তাত্রবনি। রাক্কস্যাশিংবু লাকশিনবা অমসুং মানব ধর্ম্ম লিংখৎপা অসি য়ামনা ফুংবা মতমদগী চৎনরক্নবনি। তশেংবদি, মীগী অশেংবা পুরুষতা, নুপা খোকপা হায়বসি রাক্কস্যাশিংগী মথক খোংবা ঙম্লবতদা ওইথোক্কনি। ঐখোয়না খঙলিবসিনি, মীনা য়াম্না ঙম্লিঙৈ মতম ফাওবদা লম্লক্কী শাহিং চাবা জীবশিংন ফাওবা মায়থীবা পীবা ঙমগমদে। য়েংবদা য়াম্না তমথিবা অমসুং শক্তি লৈনা উববসু মীনা মখোয়বু খুদম চনবা ঙম্লমই অমসুং মখোয়গী মথক খোংলমই। কম্যুনিষ্টশিং অসিসু হৌজিক মতমসিদা মাঙহন তাকহনবগী অকিবগী মশক ওইবা শক্তি চেনবা ওইনা লৌনরি। তৌইগুম্বসুং মীদা চেল্লিবা অফবা গুণশিং অসিনা য়াম্না মপাঙ্গল কল্লি, মতমগী মতুং ইন্না ফত্তবা শক্তিবু লাকশিনবা ঙমই হায়বা অসি এরেপ্পা ওই হায়বা য়াই। মরম অসিদগী মীওইবগী ইতিহাস নিংথিজনা পারবদি মদুনা ঐখোয়গী থাইনগী দার্শনিক গুরুশিংনা ঐখোয়দা করি হায়না তম্বীরম্বা হায়বদু তশেংনা তাকই।

মরম অদুনা লম্বী অদুদা চৎননবা লেপ্পা তাবনি, ফত্তবশিংগী শক্তিগী মায়োক্তা অরোইবা মায়পাকপা ফংননবা ঐখোয়গী ব্রাখল চঙশিনগদবনি। অফবা ফত্তবা থবক খুদিংমক 'অরোইবা মায়পাকপা' হায়বা ধর্ম্মগী শক্তি চাংয়েং নুঙ অসিনা চাংয়েং তৌগদবনি। পুণ্যচেনবা অমসুং অচুম্বা চৎপশিংগী মায়পাকপা পুরকপা অদুতনা অফবা অমসুং থাগৎনঙাই ওইবা লম্বীদা লমজিংগনি। অদুগা মায়পাকপদগী ফংলকপা পাম্না অমসুং খুদমশিং অদু দরকার ওইবা থৌঙম্বগী ইচ্ছাশক্তি পোকহনগনি অমসুং ঐখোয়দা পৃথিবী পুম্বদা অচুম্বা 'ধর্মস্থাপনা' লিংখৎপগী লম্বীদা অরোইবা মায়পাকপা পুরক্নবদা অরান-অচুমগী ব্রাখল হৌগৎহনগনি।

❖❖

# ঙম্নবা থেংনৌ

## ১। অচুম্বা পায়খৎলগে হায়বা থবক

কিহল্লকপগী পাকচাউবা অমসুং মতৌ – যোৎকী মীশিংগী থৌনা–নুঙদৌনা কনবা জাতিগী লুচিংবা দরকার ওই – জাতিগী থৌনা লিংজেল ঙাকখত্তুনা থমউ – ইঙ্গিত লোল -ইকোনোমাইজ। অচৌবা মী অমদা ঈবাংপা – কম্যুনিষ্ট অনিথোক্লা কায়বা, তাৎ তৌবা – চাইনিজ সীজ ফায়ারগী প্লানিং – পাকিস্তানগী ফিফত – কলমদগী চেকশিল্লু–পাকিস্তানবু থেম্বসি ইতোমতা শিজবনি–মরুপ মশক খঙউ – থাজবা সন্ত্রীতনা ঙাকশেলহল্লু।

ইং ১৯৬২ গী ওক্টোবরগী তাং ২০ দগী চিননা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দারকখি। অদুম ওইনমক চিনগী মীশিংনা লান্দারকপা অদু খঙহৌদনা য়ামনা থাজদনা তৌরকপনি হায়না ঐখোয়গী সরকারনা ফাওবা অঙকপা পোকখি। চিনানা টিবেটতা লান্দাদুনা লৈবাক অদু লৌশিনখিবা মতমদা মখোয়না ঐখোয়গী লৈবাক্তা য়াইফ-থ্রাখল অমত্তা লৈতে হায়বসি খঙম্ব্রবনি। রুশিয়ানা মায়কৈ অমরোমদা পুমকোই কোইশিনবা অমগা, অমরোমদনা মহাসাগর অমনা কোইশনবা মরমনা অশোনবা অমত্তা ঙাইবা মখোয়গী লোইরম শন্দোকফমসি টিবেট খক্তা ওইরমই। বৃটিশনা টিবেট অসি মনিং তম্বা লৈবাক অমগী থাক্তা ভারত অমসুং চিনা অনিগী মরক্তা 'বফর' ষ্টেট অমা ওইনা থম্লম্বনি। বৃটিশনা তৌরম্বা পুম্নমক অদু থুপচিন্দুনা ঐখোয়গী মতমদুগী লৈঙাকপশিংনা টিবেটতা চিনাগী সর্বভৌম শক্তি লৈ হায়না য়াথোক্লুবা

অদু অচৌবা অশোইবা অমা ওইখি। অদুগা অমুক হন্না ঐখোয়গী সরকারমক্তা চিননা তকশিল্লকুনা য়াম্না চুমদবা মওংদা ঐখোয়গী ঙমখৈ লমগী স্কোৱাব মাইল ১২০০০ লৌশিনখিববু সরকারদুনা মবাল য়াজখি অসিগুম্বা অচুম্বা থৌদোকশিং অসি লৈনা লৈনা ঐখোয়গী সরকারদুনা চিনবু লৌনস্বা থাজবা মাংহনবগী মবাল শীবা ঙমখিদে। মখোযগী শাজৎ লিচৎ অদুনা চহি কযা ফোংনা য়েংথিনবা ওইহনখি।

ঐখোযনা হৌজিক কিহল্লকলিবা অসি মায়োক্লবা ঙম্লনবা মতিক চাবা পাযখৎলগে হায়বা থবক পুথোকপা ঙমদ্রিঙৈদা ঐখোয়না অহানবদা ঐখোয়গী ব্রাখল লান্না শিজিন্নদনবা, হান্ননা চুম্না পোৎলমশিং শুগাইনা খঙদোকপা অদুগা য়েক্লবগী অশেংবা শাজৎ লিচৎ খঙদোক্লনা মখোযনা করি থৌবাং তৌরিবগে হাযবা খঙদোকপগী কান্নবা লৈ।

## চেকশিন্নবা হায়বদা থৌশাদবা

অহানবদা, ঐখোযনা ব্রাখন্দা থমগদবসি চিনা অসি মতম পুম্নমক্তা মখোযগী লৈবাক, পাকথোক চাউথোকহন্নবতা খন্দুনা লৈ হাযবসিনি। মসি মখোযগী ঈদা যাওগ্রবনি। চহি চাম যাংখৈবোমগী মমাঙদা নাপোলিয়াননা চেকশিন ব্রাহৈ পীবমই নত্রবদি মখোযসি পৃথিবীদা লৈরিবা মীওইবা জাতিদা অরাবা পীরক্কনি। চহি হুন্দ্ধৃতরাগী মমাঙদা স্বামি বিবেকানন্দনা ইফোং ফোংনা হাযরমই মদুদি বৃটিশনা ভারত থাদোকপা মতুং ইকুই কুইদনা চিননা ভারত্তা লান্দাবক্কনি।

হৌখিবা চহি নিপাল অসি সঙ্ঘগী মীওইশিংনসু খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা চিননা ভারত্তা লান্দাদুনা লাল্লোং ওইবা অকক্লবা মফম লৌশিল্লক্কনি হায়না ব্রানিং পীদুনা লাকই, কনানসু মখোয়না হায়বা অদু থাজনখিদে। ইংলিসতা নুংতিগী ফোংবা পাউচে অমনা মখোয়না ঙাংলিবা অদু অঙাওবগী চোইরোলনি হায়খি।

হৌজিক, চিনগী লোইলম শন্দোকপা পান্বগী ঈ অদুনা কম্যুনিজমবু ময়াই কাহল্লি, মীগী লৈবাক্তা লান্দাশিনবা, মখোয়গী লৈবাক্কী ঙমখৈ পাকথোক-চাউথোকহন্দুনা সম্রাজ্যবাদকী নীতি চথবদা খুমাং চাউশিলহল্লি। মতৌ অসুম্না কম্যুনিষ্ট চিনাদা ঐখোয়না পোকখায়গনবা, লান্দাগনবদা থৌগৎপা অনিগী অপূনবা শকতম উই

অপি চ কপি: কাপিশায়ন মদমত্তা

(হান্নমা য়োং অমা ওইদুনা লৈরবা অদুগীসু মথক্তা য়ুসু ঙাওরবা) ঐখোয়না ঐখোয় ইশাবু মীনমজদুনা অরানবা খোঙথাং লৌদুনা করম্না মখোয়বু মায়োক্নবা থৌরাং তৌবা ঙমগদগে; ঐখোয়না কম্যুনিষ্ট চিনাগী লান্দাগনবসি জাতিগী মচৎনি হৌজিক মতমগী কম্যুনিজমগা থোইনা মরী লৈনদে হায়না হেক্তা লৌবা য়ারোই।

## ‘য়েলো পেরিল’ গী মহৌশাগী ওইবা শাজৎ

মী খরনা হায় হান্দক চিনানা লান্দাবকপসি ঈশ্বরনা থাবিরকপনি আশীর্বাদ অমনি; মবর্মদি মদুনা ঐখোয়গী মীশিংবু মিকপ থোকহল্লি অমসুং জাতি অমগী শক্তমদা ঐখোয় পূম্নমক্তা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লকই। থাঙ্গৈশেংবনি, মীয়ামনা পুঙফম অদুগী কৌরকপা অদুদা চীংলেমনা পাউখুম পীরক্লমই অমসুং য়েক্লববু তাম্থোকখিনবগী অরেপ্পা অচেৎপা ৱাখনগা লোয়ননা মী অমখক্তগী মতৌগুম্না লেপখি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না অরেপ্পা অদু মতৌ করম্না ফোংদোক্কদগে অমসুং করি করি তৌবা তাবগে হায়দুদি খঙলমদে। মখোয়না প্রোসেসন চৎলমই ডেমোনষ্ট্রেশন কয়া পাঙথোকলমই, ইফফিজি কয়া মৈ থাখি, অমসুং বৃটিশকী মায়োক্তা লান্থেংনরিঙৈদা হৈনখিবা মতুং ইন্না বিজোলুশন কয়া পাশ তৌবদুনা ওইখি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না খঙগদবদি হৌজিক ঐখোয়না থেংনরিবা য়েক্লবা অসি পূম্নমক্তা পুমখেন খেন্নবা অমনি হায়বসিনি। ইংলিশমেনশিং অদুদি সভ্য ওইবা জাতি ওইরমই অমসুং মহৌশানা ‘রুল অফ লো’ ঙাকনা চৎলমই। চাইনিজশিংদি পুমখেন খেন্নবা

মীওইশিংনি। মখোযদা চুম্নগী মীওইবগী গুণ হাযবদি থৌজাল, মিনুংশি নত্রগা মীওইবগী পুনসিবু ব্যবহাব তৌবা লৈতে। মাও টসে টুংনা মতম অমদা ফোংনা মাগী অপাম্বা ফোংদোক্লদুনা হাযখি মদুদি মহাক পৃথিবীদা লৈবিবা হৌজিক কালগী নিউক্লিয়াব উইপনশিং অসি মপৃঙ ফানা শিজিন্নদুনা পৃথিবীগী ওইবা লাঞ্জাও অমা থোক্লবদু উবা পামই। মহাক্কী লোজিকতি, অমেবিকা, রুশিযা অমসুং ইউবোপকী অতোপ্পা লৈবাক অতৈদা লৈবিবা মীগী অযাম্বা শরুক্তি লাঞ্জাও অদুদা মাঙখ্রগনি, অদুগুম্বা নিউক্লিযাব হোলোকোষ্ট অদুদা চাইনিজ কোর্ট নিফুবোমদি পৃথিবীগী লৈমাযদগী মুৎথ্রবসু কোটি কুনমঙাদং লেমহৌববদি মদুনা পথিবী পুন্না সাসন তৌবা ঙমগনি। মখোযদদি মসি ইচম চম্বা লোজিকনি। মখোযনা মীওইবগী পুন্সি মাঙবসি কবিসু অনানা পোক্রে। মসি মখোযদাদি নপান ককথংখ্রগা অমুক নৌহৌনা থাজিনবগুম্লনি। মসি কোনিযাদা উখ্রে। মখোযনা কোনিযাদা লান্দাবা মতমদা মখোযনা ঊংক্কী মতৌগুম্না অমগী মতুংদা অমা লাবই। লাম্মা কাংলুপ অমা পুম্নভুম চুম্লবা মতুংদা অতোপ্পা কাংলুপ অমা -পুক থাজিল্লকই।

মবম অদুনা সভ্য ওইনা জাতি বৃটিশকুম্বা অমদা শিন্নেবা টেকনিক অদু চাইনিজশিংদা শিজিন্নবদা কান্নবোই। মসিমসুনা, মখোযদি লৌনম্বনি, ফাত্তবনি হাযনা মবাল শীকবসু কান্নব সৈংবোই। অসিগুম্বা চৈ থাংবা অসি অশোনব মী অমনা মাগী যেক্লবদু ফুকনদি ঙমদদুনা শাপ শিবাপ তৌবগী খোঞ্জেল ওইনা তাগনি। অসুম্না মশাগী যেক্লববু শাপ শিনাপ তৌবগা মথন্তা পেঞ্জবা, হন্থবা রাখলগী মীওই অদু ঐখোয ওইবোইদৌবনি।

মথা তাবদা, ঐখোযনা রাখন্দা থমসি মদুদি চিন লৈবাক পুম্নমক অসি খুৎলাই পাযবা কেম্প অমগা মান্নবা লৈবিবনি। মীওই মপৃঙ ফাববা মী খুদিংমক লালগী খুৎশু খুৎলাই শিজিন্নবা তম্বী। মখোয খুৎশু খুৎলাইদা ঐখোয়দগী মথক থোংবা ওইবিবনি। মখোযগী লুচিংবশিংসু হৌখিবা চহি কুমজা কযাদগী লালগী ঈমুনাইমু তানবা হন্না পানি মবক্তা পোকপা অমসুং চাউরকপা ঙাক্তনি।

অদুম ওইনমক, ঐখোয়না অচুম্বা লম্বীদা থবাই য়াওনা হোৎনববদি খুদোংচাদবা পূম্নমক অসি নিংথিজনা শেমগৎপা ওমগনি।

## য়োংকী মীশিংগী থৌনা

অহানবদা দবকাব ওইবদি জাতি শিনবা থুংনা পুক্নিং চপ যুংনা থৌবাং লাংখৎনবা হোৎনবা অসিনি। লানফম অসি মতম শাংনা চংবা অমসুং অৱাবগী মশক ওইবা অমা ওইবা যাই। ঐখোয় খুদিংমক অৱাবা নংবা অমসুং ওইজবা থাদোকপা. পূম্নমক খাংবা, অমসুং খোংফম চেৎনা খুদোংথীবা কযা হবাও হবাওনা মায়োক্নবা তাবনি। অসুক কুইনা ঐখোয়না ইমা লৈবাকপু ভক্তি প্রেমগা লোযননা লাৎচবকপগী ঐখোযগী থম্মোইদা তুমদুনা লৈবিবা অসিনা ওইজবা থিবা অমসুং মশেল কল্লক মিহৌনবগী লৈচিন্না মমহন্দুনা লৌবিবা অসি কোকহনবা ওন্নগনি। অসুপ যামবা মীযামনা ন্যাশনাল ডিফেন্স ফণ্ডদা অওম্বা মতেং পীননবা চোংথোবাক্লবা অসি থাঙ্গৈশেংনমক যাম্না পুক্নিং থৌগৎনওইনি। মীওই কযা কযানসু হেন্না হেন্না পীনবকখিগনি। মশা মউ ফবা মীওই খুদিংমক্না মিলিটরি সার্বিসকীদমক শেম শাদুনা লৈবা তাবান। মমা ওইবীশিংনা আশির্ববাদ পীদুনা চাংযেংগী পুঙফম অদুদা মচাশিংবু থাবিগদবনি। মহাভাবতকী লাল হৌদ্রিঙৈগী মমাওদা পাণ্ডপ মওানা মমাগী আশির্ববাদ লৌনবা চৎলুবদা মমা কুন্তীনা মখোযদা অসুম্না হাযখি, লানফম অদুদা নখোয পূম্নমক চৎলু। অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিগীদমক ক্ষেত্রীয় নুপীশিংনা মচা পোকচবিবনি। ধর্ম্মযুদ্ধ অসিদা নখোযগী খ্বাইদগী ফবা নথৌদাং পাংথোকউ। হৌজিক মতমদসু মমা খুদিংমকনা মখোয়গী মচাশিং অসুম্না থৌনাফবা ৱাঙাং শাঙাং পীবিসনু, হৌখিবা লাঞ্জাওশিং নিংশিংলুববাদি পূম্নমক 'টোট্যাল ৱাব' ওাক্কনি। মখোয়শিংদু 'পিচেদ ব্যাটল হায়বদি নাকল অনিমক্না অথন্নবা হান্না লেপ্লবা লম্পাক অমদা শিন্নদুনা তৌবা লানফম নত্তে। বিজ্ঞান হৈবা পণ্ডিতশিং, লম্লোন ঈতিকী, পোৎচৈ-শাবগী, শিল্পীশিং, লৌউ-শিংউবশিং, পূম্নমক মতম শাংথনা হেন্না

কন্না থবক শুনবক্কদবা, জাতিদা কথোকপগী য়াথলগা লোযননা, লনাই ওইবা কাংলুপকী অপান্বা, খংন-চৈনবা পুম্নমক মতম খরগীতা ওইরবসু থাদোক্লবা তাবনি।

## লিভরসিপ চাংয়েং তৌবা

অনিশুবা দবকার ওইর্বাদি অকনবা ইচ্ছা শক্তি চেনবা য়েখায-থিঙ্গায়বদা চংলোইদৌবা, খুদোংথীবা থোক্লবা মতমদা মিপাইদবা, হন্থদুনা শান্তিগী য়াবী শানসি হায়বোইদৌবা অদুগুম্বা লুচিংবশিং চঙই। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী অরাংবা থাক্কী লুচিংর্বাশিং অসি শন্তিগী য়াথননা পুংপং পংথহল্লি মদুদি মখোযশিংদা হান্ননা চিননা সিজ ফাযাব লাউথোবকপদা মখোয়গী ফিরেপ পুম্নমক মাঙখ্রে। মখোযনা শান্তি হায়বদু অচংবা মমলদা হেক্তা লৈগনি হায়না খল্লমই। অসুম্না 'মমল পীদুনা শান্তি লৈবা' গী থবক্কী পরীংদা ঐখোয়গী ইমা লৈবাকসি চহি খবগী মমাঙদা অনি থোকনা খাযদোক্লুনা য়েন্নখ্রে। মদুগা চপ মান্নবা পবীংদা অমুকহন্না কাশ্মীবগী শকক অহুম থোকপগী অমা মাঙখ্রে। হৌজিক বেকবাড়া ম'ঙ'লে। খ্রবাবগী মশক ওইবা হৌখিবগী পাবাশিং অসিনা ঐখোযবু মতম পুম্নমক্কী ওইনা মিৎ পাংহল্লি।

মবম অদুনা ঐখোয়না মীয়ামগী অপূনবা অপান্বা য়াখল শাগৎনবগী ঈহৌ, তাকপি-তশ্বীদুনা পব্লিক-ওপিনিয়ন শাগৎনবা, হোৎনবা মদুনা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা ইকাই খুম্নরোইদবা ফিভমদা লান্দাবকপশিংগা য়ানথোকপা 'এগ্রিমেন' নচিংবা তৌবা তোকহনগদবনি। টিবেটতগী য়েক্লবশিং মপুঙ কানা তাম্বোক্ত্রিঙৈদা 'সিজ ফায়ার' য়াথোকপা হায়বসি ঐখোয়গী লাল্লোং শীনবদা শাথীনা শোয়ববা অমনি। কাশ্মীরগী সিজ ফায়ার তৌবদনা ঐখোয়দা তুংগী চেকশিন্নবা লৌশিং ওইহৌই। লাল মপুঙ ফাদনা সিজ ফায়ার তৌবনা ঐখোয়গী লাশ্মীশিং অমসুং মীয়ামগী য়াখল লিংজেল হলহল্লি। মখোয়গী অশেংবা অকিবগী মশক ওইরবা থাদোকপগী লিংজেল অদু অবেম্বদা তাহল্লি। ঐখোয়গী হৌজিক্কী লুচিংবশিং অসিনা জাতিগী

থেংনরিবা লানফম অসিদা দবকার ওইবা অল্লাংবা থাক্তা লাম্বেংনবা ঙমল্লবদি মখোয়না হেন্না লিংজেল অমসুং মতীং লৈবা লুচিংবশিংদা মখোয়গী মহুৎ শিন্নবা লম্বী পীগদবনি। থবক্তা শৈশিংবা অমসুং লৌশিংগী মতীক মঙাল অসি মী খরনা মোনোপোলি তৌবা য়ারোই, মখোয়দু মীয়ামনা য়ামনা য়ানবা অমসুং শক্তি লৈবা লৈদুনসু। হৌজিক মতমগী ভারত অসি, থৌনা ফবশিংগী অমব ওইরবা ইমা লৈবাকনি, মসিগী মতীকচাবা থৌনা ফবা লুচিংবশিং ব্রাংকদবা নত্তে।

ঐখোয় লাল হন্দোকপদা খাঙদুনা লৈবা ঙমদে, ঐখোয়গী মাযকৈদগী হোৎনবা তপথবা য়াদে। ঐখোয়না চাইনিজশিংবু ঐখোয়গী লমদা চনিং তানা শাংথনা লৈবা ঙমতল্লোই, মখোযবু সোব হোন্দোক্নবা মতম পীবোই অদুগা মখোয়গী লমদম হেন্না পাকথোক চাউথোকহন্নবা খোংদাফমসু থমলোই। পৃন্নমকসি মখোযদা ফংহল্লবদি ঐখোয়গী ন্যাশনাল সেক্যুরিটিদা লাক্কদৌবিবা মতম পুম্নগী ওইনা অকায়বা ওইবক্কনি। মবম অদুনা ঐখোয় পূন্নমক্না তৌগদবা ইথৌদি ঐখোয়গী লুচিংবাশিংদা থৌনা পীবা অমসুং চেকশিন্না চৎননবা হায়বা, মদুনা অবোইবা শাথীবা পুঙফম অসিদা শোযদ-ঙামদনবা অমদি ঐখোয়গী অচৌবা লৈবাক অসিগী মিংচৎ অমসুং সার্বভৌম ক্ষমতা ঙাক্লনবা মতীক চাবা থবক তৌহন্নবনি।

## য়েক্লবগী লাল্লোংদগী চেকশিনগদবনি

চেকশিনবা অসি চাইনিজশিংনা সিজ ফায়ার লাউথোরকপদা ঐখোয়গী মীশিংদা ব্রাথল হন্থহনখিবা অদুনা হেন্না দবকার ওই হায়বা তাই। মদু য়েক্লবনা অরানবা সেক্যুরিটিগী ব্রাখন্দা ঐখোয়বু শুমদুনা থম্নবা, থব্রাই যাওবা হৈনিংবা মাঙহন্দুনা নীংবা কাযহনবা অদুগা ঐখোযগী লালগী থৌরাং তৌবা অদু কোমথোকহনবা, মতুংদা ঐখোয়না থৌশানদ্রবা মতমদা অচৌবা লাম্বী তেঙ্গোল অমনা খঙহৌদনা লান্দাদুনা দেশ পূন্নমক লৌশিনবা অসিনি।

মীশিংগী মোর‍্যালদা শাথিনা শোকহনগদবা অনিশুবা ফেক্টর অমসু লৈরি। হৌজিক ফাওবদা ঐখোয়না ডিফেন্সকীদমক্তা হেৎনবা অসি শেল

খোমজিনবা অসি অমনি। অহানবদদি মীশিংনা মশানা তাবা ওইনা হৈনিংনা শেল পীনরমই। মদু য়ামনা ফৈ মরমদি মদুনা মীয়ামগী মরৈপাক মীওবগী ৱাখল অদু যাকাইহল্লি। তৌইগুম্বসুং মমৈদদি গবর্ণমেন্টমকনা মশানা শেল খোমগৎপগী থবক লৌখৎলকলমই। মীয়াম পুম্নমকনা পাম্নবা পুক্লিং থৌগৎপা অদু শিথরকই। দেশকী মফম পুম্নমক্তগী অশেংবা পাউ লাকখি মদুদি মীয়ামদগী শেল খাযগৎনবগীনি সবকাবগী মেছিনথি পুম্নমক শিজিন্নদুনা মীয়ামদা মখল মখা কয়াগী প্রেসর পীরক্লমই। মদু শেল নমদুনা লৌবদগী পংতা তাবা থবক নত্তে। গবর্ণমেন্টনা অসিগুম্বা প্রেশর ট্যোকটিক্স শিজিন্নবক্লবদি মীযামনা কবি খনগনি, মখোযনা খনগনি, "ফবে ঐখোয়বু মতৌ অসুম্না কিহল্লবদি ঐখোয ইশামক্কী সাসনগা মীবৈপাক-মচাগী সাসনগা কবি খেন্নবা লৈবি"? মাসনা মপৃঙ ফানা মীযামগী মশা মথন্তগী ওইজবা মতৌ অদু মাঙহনগনি অমসুং থৱায য়াওবা হম্বহনগনি।

## ইঙ্গিত লোল "ইকোনোমাইজ"

ঐখোযনা থাঙ্গৈশেংনা ঐখোয়গী শেঙ্গুমগী চাপ্পাক অসি তেঙ্গৎনবা খুজিল থৌবাং তৌগে হাযববদি অতে অতোপ্পা অযাবা লম্বী য়াম্না লৈ। অহানবদা, মতম খবগী ওইনা ইমর্জেন্সি লাউথোক্নুনা ষ্টেট আসসেমব্লিশিং ডিজোলভ তৌবা য়াই, মদুনা চহি খুদিংগী লুপা ক্রোড কয়ামকম কনবা ঙমগনি কেন্দ্রদা ইলেক্টেড পার্লিয়ামেন্ট অমখক্তং লৈরবসু গনতন্ত্রগী ফংফম থোকপশিং অদু নিংথিজনা ফংহনবা য়াগনি। অনিশুবদা, য়ু থকপা যোনবা থিংবা। মসিনা য়ুগী অমাঙবা অদু পুমহন হম্বহনগনি হাযবদি নত্তে। মসিদা ৱাখল অনি লোংনবা অমত্তা লৈতে। তৌইগুম্বসুং, হৌজিক্কী প্রোহিবিশনগী পোলিসিসি সমাজদা ফত্তবা খুদোংথীবা কয়াসু থোকহল্লকই। যুদা চোইরবা মীশিংনা মদু ফংই তৌইগুম্বসুং মদু আইন কাযবা লম্বীদা ফংবনি। অদুদগী মীশিংনা চুমদবা মওংদা কাববাব তৌই অমসুং কবপ অফিসিয়েল কয়া অমনা প্রোহিবিশন থম্বদগী শেন্দোং য়াম্না ফংই। অদুনা মশাগী কান্নবতা যেংবা

মীশিংনা প্রোহিবিশন শাংথনা থম্বা পামগনি। মসিনা মীয়ামগী অফ-ফত্ত খনবা ওন্থগী পাঙ্গলবু চাথংহল্লি। অমসুং মোর্য়াল ওাক্লনবগী ফিবম মতা অদু য়েংলুরগা স্ত্রেপ প্রোহিবিশন শোয়দনা হায়রক্লনি। য়ু থকপগী ফত্তবা অসিদি নিংথিনা তম্বি-তাকপীরগা, হকচাং ফবগী হৈন-শাজং অমসুং রিক্রিয়েশননা তপ্পা মথং মথং কোকহনবা তাবনি, আইন শেমদুনা কোকহনবা য়ারোই। অসিগুম্বা খোঙথাং অসিনা সরকারদা ফজবা রেবেনিউ কাগনি।

মথা তাবদা ইমর্জেন্সি থেংননবা মতিক ওকপা অহেনবা শেস্থোক দবকাব ওইবদু ফংননবা ফ্রন্ট খুদিংমক্তা অয়েৌবী থাক্তো ফও খোমজিনগদবনি। তৌইগুম্বসুং, লাইবক থীবদি 'ইকোনোমি'সি ঐখোয়গী লৈবাক্কী হৌজিক মতমগী দাযী লৈবা মীওইশিংনা অরোইবা গুণ ওইনা উনবদৌনা তৌই। থাঙ্গৈশেংবনি সাধারণ প্রজাশিংদা মখোয়না শেল হৈনা শিজিন্নবনা পাউতাক পী। তৌইগুম্বসুং মখোয় মশামক্তা শেল চাইথোকপগী হৈনবীদা লুপ্তুনা লৈবনা কনাগুম্বনা খনবা য়াই মদুদি মখোয়শিংসি ঐখোয়গী লৈবাকসিদা মীরৈপাক্কী মীনা য়াম্না শাথীনা কিহনবা অমা তৌরি হায়বসি তশেংনমক খঙদে হায়না লৌগনি। মখোয় হৌজিক হৌজিকমক পাব্রার পায়বগী, মনুংদা মশেল য়েংনবগী, মখোয়গী পামদবা কৌলীগশিং ফোইদত্তুনা হন্দোকখিনবা, অসিগুম্বা কাঁরসু নত্তবা থবক্তা চিন্দুনা লৈ, অসুম তৌদুনা অচৌবা লৈবাক অসি কনবগী মরু ওইবা থবকশিংদা ব্রাখল চঙবা ওমদে।

## সমালোচনা তৌববু হরাওনা ওকফম থোকই

ঐখোয়না পুম্নমক অসি হায়দোকপদা ঐখোয়গী অচৌবা লুচিংবশিংনা অসিগুম্বা খুদোংথীবা মতম অসিদা সমালোচনা তৌবা, অফ-ফত্ত নৈনবগী থবক তৌবা য়াদে হায়দুনা ঐখোয়দা চেকশিন য়াহে হায়। পুকচেল শেংনা মরৈপাক্কীদমক খন্দুনা অফ-ফত্ত নৈনববু করিগী হঙ্গোইহরিবনো। মখোয়না ঐখোয়বু মখোযনা তৌবা থবক খুদিংমক চামদ চাম চুমই হায়না ইচম চমনা

লৌবিবা জাংলা? অদুগুম্বা চিরোন খারোন অদুনা লৈবাক্কী কান্নবা ফংগনি খল্লিব্রা? মখোয়না থাঙ্গৈশেংনা মখোয়গী পোলিসি অমসুং থবকশিং অদু চুমই হায়না লৌরবদি অতোপ্পনা মখোয়গী থবক্তা অচুম অবান থন্ননবা লৈব্রে। অদুগা অমবোমদা মখোয়না লাল্লবদি, ঐখোয়গীসু সমালোচনা তৌবা মথৌ তাই অমসুং মখোয়বু চুমথোকপা অমা চঙই। মখোয়নসু নোল্লুকপগা লোয়নবা মীয়ামগী খোঞ্জেলবু ব্যাবহাব তৌগদবনি অমসুং তাগদবনি। থাঙ্গৈশেংবা অচুম্বদি ঐখোযগী লুচিংবশিং অসি অতোপ্পনা সমালোচনা তৌবদা য়ামনা শাওই, মসিনা অফ-ফত্ত নৈনবগী থবক মবাং কায়না খুদোংচাবা পীবা ঙমদে।

পুকচেল শেংনা সমালোচনা তৌবদু নমশিন্দুনা থম্বা হাযবসি মীযামগী খোঞ্জেলবু ফীবুল নমদুনা চীন মেনসনবগুম্বনি মসিনা ইটলাব নত্রগা ষ্টালিনগুম্বা মীওং মীনৈ তৌদুনা শাসন তৌবা লুচিংবা কযাম্ নিংশিংহল্লে। অদুবু নীংশিংগদবা অমদি অদুগুম্বা মখোয়না নীঙবতা তৌবা শাসন কযা শাংদে, অমসুং মখোযনা লৈখিদবদা ইতিহাসনা মখোযবু কনবিদে, পৃথিবী পুম্নমক্না মখোয়বু হন্দুনা ঙাংনৈ। অদুগা অমগা লৈবি, শক্তি পায়বকপা মীশিং অসি হান্নদগী হেন্না মীনা যেংশিনবা হেল্লকই, মখোযগী খজিক্তং শোযবা অমসুং মথৌ নিংথিজনা পাংথোক্কবা মতমদা মীযামনা অফ-ফত্ত ঙাংলকপা মশানা তাই, ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা পৃথিবীগী লাঞ্জাও অনিমক্তা লাল যাওখিবা ইংলণ্ডদগী পাবা অমা তম্বা চঙই, মীযামগী খোঞ্জেল নমথবগী উপায় অমা ফাওবা লৌদনা লিশাং শিংনা সিবিল লিবর্টি কাযদনা ঙাক্লুনা থমখিবা অদু তমর্জনিঙাইনি।

ঐখোযগী হোম মিনিষ্টরনা হান্দক্তা বাজ্য সভাদা বাজনীতি দলশিংগী মাযোক্তা যামনা ঙাং-শকখি, মতুংদা 'অবোনবা' সার্কুলাব অমা কংগ্রেসনা চংখি মদুদা পণ্ডিত নেহরু অমসুং সবকারগী মায়োক্তা সমালোচনা তৌবা খুদিংমক 'ট্রেটর' হায়বদি বিশ্বাসঘাতক ওইনা লৌগনি হায়খি। তৌইগুম্বসুং পণ্ডিত নেহরুনা আচার্য্য বঙ্গগী প্রতিবাদ তৌবা চিঠি অমগী পাউখুমদা হায়রকই

মদুদি একসপ্রেশন অদু ইমপ্রোপর ওই" তমক হায়রমই। তৌইগুম্বসুং য়েংবা য়াবদি মহাক্না 'ইমপ্রোপর' তম হায়রমই, 'অনট্রু'দি হায়বমদে। মসি, লৈবাকসিগী মীশিং অসিগী অপান্বা অসি চেংশলহন্নবা শাগৎপগী লম্বী ওইগদ্রা? মসি মীয়ামগী মবক্তা থাইবুং তাননবা শিনবা ওইরোইদ্রা? কংগ্রেসনা নাকল নাম ওইবগা অতৈনা লেমহৌবশিংনা অমা ওইবকলোইদ্রা" মখোয়না হৌজিক ফাত্তবদা হায়দুনা লৈ, মদুদি অতোপ্পশিংনা কংগ্রেসপু ক্রিটিসাইজ তৌবোইদবনি, অপূনবা অমগীদমক থবক তৌমিন্নগদবনি। হান্দক্তা মক ওইবা কংগ্রেস লুচিংবা অমনা হায় মদুদি রাজনীতি দল পূম্নমক অসি চেংনা লাকশিনগদবনি নত্রবদি লাক্তৌবিবা ইলেক্সন অসিদা কাংগ্রেসনা মায় পাকপা ওমলোই। মদুদা লোকেল কংগ্রেসমেন অমনা মাগী ব্রাফমদু যানিংদদুনা ফোংনা অব্রাই অথুম তৌবকই অমসুং হায়বকই 'চাইনিজশিং লাক্লবদি মথংগী ইলেক্সনগী ওইথোকপা কদায়দা লৈবি"।

থবক থৌবম খুদিংমক্কী হিনাও শাবিবা মীশিংনা অসিগুম্বা গনতন্ত্রীক ওইদবা ব্রাণ্ডাংশিং অসি লেপ্পনবা লাউবা তাবনি। অসিগুম্বা ব্রাণ্ডাং শাণ্ডাংশিং অসি লুচিংবা ওইবিবশিংনা ঙাংবদা মতীক চাদে। জাতিগী লুচিংবশিং ওইনা মখোয় মশানা ন্যাশনাল লিডবনি ইচম চম্বা পার্টি অমগী লুচিংবা নত্তে হায়বসি খঞ্জগদবনি। ঐখোয় খুদিংমক্না নিংশিংগদবদি ঐখোয় পূম্নমক্কী অমত্তা ঙাইবা যেক্লবদি চিননি হায়বসি ঐখোয়না খঙগদবনি অমসুং মদুনা ঐখোয় মশেল যেংথিনবা, থাজনদবা অমসুং মুক্লবা অসিনচিংবা অসি থেংনবদা মতিক চাবা ওইহনগনি। ঐখোয়না আশা তৌসি মদুদি ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা সিগুম্বা থৌদোক্তা ফিদম্নফম ওইহনবা অমসুং মীয়ামগী মোর‍্যাল শাগৎনবা লম্বীদা চংশিল্লক্কনি।

## 'পার্সোন্যালিটি কল্ট'

মী থরনা পুকচেল শেংনা মরুপ মপাং ওইনা ঐখোয়গী মতীক চারবা প্রধান মন্ত্রীদা চেকশিন ব্রাহে কয়া হায়ববু মহাকপু নুংশিবা অমসুং ব্যবহার

য়াংপা ওইনা লাল্লা লৌই। মখোয় পুন্নাল লাল্লবনি। মখোয়না ব্যবহার তৌববু চিরোল তৌবগা মাম্ননা লৌরে। ঐখোয়না প্রধান মন্ত্রীবু ব্যবহার তৌই অমসুং অটৌবা পৃথিবীগী ওইবা রাজনীতিগী মীওই অমা ওইনা লৌই, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না মঙোল্দা চিরোল তৌবা ঙমদে নত্রগা মহাক মশামক অসি শোইইহে লাকহৈদ্রবা অমা ওইনসু য়াবা ঙমদে। মদুনা মঙোল্দা অফবসু ওইরোই। কম্যুনিষ্টশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পশিংনা নেহরুগী মখুৎ কলহনগদবনি হায়দুনা য়ুমথক্তা লেপ্তুনা কন্না লাউরি। তশেংবদি মসি মখোয়না মঙোল্দা চিরোল তৌবনি অমসুং মখোয়গী পুক্লিংদা ফুমলিবা অপাম্বা অদু ফংনবা তৌবনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না হায়রি নেহরুগী মথম্মোই কনখৎহনসি। ঐখোয়না মসি তৌরবদি মশানা তাজবা ওইনা নেহরুগী মখুৎসু কনখৎকনি।

'পার্সোন্যালিটি কল্ট ' অসি ঐখোয়গী কলচর অমসুং ট্রাডিশনগা চুনদে। মসিনা ঐখোয়গী জাতিগী অপাম্বদা লোইবা নাইদবা অমাঙবা থোকহল্লকনি। থার্ড ব্যাটল অফ পাণিপটকী লাল মনুংদা, মতাং অমদা হিন্দুগী লান্মী তোঙ্গোলগী কমাণ্ডর ইন চিফ ওইরম্বা সদাশিবরাও ভাউনা লানফমদা শামু তোংলম্বদগী শাগোল মথক্তা তোংদুনা ফম্ফম হোংলুবদা, লাম্মীশিংনা মাবু উদবদগী শিরে হায়না খনখিরমই, য়াখল হন্থনরমই অমসুং তেঙ্গোলদু কায়রমই। মদুগী অমত্তা ঙাইবা মরমদি সদাশিবরাও অসি হিন্দুশিংগী লাইগী মপাও খোলগুম থৌগৎপা লমজিংবা অমা ওইনা থাজনরম্বননি। অতোপ্পা অমরোমদা, চহি কুনগী মতুংদা শিবাজী মহারাজনা কনাগুম্বা অমত্তবু লুচিংবনি হায়না শকখঙলমদে। সম্ভুজী কাম্রে, শাথিনা ওৎ-নৈরবা মতুংদা হাংখি। শাহসু মোগোলশিংনা ফাজিন্দুনা থমখ্রে, রাজারামসু কোইশিন্দুনা থমখ্রে অমসুং জিঞ্জীদা মথন্ত নাইতোম তাখ্রে। তৌইগুম্বসুং পূম্নমক্কা লালদু শোক্লরমই। স্বরাজগী ঈহুল অদু মী খুদিংগী থম্মোইদা চেল্লমই অমসুং লাল অদু মীয়ামগী লাল অমা ওইরমই। মখোয়না চহি চুপ্পা লাল শোক্লরবা মতুংদা ঔরঙ্গজেব মায়থীরদুনা থম্মোই কায়দুনা শিখ্রে। মসিনি, 'পাসোন্যালিটি কল্ট'কা ফিদম্নফম ওইবা কথোকপা থবক্তা চাউনা খেন্নরকলিবসি।

## কম্যুনিষ্টকী লৌ

অহুমশুবদা, ঐখোয়না লৈবাক মনুংমক্তগী কিহল্লকপা অমা লাকলিবা অসি হৈশিংনা চেকশিন থৌরাং লৌখৎপা তাবনি। ঐখোয়না খঙলিবা অদুনি, ঐখোয়গী মরক্তা মী কয়ামরুম অমনা চাইনিজশিংনা লান্দারকপা অদুবু হরাওনা ওকলি। মখোয়দদি চাইনিজশিং অসি 'গোড ফাদর'নি অদুগা চাইনিজগী লাম্মীশিং অসিনা 'লিবর‍্যাশন আর্মি' নি। মখোয়গী য়ামনা মকোক থোংবা মীশিংনা ফোংনা লাউথোকলি মদুদি লান্দারিবা অসি ভারতনানি চিনানা নত্তে হায়না। হৌজিক ফাওবদা কম্যুনিষ্টশিংনা ওমখৈ লমদমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা চাউ-এন-লাইগী শকতম লৌদুনা মালেমসিদা 'ধর্ম্মরাজ্য' লিংখৎনবা লেঙথবকলে হায়না শাথীনা প্রোপ্যাগাণ্ডা তৌরি। মখোয়না ফগুসু খোমগৎলমই অমসুং মীশিংদা পৈশা ফংবগী রসিটশিং অদু মাঙহন্দনা থম্নবা অমসুং চাইনিজশিং লাকপদা উৎননবা পাউতাক পীবমই। অসিগুম্বা পাটি অসি ঐখোয়গী প্রাইম মিনিষ্টব অসিনা চামদা চাম ন্যাশন্যালিষ্টনি হয়দুনা ক্লীন চিট পিরি।

রিপোর্ট অমা লৈখি মদুদি কম্যুনিষ্টশিংনা অসামদা য়ৈখায থিঙ্গায়বা কয়া থোকহন্নবা অনীওবা অমা য়াওনা হোৎনরে হাযবসিনি। মখোয়না অসিগুম্বা থবকসি লৈবাকসিগী অতৈ মফমশিংদসু হোৎনরকপা য়াই। তৌইগুম্বসুং অঙকপদি সরকারনা কুপনা যেংশিন্দুনা মদু লাকশিন্নবা হোৎনখিদে। অমরোমদা ঐখোয়গী সরকারনা অমসুং মীয়ামনা মখোয়না তৌবদু ইনবদৌনা উরমই। অদুদগী কম্যুনিষ্ট পাটি অনি থোকনা কায়রে, প্রো-পেকিং অমসুং প্রো মোস্কো গ্রুপ হাযদনা, অদুবু নিংশিংবা য়াবদি প্রো ভারত গ্রুপ হায়বদি লৈখিদে। কম্যুনিষ্টকী টেকনিক খজিক্তং খঙবা কনাগুম্বা অমত্তনা মসিগী খ্বাসি থাজরোই। কম্যুনিষ্টশিং মচেৎ অনি থোক্তুনা কায়নবা হায়বসি মীয়ামদা লৌনম তৌবা তাংনি। মখোয়গী প্লানদি গ্রুপ অমনা প্রাইম মিনিষ্টরবু অমসুং মাগী 'পোলিসিবু য়োকখৎপা, মদুনা মখোয়না সাধারণ মীয়ামবু পেলহন্দুনা থম্বা, অদুগা মায়খুম অসিগী মরুমদা অতোপ্পা গ্রুপ অমনা

অরোনবা লম্বী, লালগী খুৎশু-খুৎলাই খোমজিনবা, অমসুং 'গাবিলা রোব ফেয়াব' গী ট্রেনিং তৌবা মদুনা থা খরগী মতুংদা দেশকী মফম খুদিংদা খুৎলাই পাযবা লালহৌ হৌবা, মকওইনা অসাম অমসুং বেঙ্গলদা সাসন লিংহন্দবা মদুনা মবম ওইদুনা চাইনিজশিংনা লাম্না ভারত পূম্নমক খুদম চনশিনবা। মসি থাঙ্গেশেংনা তৌখি, গাবিলা রোব ফেযাবগী ট্রেনিংসু পীখি।

## চাইনিজশিংনা ঙকপা

মসিনা ঐখোযদা য়াম্না থাজদবা মওংদা চাইনিজশিংনা খংহৌদনা সিজ-ফাযাব লাউথোবকপগী লংলা লংজিল ফংবা ঙম্মখি। মখোযনা মপুঙ ফানা মায়পাক্লবা মতমদা সিজফাযাব লাউথোবকপনি মদুনা পৃথিবী পূম্বা অঙকপা ওইহনখি। য়াম্না চাউবা অঙকপা থৌনা ফবগী থবক অমা মদুনা ওইহনখি, মদুনা লান্দা মায পাক্লবশিংনা মতোমতা লাল লেপচবা অমসুং য়াম্না পীনহৈবগী মওংদা শান্তিগী ইঙ্গিত পীবকখি। অসিগুম্বা হাযফম খঙদবা অথুপ্পা অসি ব্যাখ্যা তৌনবা তোঙান তোঙানবা ঠিওরি কযা পুথোক্লকখি। ঠিওরি অমদি চাইনিজশিংনা থাজবমই মদুদি লৈবাক অসিগী মীশিং অসি মশেল খৎনবা য়াম্না পামই, মখোয় মশেল খৎনবা তোক্লোই কায়নবক্লনি অদুনা মখোয়না লায়না খুদোংচাবা লৌগনি অমসুং খুদম চনগনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না য়াম্না ঙকখিবদি লৈবাক পুম্বা মী অমত্তগী মতৌগুম্না অকনবা ব্রাশক্কা লোয়ননা লান্দাবকপশিং তাম্বোকখিনবা হৌগৎলক্লমই। মসি চাইনিজশিংদা য়াম্না থাজদবা অমা ওইবমই। মরম অদুনা মখোযনা মখোয়গী লান্দাবগী থবক অদু চখদনবা খল্লমই।

অনিশুবা ঠিওবিদি, চাইনিজশিংনা খুৎশু খুৎলাই, নোংমৈ মক অতৈ লান্দা চঙবা পোৎলমশিং অমেরিকা অমসুং অতৈ মকপ মপাং ওইবা লৈবাকশিংদগী অসুক থুনা ভাবত্তা থুংলগনি হায়বসি খল্লমদে। মসিগী অচুম্বা অসিনা মবম ওইদুনা অমেরিকাগী মতেংদু ঐখোযদা যৌহল্লকপা, হায়বগা

তৌবগা মান্নবা, থবক চঙখোনবা, পুম্নমক অদুবু ঐখোয়না লুনা শিংথানফম থোকই। মদুনা চাইনিজশিংনা নিংহল্লখিবগী মরম অমসু ওই, অদুনা হন্দুনা মখোয়দা লান্দারক্কনি কিবদগী মখা তানা চঙশিল্লকপা ঙমখিদে।

মী খর লৈ, মখোয়দুনা চিননবু হায়রবসু রুশিয়াম্নবু হায়বসু থাগত্তুনা ঙাক্তা লাকই খরনা চাইনিজশিংনা মখোয়গীনি হায়না ক্লেম তৌবা লমদমশিং অদুদা মখোয়গী অধিকার তাম্নবগীদমক্তা মখোয় লাকখিবনি। মখোয়না 'মেকমহন' লাইন অদু য়াবা ঙমখিদে। মখোয়না হায়, অশেংবা বোর্ডর অদুদি মখারোমদা হেল্লা চঙশিনবা মফমদনি। মখোয়না অশেংবা বোর্ডরনি হায়না খনবা মফমদু ফাওবা চঙশিল্লকখিবনি। লম্বী অমরোমদা চাইনিজশিংনা মখোয়গী তানবা য়াবা অধিকার অদু ফোংদোক্লম্লগা হনখিবনি মসি চাইনিজশিংদা য়ামনা ইকাইখুম্নবা লোয়ননা থাজবা পীবনি।

## অথুপ্পা খুজিল থৌরাং

অদুম ওইনমক অচুম্বা অমদি নাথৈদুনা থৌশাদনা থমলি। চাইনিজশিংনা ভারত্তা লাল তারকপা মতমগা চপ চাননা কম্যুনিষ্ট পার্টিনা বেঙ্গলদা খুৎলাই পায়বা লালহৌ অমগী থৌরাং তৌরমই। মদুনা য়াম্লা পাক শন্না অকায়বা থোকহনবা, শাসন লিংহন্দবা, কাংখোং চাইহনবনা মরম ওইরগা চাইনিজশিংনা খুদোংচাবা লৌদুনা হিমালয়দগী কলিকাটা ফাওবসি য়েখায় থিঙ্গায় লৈতনা মখোয়গী খোঙফম চেৎনা লিংখৎনবা খল্লমই। অমবু ওইরে অমবু ওইরে, থৌরাং অদু শোয়খ্রে। কম্যুনিষ্টশিংনা থৌরাং তৌদবগী ওইরবসু নত্রগা নকশিল্লক্লবা মতমদা মখোয়গী থম্মোইদা য়ানিংলক্তবা নত্রগা ওইবা য়াবা মরম অমনা, মীশিংনা হৈশিংনা চেকশিনখিবা অমসুং মখোয়গী মায়োক্তা লৈরকপা, পুম্নমকসিনা মরম ওইদুনা মখোয় মাঙলোমদা চঙশিল্লকপগী থৌনা লৈখিদে, প্লানদু পাঙথোকপা ঙমখিদে। মরমদি অমা ওইগে ওইসনু অচুম্বদি মখোয়না থবকশিংদু তৌবা ঙমখিদে। অদুনা লান্দাগনবা চাইনিজগী লাল্মীশিংগী আশা অদু থুংহনবা ঙমখিদে। মখোয়গী

প্লান অদু শোয়রবদা মখোয়না হেন্না ফবা তাঙ্জা অমা ঙাইবা তাখিরমই, মখোয়না মতম খরগী ওইনা লাঞ্জংবা অদু মখা তাখিরমদে। অচুম্বা পৃম্নমক অসি কম্যুনিষ্টশিংনা সিদা তৌরিবা হৌজিক্কী লাল্লোং অসিগা শাজিল্লবদি হৌজিক্কী চাইনিজ সিজফায়ার অসি মপান্দা অইংবা লৈমায় ওইনা উবা অদুগা মখাদদি মৈগী চীঙ অমগী অকিবা শক্তম ওইবা ছবি অমনি।

## ‘দি গ্রীন ডেঞ্জর’

অতৈ অতোপ্পা খুদোংথীবা মফম অমদি ঐখোয়গী মনুংগী ফিবমদা য়াম্না শক্তি লৈরবা পাকিস্থানগী ‘ফিফথ কলম’ না ভাবত পুম্নমক্কী লাল্লোং শীনফম পোইন পৃম্নমক পুমকোয কোযশিনখিবসিনি। তোঙান তোঙানবা শিব যাবা শাথীবা খুৎলাই কয়া ঙমখৈ লমদমদা লৈবা মুসলিমশিংদা যেন্থোক্লমই। থাজবা য়াবদি, মখোযনা মতমদু মখোয়না লালহৌবগী খ্বাইদগী ফবা তাঙানি, জাতিগী লুচিংবশিংনা মখোয়দা খুউ নোল্লক্কনি, মমাঙদা তৌখিবগুম্বা দেশ অসিগী অতোপ্পা মচেৎ অমা মখোয়দা নমদুনা শাইদোবক্কনি হায়না খল্লমই। চাইনিজশিংনা আর্মি পোষ্ট অমদগী মথং অমা ‘নেফ’া লৌশিল্লকপা মতমদা ভারতকী মফম খুদিংদা লৈবা পাকিস্থানি ইলেমেন্টশিংনা হবাও মথোই কাবমই। মখোয়না অসুম হায়না লাউরমই, নখোয়সিদি ফজনা তৌইহে। হান্দক্তা তৌখিবা ‘পাক-চিনা এলায়েন্স’ অদুনা মখোয়দা অমুক্কা হেন্না মথৌ হাপস্রে। সবকারগী থবক তৌবশিং অমসুং মিপাইববা মীয়ামনা টেজপুব থাদোক্কুনা লাঞ্জেন্নবা মতমদা, মুসল্লিমশিংখক্তা মফমদুদা লৈহৌই। মখোয়না হায় অরোনবা অমা চিনা অমসুং পাকিস্থানগী মবক্তা য়ানগ্রে মদুগী মতুং ইন্না আসাম অসি লৈবাক অনিসিনা য়েন্নরগনি, অৱাংথংবা শরুকনা চিননা অদুগা মখা থংবা শরুকনা পাকিস্থাননা ফংগনি, অদুনা মুসল্লিমশিং অদুদি করিসু খুদোংথীবা থোক্রোই হায়না মখোয়না থাজরমই। মখোয় ১৯৪৬,৪৭-তা তৌবগুম্বা মপৃঙ ফানা অমুক হন্না মিকপ থোকহনগ্রে। মখোয়না ‘পাকিস্থান জিন্দাবাদ’ হায়না লাউবতা নত্তনা সুম্নসু লাউখি।

हसके लिया पाकिस्तान, लड़के लेंगे हिन्दुस्तान।

(নোক্নুনা পাকিস্থান লৌখি, লান্দাদুনা হিন্দুস্থান লৌগনি।)

মখোয়না অতোপ্পগী মান-চাং লুট তৌই; হিন্দুগী য়ুম অমসুং দুকানশিং মাঙহল-তাকহল্লি। অসুম্না নাগরিক খুদিংমক্না ভাব তাবা মুসলিমশিং য়াওনা থৌওইনা অসিগুম্বা ফিফট কলম ইলেমেন্টশিং অসিবু হৌবদগী চেংশিন্না থিংহৌনবা, লৈবাক মনুংদা শান্তি থুগাযবদা খুদোং চাবা পীদবা, অসি মখোয়গী মথৌ ওইগদবনি। হায়রিবা থবকশিং অসিদি জাতিগী ঙাকশেল থৌরাং পায়খৎপদা ইহাল হানবা মক্তদা তৌগদবা থবকনি।

অসিগুম্বা মাংহন-তাকহনবা থুগায়-খোকোয় তৌবা মীশিং অসিবু লাকশিন্নবা খ্বাইদগী মরু ওইবা নীতিদি মখোয়দা য়েক্লবদা চৎকদবা চপ মান্নবা শাজৎ অদু চৎকদবনি অমসুং মখোয়বু অকনবা খুৎনা নমথগদবনি। মহাভাবত্তা যাম্না লৌশিনবা য়াবা ব্বারী মতেক অমা লৈ। নিংথৌ জনমেজয়না সর্প য়াগা (লিল বলি কৎপা) পাংথোক্নুনা 'টাকশাকা কৌবা লিল অদুনা মপা পরিক্ষিত নিংথৌবু হাৎখিবগী লমন খুম্বা ওইনা টাকশাকাবু হাৎনবা হোৎনরকখি। টাকশাকা চেনখিরমই অমসুং 'ইন্দ্র'দা চংজফম থিরমই। অদুদগী জনমেজয়না ইন্দ্রসু সর্গদগী টাকশাকা য়াওনা পুথরক্লবা থবক চখরমই অমসুং শুম্নমকপু চাকথেক্নুনা মাঙহনবা ঙমবা মৈদা টাকশাকাবু অসুম্না হায়দুনা চাকথেকহনখি।

सेंद्राय तक्षकाय स्वाहा

অসুম্না অখাকপা লৈতবা থবক লৌখৎপতনা য়েক্লবশিংনা তিন্নরিবা অমসুং মখোয়গী এজেন্টশিংবু মখোয়গী থম্মোইদা অকিবা পোকহনগনি অমসুং অফবা নাগরিক অমগুম্না মথৌ তৌহনগনি।

## থেম্বনা অপাম্বদা হেন্না মথৌ শঙই

মতাং অসিদা, মরু ওইনা হৌজিক্কী ফিবম অসিদ, ঐখোযগী য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা লৈনগদবা মরী অসি মুন্না খন্নবা অমা চঙই। মসিদা

ফেক্টব অমা ঐখোয়না খঙবা তাই। ঐখোয়না অসিগুম্বা অরুবা ফিবম অমদা তাববদা পাকিস্টান হায়বা, পণ্ডিত নেহরুগী লোন্দাদা, "য়েংথীনবা, ঈমু নাইমু তানবতনা হৈনদুনা পোক্লক্লবা লৈবাক" অসিনা ঐখোযদা খংন-চৈনবা হৌবক্কনি। ওইথোকপা য়াবা অমগা লৈ মদুদি ঐখোযগী লুচিংবশিংনা মন্ত্রীক্লদুনা মখোয়বু থেম্নবা, ইংথহন্নবা কাশ্মীবগী মতাংদা য়ানবা পুবক্লবা হোংনগনি। বাজাজী অমসুং জয়প্রকাশ নাবায়না ফাওবনা, কাশ্মীব খাইদোকখিবা যাওনা পাকিস্টানগা যেশা উপাই তৌদুনা শান্তি পুবক্লবা মীচং খোম্বা য়াওবমই অমসুং জোইন্ট ফ্রন্ট অমা শেমদুনা চিনগা মায়োক্লনবা শেম-শাগদবনি হাযবমই। তৌইগুম্বসুং মদুনা সমস্যা পূম্নমক কোক্লগদ্রা? হাযবিবা ইলেমেন্টশিং অসিগী হৌব্রবা ইতিহাসনা ঐখোযদা কবি তাকলি। মখোযগী থম্মোইবু ঙম্নবা হাযদুনা কযা পীগ্রে, কযা থেমগ্রে, চাংযেং কযা তৌগ্রে। অবোইবদা ঐখোযদা ইমা লৈবাকসিগী শকক খব পীথোকলে। অদু ফাওবা মখোযনা পেনখিদে। মখোযনা কাশ্মীবদা লান্দাখি। মখোযনা পেন্নবা হাযদুনা কাশ্মীবগী শকক অহুম থোকপগী অমা পীগ্রে। ঐখোযনা মখোযদা ঈশিংখোং কযাগী ঈশিং পীগ্রে। পূম্নমকসিগী মথক্তা ঐখোযনা মখোযদা লুপা কৌটি মবিফু মঙাবোমগী শেনফম পীগ্রে।

তৌইগুম্বসুং পূম্নমকসিগী মমল ওইনা মখোয়না ঐখোয়দা কবি পীগ্রবগে? পার্টিশনদা চৎনগদবা টর্মশিংগী মখাদা হিন্দুশিংনা থনম্নবা পুবা যাদবা সম্পটিশিং অদুগী ক্ষতিপুবণ ওইনা লুপা কোটি চা কযা মখোযনা ঐখোযদা পীবা তার্বনি, অদুবু হৌজিক ফাওবসিদা ভাবতনা পাই অমা ফাওবা মখোযদগী ফংখিদে। ঐখোয়নদি মখোয়না দাবী তৌবা পূম্নমক পীথোকস্রে, তৌইগুম্বসুং ঐখোযনা মখোযদগী কবি ফংবা ঙমগ্রবগে? মখোয়দা পীবা যাবা পূম্নমক পীবে, মখোয তোর্কাখিস্রা? হৌজিক ঐখোযনা কাশ্মীব পীবে হায়না খল্লমি, মতুংদদি মখোয়না আসাম পীযু হাযবক্কনি অদুদগী বেঙ্গল। ঐখোয়না অসুম পীব পীবগা মখোয়গী অপাম্বদু অসুম হেঙ্গৎলকই। অদুনা অসিগুম্বা 'ব্রান বে ট্রাফিক' অসি লেগকদবনি।

পাকিস্থানগা ৱারী শানরগা হায়গদবা ৱাফমদি "চিনা অসি ভারত, পাকিস্থান লৈবাক অনিমক্কী অপুনবা খুদোং থীনগাই ওইবনি। চিনানা মায় পাকত্রবদি ঐখোয় লৈবাক অনিমক অসিগী নীঙতম্বা মাঙখিগনি। মরম অদুনা ঐখোয় পুন্না অমত্তা ওইনা শক্তি লৈরবা য়েক্রুবা অসিনা থেংনমিন্নসি। ৱারী শানবগী য়ুম্ফম ওইগদবসি মসিমগাই। ঐখোয়না মখোয়দা থেমদুনা অসুম লৈবব", লোইবা নাইররোই।

## মরুপ মশক খঙদোকউ

মরুপ মশক শেংনা খঙদোকপসি, ঐখোয়গা নোংচুপ লৈবাকশিংগা লৈনবা মরীগী মবমদনা হেন্না খন্ননগাই ওই। 'নন-এলাইমেন্ট' পোলিসি চংনবদা করিসু অবানবা লৈতে অদুবু মদুগী ওন্না-তৈনবদা 'নন-এলাইমেন্ট' চপ চানা ইন্দুনা চত্তবা অসি ঐখোয়গী পঙবদগী থোকপনি, তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গীসিদি 'নন-এলাইন' হায়বগা কম্যুনিষ্ট ব্লোক লোমদা হেন্না নকশিন্নে। ইংলণ্ড অমসুং ফ্রান্সনা 'সুইজ ক্যান্যালগী ৱাথোক্তা ইজিপ্তু লান্দাখি। ঐখোয়না লৈবাক অনিদুগী থৌদৌবু ইহান হান্না য়াম্না কনবা ৱাহৈদা হুন্দুনা ঙাংখি। অদুগা চিনানা টিবেটতা লান্দাদুনা লৈবাক্তু লৌশিনখিবা মতমদা ঐখোয়না প্রতিবাদ তৌবা ৱাহৈ অমফাওবা পনখিদে। অদুগা রুশিযান টেঙ্কশিংনা হেঙ্গেৰীদা নীঙ তম্বগী লালহৌ তৌরিবা মীশিংবু তকখায়বা মতমদা ঐখোযনা থৌদৌ অদু চুমই হায়না শৌগৎলমই। ঐখোয়না থাঙ্গেশেংনমক নন-এলাইন ওইববা অমসুং ডেমোক্র্যাসিবু পূন্না থাজমিন্নরবদি নোংচুপ লৈবাকশিংবু ঐখোয়না থাজনগাই ওইবা, অমগা অমগা মতেং পীন-লৌনবা য়াবা লৈবাকশিং ওইনা ঐখোয়না য়েংফম থোকপনি। তঙাই ফদনা, ঐখোয়না খুদোংথীবা তাববদা মখোয়দা য়েংবা অমসুং ঐখোয়দা মতেং পীরকপা তাবনি। রুশিয়া অসি ঐখোযগা মরুপ মপাং ওইবদা য়েৎনবা কয়া লৈরবফাওবদা 'মিগ' প্লেন মরি থারকখি, ওন্না থারকফম থোকপনি অদুবু খুদোং থীবা মতমদু লাম্থোকখ্রবা মতুং থা কয়াগী মতুংদা থুংলাখি। ঙক্লিবদি, প্লেনশিং অদু জহাজদা থাবকখি, নোংথক্তা থাবকখিবা নত্তে। প্লেনশিং অদু

পাইরকথিবগী ৱা অমত্তা তাখিদে। সরকারনা অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসি এলাইমেন্ট কৌরিব্রা নত্রগা নন-এলাইমেন্ট কৌবিব্রা খংদ্রে।

সরকারনা সমস্যাশিং অসিদা অতম্বা ৱাখল থমদুনা থবক পাযথংকনি হায়না আশা তৌই, শ্লোগান তমক কন্না কন্ন লাউদুনা দেশকী খুলাই পায়বদা দল অমগী মরন্নাই ওইবা ৱাফম ওইহল্লোইদবনি। ঐখোযনা অফংবা মফম অমদগী হেক্তা খুৎশু খুৎলাই লৈগদবনি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও থোক্লিঙৈগী মমাঙমক্তদা জর্মননা ইংলণ্ডদগী খুৎলাই লৈবা য়াববা অমসুং ফ্রান্সনা সেকেণ্ড ৱান ৱাব মমাঙদা জর্মনদা টেঙ্ক যোনবা য়াববদি অমসুং রুশিয়া যাওনা পৃথিবী লৈবাক পুম্বনা জর্মনদা লান মনুংদা অমেরিকাগী মিলিটবি এইড পীবা থিংলবা ফাওবদা জর্মননা খুৎলাইশিং ফংলবদা, ঐখোযনা কনা ওইগে ওইসনু অয়াবা লৈবাক্তগী খুৎশু খুৎলাই লৌনদা কবিগী হঙ্গোইবিবনো।

## থাজনবা সন্ত্রীশিংনা লানবল শাবা

ঐখোয়গী অৱাং থংবা ফ্রোন্টিয়াবদা যাম্না মরু ওইবা লাংদাই অমা লৈ মদু মপাঙ্গল কলহনগদবনি। মদু নেপাল হাযবিবা লৈবাক অসিনি। নিংশিংবা ঙমদ্রবা মতমদগী হৌদুনা নেপাল ঐখোযগী জাতিগী পুন্সিগা অমত্তনি হায়না শকতাক্লবকলিবনি। মসি 'সোববিন ষ্টেট' অমনি। মীখা পোন্দবা, অৱাংবা লৈবাক ঙাকপগী শক্তি লৈবা লৈবাক অমনি। মসি ঐখোযদা নুংঙাইনঙাই ওইবা অমনি। লৈবাক অসি পিকই, মসিবু তকখায়দুনা মাঙহন্দনবা যেংবা হাযবসি ঐখোয়গী ইথৌনি। অচৌবা চিনগুম্বা শক্তি লৈবা লৈবাকনা শফু পীদুনা নেপালনা মহাক্কী শোন্থবা মতাং অমদা 'লাসা-কাটমণ্ডু বোড প্রস্তাব য়াখিবনি। অদুনা নেপালগী নীঙতম্বা অমসুং সোবেরিন্টি ঙাক্তুনা থম্বা অসি ঐখোয়গী যেংগদবা ইথৌনি। ঐখোয় লৈবাক অনিমকসি খুদোং থীবা মায়োক্লরি। ঐখোয়না নেপালগী সোবেরিন্টিবু ব্যবহার তৌগদবনি, অদুগা ঐখোয়গী অশেংবা অদু মখোয়গী

পুক্লিংদা থাজহনগদবনি। লৈবাক অসিগী লালহৌবশিংনা ঐখোয়গী ওয়খৈ লমদমদা চঙজফম লৌরি। মসি নেপালদা থম্মোই চাকপা মরম ওইহল্লি। মসিনা হ্ চেনবা এন্টি ভারত প্রোপ্যাগণ্ডা কয়া থোকহল্লকলি। অসিগুম্বা লালহৌবশিং অসি লাকশিনগদবনি অমসুং হান্নদগী লৈরকপা মরূপ মপাং ওইবগী মরীদু নৌনা লিংখৎকদবনি।

ঐখোয়গী অশেংবা ইমা লৈবাক অসি ঙাক্তূনা থম্বনা অহানবা ঐখোয়গী মনুংগী অমসুং মপানগী পোলিসিগী ম্বারেপচে ওইগদবনি। মদুগীদমক্তা, দরকার লৈরবদি চিংনবা অমত্তা লৈতনা ওয়খৈ লাম্বোক্কদবনি। ঙসিদি দলাই লামা ঐখোয়গী ইরক্তা লৈরি। টিবেটানশিংনা মখোয়গী লৈবাক্তা চাইনিজশিংবু কন্না থিংনবা হোৎনরি। মসি ঐখোয়গীদমক্তা টিবেট নীঙতম লালগী ফেক্টর অমনি। দলাই লামানসু মশাগী ওইবা মীরৈবাক্তা মুম্ন হোংলক্লবা সরকার অমা শেমসনু অমসুং টিবেটপু নীঙতম্বা লৈবাক অমা ওইনা লাউথোকসনু। লৈবাক অদুগী নীঙতম্বা ঙাক্লনবা চৎথরকপা লানফমদা ঐখোয়না দরকার ওইবা পুম্নমক মঙোন্দা পীসনু। মনীঙ তম্বা টিবেট অমা নত্রবদি ঐখোয়গী অরাংগী ওয়খৈ ঙাকপা অসি অচম্বা ফাগি তারগনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী প্রাইম মিনিষ্টরনদি মদু 'ম্যানিফেষ্ট ননসেন্স' ওইগনি হায়। মহাক্লা লৈখা তারবা জাতি অদুগী নীঙতম্বা ঙাকপা অমসুং ঐখোয়গী ন্যাশন্যাল সেক্যুরিটিদা দরকার ওইবা পোৎ অসিবু মহাক্লা য়াদবা অসি করিগীনো। ঐখোয়গী ভক্তি তৌনরবা প্রসিডেন্ট ডা: রাজেন্দ্র প্রসাদনা হায়রমই , মদুদি ঐখোয়না ঐখোয়গী ওয়খৈ ঙাকপগী আশা তৌরবদি য়েক্লবগী লমদা লান চথদ্রবদি ওইথোকলোই, অদুনা টিবেট নীঙ তমহনবা হায়বসি ঐখোয়গী অহানবা 'মিলিটরি ষ্টেপ' ওইগদবনি।



# ঙম্নবা থেংনৌ

২। অচুম্বা দর্শন

**অশেংবা শীঙনবকপা:** লমচৎ-শাজৎতা খুদোংথীনঙাই ওইবা মকোক্তগী মতোন ফাওবদা লমচৎ ফিদম্নফম ওইব' থৌগৎপা হিন্দু ন্যাশনননা ইতিহাসকী ওইনা কৌবকপা-লুচিংবশিংগী মঙলান-লিব্যালিজমনা কৌবকপা নাকল নামতনা ফবগী লাইবক-অশেংবা ন্যাশনগী পাঙ্গল শক্তি-পাঙ্গল শক্তিনা মকপ মপাং ফংই-আশীর্বাদ; কবম্বা মতমদনো'

ঐখোযগী মনুংগী বির্সোস পূম্নমক মপৃঙফানা শেমগৎলগা, লৈবাক মনুংগী মাঙতাক্লঙাই ওইবা শাক্তশিং মুৎথৎলগা যেক্লবশিং মপৃঙ ফ'ন' লাকশিল্লগা মালেমগী লৈমায়দগী লোইবনাইদবা শক্তি পুক্কে অমা শেমগৎকদবনি। ঐখোযনা জাতি অসিগী মক্তবা ন্যাশন্যাল ক্যাবেক্টব অমা শাগৎকদবনি। মখোযশিংসি যাওদ্রবদি মপান্দগী ফন যামবা মতেং লালগী মপোং মচৈ কয' পীবক্তনসু থোইনা কান্নবোই।

## অশেংবা কিহল্লকপা

ঐখোয়না খঙই, মদুদি চিনদা ডেমোক্রেটিক ফোর্সশিংনা মাযথাখিবা অমসুং কম্যুনিষ্ট বিবেলশিংনা মাযপাকখিবা অদুগী লাইথাই গাহনখিবা মবম অমদি ডেমোক্রেটিক ফোর্সশিংগী 'লমচৎ নাইদবা' মচৎ অদুর্নান। অমেবিকানা লৈবাক্তদা ডেমোক্রেসি কন্ননবা হোৎনখি। মখোযনা ডোল্লব মিলিয়ন কযা

অমসুং হৌজিক মতমগী য়ামথ্রবা অফবা খুৎশু-খুৎলাই কয়া পীখি, লাম্নীশিংদা অফবা খুৎশু-খুৎলাই পীদুনা কম্যুনিষ্টকী লালহৌ অদু মপৃঙ ফানা থেংনবা ওন্নবা তৌখিবনি। তৌইগুম্বসুং ইতিহাসনা ঐখোযদা হায়বি মর্দুদি আর্মিগী অফিসারশিংনা ফাওবা কবিসু লৈতনা অপিকপা শেনফম লৌদুনা অমেরিকাগী খুৎলাইশিং অদু লালহৌবশিংদা যোম্লোকই, মদুগী ফলদি রিবেলশিংদুনা খুৎলাই অফবা পার্যখি অমসুং ন্যাশন্যালিষ্ট আর্মিশিং মায়থীবা পীখি।

যুমলোমদা নকশিল্লক্লগা, অসি গুম্বা মশিং খঙদবা খুদম পীনগাই ওইবা থৌদোক কয়া লৈখি। খুদম অমা ওইনা পল্লবদা, মসি পূম্নমক্লা পাক শন্না খংনবা রাফমনি মদুদি পাকিষ্টানিশিংনা অসামদা ষবৌ অমা শিল্লমই। পাকিষ্টান মচা কযানা ইষ্ট বেঙ্গললোমদগী ফাওজিল্লক্লগা অসামদা মবেল্লা লৈতনা চঙশিল্লকই। মখোযদা মফমদুদা খুন্দা লৈতাশিল্লি। মদু অসাম অসি মুসলিম মেজোরিটি ষ্টেট অমা ওইননবা ষবৌ শিন্নবনি অদুগা মদুনা মমৈদা পাকিষ্টানদা তিনখিনবনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোযগী সবকাবনা মদু মাযোক্লনবা হোৎনবা পাল্লমদে। ঐখোযনা ১৯৫০ দগী নোট অফ অলার্ম পীববা ফাওবদা মখোযনা মিৎ উইশিন্দুনা লৈথোক্লমই। মতুংদা হংলকই "মখোযশিংদু পাকিষ্টানিশিংনি হায়বা কবম্লা শকখঙবগে'" আসামগী মীশিংনা চোংথোবক্লুনা আইন কায়না চঙশিল্লকখিবা পাকিষ্টানিশিংগী মমিংশিং ঠিকানা, যাওবা লিষ্ট অমা শেম-শাবমই অদুগা সবকাবদা পীশিল্লমই। গবর্ণমেন্টনা অফিসার অমা থল্লমই, মহাক্লা লিষ্ট অদুদা যাওবা মীশিং থিগৎনবা অমসুং রিপোর্ট পীখৎলক্লবনী। অফিসার অদুনা থি-হুমলুবে অদুগা রিপোর্ট অমা পীখৎলে। রিপোর্ট অদুদা অসুম্না হায়; "লিষ্ট অদু পুন্নান লাল্লি, 'পাকিষ্টানদগী মী ইবাক লাকখিদে"। কবি মবমদগী মহাক্লা অসুম্না রিপোর্ট পাববনো' মমৈদা অসুম হাযনা খঙনবকই মদুদি মঙোন্দা যাম্না চাউবা শেনফমদা শেল পীজখি।

লোর্ড এটলি, বৃটিনগী শকনাইববা লেবব লুচিংবা অদুনা আর্টিকল অমদা ঐখোয়গী লৈবাক্কী গবর্ণমেন্ট মেছিনবি অসি মনুং চনবা শকক য়ৌনা

করণ ওই হায়খি। মহাক্না হায়খি মদুদি অসিগুম্বা লৈবাক অসিদদি কম্যুনিষ্টশিংনা ষ্নৈখায় থিজ্জাই তৌবদা মায় পাকই। মহাক্না এশিয়ান লৈবাকশিংগী য়াম্না মরু ওইবা মীশক অমদা হংখি মদুদি মখোয় কম্যুনিষ্টশিংগী মাংহন তাকহন্নবা তৌবা ঈহৌ অদুনা মখোয়গী লৈবাকশিং অদদা কিহল্লকপা লৈব্রা, মদুদা নুপা অদুনা য়াম্না মরু ওইবা পাউখুম অমা পীবকখি, মহাক্না হায়খি, "ঐখোয়গী এডমিনিষ্ট্রেশনশিং অদু করপশন অমত্তা লৈতে, মরম অদুনা ঐখোয় মদুগী অকিবা লৈতে। অসিগুম্বা বার্নিং অসি য়াম্না মীশক নাইরবা, মপূং মরৈ ফারবা রাজনীতি খঙবা অমনা পীবনি, মসিনা ঐখোয়গী মনুংগী মাংনবগী মশক ওইবা চাথৎপা অসি ঙাহক লেপ্তুনা খম্বফম থোকই।

## মরী লৈনবা অনাবা

লমচৎ-শাজৎ মাঙবগী খুদোং থীবা অসি য়াম্না শাথীবা থৌরম অমনি। ঐখোয় মসিগী মায়োক্তা কন্না লাম্থেংনবা তাবনি, চম্নগী ব্রা ওইনা ঙাংনব নত্রগা অতোপ্পবু সমালোচনা তৌবা নত্তনা পোৎ অসিগী মরু থেংনা চথবা অসিনি। চুম্না সমালোচনা তৌবতনা করি অমত্তা ফংবা ঙম্লোই, কনাগুম্বশিংগী মমিং লৌদুনা ঐখোয়না মখোয়গী লমচৎ-শাজৎপু চুমথোকপা ঙমগদ্রা। ওন্ন-তৈনবদা, অতোপ্পগী মমিং লৌশিল্লুবনা ঐখোয়দা হেন্নদুম বদনাম তৌরক্কনি। অদুদি কমদৌনা লমচৎ-নাইদর্বাশিংগী ভূত অসি ঐখোয়দগী করম্না মরু ফুক্না মুথৎপা ঙমগদগে।

ঐখোয়না নিংথিজনা খঙই মদুদি মী অমনা 'ইমমোর‍্যাল' অমসুং 'করপ' ওইরকপা হায়বা অসি মাগী পুন্সিদা মশাগীতা য়েংবা হায়বা অসিনা চাং য়াম্না হেঙ্গৎলক্লবা মতমদা ওইগনি। মশাগীতা য়েংবা অদু অসুম হেঙ্গৎলক্লগা মশাগী অপাম্বা অদু থুংননবা ফজদবা মওংদা উপায় থিরকপগী হৈনবী ওইরকই। নুপা অমনা মশাগী ওইজবা থিদ্রবদি মহাক কৈদৌঙৈদসু ফত্তবা ওইরক্লোই অমসুং মহাক্কী লমচৎতা অমাঙবা লৈরকলোই। মহাক পুকচেল শেংবা অমা ওইরক্কনি।

হৌজিক মতমসি মশাগীতা য়েংবা অসি অসুম হেঙ্গৎলক্লে। মী খুদিংমক মহাক্না ফংফম থোকপা অদুদগী হেন্না ফংবা পাম্নরকলে। মহাক্না ফংলিবা লম্বী অদু অফবরা ফত্তবরা হায়বা থোইনা থৌশারক্লে। ফত্তবা ওইরবদি মশানা লমচত্তা মাঙবগী খুদোংথীবা ওইরকই। অদুনা ঐখোয়না মীগী মশাগী ওইজবা থিবা অসি লাকশিন্নবা হোৎনগদবনি। মসি য়াম্না লুবা থবক অমনি। ঐখোয় মীওইবসি শেন্নকপদা ইশাগী ওইজবা খরা য়াওরকপা হায়বাস মশানা তাবনি। ঐখোয় খুদিংমক সাধুমক্তি 'নত্তে'। ঐখোয় ঐখোয়গী ইমুং মনুং থাদোকপা ঙমদে, কৌপিনসু শেত্তুনা লেনবা ঙমলোই, মসি ঐখোয়দা ওইথোকলোই। সমাজ পূম্নমক অসিগা মরী লৈননা সমাজ ফননবনি হায়দুনা মদু মতেংসু ওইবোই। ইশাগী য়েংবা খরদি লৈগনি, হকচাংগী, ইমুং মনুংগী অমসুং মখোয়দা মতমসিগা চাননা য়ামদ্রবদা নুংঙাইবা খরদি পীদবা য়ারোই। মরম অদুনা ঐখোয়না মী অমনা সাধারণ ওইনা নুংঙাইবা পুন্সি অমা লেন্নবা হোৎনরিবা অদুবু ফত্তনা খল্লুবসু য়াদে। অদু ওইরবদি মদুনা ঙমখৈ ওইবা তাবরা? ফনাগুম্বা অমনা ঙমখৈ অদুদগী লাম্থোক্লগা মশাগী ওইজবতা থিবদা পুন্নুপ লুপশ্রবা, মী পূম্নমক্কী অমাঙবা ওইহল্লক্রুবা, অদু ওইরবদি পূম্নমক্কী চৈনফম ওইরক্লগনি।

## মোর‍্যালিটি মথক্তগী মখারোমদা

মশাগীতা য়েংদুনা ঈঙাও ঙাওনা চেল্লিবা অসি কবম্না লাকশিনগদগে? ঐখোয়না মীশিংদা পাউতাক পীদুনা মখোয়দা লেকচর তৌরুবনা করি তৌগনি? সদাচার সমিটি শেমদুনা ময়াম পুন্না ব্রাশকমিন্নবনা লাইনা থাদবকপদৌনা কান্নবা ফংবা ঙমগদ্রা? চুমনা মোর‍্যালিটিগী মরমদা লেকচার পীবা অমসুং ব্রারকপনা মীগী মোর‍্যাল চুমথোকপা ঙমলোই। মখা তাবদা মোর‍্যালিটিগী মরমদা লেকচর পীবা মীশিং অমসুং ব্রাশক লৌহল্লিবশিংদু মখোয়গী পুনসিদু ঐখোয়না য়েংশিল্লুবা ঙম্বা নত্তে।

মতম অমদা ঐনা সাধু অমা উন্নরমই। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রমই মদুদি মহাক্না গবর্ণমেন্ট অফিসকী কেরানী অমসুং অতোপ্পা হন্থবা ষ্টাফশিংদা 'ক্যারেক্টর'গী অমসুং করম্মা করপ ওইরোইদগে হায়বনচিংবগী মরমদা লেকচর পীরমই। গুরুজীনা হংলমই, 'করম্মা নহাক্কী মিশন অদু মায় পাক্লকপগে? নহাকন পৈশা খরদং চারন্থা য়াবা চপ্রাসি অদুদি য়াম্না লাইরবা মাগী ইমুং মনুংগী মীশিং অদু চরা অনি শুনা মপুক থন্না পীজবা ঙমদবা অমনি। ফিভম অদুদা, মহাক্না শেল খজিক্তং চারুবা হন্থবা থবকসি ঐখোয়দা মিনুংশি পোকনঙাইনি, থাঙ্গৈশেংনমক মহাক্না তৌরিবা থবক অদুবুদি চুমই হায়বা ঙমফম থোক্তে। অসুম্না ঐখোয় অৱাংবরোমদা মকোক লোমদা অমুক লেকচর তৌদুনা য়েংসি। য়েংসি মখোয়বু চুমথোকপা ঙমব্রা হায়দুনা। অদুদগী সাধু অদুনা হায়রমই "তৌইগুম্বসুং অচৌবশিং অসিদি ফৈ।

গুরুজীনা খুদম অমা পীদুনা হায়রমই। ঐখোয়গী রাজনীতিগী লুচিংবা ময়াম অসিগী মরক্তা ভদ্রলোক অমা লৈ, মহাক অদু লৈবাক অসিবু লৈসি লৈথোল্লি অমসুং নুংশি। হৌখিবা অকোনবগী ইলেক্সন অদুগী মমাঙগী মতম অমদা মহাক অদু ইলেক্সনগী দমক্তা লুপা খাউজাও খুদোলপোং ওইনা তম্মনবা সহর অমদা মহাকপু বার্ত্তন তৌরমই। অচৌবা কারবার ৱালা কয়া অমসুং ইন্দ্রষ্টি তৌবা ইনাকখুনবা কয়ানা কমিটি অমা শেমদুনা য়ামগ্রবা শেল খোমজিল্লমই। য়াম্না চাউবা ফঙ্কসন অদুদা, নুপা অদুবু থাগত্তুনা স্পিচ কয়া পীনরমই, মখোয়না মঙোন্দা অচৌবা শেঙ্গাওদু কৎলমই। নুপা অদু হৌগৎলক্লমই অমসুং মহাক্কী পাউখুম পীরমই। মহাক্না হায়রমই সিদা তিল্লিবা মীশিং অসি ব্লেক মার্কেটিং তৌবা মীওই ঙাক্তংনি, মখোয়না ঐঙোন্দা কৎলিবা শেলশিং অসি মখোয়না তৌরিবা পাপকী মহৈ ওইনা ফংলকপা ঙাক্তনি, মসি শোকপদা ফাওবা পাপ ওইগনি, ঐনা খল্লি মখোয়শিং অসি মীয়াম মমাঙদা লিচৈনা ফুবা য়াবনি অমসুং থৌরি য়ান্দুনা হাৎপা য়াবনি। ৱাহৈশিংসি মহাক্না য়াম্না ৱাংবা মোর্য়াল টোনদা ঙাংলিবনি। তৌইগুম্বসুং অচৌবা শেঙ্গাওদু লৌশিল্লগা মহাক তুমিন্না চৎব্রে, লাইবক ফবদি সাধু অদুসু

থৌদোক অদু খঙলমই। অদুদগী গুরুজীনা সাধুদুদা হায়রমই 'চৎলু সিগুম্বা অচৌ অশাংশিং অসিদা অহানবা ওইনা চুমথোকউ।

মকোক থোংবশিংগী মোর‍্যাল ফরবা অদু ওইরবদি সমাজগী খ্বাইদগী হম্ববা মীওইশিংগী থাক ফাওবদা তপ্না-তপ্না ফগৎলক্কনি অমসুং সাধারণ ওইনা পুম্নমক্কী অফবা লমচৎ শাজৎ ওইরক্কনি। ঐখোয়না লমচৎ শেমগৎপা অসি মখারোমদগী মথকলোমদা শেমগৎপা য়ারোই, মথক্তগী মখারোমদা শেমগৎকদবনি। অমরোমদা মশা-মউ নুংঙাইহন্নবা শেমগৎপা অসিনা মখাথংবা রোমদগী হৌগৎকদবনি। সমাজগী পুক্সিগী খ্বাইদগী নেম্বা থাক্তা লৈবশিংবু মবুক থলহনগদবনি। অহিং নুংথিল থায়দনা ব্রানা শুদুনা চাবশিং অসি থাঙ্গৈশেংবমক সমাজগী লেমজনফম ওইবদা ইকাইবা পীবনি। মকোক থোংবা মীশিংনা চবা হেনবসু ওইসনু মদু ঐখোয়না লুনা ব্রাখল তৌফম থোক্তে। তৌইগুম্বসুং, মতৌ করম্না সমাজ অসি নৌহৌনা শেমগৎপা অমসুং মরা চেৎপা ওইহনগনি। হকচাংগী চঙদবা যাদবা পোৎ-চংগী ওইবশিংনা মখারোমদগী মথকলোমদা অদুগা মোর‍্যালিটি হায়বদি লমচৎ-শাজৎ ফহন্নবা শেমগৎপনা মথক্তগী মখারোমদা চত্থগদবনি।

হৌজিকমক চৎনরিবা ফিদম্নফম ওইবা লমচৎ-শাজৎ অমসুং অফ-ফত্তগী ব্রাখল অসি জাতিগী পুক্সিগী অব্রাংবা থাক্কী মীওইশিং ফাওবদা হম্বকপা অসি পুম্নমক্না খঙনরে। পুনসিগী অব্রাংবা থাক্তা লৈবা মীওইশিংসি শিংলবা অমসুং মহে-মশিং হৈরবনি। মখোয়না 'মোর‍্যালিটিনা করিনো 'ইমমোর‍্যালিটিনা করিনো মুন্না খঙই। মখোয়না বিষয় অসিদা য়াম্না চঙখোনবা পাউতাক পীবসু ঙমই। অদু ওইরবদি ঐখোয়না অসিগুম্বা মীওইশিং অসিদা চমনা পাউতাক পীরুবনা করি ফংবা ঙমগনি।

ঐখোয়না ঐখোয়গী মীশিংগী 'মোর‍্যাল ষ্টেগুরস' আইনগী পাম্বৈনা ফগৎহনবা ঙমগদ্রা? য়ু থকপা থিংবগী ব্রাফমসি লৌখৎসি। মসি বাজ্য অয়াম্বদা আইনগী পাম্বৈ শিজিন্নদুনা থিংনবা হোৎনরি। তৌইগুম্বসুং, রাজ্যশিং অদুদা অরানবা মওংদা য়ু শুংদুনা কান্নবা 'কোটেজ ইণ্ডষ্ট্রি' ফজনা

চাওখৎলকলি। অদুনা চুম্না আইন শেম্বতনা 'মোব্যাল' দা হেন্না ফবা কান্নবা খুৎলাই অমা ওইবক্তে।

থাঙ্গেমকশেংনা হায়ববদা মশাগী ওইজবতা খনবা অসি লাকশিন্নবা লম্বী অমখক্তং নৈ। মীশিংদা থবক্কী, হিংনবগী অমসুং শিননবগী 'আইদিয়্যাল' অমা পীবা তাবনি। অদুদগী, মী অদুনা মাগী আইদিয়্যাল অদু ঈবাংচদুনা হিংলবদি মহাক্না মশাগীতা যেংদুনা চৎলিবা অদু থিংবা ঙমগনি অমসুং হেন্না ফবা লমচৎ শাজৎ ওইবক্কনি। মীশিংদা আইদিয়্যাল অমা পীবা, অৱাংবা অমসুং অশেংবা আইদিয়্যালনা মহাক্কী থম্মোইদা মহৌশাগী ওইবা খোম্থাং যৈহনবা অমসুং ঈদা ঈহন তমহনবা অমসুং অদুগুম্বা ঈগী ঈহুল অদুনা মীবোল কয়া লালহল্লকপা ওইগদবনি। অদু ওইববদি চুম্নগী লম্বীগী মী অমনসু মশামক্কী লমচৎ-শাজৎ অমসুং থৱায যাওনা নীংবা অদু ফাওবা হেন্জংলক্কনি। অসিগুম্বা পুক্লিং যৌগৎপা ফিদম্নকম অসিনা ঐখোয়গী অশেংবা হিন্দু রাষ্ট্রগী মঙাল অমসুং মতিক মগুণ খঙলকপনা ওইগনি।

"ঐহাক অচৌবা 'হিন্দু ন্যাশন অসিগী মচানি, মীবোল কয়া চুপনা ঐহাক মতিক মঙাল লৈববা ইপা-ইপুশিং অদুনা মসিবু খ্বাইদগী চাউবা অমসুং খ্বাইদগী চীঙলেম্বা ন্যাশন অমা ওইননবা হোৎনবকখি-ফিদম্নফম ওইবা মীশিংগী ফিদম্নকম ওইবা জাতি অমা মালেমগী লৈমায অসিদা। ঐহাকসু অদুগুম্বা মান্নবা পম্বুং অদুগীদমক্তা হিংগনি অমসুং হোৎনদুনা লৈগনি"। মসি মহৌশা ওইনা ঐখোয়না ইপা-ইপুদগী ফংলকপা রাখলগী ঈহৌনি। ঐখোয়না মসি ঐখোয়গী ঈ-ভোংদা ফাওই। অসিগুম্বা মহৌশা ওইবা অৱাংবা থাক্কী যৌগৎপা অসি মিকপ থোকহল্লবদি, ঐখোয়গী মীশিং অসি মখোয় মশাগীতা যেংবা রাখল কোকহন্দুনা অশেংবা জাতিগী মওং মতৌ অদু মখোয়গী নোংম-নোংমগী পন্সিদা ফোংদোবক্কনি।

হৌজিক মতমগী জাতিগী মেন-মান তাদবা ফিবমসিদা ঐখোয়না আইডিয়্যালিজমদা যাওবিবা মচাকশিং অদু যৌশাদবা য়াদে। ঐখোয়না কুরুক্ষেত্রগী লানফম ময়াইদা, লানগী লানবুঙ থিন্নবক্কবা, মোইবুং

খোংগংনরক্লবা মতদা আর্জ্জুন লম্মী তেঙ্গোল অনিগী ময়ায়দা লেপ্তুনা; শ্রীকৃষ্ণনা মঙোন্দা মতম চুপ্পগী ওইবা মশাগী য়েংদবা ধর্ম্মগী ওইবা পুক্লিং থৌগৎনিঙাই ওইবা পাউজেল তমবীখি অমসুং লাম্না লৈতবা থৌনা লিংজেল পীদুনা মায়পাকপা পুরকহনখি। থৌনা ফবা মীওই অমা হায়বা অসি ফিদম্লফম ওইবা মীৎয়েংনা থৌগত্তুনা থৌনাফবা অদুগী মঙোন্দা লৈরম্বা খ্বাইদগী ফবশিং অদু ফোংদোকহল্লকপনা ওইগনি। মহাক্কী বাখন্দা লাইভ ভেল্যু অদু শেংনা উদুনা করিগীদমক্তা মহাক্না লান থৌগদৌরিবা অমসুং দরকার লৈরবদি করিগী শিগদৌরিবা হায়বদুসু খঙবা ঙমই। ‘ইকনোমিক প্লানগী মরমদা ঙাংব-শকপা অমসুং ইন্দ্রষ্ট্রীগী মায় পাকপগী বারীনা অব্বাবা খাঙবা অমসুং ওইজবা থাদোকপগী মথুম মরাং হৌহনবা ঙমদে। চগংননা ঐখোযগী ইমা লৈবাকপু হন্দুনা ঙাংবা বাঙাং বাতা “অনফিট ফোর হ্যিউম্যান হ্যিবিটেশন” ম্লো বাউণ্ড, ‘নোট ব্রেড অফ গ্রাস গ্রোইং দেয়ব’ অসিনচিংবা, অসিনা মীয়ামগী থব্বায় য়াওবা লীংজেল পূম্নমক হাৎলি, অদুনা য়েক্লবনা লমদমশিং অসি লৌশিনখ্রবসু মখোয়দদি করিসু খেন্নবা লৈতে। মরম অদুনা পূম্নমক্কী ওইনা অশেংবা ইমা লৈবাক্তা লাইনীঙ ওইবা, থৌগৎপা অমসুং জাতিগী ওইবা তমজনফম ওইবা কয়া লৈমায়সিদা লৈবা মচা পূম্নমক্কী থম্মোইদা হক্লনা থম্বা যাম্না দরকার ওই।

ঐখোযগী হৌখিবা অমসুং হৌজিক মতমগী থৌনা ফববা ফ্রিদম ফাইটব পূম্নমক হিন্দু বাষ্ট্রগী অহিংবা মিৎযেংনা থৌগৎখিবা ঙাক্তনি। মসি ময়াম অমত্তা ওইনা অপূনবর্গী খোল্লাউ লাউবা, মীযাম হুপনা দেশকী মচি অমদগী অতোপ্পা মচি অমা ফাওবা পূন্না থবক পায়খৎমিন্ননবগী মিকপ থোকহন্নবা কান্নবঙাই ওইবা পার্ম্বেনি। মিৎয়েং অসি তশেংনা উদ্রবা নত্রগা উখিদ্রবা অদু ওইববদি মীশিং অসিসু অনাবা হঞ্জনবদৌনা থবক ঙল্লকলোই অমসুং মীনাইগুম্না তোম্বনা লেল্লকনি।

১৮৫৭ কী নীঙতম লালহৌগী পারা অদু ঐখোয়গী মাঙদা তাদুনা লৈরি। রিবোলুশন অদুগী অচৌবা লুচিংবশিং অদুনা অহানবা খুথাদা দিল্লি

লৌশিল্লমই অমসুং বৃটিশকী মখুত্তা ইচম চম্না শান্নপোং ওইদুনা লৈৰবা মোগোলগী বাদসাহ অদু থাদোক্লমই। মখোযনা মহাকপু দিল্লিগী সিংহাসনদা নীঙতম্বা নিংথৌবেল অমা ওইনা ফম্বাল তোংহল্লমই অমসুং নীঙতম লাল অদুগী লুচিংবনি হায়না লাউথোক্লমই, মসি থাঙ্গেশেংবমক্তি দিল্লি সিংহাসনদা বাজভক্তি লৈবা মী কাংলুপ খুদিংমক্কী মতে. অমসুং যাইফ-ত্রাখল অদু ফংননবা তৌবম্বনি। তৌইগুম্বসুং খোঙথাং অসিনা হিন্দু মীযার্মাশিংদা হান্না মচেৎ মচেৎ তানা থুগায়খ্রবা, মীওৎ মীনৈ যাম্না তৌবা মোগোলগী শাসন অদু অমুক হিংগৎহল্লকনি অমসুং মতোল লোমহল্লকনি হায়বগী চিংনবা কন্না লৈবমই। মবৈপাক নীঙবা থৌনফবশিং, গুরু গোবিন্দ সিংহ, ছত্রসাল, শিবাজী অমসুং অতৈ কযানা দেশকীদমক্তা কথোকখিবশিং অদু অবেম্বা তাবগনি খল্লবমই। মখোযনা মদু ইংলিসমেনশিংদগী হেন্না শাথিবা অমা ওইগনি হায়না ফাওনবমই। হিন্দু স্ববাজগী আশানা থৌগৎলবা হিন্দুশিংদা অচৌবা হিন্দু জেনেবেলশিং, নানা সাহেব পেসবা, টাটিয়া টোপি, বাণী লাক্ষ্মীবাই, বানা কুনৱাব সিংহনচিংবদা লাল তৌনিংবগী হৈনিংবা মাঙলমই। ইতিহাসকাবশিংনা হাযবা মতুং ইন্না মদু লাইখাই তাহনবা যেক্টর্বাশিংগী মনুংদা অমা ওইবমই হায, অমসুং মদুনা মমৈদা বিবোলুশন অদু মপুঙ ফানা 'কীন্থখিবমই।

চহি কুমজা কয়া চথবক্লবা জাতিগী মীংযেং অসিনা পুক্রিং থৌগত্তুনা মীশিংবু অৱাংবা থাক্কী মশাগী ওইজবা থিদবা, থাদোকপা অমসুং লিংজেল লৈবা ওইহন্দুনা অহিংবা জাতিগী শকফম অমা লৈবাক অসিগী মতোল অমদগী অতোপ্পা মতোল অমা ফাওবা লাকচবা যাদবা জাতিগী মপাঙ্গল শেমগৎপা তাই। মসি তৌববতদা ঐখোয়না চিনা অমদি লায়বদনা চিনা তবা কোক নোলহনবা ভুমগনি।

## মঙ মঙলিবশা মিকপ থোকলো

য়াম্না শাথিবা অথিংবা অমা ঐখোয়দা লৈবিবা অসিদি জাতিগী মপাঙ্গল শাগৎপগী মতাংদা ঐখোয়গী ৱাখন্দা ফোংদোক্তনা থাক্লনা থল্লিবা অসিনি।

জাতিগী পাঙ্গলগী খ্বাথল অসি হৌজিক মতমগী ঐখোয়গী লুচিংবশিং অসিদদি শাপ অমনি। ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী খ্বাথলগী মওং অসি যেশা তৌবদা হৈনিংদবা মতৌ ওইনা তৌই। মখোয়না মপৃঙ ফানা ধর্ম্মদা মায়ওনশিন্দুনা পুৎ্যা চেনবগী মওংদা অকুবা খ্বাগুম্মা ঙাক্তনা ঙাংশকই। হান্দক্তনা ঐখোয়গী দায়ী লৈবা লুচিংবা খবনা 'ইউনিল্যাটর‍্যাল ডিসআর্ম্যামেন্ট' কী খ্বাবু নীংঙক নীংঙকপদা ঙাংলিবসি 'ইউনিল্যাটব্যাল সিউয়িশাইড' তৌবা নত্তনা অতৈ করিসু ওইরোই। যামদ্রবদা, ১৯৫৪ দগী হৌদুনা ঐখোযগী লুচিংবশিংদুনা চাইনিজশিংনা লান্দারকই হায়বসি মশানা যাদুনা খঙদুনা লাকখ্রবনি। তৌইগুম্বসুং মখোয়না 'পঞ্চশীল' গী মঙলৈবাক্তা তাউদুনা লৈখ্রবনি। চহি নিপাল অসিগী মনুংদা ঐখোয়না খুৎলাই মতিক চানা পাযদুনা ঐখোযগী ঙাকশেল থৌবাং অসি মীনা জয় তৌবা ঙমদবা অমা ওইনা শেমগৎলম্বা য়াবনি। তৌইগুম্বসুং ঙসিদি ঐখোযগী লাশ্মী তেঙ্গোল অসি যাম্মা পিকই, খুৎলাই ইবৈ লৈতে, অমসুং ঐখোয়গী বোম্বব ফাইটব প্লেনশিংগী নোংমৈ মরু পুথোকপা ঙমদে, টেঙ্ক, মিলিটবি ট্রান্সপোর্ট অসিনাচংবা কয়াসি পৃম্মক থৌশাদনা লৈরমলে। য়েক্লবগী এরোপ্লেন কাপথনবা এন্টি-ইয়াবক্রাপগন ঐখোয়গী লৈরমদে। অদুগা ঐখোযনা "ডিসআর্ম্যামেন্ট" কী খ্বাত্তা ঙাংদুনা লৈবে। ঐখোযনা ঐখোয়গী খুলাইদি ইবৈ লৈতনা কবম্মা 'ডিসআবম' তৌগদৌবিবনো?

ঐখোযনা পাউচে শিংদগী পাদুনা খঙবা ঙমই মদুদি ঐখোযগী ওডিন্যান্স ফেক্টৰিশিংদা কোফি তকখাযনবা মেছিন, প্লাষ্টিক বেগশিং শাই। মখোযনা চুম্মগী ট্রকতগী হেন্না হৃম্ববা কেপাসিটি 'শক্তিমান' কৌবা ট্রক গাডী অমসুং পুথোকই। হার্যবিবা 'শক্তিমান' ট্রক গাডী অদু অহানবা সেম্পল ট্রায়েল তৌবদা তেক্তুনা ফমথখি। তৌইগুম্বসুং হৌজিক ঐখোযগী লুচিংবশিংনা পারা অমা তমহৌবদৌনা উবে, ঐখোয়গী মমল যাম্লবা সিফাইশিংগী পুক্তি ফয়া মাঙখ্রবা মতুংদা খঙলক্লিবনি। ঐখোয়গী প্রাইম মিনিষ্টরনা য়ামনা পুকচেল শেংনা চিনানা ঐখোয়বু মঙলৈবাক্তা তাউহন্দুনা

লৈরুবদগী অশেংবা সংসার অমদা মিকপ থোকহল্লে হায়না মরাল য়াজখি। নোংমা মফম অমদা মহাক্লা অনৌবা জ্ঞান তারকপা অদু ফোংদোক্লদুনা হায়খি, "উই কেননোট সরবাইব উইদাউট স্ট্রেংথ"। ৱাফম অদুদা লাক্লবদি লাঠিতা পায়দুনা ঐখোয়না লাল তৌবা ওমই। অদুগা ঐখোয়গী হোম মিনিষ্টর লাল বাহাদুর সাষ্ট্রীনা হায়খি, "ঐখোয় অমুক হয়া তুমখুল হন্দুনা লৈররোইদবনি"। মসিনা ফোংদোক্লিবদি মখোয় মতমদু ফাওবদা তুমখুন তাদুনা লৈরি হায়বনি। থেংলবসু থেংনা খংন চৈনবনা থল্লবা পৃথিবী অসিদা শক্তিগী পাঙ্গলতবু শিংথানৈ হায়বা অচুম্বা অসি খঙলকলে। পৃথিবী অসিনা শক্তিগী ৱারোল অসিতবু খঙবনি। ঐখোয়না হৌজিক খঙলক্লিবা অসি থুনা কাউথোকখিদবা ওইসনু হায়না ঈশ্বরদা খুরুমজসি।

অচুম্বা অমা ওইনা মসি পুন্সিগী অহানবা নীতীনি হায়বসি ঐখোয় থাইনগী কুইরবা মতমদগী খঙদুনা লাকই, 'মানুস্মৃতি অসুম্না হায়।

দণ্ডস্য হি ভয়াত সর্ব জগত ভগায কল্পতে।

(অঙম্বগী খুদম ওইবা -রাজদণ্ডদু কিবদগী-সমাজ অসি কল্লিবনি)। মখোয়না অচুম্বা অদুগী মঙান্দা হিংলমই। মখোয়না খ্বাইদগী ৱাংবা হিউমোন ফিলোসোফি, মীওইবা জাতিগী মচিন মনাও ওইবা অদু শন্দোক্লমই। অমসুং ইন্দুনা চৎলমই। মখোয়না পৃথিবীগী শাথিবা অচুম্বা অদুদা হিংলম্বনি অমসুং চৎলম্বনি। করিগুম্বা মতমদা ঐখোয়গী লুচিংবাশিংনা হায় মদুদি ঐখোয়সি মীরোল কয়া কয়াদগী মতম পুম্বদা শান্তি পাম্বা অমসুং অহিংশাগী নীতী চৎনরক্লবনি। চুমই, তৌইগুম্বসুং শান্তি থম্মনবনি হায়দুনা ঐখোযগী সম্মান ইকাইখুম্নবা পূম্নমক য়োম্থোক্লবদি মদু করম্না শান্তি ওইরগনি। মদু অমরোমদা মোংফমদা ফংবা শান্তি অদু ওইরোইদ্রা? তশেংবনি 'প্যাসিভ সবমিশন' হায়বদি লাম্থেংনরিবা য়েক্লবগী মফমদা হম্বুনা, নোম্না চৎলুরবদি-শোয়দনা নুপা থোক্তবগী মতৌ ওইগনি। হৌখ্রবা মতমদা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা থৌনা ফবা অমসুং বীরতা ওইবা গুণ চেনবা অচৌবা জেনর‍্যালশিং অমসুং পৃথিবীনা

খণ্ডনখিবা লানফম কয়াদা অকিবা ফংনা লাম্ছেংনখিবা, ধর্ম্মনা অথোইবা ওইনা পানবা শান্তি পুরক্লবগীদমক্তা হুলেংবা লৈতনা লাম্ছেংনখিবা লুচিংবা কয়া লৈবাক অসিনা পুথোকখি।

## মথন্ত শিজবগী দর্শন

ঐখোয় থাঙ্গেশেংনমক অওকপা পোকই মদুদি সিগুম্বা যাম্না লুববা পৃওফম অসিদা থোইদোক হেন্দোকপা মীওই খরনা হান্নগী লিরবা ব্রাবু শেমদোক্লুনা খল্লি অমসুং শান্তি শন্দোকলি। হৌজিক ফাওবদা মখোয়না ঐশোয শান্তি পাম্বা, অহিংশা নীতি চৎপা জাতিনি হায়না য়েংলি, চাইনির্জশিংনা চঙশিল্লক্লবদি ঐখোযনা 'পিছ আর্মি নি হায়না মখোয়গী মমাঙদা লেপকদৌরি। মখোযনা কবি তৌবক্লনি? লাল তৌনবা হায়বসি মাযকৈ অনি চঙই। ঐখোযনা লাল তৌদ্রবদি চিনানা কনাগা লাল তৌনগনি? কয়াদা ফজথ্রবা মবৈনো, লাল তৌননবগী মতিক চাবা গট কযা লৈতবা মখোয়শিং অদুনা মরু ওইনা পীরিবা আপ্লিলনি। লাল তৌনবগী চঙগদবসি নাকল অনিনি হাযর্বাস চুম্লবা ব্রাফমনি। তৌইগুম্বসুং নাকল অনিমক 'ফাইটর ঙাক ওইবগী দবকাব লৈতে। অমনা হেক্তা খুৎ থাবা অদুগা অতোপ্লা অমদুনা চৈনা খাঙদুনা লৈবা! অদুগা অমুক, ঐখোয়না শান্তি ওইনা লৈরবা অদুগা অতোপ্লশিংদা লমচৎ শাজৎ ফজনা ব্যাবহারগা লোয়ননা চৎলবা, অদু ওইরবদি অতোপ্লা অমদুসু ঐখোয়গা মান্ননা অফবা শাজৎ চৎলক্লনি হায়বসিবু মখা তাথরকপা অচুম্বা ব্রাখল্লা? পৃথিবী অসিদা অসিগুম্বা তৌবা করম্বা থৌদোক লৈথ্রবগে?

## নাকল অমত্তগী ওইনা ফবগী মরাইবক

ঐখোয়গী খুদম অমা হান্না লৌখত্তুনা য়েংসি। ইসলামসি ইহাল হান্না পোকপা মতমদা, গুজরাটকী নিংথৌনা লল্লোনবা খরদগী অরাবিয়াদা অনৌবা ধর্ম্ম অমা হৌগৎলকলে হায়বসি খঙলমই। অনৌবা থাজবা অদু করিনো

হায়বা খণ্ডনিংদুনা লাংতক্করবা নিংথৌ অদু মখোয়গী মরমদা খর হেন্না খণ্ডননবা ধর্ম্ম অদুগী মরমদা মুন্না খণ্ডবা মহৈ-মশিং হৈবা মী খর পুরকউ হায়দুনা মাগী লল্লোন ইতিক তৌবা মীশিংদা শিন্নরমই। মৌলবী খর গুজরাটতা লাক্লমই। ঐখোয়গী পণ্ডিতশিংনা মখোয়গা খন্ন-নৈনরমই। মখোয়না থাজবা অদুগী দর্শন অমত্তা লৈত্রবসু ঈশ্বর খুকম্বদা মীশিংবু পুক্লিং থৌগৎপা থাজবা অমদি ওই হায়না ফংলমই। মরম অদুনা পণ্ডিতশিং অদুগা নিংথৌ অদুগনা হায়রমই। নখোয়গী দর্শন অমত্তা লৈতে হায়রসু করিসু লৈতে। নখোয়না মীশিংবু মরন্নাই ওইনা ঈশ্বর খুরুম্বদা লমজিংবা ঙম্নবদি নখোয়গী ধর্ম্মদু ফরবনি। ঐখোয়না মদু অফবনি হায়না লৌই। ধর্ম্ম অসিনা মবম ওইদুনা আববকী মীশিংনা ঈশ্বরগী লম্বীদা চৎলকপা ওইসনু। নখোয়গী ধর্ম্ম অসিবু হৌদোক্লম্বা 'পায়গম্বর' অমসুং মৌলবীশিংবুসু ব্যবহাব তৌই। ঐখোয়না কৈদৌঙেদসু থুনাম-নাঙেনি খন্দুনা হন্দোক্কুনা মাঙহনখিদে। হিন্দু অমত্তনা অসুম্না তৌখিদে।

অতোপ্পা থৌদোক অমগা লৌখি। খারোমদা, নিংথৌ পানবা লৈবাক মাড়ুরায়দা আরব মুসলিম লল্লোনবা অমা লৈরমই। মহাক লমচৎ ফজবা অমসুং অচৌবা গুণ চেনবা অমসু ওইবমই। নিংথৌ অদুনা মহাকপু মাগী মন্ত্রী হাপ্পমই। হৌজিক ফাওবদা মুসলিমশিং খব মিনিষ্টব ওইহল্লি। তৌইগুম্বসুং মদুদি মুসলিমশিংগী ভোট ফংনবা মীৎয়েংদা তৌবনি। নিংথৌ অদুনা তৌরম্বা অদুদি মিৎযেং অদুগী মখাদা তৌরম্বা নত্তে, মবমদি মহাক্না মহাক্কী ফিবম চেৎননবগী দমক মুসলিমগী ভোট দবকাব ওইদে। মুসলিম ভদ্রলোক অদু মিনিষ্টব ওইহনবদুদি মী অদুগী মগুণ যেংলগা বাবহাব তৌবনি। ঐখোযনা অসুম্না মুসলিমশিংবু নুংশিনা মকপ মপাং ওইবগী মওংদা ব্যবহাব তৌনবম্বনি। তৌইগুম্বসুং, মখোযনা কবম্না খুৎলং লমন শিংলকপগে? মখোয়গী হৌখিবা চহি লিশিং অমগা চনি অসিগী ইতিহাস অসিদি থুগাই খোৎকাইবা মাঙহন তাকহনবগী অমসুং নৈহৎপগী থৌদোকশিংনা পিক থল্লি। ঐখোয়গী মিত্তা মখল কয়াগী চাওখত্তবা কাংবুশিংগী তমথীবা হৈনবা শাজৎ

ঙাক্তা উখি। হৌজিক মতমদা ঐখোয়না উরিবা লৈবাক অসিগী চাউথ্রবা মুসলিম পোপুলেশন অসি দেশ পূম্নমক্তা মখোয়গী মাংহন তাকহল্লম্বা থবক্তগী ওইরকখিবা ফলনি। কায়রবা মোন্যুমেন্ট শিংতা নত্তনা, মচেৎ কয়া থোকনা কাযহল্লবা সমাজ অসিসু মখোয়গী হৌন খংদবা শাজৎকী মান্নবা সাক্ষীনি। ঐখোয়গী মুসলিমশিংগী ধর্ম্ম অমসুং মুসলিমশিংদা থমখিবা ব্যবহার অদুনা ঐখোয়দা করি পুবকখি? ঐখোযগী অশেংবা মফমশিংবু মাংথোকপা ঐখোযবু মীনাই ওইহনবা নত্তনা কবিসু পুবকখিদে।

## অশেংবা শকফম

চিনগী মরমদা অমুক খন্নসি। চহি লিশিং অনিবোমগী হেনবগী মমাঙদগী বুডিষ্ট ইনফ্লুয়েন্সনা চিনদা চঙখিবনি, তত্তনা মহৈ-মশিং হৈবা মীশিংগী মরক্তা মবী লৈনবকপা অমসুং মখল অমগী মরুপ মপাং ওইনরকপনি। ঐখোয়গী হৌজিক কালগী লুচিংবশিংনা হান্না ওইরম্বগা চপ মান্নবা ৱাখল্দা 'হিন্দি চিনি ভায় ভায় হায়না শ্লোগান লাউখি। মখোয়না পোলিসি অসি ইল্লক্লিবা অসি টিবেটকি মতাংদা ঐখোয়গী মোর‍্যাল রিস্পোনসিবিলিটি পূম্নমক থাদোক্লবা মতুংদা তৌবকলিবনি। ঐখোয়না মদু থাদোকখি, লম্বী অমবোমদা টিবেট অসি লম করাম্বা চিনাদা পুখমদা হাপ্তুনা কৎখিবনি। টিবেটতা করিগুম্বা থাজবা অমত্তা লৈতে হাযবা প্রমান ওইখ্রে। চিনানদি ঐখোযদা থাজদবদি লৈখিদে মরমদি মখোযদা ঐখোয়গী থাজবসু থমখিব লৈতে। অমরোমদা টিবেটকী ৱাফম হাপচিল্লকপদগী ঐখোয়না মখোযদা থাজবা মাঙলকপনি। ঐখোয়না য়াম্না চাউবা পাপ অমা তৌখি। ঈশ্বরনা খঙগনি, ঐখোয় কবম্না মদুগী প্রার্যশ্চিত তৌগদৌবি' ঐখোযনা চিনাদা 'ভাই' হায়না কৌদুনা যাম্না অচৌবা পাপ অমা লঙজখ্রে। অসুম্না ঐখোয় চিনাগা মরুপ মপাং ওইশন্নকবে। ঐখোয়গী মরুপ মপাং ওইবগী শাজৎ অদু মখোয়না কবম্বা পাউখুম পীবকপগে? ঐখোয়গী ঙমখৈদা লান্দাশিল্লকপা অসিগুম্বা নাৎঙল অমত্তগী ওইবা অফবা শাজৎ-লিচৎ অদুনা পৃথিবী অসিদা কবি কান্নবা মহৈ পুরক্কনি হায়না খনবা য়াবগে?

ঐখোয় হৌজিক চাইনিজশিংগী লমচৎ-শাজৎ লোমদা ওনশিনসি অদুগা যেংসি অদুগা মী খবনা হায়বা মতুং ইন্না ঐখোয়না তুমিন লৈববদি মখোয়না ঐখোযবু নাপি ককপগুম্না ককথৎলোই হায়বসি কয়া য়াম্না অচুম্বা ওইগনি হায়বসি। হৌজিক কম্যুনিষ্ট সবকাব অসিনা, চিনদা শক্তি পায়বকপা মতমদা মখোযগী সাসনদা য়েৎলক্কনি খনবা ওপোজিশনগী মীওই কয়া হাৎখি। মতম অদুদা শীনখিবা পাউগী মতুং ইন্না মখোযনা হাৎখিবা মীশিং অসি চাউবাক্না লাখ মবিফুতবা তককনি। কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী পুক্লিংদা মসি থাজবা ঙমগদ্রা, মীশিং অদুগী লুচিংবশিং অদুনা মখোয়গী শক্তিতবু খৌবাংবনা মবম ওইদুনা মখোয মশামক্কী মীওই ক্রোড অমবোম হাৎপা ঙম্বা অদুনা, ঐখোযগী ঙমখৈদা লাম্মী থাজিল্লক্কুনা, ঐখোয়না লাল তৌবা য়াদনা তুমিন লৈববদা মখোযনা ঐখোযবু হাত্তনা হনখিগনি হাযবসি ঐখোযনা থাজবা ঙম্লগদ্রা?

ঐখোয়না খঙগদবনি পৃথিবী অসিগী শাবমচৎকি শীঙনবা অসি থেংননবা, মায় পাকনা হল্লক্কবা, শক্তি, পুল্লপকী মীনা লাকচবা ঙম্লবোইদবা জাতিগী পাঙ্গল অদুতনা ঐখোযগী মতেং ওইগনি

## লাম্মীগী শক্তিগী হৌরককম

অসিগুম্বা শাথিবা খুদোংথীবা মতম অসিদা ঐখোয়গী লাম্মীশিংনা লম্মাংদা চৈফু চৈনা খুদিংমক থৌনা ফনা খাঙদুনা লৈবির্বনি। অদুগা মক ওইনা ঐখোয়গী লানফমদা অতোপ্পগা চাংদম্নবা য়াববোইদবা থৌনা লিংজেল অদুনা ঐখোযগী থস্মোইদা থাজবা, চাউথোকচবা অমসুং নুংঙাইবা পিবির্বনি। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা লাম্মীশিং অদুনা তুংহয়না যেংলকপা মতমদা মখোযনা কবি উই? মখোযনা তোঙান তানবা, মবৈপাক নীংদবা মশাগী কান্নবতদা যেংদুনা লৈবা, শক্তি মুম্নবগী মশেল খৎনবা অদু উবক্লবদি মঙোম্দা মথব্রাই ফাওবা থাদোক্তুনা লাল তৌবগী পুক্লিং থৌগৎকদ্রা? মহাক্না মবৈপাক নীঙবা মীশিংদুনা মাগী মতুংদা অমত্তা ওইনা চাইথোক্তনা লেপ্পা উববদি মঙোম্দা কবম্বা ব্রাখল ফাওগনি। মহাক্না লাম্মীগী দবকায় ওইবা পুম্নমক

য়োংকুম্না কল্লবা নিংথিজনা শেমগৎলবা কাশ্মীরদগী কন্যাকুমারি ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা মীয়াম অসিনা শোয়দনা ফংহল্লক্কনি হায়বা থাজবা লৈগদবনি। মী ৱাংলবসু মী থোরক্কনি। অতৈ অতোপ্পা দরকার লৈবা আইটেম কয়া ৱাংলবসু মদু থারক্কনি। মীয়াম অসিনা মখোয়বু সপোর্ট তৌরি হায়বা থাজববদি লাম্মী খুদিংমক্কা মাগী মপাঙ্গল, অন্নাবা খাংবগী লিংজেল, লাল তৌবগী মতীক ময়াই চাদ চামা হেঙ্গৎলক্কনি অমসুং মখোয় শোয়দনা মায় পাকপা হায়বদু ওইগনি।

## পাঙ্গলনা মরুপ মপাং ফংই

পাঙ্গল শক্তি লৈববতদা য়েক্রবা লাম্বা তৌনরকপদা খোঙফম চুম্না লেপ্পা ঙমই অমসুং মরুপ মপাংশিংনা মতেং পাংনিংলকই। ঐখোয় ইশামকসি মতিকচাবা ওইদ্রবা খোঙফম চেৎনা লেপ্পা ঙমদ্রবদি কমদৌনা মখোয়না ঐখোয়বু তেংবাংলক্কদৌরিবনো? মখোয়না ঐখোয়দা তেংবাংনিংবা লৈরম্লবসু কনাদা করম্না তেংবাংলক্কদগে? হৌজিকমক্তা ঐখোয়গী খোংদা লেপ্পা ঙম্নবা হোৎনরিবা অসিদা ফাওবা লৈবাক কয়াদগী মতেং ফংলকলি। অমেরিকাদগী মতেং ফংই, মখোয়দা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা থৌজালগী ৱাহৈ অমত্তা হায়খিদ্রবা। সুইজগী ৱাথোক্তা ঐখোয়না শাথিনা সমালোচনা তৌখিবা বৃটেননা তেংবাং থারকই। নোংচুপ জর্মন অমসুং অতোপ্পা লৈবাক কয়াদগী মতেং লাকই। হৌজিক ঐখোয় মখোয়দা তৌবিমল উংপা, ৱাহৈ খরতদি ফোংদোকফম থোকত্রা?

## আশীর্বাদ, কৈদৌঙৈ

চিনানা লান্দারক্নুনা ঐখোয়গী ন্যাশনাল 'লাইভতা' অফবা মায়ওন অমা ওইরকলিবা অসিদা ঐখোয়না মসি "ব্লেসিং ইন ডিসগাইজ" নি হায়না

